[illegible]

# প্রভাস যজ্ঞ (রাথা কৃষ্ণ মিলন)

## শ্রীমদ্ভাগবতম (দশম স্কন্ধ)



অইবা

হুইদ্রোম ভরত (ভূবন) সিংহ

ꯄ꯭ꯔꯚꯥꯁ ꯌꯖ꯭ꯅ

ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়

শ্রীমদ্ভাগবতম (দশম স্কন্ধ)

# প্রভাস যজ্ঞ

(রাধা কৃষ্ণ মিলন)

অইবা

হুইদ্রোম ভরত (ভূবন) সিংহ

Pravash Milan
(Author by Huidrom Bhorot (Bhubon) Singh,
Chingamathak Nameirakpam Leikai)

প্রভাস মিলন (বাধা কৃষ্ণ মিলন)

অইবা অমসুং অফোঙবা হুইদ্রোম ভবত (ভূবন) সিংহ

চিংঙামথক নামৈবাকপম লৈকাই




অহানবা ফোঙবা ঃ ২০১২

কোপী মশিং ঃ ৫০০/-

মমল ~~ঃ ১৭৫/-~~ ১৫০

কোভব ঃ অইবা



---

নম্ফম : আব: এম: প্রেস, পাউনা বাজাব ইম্ফাল।

# অইবগী শন্নপ্পা ৱারোল



ব্রহ্মাগী যাথং মতুং ইন্না নাবদ লাক্লে ইবেম্মা বাধাগী শঙ্গাইদা অদুগা খুবমজৈ ইবেম্মবু ঙক্তা ফী যেত্তুনা, হঙ্গৎচৈ খুৎ লোন্ননা - শাওবিগনু চহী ১০০ (চামা) হেল্লে কৃষ্ণ কাযনা- মৈচাক খাঙলিবদো নাবদ ঐনা বাধা কৃষ্ণ উননবা শিঞ্জগে। গোলোক্কী মবেম্মা বাধাবু মতিক চাবা সন- মান তৌবা লৈশি লৈথোল্লবা মতুংদা লাক্লে নাবদ নন্দ যশোদাগী নাক্তা।

উজবে নাবদনা যশোদা বাণীনা মচা গোপাল কাইনবগী বাৎসল্য প্রেম্না ঙাওদুনা অশিবগা পাংখক ওইখিদুনা নাবদগী মমাংমক্তদসু ৱান্থদুনা লৈমাইদা তাখি। নাবদনা ঙমজবা হোৎনদুনা যশোদা নন্দ অনিবু থেমজিন্দুনা তাকপিখি নচা কৃষ্ণবু শোইদনা উনহনগে।

নাবদ লাক্লে দ্বাবকাদা অদুগা কৃষ্ণবু দর্শন ফংজবে। শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা মতুং ইন্না প্রভাসতা যজ্ঞ কৎননবা থৌবাং তৌবে নাবদনা কৃষ্ণদা হঙ্গৎচদুনা। গোলোক্কী মবেম্মা বাধাবু উন্ননবা সোম যাগ যজ্ঞ কৎকদৌবি। মবোল অহুম বার্ত্তন চৎলে নাবদনা। প্রভাসত চাউববা কোনুং মাঙুবনচিংবা শাবে। বন তপবন কযাসু বৃন্দাবনগা মান্ননা শেল্লে বিশ্বকর্ম্ম কৌদুনা নুমিৎ খবনিগী মনুংদা লাক্লিবা সুর্য্যগ্রহন নুমিত্তা যজ্ঞ কৎকদৌবিবনি।

শ্রীকৃষ্ণগী লীলা মপুং ফাহনবদি অথোইবা ঋষি নাবদতনা ওইবনি। কুম্মৈ যেংবা নুংঙাইবি ঋষিসে। শ্রীকৃষ্ণনা লেঙশিল্লি স্নাগী তাংবন্দা অদুগা লৈমা লিশিং তবাতকক চামনিপান্না তুং ওইবপনা ইকোই কোইনা থা

মচেৎ শানা ফন্লি। মশিং য়ামখ্রবা মশুশিংনা খঙহৌদনা চেনশিল্লক্কুনা কৃষ্ণগী তম্পাক মুন্নরি, চিংথোক্লুরি, নঙ্গন্না কোল্লি তম্পাক ফংহৌদবা নঙ্গান্দা কোনবা ফংহৌদবা মশুশিংনা কপ্পরি। নারদনা বহুলাশ্ব নিংথৌ য়েংদুনা ৱারী লিরি। য়েংউ নিংথৌ শ্রীকৃষ্ণসে পরিপুর্ণতম ওইবা অৱাৎপা লৈতবা ভগবান কৃষ্ণদুনি। মঙোন্দা হান্না অবতার তৌদ্রিঙৈদা তিনশিনখ্রবনি বৈকুন্ঠনাথ হরি, শ্বেতদ্বীপকী নারায়না, নৃসিংহ ভগবান, পাম্বোম কল্লবা শ্রীরামচন্দ্রা অমদি অথোইবা বিষ্ণু ময়াম, ক্ষীরদকোশয়ী বিষ্ণু, কারনদকোশায়ি বিষ্ণু অমসুং গর্ভোদকোশায়ি বিষ্ণু অসিনচিংবা। মরম অসিনা হন্দক্কী দ্বাপুরদা অবতার তৌরিবা কৃষ্ণসে গোলোক নাথ কৃষ্ণ মশামক্কি। অঙকপনা থল্লবা ইবুংঙো মাগী লীলানি। পোকপা নুমিৎ ১০নিগী মনুংদা পুতনা লাকখি। হুসু থৱাইসু চিংথোক্কুনা হাৎপনি পুতনাবু। শক্টাসুর লাকই কাং ওন্দুনা মাবু বাল কৃষ্ণনা কাওদুন হাৎলি। তৃনাবর্ত্ত নোংলৈ নুংশিৎ ওন্দুনা লাকখি অদুবু চহী অমত্তা ঙাইহিরিবা বাল কৃষ্ণনা নেৎখাইদুনা হাৎখি। চহী ৭ তা গোবর্দ্ধন থাঙ্গত্তুনা ব্রজ মীয়াম্বু কনবিখিবনি সুরারেনগী নোং নুংশিত্তগী। কৈশোর বয়স চংলক্লবা মতমদা রাস লীলানচিংবা শান্নবিখি শ্রীশ্রীগোবিন্দনা রাধিকা অমদি সখীশিং লোইননা প্রেমগী ঈপাক্তা তাওদুনা। য়েংউ হে বহুলাশ্ব নিংথৌ! কংস বধ তৌবিখি বৈকুন্ঠনাথ হরিগী শক্তম লৌদুনা। মরম অসিনা পুম্নমক্লা তিনবা ভগবান্নি। ইবুংঙো মাগী শক্তি শকলোন্দি অঙকপগী মশকনি। প্রভাসতা মমা যশোদা উন্নবা মতমদা রসরাজ মুর্ত্তি ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা তনৌ তনৌবা শক্তম চহী ১২ দা ঙাইহিরিবা চুড়ানা লৈতেংবা, ভক্ত বৈষ্ণবনা ফংগে তান্নরিবা অদুগী শ্রীরূপতো মমা যশোদাগী মমাংদা উৎপিখি। অসিগুম্বা নুংশিবা শকলোন মরি থোক্লা লেংখিবনি ইবুংঙোন প্রভাসকী থোঙ মরিদা অদুগা উন্নবনি মাগীদমক্তা শেমখ্রবা ইবেম্মা রাধাবু, গোপ ময়াম শম্বী শন্নাও ময়ামসু মতম অমত্তদা উন্নবিবনি দর্শন পীবিবনি থৌজাল হৈব শ্রীকৃষ্ণনা।

গোলোক্তা হল্লমদাই মতমদা শ্রীগোব্দিনা শ্রীমতি রাধাগা লোইননা অমদি ব্রজগী পারিবাব নন্দ যশোদানচিংবা সখী মযামসু তাইবং হকচাং থাদোক্তুনা দিব্য দেহ্ লৌদুনা গোলোক্তা কাখিবনি পুবিখিবনি থৌজাল হৈবা শ্রীরাধা গোবিন্দনা।

দ্বারকানাথ বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণ দেবকীগী মচা বাসুদেব কৃষ্ণনা শাদানবগী তেন্না শ্রীচবন থম্বালদা পান্দুনা খোংনাং মখোংদা তাদুনা লৈবিঙৈদা লেঙখরে গোলোক নাথগী শক্তম অদু, অদুগা তিনশিনখি বৃন্দাবন্দা থুপ্তুনা লৈরিবা ব্রজ নাথ শ্রীগোবিন্দদা। অমুক হল্লক্তুনা লৈররে বৈকুন্ঠ নাথ কৃষ্ণ বাসুদেবদো স্না খোংনাং মখোংদা তাদুনা লৈরিবা কৃষ্ণদা। অঙকপনা থনবা ইবুংঙো মাগী লীলানি। মতৌ অসুম তৌনা মাঙবা লৈত্রবা পরং ব্রহ্ম অদুনা লেঙখরে বৈকুন্ঠ ধামদা দেবর্ষি নাবদনা শ্রীকৃষ্ণগী মগুণবু বীনা যন্ত্র পায়দুনা লৈশি লৈথোঞে নারায়ন নারাযন নংগী লীলাসিদি অঙকপনা থল্লি ওন্থোক্লা মরিক চূমখরে নুংঙাইখ্রেদা। যুগ যুগ খুদিংগী নংগী লীলা য়াওজগে তোল্লবা ননাই নারদ ঐনা।

পঙলবা কবিসু খংজদ্রবা হঙোইগী লৈযেং ফংদ্রবা হুইদ্রোম ভরত সিংহ ঐনা হয়িংখোইগী মশক লৌজরগা শ্রী ঁইরেংবম গুলামজাৎ অমদি স্বগীয শ্রী ঁকালাচান্দ শাস্ত্রিগী লৈবাং লৈকোন কাব্যদগী লৌথোকচরগা অমদি চাংজৌ নাইদ্রবা বেদ ব্যাসকী শ্রীমদ্ভাগবতকী লৈকা তবানিথোইদগী লৈহী খবা খবা লৌজদুনা পৈশিঞ্জবনি তোল্লবা ননাইনা। অশোযবা অরানবা যাওববসু হাইগদবনা হাযদবা হাযবোইদবনা হায়খিবদো কবিসু খঙজদ্রিবনি খনবিদুনা চৈবিবগা পেঞ্জগে।

তোল্লবা

শ্রীহুইদ্রোম ভরত সিংহ (ভূঁবণ)

লৈফম:- চীংঙামথক নামৈরাকপম লৈকাই।

তৌই। সত্ব: বজ: তম: গুণ অহুম শেমদুনা সংসারগী বিধি (নিয়ম) পুম্নমক শেম্মী। অদুগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি গুণ অহুমগী ৱাংমদা লৈবনি, গুণ অহুম অসি পক্তে। হৌজিক নৈনসি রাধা কনানো? রাধাগী মরমদা নৈনবা হায়বসি ঙমখে লৈতে। ইবেম্মগী মরমদা নৈনবা অসি মিৎয়েং কয়াদগী হিন্দু দর্শন শাস্ত্রনা তাক্লি। রাধা হায়বসি প্রেমগী মুর্ত্তিনি।

সম্মোহন তন্ত্রগী মতুং ইন্নদি নুংশিবা (প্রেম) হায়বসি মঙাল (জ্যোতিনি)। মসি অনি থোক্লা খায়দোকই। অহানবা তঙ্খাইনা মাধব অদুগা- অনিশুবা তাঙ্খাইনা রাধা হাযবা মী খুদিংগী থম্মোইদা লৈরিবা অসিনি।

পবমাত্মাগী ওইথংবা হকচাং অনি থোকখি। য়েৎথংবনা শ্রীকৃষ্ণ অদুগা ওইথংবনা প্রকৃতি দেবীনি। প্রকৃতিবু য়েংবদা, মতম পুম্বদা কাম পোকহনবী অমসুং লৈহাও লৈরেনগী কুচু মানবী, থাগী মঙান্না ইকাইবা ওইবী, থোইদোক্লা ফজবী নিংথিবনা তিনবিনি। পুরূষ ওইবা কৃষ্ণগা প্রকৃতিগা অনিনা মণন্তর চামা শান্নখি। মচা অমা ডিম্ব মতুম ওইনা পোকপদা প্রকৃতিনা শাওমনখিদুনা ব্রহ্মাণ্ডগী ঈশিংদা থাদখি। ডিম্ব অদু মহাবিবাট ওইখি। অতৈ নত্তে প্রকৃতিসে শ্রীরাধানি। ব্র: বৈ: পুরান প্রকৃতি খণ্ড। অনিশুবদা ব্যাস দেবনা অসুম্না ইবিরম্মী - ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণগী ব্রহ্ম খণ্ডদা মদুদি শ্রীকৃষ্ণনা মাগী ওইথংবা শ্রীঅঙ্গদগী কন্যা অমা পুথোকখি, ফজবা পূম্বনা চাংদম্নবদা মাগী রাশি গুণতনা হেল্লবনি। মাগী মমিংদি বাসকী মবেম্মনি হায়দুনা রাধা থোনখি। শ্রীকৃষ্ণদা লৈরিবা ঐশ্বর্য্য তরুক অদু ইবেম্মদসু লৈ। মরমদি হৈ মপূম অমা তঙ্খাই তারগা মগুণ চপ মান্নবগুম্বনি। মরম অসি লৈবনা রাধা কৃষ্ণ অমত্তনি খাইদোক্লবা য়াদে।

ব্রহ্মাণ্ড পুরাণদা হায়রি :-

"রাধিতা তপসোঽগ্রেণ রাধ্যারাধ্যা তয়া মুণে।
তেন রাধেতি তস্যা স নামচক্রে পিতা তদা।।"

ব্রহ্মনা অঙ্গিরা মুনিদা হায়খি। বৃষভানু নিংথৌনা শ্রীমতীবু মচা ওইনা ফংজগে হায়না কত্যায়নী দেবীবু অকনবা তপস্যা তৌখি। ভগবতী কাত্যায়ণী কৃপানা ক্রতু মুনিদগী হরিনাম মহামন্ত্র ফংজরগা অদুমক্লা অরাধনা তৌজরগা মচা ওইনা ফংজখি, হাইদুনা রাধা ধাতুগী (রাধ্নোতি সাধয়তি কার্য্যানি) হায়রগা "রাধা" থোনখি বৃষভানু নিংথৌনা।

ভগবৎ ভক্তশিংনা রাধা নাম শোনবদা ফংঙমদ্রবা মুক্তি ফংই।

রাধা তন্ত্রদা হায়রি -

'বৃন্দাবণেশ্বরী রাধা কৃষ্ণস্যাভয়দায়িণী।

অভিন্নগুণলাবণ্যা সৌন্দর্য্যাবতী বল্লভা ॥"

ইবেম্মা অসি বৃন্দাবনগী মবেম্মনি, নিংথিজবা গুণ পূম্বনা তিল্লবী শ্রীকৃষ্ণগী বপ্পা পুরায়িনী, আনন্দ (নুংঙাইবা) পূম্বগী মশকনি, খেন্নবা লৈত্রবা অমত্তা ওইবা শক্তমনি।

শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা লীলা কনানা খঙগনি। মতম অমদা ইবেম্মগা মনাই সিদামগা য়াম্না কন্না খৎনখি মদুদা ইবেম্মসে সিদামগী শাপ ফংখি। শাপকী মরোলদি-

হে ইবেম্মা জগৎকী মমা ওইরবসু মীগী শাজৎ চৎপনা লাঞ্জদ্রবা ননাই সিদাম ঐবু হিংচাবা ওইনা পোকউ হায়না শাপ তৌরবনিনা ননাইনসু ইবেম্মদা শাপ খঞ্জবা তারে :-

১) গোপী নিংঙোল ওইনা পোকউ!

২) মীগী নুপী ওইয়ু অদুগা সখী বিরোজাগা কৃষ্ণগা লোন্না লোন্না উনবগুম নহাকসু শ্রীকৃষ্ণগা লোন্না উনৌ।

৩) ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগা চহী ১০০ (চাম) কায়নবা ওইয়ু।

ৰারী অমত্তং থমজগে মদুদি অয়ান্না মপোক ৭ লক শ্রীকৃষ্ণবু অকনবা তপস্যা তৌজখি, শ্রীকৃষ্ণগী হলাদিনী শক্তি ওইরবী রাধাবু মাগী ভর্য্যা

ওইগে হায়না। তৌইগুম্বসুং আয়ন .. মপোক ৭ লক শুবদদি থৌজালগী সমুদ্র ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা আয়নগী মমাংদা বিরাজ ওইবিখি অদুগা তাকপীখি: "হে আয়ন নংনা নিহৈদবা জগৎকী মমা ওইবী আদ্য শক্তি ওইবী রাধাবু নিরবনিনা নং নপুংশক ওইদুনা নবেম্মা রাধাবু নংগী ভার্য্যা ওইনা ফংজৌ।"

জগৎকী মমা ওইবী রাধাবু আয়ন্দা পীথোকলম্লে তাবদা ইবেম্মনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন থম্বালদা কোন্দুনা কপচখি "করিগী রাধা ঐবু অচম্বা মীগী মতৌগুম্না আয়ন্দা পীথোক্লম্বা অদুগা ইবুংঙোগা ননাই ঐগা চহী ১০০ (চাম) কায়নবা তাবা মদু ওইবা য়ারোই।"

শ্রীকৃষ্ণন মোমোন নোক্তুনা তাকপীখি "হে রাধে নং নথস্তা খক থাদোক্লোই, নংনা বৃষভানুগী মমোম ওইনা পোকনি অদুগা কৃষ্ণ ঐনা নন্দ যশোদাগী মচা ওইনা পোক্তুনা ব্রজ বৃন্দাবন্দা লীলা কয়া শান্নগনি।

মতৌ অসুম তৌনা ইবেম্মা রাধানা বৃষভানুগী মমোম ওইনা পোক্তুনা নপুংশক আয়নগী ভার্য্যা ওইখি অদুগা শ্রীকৃষ্ণনা নন্দ যশোদা গোপীগী য়ুমদা থুপ্তুনা লৈদুনা বাল্য লীলা শান্নখি।

বেদ ব্যাসনা নারদ ঋষিদা হঙ্গৎচৈ হে মুনি অথোইবা ননাই ব্যাসনা পুরান ১৮ লেংখি মথং শিংনা (১) ব্রহ্মপুরাণ (২) পদ্ম পুরন (৩) বিষ্ণু পুরান (৪) শিব পুরান (৫) নৃসিংহ (৬) নারদীয় পুরন (৭) মার্কণ্ড পুরান (৮) অগ্নি পুরান (৯) ভবিষ্য পুরান (১০) ব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান (১১) লিঙ্গ পুরান (১২) বরাহ পুরান (১৩) স্কন্ড পুরান (১৪) বামন পুরান (১৫) কুর্ম্ম পুরান (১৬) মচ্ছ পুরান (১৭) গরুড় পুরান অমসুং (১৮) ব্রহ্মাণ্ড পুরান। অসিদা নত্তনা বায়ু পুরান উপ পুরান্নচিংবা কয়াসু লেঙখি। হায়রিবা কৃষ্ণ দৈপায়ন ব্যাস হায়বসে কৃষ্ণ অবতারনি। মহাক্না হায়রম্মী - পুন্নমকসিদগী অথোইবদি শ্রীমদ্ভাগবত অসিনি। ব্যাস দেবনা মহাভারত

ইবা মতমদা শ্রীনারদ মুনি লেঙঙকখি অদুগা তাকপীখি হে ব্যাস নংনা লাইরিক ইবদা (লেংবদা) পেন্দ্রিবা অদু শ্রীমদ্ভাগবত ইয়ু অদুগা নংগী অপেনবা ওইগনি। মতৌ অদুম তৌনা ব্যাস দেবনা শ্রীমদ্ভাগবত লেংখি। পুরান খুদিংগী মচং মচং ওইবা য়াওরবা ভাগবৎ কথানি। য়াওদবা অমত্তা লৈত্রবা। শ্রীকৃষ্ণ (হরিনা) মতোমতা লৈরম্বদগী বিষ্ণু ময়ামগী শক লৌদুনা ফোংদোকখি। যুগ খুদিং হায়বদি সত্য ত্রেতা দ্বাপর কলি হায়না ওন্না ওন্না মতমগী খোংচৎনা ইবুংঙো মানা ভক্তশিংগা লোইননা লীলা কয়া শান্নখি অবতার কয়া কয়া লৌদুনা। পুরান অতৈগা মান্নদ্রবা শ্রীমদ্ভাগবতনি শ্রীকৃষ্ণমক্লি স্কন্ধ তরানিথোইনি। স্কন্ধ অমমমনা ইবুংঙো মাগী হকচাং কয়াৎনি। ঐনা ইজখিবা লাইরিক "কংস বধ" কৌবা লাইরিক্তা "শ্রীমদ্ভাগবত অসে শ্রীকৃষ্ণমক্লি" হায়না বর্ণণ তৌজখরে। শ্রীমদ্ভাগবতকী দশমস্কন্ধনা গোলোক্কী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা শান্নবা লীলানি। (গর্গ সংহিতা)। শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মহিমা তত্ত্বগী মরমদা নৈনরবনিনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা পূন্য চেনবী বৃন্দাবন্দা শান্নবা মধুরসনা থল্লবা রাস লীলাগী মরমদা খরদং পঞ্জগে। শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবী রাধাবু য়েংদুনা তাকপিখি হে রাধে! গোলোক্কী মবেম্মা ওইবী নংনা নপুংশক আয়ন্দা ভর্য্যা ওইনা লৈরে হায়না নপুংনিংদা চিংনগনু কৃষ্ণ ঐনা বৃন্দাবনগী যমুনা মপান কুঞ্জবন মাল্লিকানা ইঙৌ ঙৌনা শাৎপা শরৎ ঋতুগী ইংলবা থাবলনা ঙানবা মতমদা নংগা ঐগনা লুচিংদুনা গোপী কোটি ৩ / ৪ গা লোইননা জগৎনা উঙমদ্রবা রসনা ঈচেল ওইবা প্রেম ভক্তিদা য়ুমফম ওইবা মহারাস শান্নগনি। গোপীশিং অদুনা কুইনা নিংজরক্লবা কৃষ্ণঐবু ! মখোইশিং অদুদি হে রাধে নংগী শক্তম ওইবী সিদ্ধ গোপীশিং, শ্রুতিনা ওনবা গোপীশিং, দেবচরী, ঋষিচরী গোপীশিং, প্রভূরামদা প্রান কচ্চগে খনখিবা গোপীশিং মখোইশিং অদু রাসতা লোইনা য়াওগনি। তাবদা থমোই চিংবা, তনিক তনিক খাংজবা ঐগী বেনু খোংগনি মরোল অহুমগী জীবনা তাবা ফংগনি।

সাম বেদদা মরোল হাপ্তুনা খোংবদা তান পুন্নমক য়াওগনি, অঙকপা বাঁশীনি থম্মোই ইরাং হৌগনি মধুর শুরনি মেংলবা। মাঙখিনি রিপু তরুক কাম, ক্রোধ লোভ মোহ মদ মাৎর্য্য। নৃটকী তুংনফম ওইবা সাম বেদনি। অদুগীসু মথক্তা রাধা নংনা খঙলিবদুনি কৃষ্ণ ঐদি নৃটগী গুরুনি জগোই শাগনি গোপীশিং লোইননা মথক্তা রাস য়েংলিবা বিদ্যাধারী জগোই শাবী পুন্নমক মমিৎ কুপ্তুবমখে যেংগনি। মখোইনা তপস্যা তৌগনি রাধা কৃষ্ণ গোপী ময়াম্বু। মহাদেবনা রাসকী খোঙদা লৈদুনা রাসপু ঙাক্কনি। ব্রহ্মানা শিবনা উবা ফংলোইদবা রাসনি। কায়নবা, থুংনবা, হরাওবা, শেংলবা গোপীগী মিৎকী পিরাংনা কৃষ্ণ ঐবু পুজা তৌগনি। হিন্দু দর্শন শাস্ত্রনা খঙগে তাল্লিবা নৈনরিবা নৃটগী হৌরকফম অদু সাম বেদনি। সাম বেদ হায়বসে শ্রীকৃষ্ণমক্লি হায়না শ্রীবাসুদেব কৃষ্ণনা মনাই আর্জ্জুন্দা তাকপীখি গীতা পবর্বদা।

শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীরকই  হে রাধে রাস শান্নবদা গোপী কোটি ৩/৪নি হান্না হায়খরে। কনানা মপুরোইবা লৈবীনি কনানা কুমারিনি যেংউ শ্রীমদ্ভাগবতম লেংবা ব্যাস দেবনি! অদুগা রাসকী ৱারী লিরিবনা ব্যাসকী মচা শুকদেবনি। ৱারী তারিবনা পারীক্ষিৎ নিংথৌনি। লিরিবা তারিবা অনি অসি ভক্ত ঙাক্তনি শেংলবা থম্মোইনি অরানবা অমত্তা য়াদবনি! শুকদেবনা মমা ভতিকাগী গর্ভদা চহী অনি লৈরিঙৈদা ব্যাস দেবনা শ্রীমদ্ভাগবত লিখিবনি। অদুগা অভিমন্যুগী নুপী উত্তরাগী গর্ভদা পরীক্ষিৎনা লৈরিঙৈদা অশ্বত্থামাগী ব্রহ্মাস্ত্রনা চাকথেক্কে তৌবদা শ্রীকৃষ্ণনা অপিকপা মুর্ত্তি লৌদুনা গদা পায়দুনা ব্রাহ্মাস্ত তেঞ্জিন য়ৈথেক্কুনা মনাইবু কনবিখি, অমসুং দর্শন পীনবিখি। নুমিৎ ৭ নিগী মনুংদা তক্ষক লিন্না চিক্কুনা শিয়ু হায়না ব্রহ্মশাপ ফংবদগী পরীক্ষিৎনা গঙ্গা মপান্দ শুকদেবনা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌরগা পরীক্ষিৎনা শ্রবণ তৌজখি। মাগী দেহদা লৈরিবা পাপ পূম্বা কোক্কুনা স্বর্গ কাখ্রবনি অনিমক। হে রাধে! তাউ শ্রীমদ্ভাগবততা

ইরিবা পূম্নমক ঐনা ব্যাস দেববু ইহনবনি। ব্যাস দেব হায়বা ঋষি অসি কৃষ্ণ ঐগী অবতারনি।

য়েংউ হে রাধে! কৃষ্ণ ঐনা হায়রিবসে তাও! কৃষ্ণ ঐদি পূরূষনি রাধে নংনা প্রকৃতিনি। জগত্তা লৈরিবা পূম্নমক প্রকৃতি ঙাক্তেনি। গোপীশিংগী মপুরোইবশিং অসি প্রকৃতিনি, নুপী ঙাক্তেনি। লীলাগীদমক নুপা ওইনা উহনবতনি। গোপীশিংনা পামজবা মতুং ইন্না রাসকী রহস্য ফংহনবতনি। কত্যায়নী দেবীগী বর ফংলবী গোপীশিংনি। মরম অদুনা চিংনগনু নংগা ঐগা গোপীশিংগা পূন্য চেনবী যমুনা মপান্দা শরৎকী পুর্ণিমাদা রাস শান্নগনি। গোপীশিংনা কৃষ্ণ ঐগী চরন ফংনবা রাস শান্নবা য়াওজবনি। ভূত ভবিষ্যাৎ বত্তমান খংবা অন্তর্য্যামি কৃষ্ণনা রাধাগী মফমদা ৱারী খরা লীবদা অবানবা য়াওববসু ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা ঙাকপীগনি। ধ্রুব, নারদ, প্রহলাদ, যোগী মুনি ঋষি কয়ানা হোম তপ যাগ- যজ্ঞ তৌজদুনা কৃষ্ণতবু ফংনবা শ্রর্দ্ধা ভক্তিগা লোইননা, নিংজবদা ফংবা ঙমদে মরমদি মখোয়দা অহংকার নাপল য়াওবরা য়েংই। দণ্ডুর্ক ঋষি কয়ানা গোপী ওইনা পোক্তুনা কৃষ্ণনা লোইননা রাস শান্নগে নিংখিবা অদু ঐনা থুংহনবতনি।

হে রাধে! রাসকী মতমদা ঋষিচরী হায়দুনা রাস য়াওবদা কৃষ্ণ ঐগী চরন সেবা ফংজগনি। অমুক্তং উজরগা কৃষ্ণ ঐগী রসরাজ মুর্ত্তি, জীবনা মশা অদু নরক্কী অকিবা লৈতরে। মাগী পারী পূবণ তরেৎ নরক্কী কোমদা তারোই। অদুগা মখোইবু ঐনা গোলোক ধামদা পুবিদুনা ঐগী নাক্তা লৈহনগনি। হে বাধে! নংবু ঐনা কৈদৌনুং থাদোকলোই মরমদি নংসে ঐগী হকচাং তঙ্খাইনা ওইবীনি, প্রেমগী মুর্ত্তিনি। য়েংউ ঐনা ষনশেন ষনঙাক তৌরিবা নোংজু নুংশা মরক্তা ষণ শেল্লিবসে রাধে নংগী মরমগীনি। গীরিরাজ গোবর্দ্ধন থাঙ্গত্তুনা ব্রজ গোপ গোপী কল্লিবা, চহী ৭ কী নৌরবা বয়স উহল্লিবা ঐনা তৌঙমদবা থবক তৌবিবা পুম্নমক

তোল্লবা ব্রজ গোপীবু চিংখৎপনি হে গোপী নিংঙোল ওইনা পোকপী বাধে' কবিগী খণ্ডদে নংনা লীলজাও কালিগী থক্তা ঐনা তাণ্ডব জগোই শাবা নংবু উনর্বানি।

ইমা যশোদানা কৃষ্ণ ঐগী বাৎসল্য প্রেমদা লুপচবা, বাবা নন্দনা ঐবু কযা লূনা তৌবা, গোপ গোপীনা ঐবু কযাদা নিংজবা অসি ঐনা মপোক কযাবক্তা মখোযগী লমন শিংবা ঙম্লবোই। তোল্লবা গোপবু চিংখৎপিনবা ঐনা গোপ জাত্তা পোকপনি।

ঐগী লীলাদি যামখ্রে। হযেং ঐনা লীলা লোইববা মতমদা ব্রজগী মী'পুম খুদিংমক, ইমা যশোদা, নন্দ বাবা অমত্তা চিংথদনা হে বাধে নংগা ঐগা লৈগী দোলাই অচৌবদা পুখৎকনি গোলোক ধামদ, মসি ঐগী লেঙদ্রবা ইচ্ছানি। হে বাধে' যেংউ যুগ খুদিংদা অমুক্তা লৌখিদ্রিবা ঐগী নুংশবা শকফম চুডানা লৈতেংবা, ম্লা, ফিগে থোনবা, খুত্তা বাঁশি পাযবা মদন মোহন রূপ অসি ভক্তা বৈষ্ণবকী থম্মোইদা লৈগনি।

ঐগী বাঁশিনা বাধা বাধা কৌগনি সাম বেদদা হাপ্পুনা থম্মোই তানিক তনিকহনগনি ঙমদবা লৈতবা বাঁশিনা। লৈবা ঙমদনা বাধানংনা বাঁশি খোঞ্জেন্দা ঙাওজবদো কৃষ্ণ ঐনা পেনগনি, নং কাযনবা মৈচাক কোক্কনি। অসি হাযবল্লগা তুমিন লৈখবে শ্রীকৃষ্ণ।

**অইবগী প্রার্থনা**

প্রেম সেবা ফংহনবিযু
শ্রীবাধা গোবিন্দগী
মপোক মপোক খুদিং
অনিগী ননাই ওইজগে।

ব্রজদা পোকচদুনা,
বৃন্দাবন লীলা য়েংজগে।
রাস মণ্ডলগী ধুলী
কোক্তা হাপচগে পেঞ্জগে।

উজরগা পেঞ্জগে,
ফিজিগী ললবু ওইজগে।
নিভৃত নিকুঞ্জদা,
অনিনা পূন্না ঙানবিয়ু।

চানবিয়ু তোল্ল আত্মাবু
খিকপিয়ু থৌজালগী ইরিক
পাপনা চাল্লবা থম্মোইসে,
ইংজগে চরন লৈরিক্লা।

শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভূবন) সিংহ
চীংঙা মথক

***

# হরি সঙ্কীর্ত্তন (শিক্ষাষ্টক য়াওবা)

শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূনা তাকপিরম্মী কলি জীবদা হে সাধক পুরানশিংগী মনুংদা শ্রীমদ্ভাগবতনা অথোইবনি অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী শক্তম্মক্নি। তুরেল পুন্নমক্না সমদ্রুদা তিনবগুম পুরান পুন্নক্না শ্রীমদ্ভাগবততা তিল্লি। পুরানশিং অসিনা থৌৱানমিচাক ওইরগা শ্রীমদ্ভাগবতনা নুমিৎনি। শ্রীকৃষ্ণনা পুন্নমকপু চিংশিনবগী শক্তি লৈবগুম নুমিৎনা গ্রহ পুন্নমকপু চিংশিল্লি মফম লেঙহন্দনা সৌরজগত্তা মাগী মাগী মফমদা লেঙদনা লৈহল্লি মথৌ তৌহল্লি। ব্রহ্মণ্ডবু ঙাল্লিবা নুমিৎকী মঙাল জ্যোতি অসিনা সংসারদা কান্নবা পীবসিদি ঙমখৈ লৈত্রবনি হন্না হন্না বর্ণন তৌবদা লোইবা নাইররোইদবনি মরমদি শ্রীকৃষ্ণনা নুমিৎ ওইবনা।

শ্রীকৃষ্ণসে ব্রহ্মণ্ডগী মপুনি। তোল্ল- তারবা ভক্ত বৈষ্ণবশিংবু কনবিনবা শ্রীবিষ্ণুগী শক্তম লৌদুনা যুগ খুদিংগী অবতার তৌই অদুগা ভক্তশিংগা লোইননা লীলা কয়া শান্নদুনা ফত্তবশিংবু লানবিদুনা মনাইশিংবু কনবিখি। ভক্তশিংগা শান্নবা লীলানা প্রেম ভক্তিগী লম্বী ওইরি, লাইনিং লাইশোনগী মৈরা ওইনা শিজিন্নরি, ভগবানগী পুজা, হোম, তপ, যজ্ঞ খুদিংদা। শ্রীমদ্ভাগবত অসে খ্বাইদগী ৱাংবা ঈশ্বর তত্ত্বগী লাইরিকনি। লাইরিকসিদা ভগবানগী দিব্য লীলাশিংদো য়াওবা মরম্না লাইরিকশিগা ভগবানগা করিসু খেন্নদে। লাইরিক অসি ভগবান্না লাইরিক ওইনা অবতার তৌবনি। মসিদা পুন্নমক তিল্লি প্রেম, ভক্তিযোগ, কর্ম্মযোগ জ্ঞান যোগ, হোম তপ যজ্ঞ বিধি, রাজনীতি অর্থনীতি, ধর্ম্মনীতি, দর্শন শাস্ত্র, আগম নিগম অমসুং সংসারগী কারন পুন্নমক অমত্তা চিথদনা ইবুংঙো মানা শেম্বীরি। ভক্তবু থীনা তৌবদা খাঙবা ঙমদবা ভগবান্নি। হিরন্যকশিপুবু বধ তৌদুনা প্রহলাদবু কনবিবা নৃসিংহ ভগবান্নি। ধ্রুবনা অঙাং ওইনা শ্রীহরিবু দর্শন ফংজখি অদুগা পীনবিখি অৱাংবদা লৈবা ধ্রুব তারা লোক।

শ্রীভগবানগী কৃপাদি অঙকপগী মশক্লি। কৃষ্ণগী লীলা খুদিংমক খঙবা ব্রহ্ম ঋষি নারদবু কৃষ্ণগী তত্ত্ব জ্ঞান যোগনচিংবা পুম্নমক খঙহন্দুনা জীব পূম্বগী গুরু ওইরি। বৃন্দাবন্দা রাধা কৃষ্ণনা শান্নবা অমৃত মধুর রসনা ঈচেল ওইবা অমসুং যুগ কয়াদগী শান্নবা লীলা পাওজেলবু শন্দোক্লবা কলিগী সন্ধ্যাদা রাধা কৃষ্ণনা পূন্না তিন্নদুনা পোকখি নবদ্বীপতা জগন্নাথা মিশ্রগী ঔরোস ব্রাহ্মন শাগৈদা শচীগর্ভ মহা সমদ্রুদা শ্রীগৌরাঙ্গনা তাইবংগী পাপ তাপ কোকপিনবা, পাপনা, মন্নবা জীবগী অৱাবা মৈচাক মুৎপিনবা। শ্রীগৌবাঙ্গ প্রভূসে শ্রীমদ্ভাগবতকী শক্তমনি হায়না প্রশংসা তৌরি। য়েনবিরি গৌরনা ভাগবতকী পাওজেল লৈখা তারবা কলি জীবদা শ্রীকৃষ্ণগী মহিমা গুণবু মমল য়াওদনা পীনবিরি। শ্রীগৌরনা তাকপিরকই হে কলি জীব কৃষ্ণ নাম, মুর্ত্তি অমসুং স্বরূপ অহুম অসি অমত্তনি। শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংজখিবা অদুগুম্না ভাগবতপু তাজরগা শ্রবন তৌজরগা শোঞ্জরগা পাপ পুম্নমক কোক্কনি শীংবু মৈনা চাকথেকপগুম। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূ (চৈতন্য প্রভূসে রাধা কৃষ্ণগী অপুনবা শক্তমনি হায়বসে) মখাগী শ্লোক অসিনা উৎলি।

> রাধা কৃষ্ণ প্রনয়বিকৃতি হ্লাদিনী শক্তি রসমা।
> দেকাত্মানা বপি ভুবি পুরা দেহ ভেদং গতৌ তৌ।।
> চৈতন্য খ্যং প্রকট মধুনা তদদ্বয়ঞ্চৈক মাপ্তুং
> রাধা ভাব দ্যুতি সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণ স্বরূপম।।
>
> চৈতন্য চরিতামৃত।।

মণিপুরি : শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মুর্ত্তি ওইবী হলাদিনী শক্তিনি। শ্রীকৃষ্ণদগী তোপত্রবী রাধানি। রাধা কৃষ্ণনা অমত্তা ওইদুনসু দ্বাপর যুগতা বৃন্দাবন্দ তোঙান তোঙান্না পোকখি। হৌজিক কলিদা শ্রীরাধা কৃষ্ণনা অমত্তা ওইনা পুল্লরবা শ্রীগৌরনা শ্রীরাধাগী পুকচেল অমদি কুচুনা তিন্দুনা পোক্কুনা ফোংদোক্লবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যবু (কৃষ্ণদাস) ঐনা খুরমজরি।



## ব্যাখা

শ্রীগৌবাঙ্গসে হর্বিনামগী শক্তমনি, হবি সংকীর্ত্তন শন্দোক্লবা ইবুংঙো মানা মালেমদা খোংদাবনি।

নাম সঙ্কীর্ত্তন যস্য সর্ব্বপাপ প্রনাশনম।
পুণামো দুখ: শমনস্তং নমামি হবিং পবম।।

ভাগবত স্ক ১২।১৩।২৩

ইবুংঙো মহাক্কী নাম সঙ্কীর্ত্তনননা পাপ পুম্নমক মাঙহনবা, চরন্দা চংজদুনা আত্মা সম্পর্ন তৌজবদা অৱাবা পুম্নমক কোকহনবা পবম তত্ত্ব ওইবা শ্রীহবিবু খুবমজরি।

নারদ ঋষিনা মপাবুং ব্রহ্মাদা হঙ্গৎচখি - হে পিতো মতৌ কবম্না লানগদগে কলিগী লৈখা তারবা জীবশিংনা। মাযাদা তাওদুনা সংসাবগী য়েক্লবা তৰুকনা লাঙ্গোই চল্লবা নাম্থোকপা ঙমদ্রবা। ব্রহ্মানা মচা নাবদ য়েংদুনা হায়বকই মদুদি হরি নাম শোনবতনা কলিগী মৈশা, পাপ অহুমগী মৈচাক কোকপা ঙমগনি।

হবের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্

কলৌ নাস্তেব নাস্তেব (২) গতি বণ্য থা।

শ্রীহর্বিদি মাগী ভক্তশিংনা হবি সঙ্কীত্তন শকপা মফমদা লেংদনা ৈল। শ্রীহর্বিনা নাবদদা অসুম্না তাকপীবকখি:

"নাহং তিষ্ঠানি বৈকুন্ঠে যোগিনাং হৃদযে ন চ।

মদ্ভক্তা যত্র গাযন্তি তত্র তিষ্ঠামি নাবদ।।" পদ্ম পুবান

হে নাবদ, ঐদি বৈকুন্ঠদসু লৈনিংদে যোগীগী থম্মোইদসু লৈনিংদে। কৃষ্ণ ঐনা লৈবা মফমদি ঐগী ভক্তশিংনা ঐগী নাম গুণ শোল্লিবা মফমদা লেঙদনা লৈবনিনে।

## ব্যাখা

শ্রী গৌরাঙ্গসে ভাগবতকী শক্তম ওইবনা নিংশিংলক্লে বৃন্দাবনগী মবেম্মা রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু চহি ১০০ কায়নবদা কৃষ্ণ উদবদা জগৎসে পুমহাঙ হাঙখি। চাদে, তুমদে থক্তে কৃষ্ণ মাতবু অচেৎপা উৎকন্ঠানা ইবেম্মগী খুৎনিংথৌদা শিবা খুদোঁপনা খুদাংদা হুকচিনবা য়াঁনা অদুক্কী মতিক কংশিন্দুনা শরুদা উন্না কুপ্পদৌনা উখি।

বাধা ভাবকী অযৌবা থাক্তা খন্দুনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা শকচবি শ্রীমদ্ভাবতমগী অধ্যাযদা বাধানা শ্রীকৃষ্ণবু চহী ১০০ চামা ইবুংঙো মাবু কাযনবা। প্রেম ধাবা শিস্থবি মিৎলুদা হিক্লা হিক্লা কপলি হে বাধে নংনা কৃষ্ণবু কযাদা নুংশিবা ঙমখে লৈতে। গৌবন সংকীর্ত্তন্দা তুবোই ঙামলোস চৎলি। বাধাবু কৌবি।

## ইশৈ অহানবা

শ্রীমদ্ভাগবত শক্তম ওইবা গৌবনা
শকচবি হবিগী মহা অমৃত নাম।
বাধানা কৃষ্ণ কাযনবা চহী চামা
মৈচাক খাঙবদো নিংশিলক্লে প্রভুনা।

পা প্রেম বাংনা থাঙ্গ তুনা কৌজে বাধা,
হে বাধে! কপ্পনা পীবাং কংদ্রবী।
কবম্না লেনখি চাদ, থক্তু তুমদনা,
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দনা মৈচাক খাংজদুনা।

ঙা ওবে গৌবসে সংকীর্ত্তন মযাইদা
প্রভুগী শ্রী অঙ্গ সাত্ত্বিক বিকাব ফাওবক্লে।
ঙাইই ঙাম লোই তৌবে লেপ্পা ঙমলক্তবে,
নিত্যানন্দনা ইবুংঙোবু কোনশিল্লি।

অদ্বৈতনা যৈবক্লে পুঙ, পুঙগী পুঙলোন খভুনা
লৈনা জগোই শাবে গৌব ভক্তশিংগা।
হে কলি জীব লৌজবো হবিনাম
লৈববোই যমগী অৱাবা কোকখিনি পাপ।

## ইশৈ অনিশুবা

ব্রজ প্রেমদা লূপ্লে গৌরসে,
হায়থরক্লে লৈমাইথক্তা,
সনাগী চীংদুমগুম ফজৈ ফজৈ
নিংথিজৈ উফুলনা লৈতেংবা শ্রীঅঙ্গ।

নিত্যানন্দগী তম্পাকথক্তা,
চেপখরে গৌরসে জ্ঞান মাঙদুনা।
গদাধরনা থৌগঞ্জরি গৌর,
শ্রীচরণ অনি কোন্দুনা

শোল্লি হরি নাম ভক্তশিংনা
রাধা কৃষ্ণগী অমৃতনাম।
লেঙখৎলে গৌরসে জ্ঞান লাক্তুনা,
ব্রজ ভাবনা লৈতেংখরে গৌর।

## ঈশৈ অহুমশুবা

হায়রকই কলি জীব
লৌজরো হরি নাম।
মমল য়াওদনা লৌরো
মাতনা কোকপীনি পাপ।

তাপ অহুমগী মৈচাকপু,
নাম্থোকপা ওমদ্র জীব,
শোল্লু হরি নাম তত্তনা,
মদুতনা মাঙখিনি পাপ।

হরিনা ইপানি কাওগনু,
হরিনা ইমানি অতৈ লৈরোই।
খুজেং পায়দুনা পুবিনি
মল্লবা লমশাং লম্মুক্করোই॥

প্রভূনা সন্ন্যাস লৌদ্রিঙৈ মমাংদা মাগী ভক্তশিং লোইননা নিত্যানন্দ অদ্বৈত গদাধরনচিংবনা শ্রীবাসকী য়ুমগী মন্দীরদা গদাধরনা শ্রীমদ্ভাগবত পাঠ তৌদুনা সংকীর্ত্তন শক্লম্মী। সন্ন্যাস লৌরবা মতুংদা পুরীদা লৈবা ভক্ত রামানন্দগী য়ুমদা ভাগবত পাঠ তৌদুনা সংকীর্ত্তন তৌরম্মী।

সর্বভৌম, প্রতাপ রূদ্র, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীজগদানন্দ পণ্ডিত দামোদর, মুকুন্দনচিংবনা সংকীর্ত্তন শকপদা মপুং ওইনা য়াওরম্মী।

শ্রীগৌরঙ্গ প্রভূনা হায়রম্মী হরি সংকীর্ত্তন তৌবনা অথোইবনি। সংকীর্ত্তন্না কলিগী পাপ তাপ পূম্নমক মাঙখিনি।

"সততং কীর্ত্তয়ান্তো মাং যতন্তশ্চ দৃঢ়ব্রতা।
নমসন্তেশ্চ মাং ভক্ত্যা নিত্যযুক্তা উপসতে।।

গীতা ৯।১৪

## মণিপুরি :

ভক্তা অদুনা মপুক্লিং চংনা অতৎপা লৈতনা অচেৎপা ব্রতগা লোইননা (ইন্দ্রিয় অমসুং পুক্লিংবু খুদুম চন্দুনা) ঐগী নাম্বু কীর্ত্তন তৌরক্লবা নিত্য যোগী মহাক্কী মফমদা ফংঙমদবা ঐসে ইনুং নুংঙাইনা ফংহল্লি।

শ্রীকৃষ্ণ চেতন্যনা তাকঃ

নাচো গাও, ভক্ত সঙ্গে কর সংকীর্ত্তন।
কৃষ্ণ নাম উপদেশী "তার" সর্ব্বজন।।

চৈ: চ: আদি ৭

হে কলি জীব নখোয় জগোই শাউ, ভক্তশিংগা লোইননা সংকীর্ত্তন তৌ। শ্রীকৃষ্ণ নাম শোল্লু অসিতন ইরাই লাইনা মুক্তি ফংগনি। নাম শোনবা অসিনা ধন্য কলি হায়রিবনি। কলিদদি নাম শোনবা নত্তনা উপাই অমমুক লৈতরে।

"হরি নাম মহামন্ত্র"

জয়তি জয়তি জগন্মঙ্গলং হরের্নাম।
জয়তি জয়তি জগন্মঙ্গলং হরের্নাম।।

**ব্যাখ্যা**

নাম অসিতন কলি জীববু লানবিগনি। হরি নামগী মনুংদা ময়েক ৩২ অমসুং নাম ১৬ অসে কৃষ্ণ কৃষ্ণ রাম রাম নাম মরি অসিনা হন্না হন্না লেংদুনা নাম মালা অসি মপুং ফাহনবনি। হরিনাম মহা মন্ত্র অসি কলিগী তরাক্ষ ব্রহ্মনাম কৌই।

শ্রীকৃষ্ণগী নাম লিশিং / লিশিং ওইবনি। কৃষ্ণগী শক্তমদা গোপাল দেবনা মপুংনি। মদুগী খরদং মখাদা হরি সংকীর্ত্তন্দা শক্লরি।

হরি হরয়ে নমঃ কৃষ্ণ যাদবায়ে নমঃ
যাদবায় মাধবায় কেশবায় নমঃ
গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসুদন ।।
গিরিধারী গোপীনাথ মদন মোহন ।।
শ্যাম সুন্দর মদন মোহন বৃন্দাবন চন্দ্র
হরি গুরু বৈষ্ণব ভাগবত, গীতা ।।

**ব্যাখ্যা**

নামগী গুন্দি করিগা চাংদম্নগনি, জগৎ সংসার অসি হরি নামতনা শেম্বনি। সরস্বতীনা বীনা যন্ত্র পায়দুনা হরি নাম শোনবদা পেনবা লৈতবনি। মহাদেব মচিন মঙানা নারক মোংশোংদা লোক তাই গিরী গুহাদা চাদ থক্তনা হরি নাম শোনবদা পেনবা নাইদবনি। অনন্ত মচিন লিশিংনা শোনবদা লোইদ্রবা নাম। ব্রহ্মানা মীওইনা পোক্তনা নাম অমুক্তং শোঞ্জগে হায়বদা ফংঙমদ্রবা নামগী মহিমা গুন্নি।

**ঈশৈ**

শ্রীকৃষ্ণগী নামদি অমৃত হেনবনি,
শোল্লিমখৈ পেন্দবা রসনা থল্লবা।
লৈয়েংনা জগোই শাই জগোই শাবীগুম্না
মপান নাইদ্রবা হরি মাগী গুণ শকপদা।

লৈয়েং ময়াম থোক্লা শোল্লবসু পেল্লোই,
নাকোং কয়া থোক্লা তারবসু পেলোই।
শুমহৎনিংঙাই ওইবা থম্মাই ইথৌবা কৃষ্ণনাম,
ঙাওহল্লি জ্ঞান ইন্দ্রিবু ইখৌ লাংহল্লি।

থম্মোই লাইয়ুমদা নাম হেক্তা চংখিবদা,
ইন্দ্রি তরামাথোই যুম্বীগুম লেপহল্লি।
পঞ্চপ্রন্না নুংঙাইবা ইপাক্তা লুপই,
সংসারগী বিষয় পুন্নমক পাল্লক্তে।।

## ব্যাখা

শ্রীরাধা কৃষ্ণগী বীজমন্ত্র হায়যু হে রামানন্দ নুংশিবা নংগী ব্যাখাদু তাবগা গৌর ঐগী থম্মোইসে ইংহল্লু। হে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য ইবুংঙো! নংনা পুন্নমক খঙইবা অদুগা অপঙবা ঐঙোন্দা করিগী ইনশিল্লি। হঙ্গৎচরগে তাবিয়ু ঐনা খরা খঙজবা। মপান নাইদ্রবা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী প্রেম ইপাক লীলানি। "ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় পোপীজন বল্লভায় স্বাহা" অসি অষ্টাদ শাক্ষর মন্ত্র কৌই। (শ্রীহরিভক্তি বিলাস) অদুগা "ক্লীঁ গোপীজন বল্লভায় স্বাহ" অসি দশাক্ষর মন্ত্র কৌই। মন্ত্র অসিগী ঋষিনা নারদনি ছন্দানা গায়ত্রিনি, অদুগা দেবতানা নন্দগী মচা কৃষ্ণনি। কামবীজ ক্লীঁগী মনুংদা ময়েক মঙা য়াওরি মদুদি ক,ল, ঈ (ী) অর্দ্ধ চন্দ্র, বিন্দু। ময়েক অমমমগী তোঙান তোঙানবা অর্থ লৈ অদুবু মখাগী অসিতা বর্ণন তৌজরি "ক" কারনা সচ্চিদানন্দ বিগ্রহ, পরম পুরুষ শ্রীকৃষ্ণ ওই। "ল" কারনা রাধা কৃষ্ণ প্রেমগী ঈপাক হায়নিংঙাই লৈতনা নুংঙাইবগী সমুদ্র ওই, "ঈ" কারনা চেৎনা থুপ্না লৈরিবী বৃন্দাবনেশ্বরী পরম প্রকৃতি শ্রীমতি রাধা রাণীনি হায়না তাকই। "নাদ" বিন্দু অমদি চন্দ্র বিন্দুনা রাধা কৃষ্ণ অনিগী চুম্বন ওইরকপদগী ফাওরকপা নুংঙাইবা মাধুর্য্য অদুনি হায়না তাকই। (বৃহৎ গৌতমীয় তন্ত্র)।

অসুম্না হায়নৈ মদুদি "অর্দ্ধচন্দ্র বিন্দু রাগি গোপী নেত্র অনুরাগী" শ্রীকৃষ্ণগী ফজরবা মতা ফরবা মাইথোংদা থা তঙ্খাই য়েক্লিবা অদুদা বিন্দু নম্বদুনা ফজরদি রাগ পোকই অমসুং গোপীশিংগী মিৎনা অনুরাগ পোক্তুনা য়েংজৈ।"

গোপাল সহস্রনামগী নাম লিশিং (১০০০) দা ধ্যান তৌবসি কামবীজ ক্লীঁদা তৌবনি হায়না লৌগনি হায়। "ওঁ ক্লীঁ দেব: কামদেব: কামবীজ শিমোমণি:" শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশি মখোল তারগা গোপীশিংনা ঙাওরিবসি কামবীজদা হাপ্তুনা খোংবদগী চৎনরোলগী ৱাংমদা লৈহল্লিবা অঙাওবীগী মতৌগুম ওইহল্লিবা তশেংনা ঙাওসু ঙাওরিবা ওইরিবগী মরমদি বাঁশিগী মখোল তারুবদগীনি।

(শ্রীকৃষ্ণনা আর্জ্জুন্দা তাকপিখি মদুদি ইবুংঙোগী পঞ্চজৈন্য শঙ্খদা কামবীজ হাপ্তুনা খোংবা য়াই।)

মথংদা অমুক শন্নপ্না নৈনসি মদুদি "কৃষ্ণ" হায়বনা কনানো ? কনাবু "গোবিন্দ" হায়না খঙনবগে? "গোপীজণ বল্লভ" হায়বসিনা কনাবুনো? অদুগা স্বাহা হায়বসিনা কনাবু খঙনবগে হাযবসি গোপাল তাপনি শ্রুতিগী শ্লোক ১।১৩।২০।২৫।২৮।৩০-৩২ অমসুং নারদ পঞ্চরাত্রনচিংবদা নৈনৈ। "কৃষ্ণ" হায়বা মিং অসি ইহান হানবা পরম ব্রহ্মগী মমিংনি। মাগী নাম কৃষ্ণ হায়বসিতা তাজবদ লমফৈদা চৎখ্রদবা কনাগুম্বা জীব অমবু অচুম্বা লম্বীদা চিংশিন্দুনা অফবা লম্বী তাকপীবনি। ওন্থোক্লসু থুমখ্রেদা কৃষ্ণ কৌবা ময়েকসে। "কৃষ্ণ পাপকর্ষণ" হায়বনা তাক্লিবনা ভক্তগী পাপ পুম্নমকপু লৌথোকপীবা অদুগা মখোইদা লৈরিবা অজ্ঞানগী অমম্ববু মাঙহল্লি। "গোবিন্দ" হায়বনা খঙনবনা "গো" অমসুং "বাক্য"বু পালন তৌরিবা মপুবু গোবিন্দ হায়না দেবতাশিংনা খঙনৈ। "গো" শব্দনা পৃথ্বি স্বর্গ, মখোল শব্দ নৎত্রগা শা ষণবু খঙনৈ। মখোইবু হিংহল্লিবা, মতিক মঙাল পীবিরিবা অমসুং য়োকপীরিবা মহাকপু "গোপাল' কৌই নারদ পঞ্চরাত্রম ৫।৮।২১।

"গোপীজনবল্লভ" হায়না খঙনরিবসি :- শ্রীমতি রাধিকাগী থৱাইগী মবুংঙো ওইরিবা নন্দনন্দন ব্রজবিহারী রসিশেখর রস রাজ শ্রীকৃষ্ণবু খঙনৈ। "গোপীজনবল্লভ" হায়বা শব্দ অসিনা রাধা কৃষ্ণ অনিগী যুগোল মাধুরী ওইবা মওংতবু খঙনৈ। মহাকপু "রামণ" হায়নসু খঙনৈ। হায়রিবা "স্বাহা" শব্দবু উচ্চারন অমদি স্মরম তৌনা "গোপীজনবল্লভ" শ্রীপদারবিন্দদা ভক্ত খিবিক্লা অখাকপা লৈতনা আত্মা সমর্পণ তৌবা ঙমহল্লি হায়বদগী শ্রীরাধা ঠাকুরানীবু "স্বাহা" হায়না খঙনৈ। ৱাফমসে য়াম্না থুপ্পবা ইবেম্মা মাবু ফংগে তান্নরিবা ব্রহ্মা শিবমক্লা ফংঙমদ্রবা মন্ত্র রাজনি। কাম বীজগী অষ্টাদশাক্ষর "ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দয় গোপীজন বল্লভায় স্বহা" মাত্র ১৮ না শাবা অমসুং দশাক্ষর মন্ত্র "ক্লীঁ গোপীজন বল্লভায় স্বহা" ১০ না শাবা অনি অসি রায় রামানন্দনা উচ্চরন ফজনা নুংশিনা ঙাংল্লদগী শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভূনা "গোপীজনবল্লভায়" হায়রক্লগা লৈমাইথক্তা সনাগী চীংদুমগুম ৱান্থখরে স্বর হোনখিদরে। ৱান্থরিঙৈ বেহুঁশ ওইরিঙৈ আত্মানা লেঙখিদুনা বৃন্দাবন দর্শন তৌরুই। ভাবিষ্ট ওইবা শ্রীচৈতন্যগী লীলানি মসিবু ভাবাবেশ হায়নসু বৈষ্ণবশিংনা শিংথানৈ। কিরক্লে রায় রামানন্দ চান্ননা মৃত্যু ওইরবরা গৌরাঙ্গসে অসি হায়না মবুংঙোবু কোনখৎলি অদুগা গৌর ভক্ত ময়াম্না হরি নাম মহামন্ত্র শোল্লক্লে। হরে কৃষ্ণ হরে কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ হরে হরে। হরে রাম হরে রাম রাম রাম হরে হরে।। হরি নামগী শক্তম ওইবা গৌরনা হরি নাম হেক তাবদা লেঙখৎলক্লে শ্রীগৌর অদুগা পিদি অতৎপা লৈতনা শিন্থনা ব্রজ ভাবতা ভাবা বেশ ওইদুনা মনাই রামানন্দবু চেৎনা কোনশিল্লগা তাকপিরকখি :-

হে রামানন্দ নংনা ঐঙোন্দগী ব্রজ রস খঙবা হেল্লে। "ওইয়ুকো নং কৃষ্ণগী অচেৎপা মনাই ভক্ত! রাধা কৃষ্ণগী নাম কাওদবা ওইয়ুকো"।

শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য প্রভূনা তিল্লন্লিবা ভক্ত বৈষ্ণব পুন্নমক্তা কোকিলবু ঙমজবা মধুর বাক্যনা হিক হিক লাওবা খোইথুন্নবা শুরনা তাকপিরকই। শ্রীকৃষ্ণগী চরন থম্বালদা ভক্তি সাধন করম্না চংজগনি হায়বদো ঐ হায়রগে। মখাগী শিক্ষষ্টক শ্লোক ৮ মথং মথং থীবিরকই।

## শিক্ষাষ্টক - অহানবা (লাইনিং লম্বী তাকপীবা)

চেতো দর্পমা র্জনং ভবমহাদাবগ্নি নির্বাপনং,
শ্রেয়: কৈরব চন্দ্রিকা বিতরণং বিদ্যাবধু জীবনম।
আনন্দাম্বুধি বর্দ্ধনং প্রতিপদং পুর্ণামৃতাস্বাদনং
সবর্বত্মাস্নপনং পরং বিজয়তে শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তনম।। ১ ।।

**মণিপুরি**

শ্লোক অসি নাম তত্ত্বনি। নাম শোনবদা চিত্ত (পুক্লিংগী) মশক ওইরবা মিংশেনবু শেংদোক্লিবা, সংসার তাপকী মশক ওইরবা লানমৈবু মুথৎলিবা, মঙ্গলগী মশক ওইরবা থরোদা থাবল পীরিবা (মখল খুদিংগী য়াইফববু খমথেংনা ফহল্লিবা) বিদ্যাগী মশক ওইবী বধুগী (মৌগী) থৱাই ওইরিবা (তত্ত্বজ্ঞান অমদি ভক্তি থম্মোইদা পোকহল্লগা নিংথিজনা মাংদনা থম্লিবা) আনন্দগী ইপাকপু হেনগৎহল্লিবা পদ, খুদিংদা মপুম মরৈ ফারবা অমৃতবু আস্বাদন তৌবা য়াবা অমসুং সর্ব্বত্মাবু পেলহল্লিবা (মন- নচিংবা ইন্দ্রি পূম্নমক্কী তৃপ্তি শোকহল্লিবা) শ্রীকৃষ্ণনাম সংকীর্ত্তন্না জয় ওইরে।

**ঈশৈ**

শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তন্না ফীগী মশক ওইনা,
শেংদোকই পুক্লিংগী অমোৎপা মিংশেনবু।
তকথোক তকথোক্লবা মিংশেন্না লংবগুম
লংহল্লি পুক্লিংসু (থম্মোইসু) নাম শোল্ল-শোল্লগা।

(আধিভৌতিক, আধিদৈবিক আধ্যাত্মিক তাপ)
তাপ অহুম্না চাক্লবা সংসারগী মৈচাক
মুৎহল্লি খিক্লগা কৃষ্ণনাম অমৃতনা (নোংলিক্লা)
থাবলগী মঙালদা থরোনা শ্যাপ্গুম
কীর্ত্তন্না শাৎহল্লি খিকথবিরি মঙ্গল।

বিদ্যাবধু কৌবা কৃষ্ণনাম তত্ত্ব জ্ঞান
শকচৌনে তত্তনা ইহৌর থম্মোনা।
খোংথাং খুদিং নুংঙাই ইপাক্তা তাওহল্লি
কৃষ্ণ প্রেম্না ইথক ইপোম হৌহল্লিবা।

তাকপিরে গৌরনা হে কলিগী জীব
শোল্লুনে কৃষ্ণনাম, ভক্তিগা লোইননা।
কলিগী উপায়দি হরি সংকীর্ত্তন্নি,
জয় ওইরে শ্রীকৃষ্ণ সংকীর্ত্তন্না জয় ওইরে।।১।।

**শক্সিষ্টাক অনিশুবা**

নাম্নামকারি বহুধা নিজ সর্বশক্তি
সুত্রার্পিতা নিয়মিত: স্মরনে নকাল।
এতাদৃশী তব কৃপা ভগবান মমাপি
দুর্দৈবমী দৃশমি হাজনি নানু রাগ ।।২।।

**ব্যাখা**

হে ভগবান! নংগী নাম অসিমক্না জীবশিংগী মঙ্গল বিধান পীবিরি অদুনা নংগী কৃষ্ণ হায়বা গোবিন্দ হায়বা মুরারি হায়বা মখল কয়াগী নামশিং অসিনা নংবু পাকনা চাওনা খঙহল্লি। নাম ময়াম অসিদা নংগী শক্তি পুম্নমকসু হাপ্লিরি। নামশিংদু শোনবদা মতম চাই চাদে মফম চাই চাদে চুমই লাল্লি হায়বা বিচার লৈতে। নুপীনি, নুপানি, লাইর ইনাক খুনবা খাইদে, নাম শোনবা য়াহনবিরি। হে কৃপা সাগর নংনা জীববু নুংশিবা মপান নাইদ্রবা থৌজাল! অদুবু ননাইগী লাইবক থীবদি ঐগী কর্ম্ম ফলনা অদুগুম্বা সুলভ নামদো ঐগী অনুরাগ, অপাম্বা পোকউ হায়বা য়াদ্রি মসি ঐগী লাইবক থীবা হায়বদুনি।

**ঈশৈ**

হে ভগবান নংগী শক্তি লৈর' নাম্না
পীনরি জীবদা য়াইফ মঙ্গল লম্বী।
শোঞ্জরি কৃষ্ণ গোবিন্দ গোপাল মাধব,
মুকুণ্ড মুরারি গীরিধারি কহ্নৈয়া।

হা কৃষ্ণ ননাইগী কর্ম্ম ফত্তবনা,
নংগী প্রেম রাগদা নিংজবা ঙমজদে।
গুরু কৃপা নত্ত' করম্না খঙগনি,
হরিগী থুপ্লবা (ফংঙমদ্র) মহা মন্ত্রনাম।

থরাইগী চংজফম শ্রীব্রজ বৃন্দাবন,
লৈজগে ওস্থোইনা রাস ধুলি মরক্তা।
কীর্ত্তন ভক্তিদা ইহৌনা শোঞ্জগে
রাধে কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ রাধে গোবিন্দ ।।২ ।।

## শিক্ষাষ্টক অহুমশুবা (নাম করম্না শোনগনি)

তৃনাদপি সুণীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা।
অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়: সদা হরি ।।৩।।

**ব্যাখা**

নাপীদগী নোল্লুকপা তমগনি। মতম পুম্নমক্তা খোং মখাদা লৈজৈ। নাপীনা অনিশুবা গুরুদি উপাম্বীনি। নাম শোনবদা উপাম্বীগুম্না অখাং কন্না শোনগনি। উপাম্বীগী মতৌদি অঙকপগী মশকনি। মশা কক্লবসু শাওদে, থোইনদুনা উরুম পীবনি, মহৈসু হেক্তা পীজবনি, নুংশাগী উরুম পীবনি। অসুম্না উপাম্বীগী মশক ওইবা গুরুদগী অখাং কনবা তমগনি। উরিবা উপাল রাপাল চীং,-লোক, তাই পুম্বা ঈশ্বর মাগী বিগ্রহনি, মাগী মরুপনি।

**ঈশৈ**

হরিগী নিংথিবা মিংলেনবু শোনবদা,
নাপীদগী হেন্না তোম্থনা খনগনি।
অশেংবা ভক্তি প্রেম কত্তুনা নাম শোল্লু,
খাঙবা কনবা তম্মু উপাম্বীগুম লেঙদা।

কনাদসু শাওরোই, থাগৎপসু পামলোই,
চানবিগনি মীবু ইকাই খুম্নগনি।
নাপীদি খক শাওদে খোংনা নেৎলবসু,
তমগনি নোল্লুকপা লমচৎ নাপীগুম্না।

উশা কক্লবসু ৱারৌদে কনাবু,
পোত্থাহল্লি পুম্বা উরুম হেক্তা পীদো।
পীজৈদো অমুনবা উহৈ জীবশিংদা
কথোক্লবা পুন্সিনি উপাম্বী হায়বসে।

শ্রীগৌরাঙ্গনা হায়রকই হে মীওইবা
তমজফম লৈদো, তোল্ল-জীবদগীসু।
উপাম্বী নাপীদি, গুরুগী শক্তমনি,
লমজিং খুদমনি, নোল্লুকপা অখাঙকনবা।

**শিক্ষাষ্টক মরিশুবা (সাধক অমগী অপাম্বা করিনো)**

"ন ধনং ন- জণং ন- সুন্দরীং,
কবিতাং বা জগদীশ কাময়ে।
মম জন্মনি জন্মনীশ্বরে,
ভবতাদ্ভাক্তি রহৈতুকী ত্বয়ি ॥৪॥

**ব্যাখা**

M

সংসারদা নুংঙাইবা পুম্নমক হায়নরিবসে ধন্নি / ললনি। লল লৈরবা মীদো অৱাবা লৈত্রে। ইনাকখুনবা মীগী মনাক্তা হৈর- হৈরবা পণ্ডিত, তৌবা ঙম্বা কয়া খল্লিবনি। শেনগী মগুণতনা মাগী মী করি

অমত্তা ৱাত্তে। মাবু লাকচবা ঙমদে, তৌগে হায়বতা ঙম্মী। মরম অদুনা জন (মীগী) সম্পতি অসি মপাঙ্গল য়াম্না লৈ। মী য়াম্না লৈবা অসিদগী নুপীগী ফজবা শক্তিনা অমুক হেল্লি। সুন্দরী অমগী মিৎয়েংদা মুনিফাও লাইনিং কায়রিবনি। তৌজরুবা পূন্য কয়া মাঙহল্লি। সুন্দরীদগী অমুক হেনবদি কবিতা অমনা অমুক হেল্লি। কবিতানা চংবা ঙমদবা করিসু লৈতে। ঈশ্বরগী খুৎশেমদগী কবিতানা শৈথাবনা করিসু ৱাৎহন্দে। ফজবগী ইনোৎ থোই হেন্না হাপকৎলি। কবিতানা, নোকহল্লি কপহল্লি, থুংনহল্লি কায়নরুবদগী অদুগা অমুকসু ৱাহল্লি। পুম্নমকসে অরেম্বনি প্রকৃতিগী মচাক ঙাক্তনি। ননাইনা পামজবদি "ঐগী মপোক লাংওন খুদিংদা হা কৃষ্ণ! পীনবিয়ু ননাইদা নিসকাম ভক্তি মহৈ নিদবা ভক্তি অদুতা পীনবিয়ু নিজরি"।

## শৈরেং

মহৈ নিদ, ভক্তি পীনৌনে ননাইদা
প্রেম সেবাতবু পামজৈ তোল্লবনা।
হা কৃষ্ণ! চানবিয়ুনে চানবিহৈবা,
ঙাংঙ্গা' চরণ নাক্তা চিংশিনবিয়ুনে।

পামজদে লল লৈবা ইনাক খুনবসু,
মিহৌজদে শকহেনবী ফজবী নুপী।
কল্লক্তে মীয়াম লৈবা তৌবঙম্বা,
কৈদৌননি কবি ওইবা অথোইবা।

কবিতাগী নিংথিজবা শৈবেংনা,
কপহল্লি, নোকহল্লি ঙাওহল্লি মীবু।
ইখৌ লাংহল্লি মায়া মরীচিকাগুম
খলহল্লি মীবু তাইবংসু মঙলানগুম
(অদুবু পামজদে কবি ওইবসু) ।।৪ ।।

## শিক্ষাষ্টক মঙাশুবা (সাধক শ্রমগী অনিংবা করিনো ?)

অযি নন্দ তনুজ কিং কবং
পতিতং মাং বিষমে ভাবাম্বুধৌ।
কৃপযা তব পাদ পঙ্কজ
স্থিত ধুলী সদৃশং বিচিন্তয।

**ব্যাখা**

সংসাব অসি সমুদ্রগা অমহানি। ঐনা তৌজবকপা কম্মগী মখা পোন্দুনা ইবাক্লদুনা লৈবদা ঐ যাম্না রাবে। মবম অদুনা হে সংসার সাগব হিগোনবা নন্দগী মচা হা কৃষ্ণ! নংনা মাযা সংসাবদগী খবা লাস্থোকপীযু। ননাইবু চংজফম পীনবিযু অদুগা নংগী ঙাংঙ্গাবা চবন থম্বাল লৈবিক্লা মান্নববা খুযা উফলগী মনুংদা মবিক অমা ওইনা মশীং চলতনবিযু। নংগী ওপ্পা থাংবা মধুর শান্তং ওইবা খোংজি মখোলনা শকলকপা নুংশিবা হে গোবিন্দ, রাধে শ্যাম অমৃত ওইবা নামশিংদো তাহনবিযুগনবা।

**ঈশৈ**

ঐগী ঐগী কম্ম ফলনা বাজবনি
কবিগী শাওকনি বিধাতা মহাকপু।
অকিবগী মশক সংসাব সমুদ্রদা,
ইবাক্লবি জীব মাযাগী ইবৈদা।

হে নন্দগী মচা সংসাব ঈপাক হিগোনবা,
লানবিযু ননাইবু লানঙমদ্রবা ঈপাক।
চংচগেনে খোংজি মখোল তানা তানা,
নুমিৎ থানা ঙানবা ঙমদ্রবা লম্বীদা।
(শুক্লা মম্ল লম্বী অকিবনা থনবা)

লৈহনবিযু ননাইবু খুযা খাদা,
উফুল মবিক ওইনা হল্লকপা ননাইদনা।
তত্তনা তাজগে নুপুবনা শকলকপা,
হবে কৃষ্ণ বাধে শ্যাম নুংশিবা নামশিংদো।

## শিক্ষাষ্টক তরুকশুবা (সিদ্ধিগী বাহ্য লক্ষণ করিনো)

নয়ণং গলদশ্রু ধারয়া
বদনং গদ গদ রুদ্ধয়া গিরা।
পুলকৈনিচিতং বপু: কদা,
তব নাম গ্রহনে ভবিষ্যতি ॥৬॥

### মণিপুরি ব্যাখা

হে নাথ! হে ইবুংঙো নংগী নাম নুংশিনা শোঞ্জবা করম্বা মতমদ ঐগী মিৎ অনি অসিনা প্রেমগী ইরা চেন্থবা ঙমগদে, ৱা ঙাংলকপদ প্রেম্না থুমহত্তুনা গদ গদ ওইনা ঙাংবদু ফংজগদগে? হকচাংদা হরাও তুজুংবা পোক্তুনা প্রেমগী সত্বিক বিকার পোকপা ঙমগদগে। মরমদি ভক্তদা শক্তি চংই অদুনা ভক্তগী ইচ্ছাদগী কনাগুম্বা অমদা প্রেম হেক্ত পীবা ঙম্মী। শ্রীকৃষ্ণদি ঊরী ৱারীদফাওবদা প্রেম পীবা ঙম্মী।

ঈশৈ

কৈদৌঙৈ ঙমগনি প্রেম্না ইহৌজবা,
অমৃত হেল্লবা কৃষ্ণ নাম শোনবদা।
শিন্থরকপা মিৎলু পিরাং ঈচেলতনা,
মাইথোংদি খন্দুনা হিক হিক কপচবা।

রাধা শ্যামগী প্রেম লীলা খর শকপদা,
তনিক্ক থম্মোইনা হা কৃষ্ণ কৌজবা।
প্রেমতনা ফুন্দুনা ৱা ঙাংবা ঙমদবা,
হকচাংনা সাত্বিক প্রেম বিকার ফাওজবা।
করম্না ফংগনি কৃষ্ণগী থৌজালগী,
অমৃত খিকপদা থম্মোইসে ইংজবা।
কৃষ্ণ প্রেম্না নোংলিক ওইনা খিকপীদবদা
ঊরী উপাল ফাওবা তুংজুংহনবা ঙম্বা প্রেম।

**শিক্ষাষ্টক তরেৎশুবা (সিদ্ধিগী অন্তর লক্ষা করিনো?)**

যুগাইতং নিমিষেণ চক্ষুষা প্রাবিশাইতম।
শূন্যাইতং জগৎসর্বং গোবিন্দ বিরহেন ।।৭।।

অন্বয়: গোবিন্দ বিরহেন (গোবিন্দ কায়নবদা) মে (ঐগী) নিমিষেন (মিকুপ অমনা) যুগাইতং (যুগ অমমুক শাংখ্রে) (চখুষা) মিৎনা, প্রাবিষায়িতম (নোংজুপান্থাগা চপ মান্নখ্রে) সর্বজগৎ (জগৎ পূম্বা) শূন্যাইতং (পুমহাঙ হাঙখ্রে) ।।৭।।

**ব্যাখা:**

মিকুপ অমত্তং শ্রীগোবিন্দ কায়নবদা যুগ অমগুম শাংখ্রে। মরমদি "তব বিরহ" নং কায়নবদা থা অহুম ওইবা বর্ষা ঋাতুগুম ঐগী মিৎলু পীরাং অসি শিন্থরি কংউ হায়বা য়াদনা। নুমিৎ থা থৌৱানমিচাক চীং তুরেল পাউ উমংনা থল্লবা, নোং পুবা লৈচিন্না পাইরিবা পুম্নমক ঐঙোন্দদি কবি অমত্তা উবা ঙমদে পুম্নমক পুমহাঙ হাঙলে, মসি নং কায়নবদগীনি। নং কায়নরবসু নংগী খোইথুল্ল নুংশিরবা নাম শ্রীকৃষ্ণ, গোবিন্দ, নারায়ন "গোপীজন বল্লভ" অসিনচিংবা নামশিং অসি শোল্লগা কপ্না কপ্না লেনবা তারে। পুন্সি। অসুম্না শ্লোক অসি বিপ্রলম্ভন রসকী খমথেংবা খুদমনি।

বিপ্রলম্ভন অসিদি শ্রীমতি রাধিকা অমদি শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভূতদা লৈবা য়াই। ইবুংঙো কায়নবদা ইবেম্মসে দশমিক দশা তাখিদো। দশমিক দশাদি - জাগর, উদ্বেগ, চিন্তা, তানবাঙ্গ, মলিন্তা, প্রলাপ, উন্মাদ, ব্যাধি, মোহ মৃত্যু।

**ঈশৈ**

ব্রজ ভাবতা লুপ্লদুনা গৌর,
রাধামক্লা খন্দুনা হায়রকই।
কদায়দা লোখিরে নিংথিবা শ্যাম,
ননাই রাধাবু থাদোক্লুনা নংনা।

M

জগৎসে পুমহাঙ হাঙলে মমখরে,
হা কৃষ্ণ নংবু উদমক্তদা।
মিকুপমত্তং নং কায়না ৱাখলনা,
যুগ অমগুম্লে রাধাগী পুন্সি।

ৱাখলগী লংলা লংজিন পূনখরে,
জ্ঞান মাঙলে ঐদি অঙাওবী ওইরে।
খাম্বা য়াদ্রবা প্রেমদি শিন্থুরি,
নোংজুথা নোংগুম লেপ্লা লৈতনা।

নুংশিবা কৃষ্ণনাম শোঞ্জদুনা
হিংজরি রাধা তুমদ, চাদনা।
খাঙবদা ৱাবে হা কৃষ্ণ লাকও,
শিরবা রাধাবু কল্লেরাওনে ।।৭।।

## শিক্ষাষ্টক নিপালশুবা (সিদ্ধিগী নিষ্টা স্বরূপ)

আশ্লিষ্য বা পাদরতাং পিনষ্টু মা
মদর্শনাম্মইতাং করোতুবা।
যথা তথা বা বিদধাতু লম্পটো
মৎ প্রাননাথস্ত স এব নাপর: ।।৮।।

অন্বয়: স (কৃষ্ণদো) পাদরতাং মাং (চরনগী মনাইনুপী ঐবু)
অশ্লিষ্য (আলিঙ্গা তৌবিদুনা) পিনষ্টু (বক্ষদা থম্বীরসনু) বা (নৎত্রগা)
অদর্শণাৎ (উহনবিদ্রদুনা) মমইতাং (থম্মোই কাইহনবা)
করোতু (তৌবিসনু) বা (নৎত্রগা) স (অদুগুম্বা মানা) লম্পট

(অউ অউবা পান্বা) লৌনম্বা যথা তথা (মফম মফম খুদিংদা)
বিদধাতু (বিহাব তৌবিসনু) তু (অদুবু) সত্রব (মহাক্তনা)
মৎ প্রাননাথ (ঐগী থব্বাইগী মবুংঙোনি) ন অপর: অতোপ্পা করি
অমত্তা নত্তে।।

ব্যাখা

শ্রীরাধাভাব ভাবিষ্ট ওইরবা শ্রীমহাপ্রভূনা নাক্তা ফম্লিবা রায় রামা নন্দবু ললিতা সখীনি খন্দুনা হাযবকই! হে ইতা! জগৎনা হায়নসনু কৃষ্ণ মাবু দয়ামযসু ওইসনু, কপট প্রেমী ওইসনু নিষ্টুরসু ওইসনু, মসিক ওইসনু ওইর্নিংবদা ওইসনু বাধা ঐদি মাগী মনাই দাসিনি ওইখ্রবনি। থব্বাই হকচাং মঙোন্দা মমল যাওদনা কৎখ্রবনি অদুনা হে ইতা! ইবুংঙো মানা মনাই নুবী ঐবু হবাও তুজংনা অলিঙ্গন তৌবিসনু নৎত্রগা কায়না মৈশা লাংহল্লসু ঐগী প্রান নাথনি হায়না খাঙবা তাই। ঐগী হকচাংগী মপুসু মানি থব্বাইসু মাগীনি। মাবু পেলহনবনা বাধা ঐগী নুংঙাইজবনি, মানা পেল্লগা ঐগী অপেনবনি ঐনা মাগী দাসীনিনি। হে সখী নখোইনা মান তৌ হায়না ইনশিনবদো করি কান্নগনি, ঐবু মানা নুংশিবিদ্রবসু ঐনা মাবু করিগী নুংশিরোইদৌরিবনো? অসুম্না রাধা কৃষ্ণ অনিগী মরক্তা ভাব বন্ধন প্রেম বন্ধন লৈরিবসি কায়নরবা য়াবা ফিভমদা ফাওবা সুককাই কায়হন্দনা থম্মী। লাইগী মপোক্তা চহী কয়ামুক পোক্কুনসু গোপী নখোইগী লমন শিংবা ঙম্লরোই হায়না - শ্রীমুখমক্লা তাকপিখ্রে। অদুনা শ্রীমতি রাধিকাগী মান ভঞ্জনগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণসে স্বয়ং ভগবান ওইজরসু "দেহি পদপল্লব মুদারম" হাযদুনা শ্রীরাধাগী চবন্দা তুখ্রিবা অদুনি।

## শৈরেং

তাকপিরে গৌরনা মনাই রামানন্দদা,
হায়যুনে হে রামা, রাধা শ্যামগী প্রেম বন্ধন।
কৃষ্ণ উদবদা রাধাগী প্রেমগী মৈচাক,
নিংশিংলক্লে গৌর রাধানি খল্লক্লে।

(রাধা ভাবতা চংলে)

M

নুংশিবা মিৎয়েংনা য়েংবিরসু রাধাবু
ঐগীদি ইবুংঙোনি চরন' মনাইনি।
শ্যাম মাগা অতোপ্পা সখীগা শান্নবদা,
কায়খ্রসনু থম্মোই মচেৎ মচেৎ তানা।

মীনদি হায়নৈদো লৌনম্বা কালাচান্দ
রাধা ঐঙোন্দদি থম্মোইগী মনিনি।
কৃষ্ণনা পেল্লগা ঐগী অপেনবনি,
মানা ৱারগা ঐগী অৱাবনি ইতা।

**ব্যাখা / ঈশৈ**

বিশাখা সখীনা তল্লরে রাধিকাদা
কৃষ্ণদি লৈহৌই চন্দ্রাবলি কুঞ্জদা।
শান্নহৌই কৃষ্ণ, থাজ ইপোমলক্তা,
নুংশিবা শ্যামগী মিৎয়েং তাবিদুনা।
মান তৌরে রাধিকাদো মবুংঙোবু উনিংদ্রে,
হে বিশাখা! চংহল্লক্কনু লৌনম্বা শ্যামদো!

লেপ্লরে কৃষ্ণনা যোগী ফি শেত্তুনা
রাধাগী চরন্দা তুদুনা হায়জরে।
হে রাধে চান্নবী মান তৌরগনুনে,
হাপ্পিয়ু প্রেম ভিক্ষা ইংজগে থম্মোইসে।

শ্যামগী মোমোন মিনোক শুমহৎপা শক্তম্নু
উবদা রাধানা প্রেম ইথক হৌরক্লে।
চিংনা য়েংজৈ শ্যামগী ইংলবা মাইথোং থা,
নোংইন কৌবী চেক্লাগুম অমৃত চুপচরি।

**ব্যাখা**

প্রেম ইপাক্তা তাওরে রাধা কৃষ্ণনা
পূন্না ঙাম্ভোরক্লে কুঞ্জদা অনিনা।
হে রাধে নংগী প্রেম ফংনিংবনা, ঐনা,
চন্দ্রবলী কুঞ্জদা চৎলুবনিনে।

রাধে নংনা ঐগী থৱাইনি হকচাংনি,
থান্নবা য়াদ্রবা নং ঐ প্রেম বন্ধন্নি।
কয়াদা হ্রাওজৈ গৌরঙ্গ প্রভূনা
নিপালশুবা শ্লোক থিরক্লে
রাধা কৃষ্ণগী প্রেমদা লুপ্তুনা ।।

*"আশ্লিষ্য বা পাদরতাং পিনষ্টু মা,*
*মদর্শনাম্মইতাং করোতুবা।*
*যথা তথা বা বিদধাতু লম্পটো*
*মৎ প্রান নাথস্ত-স-এব নাপর "* ।।৮।।

মতাং অসিদা ঈশৈদা শিজিন্নগদবা শৈরেং অমদি ব্যাখানচিংবা অদু খরমখৈদি লোইজরে। শিক্ষাষ্টক্কী রস খরদং শ্রী গৌরমনি শর্ম্মানা ইবা লাইরিক্তগী লৌথোকচবনি।

শ্রীহুইদ্রোম ভরত (ভূবন) সিংহ

M

# প্রভাস যজ্ঞ (রাধা কৃষ্ণ মিলন)
# ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়
# শ্রীমদ্ভাগবতম (দশম স্কন্ধ)

## গুরু বন্দনা

ওঁ নারায়নং নমস্কৃত নরঞ্চৈব নরোত্তমম।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ ।।

---

হে কৃষ্ণ করুণাসিন্ধো দীনবন্ধো জগৎপতে গোপেশ
গোপীকা কান্ত, রাধা কান্ত নমো স্তুতে ।।

**মণিপুরী**

থৌজালগী সমুদ্র ওইবা হে কৃষ্ণ অতোনবগী মবুংঙো জগৎকী মবুংঙো, গোপগী ঈশ্বর ওইবা, গোপীগী অমদি রাধাগী মবুংঙো নংবু হন্না হন্না খুরমজরি।

---

**স্মরণ মন্ত্র**

জয়তি জননীবাসো দেবকী জন্মবাদৌ
যদুবরপরিষৎ স্বৈর্দো ভিরস্যন্নধর্ম্মং।
স্থিরচরবৃজিনঘ্ন: সুস্মিত শ্রীমুখেন
ব্রজপুর বনিতানাং বর্দ্ধয়ন কামদেবং ।।
স্মৃতে সকলকল্যাণভাজনংযত্র জায়তৈ।
পুরুষং তমজং নিত্যংব্রজামি শরণং হরিং ।।
বিদগ্ধ গোপাল বিলাসিনীনাং সম্ভোগ চিহ্নাঙ্কিতর্সর্ববগাত্রং।
পরিত্রমাগ্নায় গিরামগম্যং ব্রহ্ম প্রপদ্যে নবনীতচৌরং ।।

---

**মণিপুরী**

জীবপুম্বগী তুংনফম দেবকীগী মচা যশোদাগীসু মচা ওইবা, দেবকীনন্দন হায়না খঙনরবা, ব্রজাবাসী অমদি যাদবশিংনা থোং ওইদুনা

জগৎকী অধর্ম্মগী মপৈবু তকথোকপীবা অচৎ- চত্তা জীব পূম্বগী অৱাবা কোকপিবা, মোমোন নোকপগী নিংথিরবা মাধুর্য্য ওইবা মাইথোংনা গোপীকাগী অমসুং দ্বারকাগী মহারাণীশিংগী থম্মোই প্রেম ইপাকপু তত্তনা হেনগৎহল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইসনু। নিংশিংজরবা জীবনা মখল পূম্বগী কল্যান পাত্র ওই, পোকপা শিবা লৈতবা অরেপ্পা মশক ওইবা শ্রীহরিগী চরন্দা ঐনা চংজরি। প্রেমরসনা রসিকা ওইরবী ব্রজ গোপীশিংগী সম্ভোগ চিহ্ননা হকচাং পুম্বা নিংথিজরবা বেদগী ৱাহৈনা ফংঙমদ্রবা মাখন হুরানবা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা ব্রহ্মগী চরন্দা চংজরি। ব্রজ গোপীশিংনা নংগী লীলা রূপ গুণ, শক্তুনা অতিয়াদা মাইকৈ তরাগী অমঙ্গল মপৈবু তাকথোকখি।

# য়াওফম তাকপা

M

M

# শ্রীমদ্ভাগবতম (একাদশ স্কন্ধ)

## যদুবংশ ধ্বংস

# ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়

চতুর্মুখ ব্রহ্মানা মচা নারদ য়েংদুনা হায়রকই :- য়েংউ নারদ ! সিদামগী শাপসু লোইরে চহী ১০০ ফারে ইবেম্মা রাধানা চাদ থক্তনা খাঙলক্লি কৃষ্ণ প্রেমগী মৈচাক্লা লীলগী হুগুম ঙাওদুনা খাংফম খঙদনা লেল্লি কৃষ্ণ শোন্দুন দিবা নিশি অহিং নুংথিল নাইদনা। শ্রীকৃষ্ণনা রাধাবু নিংশিংবিদ্রে থৌওইবিদ্রে, লৈমা লিশিং তরাতরুক চামনিপালগা নুংঙাইনা লেল্লিবা, গোলোক্কী হরিনা সংসারগী মায়াদ তাওদুনা - মায়া চংদ্রবা হরিনা। পুমকাও কাওখ্রে ইবেম্মা রাধাবু।

**রাধাগী অৱাবা**

কৃষ্ণ কায়না - মৈনা চাক্লুনা রাধানা
অশিবগুম লেল্লি কপ্পুনা অহিং নুংথিল।
কপ্পনা পোথারি কৃষ্ণবু কৌদুনা,
গোপ - গোপী পুম্বা অরা মৈচাক খাঙলি।

শাপ মশিং পাদুনা ইবেম্মা রাধানা
উবিদ্রবরা হে মাধব ননাইবু '?
কাওথোকপিবে হে শ্যাম নুংশি হৈত্তেদকো,
লেল্লি নংনা তাইবং লীলা শান্নদুনা।

নুংঙাইবরা হে শ্যাম দ্বারকা ইবেম্মশিংগা,
নচা নশুশিংগী কুম্মৈ য়েংদুনা।
নংবু গোলোক্কী মবুংঙো কৃষ্ণদুনিকো,
কাওরবরা নংগী লোইনবী রাধাবু ।

## রাধা তত্ত্ব

ব্রহ্মানা তাকপীরকই হে নারদ চংলু ব্রজ বৃন্দাবন্দা ইবেম্মা রাধাবু ভক্তি তৌনা খুরম্নগা শাওদনবা থেমজিল্লু। নুমিৎ মশিং হেল্লে খঙলিবা রাধানি। শাপ্না মরম ওইদুনা খাঙলিবনি ইবেম্মা। হে নারদ য়েংউ ইবেম্মগী শক্তিদি মপান নাইদে।

(১) আদ্য শক্তি ওইবী গুণ অহুম লৈতেংবী
রজগুন্দা পৃথি অসি সৃষ্টি তৌই।
সত্ত্ব গুন্দা য়োকপি থাকপিবিবনি,
তম গুন্দা প্রলয় তৌরিবনি অমুক।

(২) কৃষ্ণদা লৈরিবা শক্তি অদুমক
ইবেম্মা রাধাদসু লৈরির্বান খঙউ।
মরমদি কৃষ্ণগী হকচাং তঙ্খায়না
ওইখিবী রাধানি, প্রকৃতি শক্তমনি।

(৩) পৃথ্বি অকাশ, পতাল সৌরজগৎ
বাধা কৃষ্ণ অনিনা শেমখিবনি।
প্রকৃতি পুরুষনা শেমখি জীবিশিং
বাধানা পঞ্চভূত কৃষ্ণনা আত্মানি।

ব্যাখা

উন্নৌকো নন্দ যশোদাবুসু। গোপীশিংনা করম তৌরিগবা। গোপীগী প্রেম সেবা ভক্তিদা ঙাওরিবা শ্রীকৃষ্ণনি।

য়েংউ নন্দ যশোদানা মচাবু কৌরি,
রাখালশিংনা কৌরি হে ইতাও কহৈয়া।
যম্বী যন্নাওশিংনা শজিক চাদনা
খোংলি শ্রীকৃষ্ণবু মধুপুর ওন্দুনা।

M

**পাউ অসি হায়রগা চৎলুকো দ্বারকাদা**
**দর্শন তৌজৌ শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি তৌনা।**
**সিদামগী শাপ মতম লোইরে হঙ্গৎলুকো**
**রাধা কৃষ্ণ উন্নবা মতম ওইরক্লে।**

# নারদ মুনিনা বৃন্দাবন্দ চংলকপা বৃন্দাবনবু ঙক্ত ফী য়েক্তুনা খুরমজে।

## শৈরেং

লেংঙকলে নারদ ঋষি বিধিগী য়াথং ইন্না,
শ্রীর্‌াধা কৃষ্ণ অনি, উননবা ৱাখন্না।
মুর্ষনা কৌবা তান্দা, খোংলি বীনা যন্ত্রবু
নারায়ন নাবায়ন শোন্না, তাংথক নাইদ শুরনা।

খরা চৎলগা উরে, অথোইবী শ্রীবৃন্দাবন,
শ্রীকৃষ্ণ লৈতবনা, পুমচিক চিক্লে শ্রীধামদো।
চৎখি মাইকৈদা, হরাওখোন তাখিদরে,
অমম্বগী ঈপাক্তা, লৃপশিনবগুম তৌরম্লে।

কোকিল খোম্বাং শুদরে, ৱহোং জগোই তাদরে।
চোংঙা তেনৱাশিংগী নুংশি য়াৱা তাদরে।
ঙানু কাংঙশিংনা ইথক্কী জগোই শাদরে,
পোম্বী চেক্লা পৃম্নমক মতু ইপোন পোনখরে।

পুখ্রি খোংবান্নচিংবা, য়াং কংলে ঈশিং লৈতরে,
ঈশিংগী জীবশিংনা হরাও মথোই কাদরে।
ঈশিংদা শীঙেল থম্বালনা ফুগাইনা শাত্তরে,
খোইরাবা খোইবু ইন্দে, থম্বাল লৈহী চুপ্তরে।

লম্বীনাক্তা হৌরে তুম্বৌনা ইথন থল্লে,
অশংবা নাপী অমত্তা উবা ফংদরে।
গোবর্দ্ধন তময়া ইকোক কোক্লে ইকং কংলে,
ষণ শজিক চাদবে খোংলি মধুপুবরোমদা

কৃষ্ণবু কৌজবি হম্বা হম্বা হায়না,
ষন্নাওন মপীগী শঙ্গোম নিংখিদবে।
হৈবাং লৈবাংগী জাৎ নিংথিনা শাত্তবে
পাম্বা ফা ওব ইকং কংলে খুইথরে।
হৈবাং মুন্দরে হৈজিং মপুং ফাদরে,
মতাও যাওদবে হামপেৎনবে শীগংলে।

**ব্যাখ্যা**

পুর্মাচক চকিলে মপু লৈত্রবা কুঞ্জবন,
লাইবক থীবি ওইবে কৃষ্ণগী শান্নফম।
নাবদ পুমঙক ভুকখবে দৃশসি উবদা,
নিংশিংই বৃন্দাবনচন্দ্র শ্রীকৃষ্ণবু।
নাবাযন নাবায়ন খোংলে বীনা যন্ত্র
চৎলি কাযদ কাযদ ব্রজগী লম্বীদা।
উবকলে নাবদনা সিদাম সুদাম্নচিংবা
গোপশিংন তেংথাদুনা কপ্লদো।
হে ইতাও নংদি চৎখবে দ্বারকাদা
আশাগী মৈবিদি মুৎলি মুৎলি চাক্লি।
শাগৎলম্বা ৱাখলগী দলান নিংখাইখবে,
খুত্তা পাযবা মনি মংলান ওইবমলেদো।

M

## নারদগী বীনা যন্ত্রনা বাঁশি মান্না খোংবা

হে বীনা যন্ত্র নং ঙসিসিদি
শোল্লু রাধানাম বাঁশি শুর মান্না।
ব্রজদদি শ্যামগী বাঁশি নত্তনা,
তানিংদবনি অতৈ যন্ত্রগী শুর।

অঙকপনি বীনা, চপ মান্নরে,
শ্যামগী বাঁশিগী শুরগা খেন্নদে।
নুংঙাইনা চৎলি নারদ লম্বীদা,
রাধা রাধা নাম তত্ত' শোন্দুনা।

বাঁশি খোঞ্জেল তাবদা জীব পূম্বা,
শ্যাম লাকপরা খন্দুনা চেঙ্খোকই।
ওইরমদে বাঁশি, বীনানা খোংবনি,
নাবদনা চৎনা চৎনা লম্বীদা।

## রাধিকাগী শ্রীকৃষ্ণ ধান

শঙ্গাই মন্দিরদা ফম্লি রাধা য়া ঙাংদ,
কৃষ্ণ প্রেম্না থম্মোইনুংদা চাক্লি।
কংলে য়াংদি তিন্না চিকপা লৈগুম
চিংশিল্লি থম্মোইদা কৃষ্ণ রূপ্পু।

### শৈরেং

কৃষ্ণ ফংনিংবা ৱাখন্দা লুপলি রাধা
মপানগী জ্ঞান মাঙলে করিসু তাদরে।
প্রান মঙা লেংদনা পূন্না লৈখরে
কর্ম্ম জ্ঞান পূক্লিং লোইনা তিন্নখরে।

শিঙ্থুরি মিংলু পিবাং তত্তনা রাধা,
নোংজুথাদা চুবা মখোং কুংল নোংগুম।
অমুক কপ্লি অমুক নোকই ইবেম্মা,
জ্ঞান মাংলে রাধা লৈমাইথক্তা ৱাঙ্থে।

ঈশিং চাইদুনা লাকনৈ, ললিতানা
বিশাখানা তম্পাক্তা মোন খাংহল্লি।
জ্ঞান লাকই ইবেম্মা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি,
হা কৃষ্ণ রাধাগী ৱাবা উবিদবা?

থম্মোইনুংদা লাৎচৈ কৃষ্ণগী মুর্ত্তি
প্রেম সেবানা লৈবাং ওইনা কচ্চরক্লে।
পেনবিযুনে হে শ্যাম রাধাগী থম্মোইবু
তিঞ্জগে থৱাইসে চবন থম্বালদা শ্যাম।

## রাধিকাগী ধ্যান কায়বা

ইবেম্মা ইহা হাদনা তাকপীবকই
কৈদৌরে বৃন্দা নখোইনা লাংলিবসে
হবা ও মথোই কাবসে করী তৌরবগে,
কবি পা ও তাববগে নখোয় ময়াম্মা।

বৃন্দানা মোমোন নোক্তুনা খুম্লকই,
তাবিয়ু বাধে, শ্যামগী বাঁশিমকনিসে?
খোংলিবসে রাধা রাধা কৌরিবসে
কয়া নুংশিবা থম্মোই ইথক হৌরেনে।

M

হায়রকই ইবেম্মনা বৃন্দা য়েংদুনা,
বাঁশিগী মরোলদি রাধাতনা খঙই।
য়েংউ সাধু অমন খোংলিবনি
বাঁশি খোঞ্জেল মান্না লম্বী চৎনা চৎনা।

শ্যামগী বাঁশি শুর হেক তাজবদা,
তু চুংগনি (হকচাং) কদম মপান শাৎপগুম।
হকচাং নিক্কনি কন্দর্প ইথক্লা,
পুক্লিং লৈতাফম খঙলোই চৎনিংবনা।

বাঁশি খোঞ্জেল তাবদা লৈফম খঙলোই
চিংগনি থম্মোই নিংদোন চোংগনি।
কামগী তেন পান্দুনা শজি অমোমগুম
লেঙব ঙমলোই হকচাং পঙথগনি।

ইকাই খঙদ, চেনগনি মনাক্তা
মাবু উনিংবনা খোইরাংনি থম্মোই।
অসিগুম্বা খুদম অমত্তা ফংদে
শ্যামগী বাঁশি নত্তে হায়রিবসিনি।

## তাকপিরে রাধানা বৃন্দা সখী য়েংদুনা

চৎলু বৃন্দা নং থিন্দনা য়েংউ সাধু অমা
লাক্লমগনি। লেপহল্লু বাঁশি মান্না খোংবদু।
লাক্কনি যশোদা ইমা মচা শ্যাম লাক্লবোই নিংদুনা।

**শৈরেং**

থোরক্লে বৃন্দা সখী থোংগান্দা
ইবেম্মা রাধাগী য়াথং পুদুনা।

লাক্লা উরে সাধু অম লাকপা,
অচৌবা অঙৌবা যটানা কোক্তা।

পীশুম কোইনচিংবনা পুমঙৌ ঙৌ,
মযাং কংলপ মরেপ ব্রাংলপ তৌবা।
য়েংবদা মগুণ লৈবা শকফমনি,
মঙান্না নুমিৎকুম ইরং লংবা।
ওইগী খুৎনা পায়রি বীনা যন্ত্র
খোংলি বাঁশিগুম নুংশিবা শুর।
খল্লি বৃন্দান নাবদ ওইবা তারে,
খুবমজরে খুৎ অনি লোন্ননা।

## ব্যাখা

[illegible] ওকউ হায়না লাকর্পানি, যাম্না খৌবাংনা ঙাইহৌই ইবেম্মানা। মুনিনা [illegible] ঐনি নাবদ হাযবদো। বিধি ব্রহ্মাগী মচানি, রাধাবু দর্শন তৌশে লাকর্পানি। কৃষ্ণনা হঙ্গৎচৈ অমুক্তা লেপ্লিয়ু বীনা খোংবদো বাঁশ মান্না। নাগোক ওইগনি। ইবেম্মনা হাযজবকই মুনিবু, লেঙশিনবিবকউ ইবেম্মগী যমদা। রাধানা উবক্লে দিব্য জ্ঞান্না লাকইবসে সুব ঋষি নাবদনি। বিধি ব্রহ্মানা মচা ঋষিবু থাবকপনি ঐবু উন্নৌ হায়না।

## লেংথোরক্লে ইবেম্মা রাধা নারদবু ওক্লবা সখীশিংগা লোইননা থোঙ্গান্দা

ঙাইজরি নাবদ ঋষিবু রাধানা,
ইবুংঙো শ্যামগী মপাও তানিংবনা।
কস্ক কাযন মৈচাক মাইহিং কাববী
শরং থাবু লৈচীলনা কুপ্পগুম।

M

# নারদনা রাধাগী দর্শন ফংজবা

লাক্লে নারদ বৃন্দা সখীগা
থুংলরে ইবেম্মগী নাক্তা।
গোলোক্কী মবেম্মা রাধাগী মুর্ত্তি,
উৎপিরে মনাই নারদগী মাংদা।

নুমিৎ মঙাল থাজ মাইথোং ঙমজবী
রাধাবু দর্শন ফংজৈ নারদনা।
ঙক্তা ফি য়েত্তুনা নারদনা
খুরমজৈ ইবেম্মগী চরণ শোক্লা।

মায়া তৌরদুনা ইবেম্মনা,
করিগী খুরমলি গোপী ঐবু।
কৃষ্ণনা হুন্দোকলম্বী রাধানি,
ঐমুক তোনবা লৈতরে জগত্তা।

ইবেম্মগী ৱা তাবদা ঋষিনা,
কয়াদা ৱাজৈ পুক্নিং লৈতাদে।
লৌনম ৱাঙাং থাদোকপিয়ু ইবেম্মা,
ননাই ঋষিবু অমুক্তা চানবিয়ু।

কৃষ্ণদগী তোপত্রবী ইবেম্মা,
মুন্না খংজৈ ননাই ঋষি ঐনা।
অদ্যা শক্তি ওইবী নহাক্নি,
হ্লাদিনী শক্তিশু ওইবিনি।

গুণ অহুম্না লৈতেংবী ইবেম্মা,
ব্রহ্মগুগী মবেম্মা নহাক্নি।
ব্রহ্মলোক্তা ব্রহ্মাগী সাবিত্রীনি
বৈকুন্ঠগী লক্ষ্মীদো নহাক্নি।

কৈলাসতা দুর্গা হায়বিদু নংনি,
কেশবকী চান্নবী সরস্বতীনি।
গোলোক্তা রাধিকা হায়বীদুনি,
ব্রজদা আয়ণগী ভর্য্যনি নংদি।

জগত্তা প্রেম য়েনবিগে হায়দুনা
লেংথরকপনি নবুংঙোগা লোইননা
গোপ শাগৈদা পোক্লবনি নংনা,
ভক্ত বৈষবকী পেন্নবা হায়না।

নংঙোন্দগী পোকখিবা ঙাক্লি,
প্রকৃতি হায়বদুসু নহাক্লি।
মমাই মগুা পানবা শঙ্করনা,
মতোক লিশিং পানবা অনন্তনা,
শকচবা লোইদ্রবা নগুন্নি।

## রাধিকাগী ধ্যান অহুমগী শ্লোক থীবা নারদনা।

স্নাগী কুচুনা লৈতেংবী রাধিকা
অশংবা ফীগে থোনবী থম্বাল লৈনম্বী।
শজি মিত্তা ঙম্বী খম্নাংচাৎকুম তথকপী,
মহাভাব লৈতেংবী শ্যামগী পুক্লিং হুবী।

শ্যামগী মাইথোং থাবলদা নোংইন ওইবী
কাম কোটি হেল্লিবী, শ্যাম্বু শুমহৎলিবী।
চেংনা নৌর খ্বাংদা কিঙ্কিণী লাকলিবী,
খোংথাং খুদিং কিনি কিনি নিল্লিবী।

M

নুপীলক্তা অথোইবী, রাসকী মবেম্মা,
জগোই খুথেক নৌনা লৈবদা ফজবী।
নুপুরনা লৈতেংবী রুনু ঝুনু নিল্লিবী,
খোংজি খুজিনা নোং থাংগুম লংলিবী,
চংজরি ভানুগী মমোম নিংথিবী রাধে।

## ব্যাখা

নারদন অমুক ইবেম্মগী শ্লোক নিপাল অমুক থীরকই পুক্লিং চংনা লৈশি লৈথোন্দুনা। তাবদা রাধানা পেনবগী ঙমখৈ লৈতরে অদুগা তাকপীরকই নারদগী মফমদা "ওক্লে ওক্লে ঋষি নংগী স্তুতিদা রাধা ঐ পেল্লে মখা চথরনু" হোম তপ জপ খঙবা ঋষি নংঙোন্দা করি বরসু পীগাদ্রা তোল্লবী গোপীনা। রাধা ঐনা হে নারদ নংঙোন্দা পীগদবা বরদি অতৈ লৈতে "কৃষ্ণদা ভক্তি রতি লৈবা অদু লেপ্পমক ফংজরো ।।" ইবেম্মনা নারদবু চাক পীজনিংদুনা ব্রালহৌশংদা পুশিনর্বিরে। ফিদা অম থাদুনা ফমহল্লে, পোথাহল্লে লুক হৌবা ঙাইনা ঙাইনা। মতা সখীশিংনা থোং থাক্লদবা পুম্নমক শেমহল্লে। ইবেম্মনা মতম খরগী মনুংদা মথেল লুকোই লোইরে। তুলসী পত্র য়াওনা কৎলে চাক ইনশাং শ্রীকৃষ্ণদা ধুপ দীপ বর্ত্তিনা কৎচরে। ঋষিনা হরাও হরাও হারে প্রসাদি অমৃত হেনবা চাবদা ফংঙমদ্রবা। ইবেম্মনা হৌবা প্রসাদি ফংবদা পুক্সিগী ওইনা নারদদো অরাম খৌরাংবা অমত্তা লৈরেরোই।

**নারদনা হাইরকই চৎলো নখোই ময়াম**
**ইবেম্মগা ঐগা ব্রারি শান্নখিগে ।**

ঋষিনা রাধাবু খুরমদুনা হায়জৈ
তাবিয়ু রাধা কৃষ্ণ অনি উনরগনি।

কৃষ্ণনা প্রভাস যজ্ঞ অমা কৎকনি
রাধা কৃষ্ণ উন্ননবা শিনবনি।

তাকপিরে রাধানা নারদ য়েংদুনা
চৎলো চৎলো ঋষি কায়দনবা শিল্লু।
নবুংঙোদা হঙ্গৎলু রাধাগী অৱাবা
ইবুংঙো মাবু উরগা থৱাই থারগে।

রাধাবু খুরমদুনা নারদ লেঙখরে,
বীনা খোংদুনা নারায়ন নারায়ন।।
গোপীশিংনা রাধাবু খুরমজরে
ইবেম্মা মাগী মগুণ খংলদুনা।
রাধাসিদি গোলোক্কী মবেম্মনি
খল্লুরে মাবু অচম্বা নুপী ওইনা।

## নন্দগী কোনুংদা নারদ লেংঙকপা

নন্দগী কোনুংদা নারদ লাক্লে। নন্দ হৌগৎলে নারদবু খুরমজরে। পুজা কচ্চরে চেং থোইদিংনা। খুৎ লোন্ননা হঙ্গৎচৈ ঋষিগী মফমদা লেংঙকপগী মরম। তাকপিরকই নারদনা নচা কৃষ্ণবু উননবা শিনগনি য়াম্না থুনা। নন্দনা খোন্থাংদি তানিক - তনিক্লা মচা নুংশিবগী প্রেম্না খাংবা ঙমদনা কপ্না কপ্না হায়রকই -

কোকিল মরুম্বু ঙানুনা কোন্দুনা
মচা ওল্লগা হেক্তা পাইখিদো।
ঙানুনা মচাবু য়েংদুনা লৈ,
পুঙমদ্র থম্মোইনা কয়া ৱাজবা।

স্বর ফুল্লে নন্দ ব্রা ঙাংবা থোক্তরে
ব্রাম্থদুনা তারে লৈমাইথক্তা।
কমণ্ডলুদগী গঙ্গা জলনা,
খিকপিরে নারদনা নন্দগী কোক্তা।

জ্ঞান তারে নন্দ তপ্পা হৌগৎলে,
তোক্তরে কপ্পা হেন্না কপলক্লে।
করম কাওসিগে ইচা গোপালবু।
মৈতালনা ব্রাখৈর কান্দা কাওগনি।

নন্দনা মচা কৃষ্ণ নিংজবা
পুমঙক ঙকলে নারদ ঋষিদো।
নংগী প্রেম অসিদা ধন্যানি ধন্য
নংগী মপোকসিদি পুন্যানি পূন্য।

## ব্যাখা

মুনিবর অথোইবা নারদগা নন্দ নিংথৌগা মপু মনাই লেংঙকলে যশোদান লৈবা শঙ্গাই কোনুংদা। মতম অদুদা মচাবুতা খন্দুনা লৈরবী যশোদা রানীনা ব্রা মচেৎ অমা ঙাংদনা মপানগী জ্ঞানগী পুম্নমক মাঙদুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরম্মী। ধনিষ্ঠানচিংবী চান্নবী সখীশিংনা মুনি লেঙঙকই হায়না হঙ্গৎপদা যশোদান হৌগত্তুনা ভক্তি তৌনা পঞ্চাঙ্গ প্রণামদা খুরমজৈ নারদবু কোক্তা ফী খুমদুনা।

## শৈরেং

কপ্লক্লে যশোদা মচা কৌদুনা
হা গোপাল ইমানা কৌবা তাদরা।
নুংশিদরা নমাবু কহেয়া,
ঙাওরে ইচাগী বাৎসল্য প্রেমদা।

অব্রাবা ইরৈদা লৈরকলে রাণী,
নোং খোংবগুম কপলম্বা লেপখরে।
ব্রাম্থখরে রাণী লৈমাইথক্তা,
তাদরে কৌবা নারদ মুনিনা।

যশোদাগী মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা,
উপাই য়েংলে রাণীবু হৌগৎনবা।
কৌহল্লে বীনাবু ইমা! ইমা!
কৃষ্ণমক মান্না কোকিলগী শুরগুম।

কোইনা কোইনা য়েংই রাণী তুংমাং
মচা কহ্নেয়াদি লৈরমদরে।
কপ্পদা মপুম থিৎলবী রানী,
মমিৎ ঙাংলে থম্বাল অঙাংবগুম।

কিরক্লে নারদ শাপ ফংগদবা
মিনমদুনা মচাবু কৌরুবা।
নারদনা হায়রকই হে যশোদা!
বীনানা কৌহনবনি ইমা হায়না
নংনা কপ্পা য়েংবা ঙমদদুনা।

## ব্যাখা

মুনিগী য়াথংসি তাজদুনা,
রানিনা খুৎ লোন্নন্না হঙ্গৎচৈ।
অমুক্তদি তাহনবিয়ু ঐবু
ইচানা ইমা হায়না কৌবদো।

M

নারদনা হায়রকই ব্রারুগনু
অব্রাবা পূম্বা শোয়দনা কোক্কনি।
উনহনগনি নচা গোপালবু ঐনা
তম্মুনি ব্রজগী পাও পুম্নমক।

মংলম্বা নোং হুমদোকপগুম নুংশিংনা
আশাগী থাবল থোরক্কে নোংমদোন্দা।
তাকপীরে নারদনা ঐ চৎলগে দ্বারকাদা
শিল্লগে নমা নচা উন্ননবা।।

## নারদনা দ্বারকা কোনুংদা লাকপা

ব্রহ্ম ঋষি নারদ থুংলরে
দ্ববকাদা বীনা যন্ত্র খোংদুনা।
শকচরি ঈশৈ কৃষ্ণ নাম শোন্দুনা,
নারয়ান নারায়ন চানবিয়ু ঐবু।

জগৎপু মায়ানা শুমহৎপীবা
মায়াদি চংদবা নংনি কৃষ্ণ।
গুণ অহুমসু চংদবা ভগবান
অচৎ চত্তা জীবগী থব্রাই ওইবা।

চংজরি চানবিয়ু নারদ ঐবু,
ঐনা লাকপগী মঙ্গল পীনৌনে।
ময়া থাদোকপীয়ু ঐগী ইফমদা,
শিঞ্জগে নংগী লীলাগী লম্বী।

অন্তর্য্যামি ওইবা ভগবান কৃষ্ণনা উবিরে মনাই নারদনা দ্বারকাদা লাকপদো। অচানব ঋষিবু খঙহনগে দ্বারকাদা কৃষ্ণনা শান্নবা লীলা

ঙকহনগে মাবু। উহনগে অচৌবা বৈভব, ফজবা ফুরা দলান কয়া কয়া সূর্য্য কান্তিবু ঙমজবা দলানশিংনা পরেং পরেং শাথ্রিবা ইন্দ্রগী অমরাবতিপুবদগী হেল্লবা বিশ্বকর্ম্মনা নিয়ম নাইনা শেমথ্রবা লৈমলিশিং তরাতরুক চামনিপালগী লৈনবা, নিংথিনা য়েক- খোৎলবা, ইমুংগী লৈতেংশিংনা অঙকপা ফংনা ফজরবা হৈকোন লৈকোন্না মফম চানা চানা শেমথ্রবা, মনম নুংশিবা লৈরাংশিংনা ফুগাই ফুগাইনা শাৎলিবা খোইমুনা ঙংনা ঙংনা পাইরিবা। মমল তাঙলবা পারিজাৎ পাম্বী হৌরিবা। লৈনম পুবা নামিবা নৃংশিৎনা হুমদুনা পুরিবা নুংশিৎনা হুম্বদা সমুদ্র ইথক্লা লৈবাইদা যৈবদা থোক্লকপা নুংশিবা মখোল পুন্নমক অসি উরক্লে নারদনা। মায়া তৌদুনা তাংবন্দা লেঙশিল্লি শ্রীকৃষ্ণনা পুমঙান ঙান্না পুক্লিং হুরবা শকফমদা।

যৌরক্লে নারদ দ্বরকা কোনুংগী
শন্নথোংদা বীনা যন্ত্র খোংদুনা।
নুংশিবা শুরনা কৃষ্ণ শোল্লি,
নাবায়ন নারায়ন হে অন্তর্যামি।
শিঞ্জগে রাধা কৃষ্ণ উন্ননবা।

মুনি লেঙঙকপদা থাজিল্লি থোংশংবনা ভক্ত বৈষ্ণব মুনি ঋষিবুদি থিংদবনা। মুনিবু উবদা শ্রীকৃষ্ণগী মশিং লাকঙমদ্রবা মশুশিংনা শান্নরম্বদগী চেনশিল্লক্লে মুনিগী মনাক্তা।

মশিং লাকঙমদ্রবা অঙাংশিংনা
শান্নরম্মী উফুল বাইফুল ইতৈ তৈনা
নারদগী বাং চাওবা পোক ঙৌনা হৌবা
অঙৌবা জাটা পূবদো উরক্লে।

M

তাংথক নাইদনা চৎলিবা নারদবু
অঙাংশিংনা তুং ইন্দুনা তান্নরক্লে।
কনানা বীনা যন্ত্র মুন্দুনা খোংলি,
কনানা মুনিগী ফী পায়দুনা চিংলি।
অকিবা খঙদবা কৃষ্ণগী মশুশিংনি,
শাউবসু তৌদে নারদ থোইনা হরাওজৈ।
মতৌ অসুম তৌনা শান্ন- শান্ননা,
য়ৌরক্লে কৃষ্ণগী মন্দির থোংগান্দা।

## শৈরেং

ঙাম্থোইবি কৃষ্ণনা স্নাগী আসন্দা
শংবান্না অঙ্গ কান্তিনা পুমলং লংনা।
স্না ফিগে থোল্লি গায়ত্রি লুগুণ থাংলি,
খোইখোইবা শন্নাং লেংপাক্তা জমজম তারি।

নৌনা নোংহৌ কুচুনা শ্রীঅঙ্গ ওইবা,
থবাক্তা ভৃগ্রু পাদ চিহ্ন লৈতেংবা।
কৌস্তুভ মনি ঙক্তা বনমালা থোনবা,
জগৎ শুমহৎপা শক্তমনি দ্বারকানাথ।

রুক্মিণী, সত্যভামা, জম্ববতী,
কালিন্দী, মিত্রবৃন্দা, নগ্নজিতা,
সুলক্ষনা সুশীলা লুচিংবী লৈমশিংনি,
লক্ষ্মী সরস্বতী দুর্গাগী লাংওন্নি।

শাওং শাদা ৱাৎপা লৈত্ৰবী লৈমশিং,
রাশিনা থৌগনবী মিংফম হোংঙমদ্রবী,
কৃষ্ণগী তুং ওইরপ ফমলি ইবেম্মশিং
ফাগী জুগাই তৌনদুনা ৱা ৱা নোক্লি।

## নারদনা কৃষ্ণগী মন্দিরদা চংলকপা।

চংলক্লে নারদ বীনা খোংলদুনা,
নারায়ন নারায়ন হে বিষ্ণু ভগবান।
লাকচবি ননাই নারদ দর্শন ফংনবা
চানবিযু নংগী লীলাদা ঙাওজবা ঐবু।

লেংখৎলি শ্রীকৃষ্ণ নারদবু উবদা,
খুবম্মী মুনিবু ভক্তি তৌদুনা,
নারদগা কৃষ্ণগা খুরম্না চপ মান্নে,
নারাযন নাবায়ন নুংঙাইরিদনা।

পাদ্য অর্ঘগী পোংনা পুজা কচ্চখি,
লেঙশিলহল্লে মুনিবু আসন মথক্তা।
চামোর থৌগন তৌই ইবুংঙো মশানা,
ইবেম্মশিংনসু খুরমজৈ মুনিবু।

পুমংক ওক্লে নারদ লৈমশিংগী সেবাদা,
লক্ষ্মীগা চপ মান্নবী রুক্মিনীনি।
মনাও সত্যভামা জম্ববতী পূম্বা,
রাশিদা গুন্দা অৱাৎ লৈতবীনি।

M

## নারদবু পীজ পীথকপা

রুক্মিনী সত্যভামানা অচা অথক
সন্দেশ লৌরুদুনা পীজরে নারদবু।
মনম নুংশিবা তাম্বুল পানা পীজরে,
কৃষ্ণনা হায় নং উদবা কুইরে নারদ,
জগৎ থুংনা চৎলিবা নারদ নহাক্লি,
করি পাও লৈ তম্মু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা।

## কৃষ্ণগী মশুশিংনা চেনশিল্লকপা

### শৈরেং

কদায়দগীনো খঙহৌদে চেনশিল্লক্লে,
মশিং লাকঙমদ্রবা কৃষ্ণগী মশুশিং।
মাং থাবা তান্নদুনা মরি মরি,
তান্নরি শ্রীকৃষ্ণগী তম্পাক ফম্বা।

অমনা অমবু পায়দুনা চিংথোকনৈ,
খরনা কৃষ্ণগী নঙ্গন্দা কোনশিল্লি।
তম্পাক ফংহৌদবা, নঙ্গন ফংহৌদবা
অঙাংশিং অমগা অমগ চিংথোক্লরি।

অঙকপনা থনবা কৃষ্ণগী য়ুম্বান লীলা,
খাম্বা য়াদে য়ৈনৈ তুপ তাপ তুপ তাপ।
কনানা কপ্পী কনানা ওল্লি লৈবাক্তা,
অঙাংশিংবু থেম্মী ময়া চংদবা কৃষ্ণনা।

উপাই লৈতে কৃষ্ণ অচান মিরাই নাইদে,
খুবাক খুদুনা নোক্লি মশুশিং য়েংদুনা।
নুংঙাইনা কুম্মে যেংলি লৈমশিংনা,
মবুংঙো মানা শান্নবা লীলাবু।

**ব্যাখা**

নাবদনা তুমিন্না খল্লি অঙকপনিদা হে কৃষ্ণ নংগী গৃহস্থগী লীলাসে। জগৎকী মপু ওইবা ভগবানমক্লা মচা মশুগীদা ঙাওবি। তোৎনা তিন্নবন' নুংঙাইবা মহৌশানি। লাপ্লা লৈখ্রবী কৃষ্ণতবু নিংজবী গোপীগী ম'কোক ওইবী বাধাবু কবম নুংশিবমগনি কা ওবল্লগনি। নাবদ ঐনা বাধা গোবিন্দা অনি উনহনগে হোৎনাবিবসে অবেস্থা তাবগদবা।

খঙহৌদনা নাবাযন নাবাযন শোল্লক্লে ঙা ওখিদুনা মথন্তা পুকানংগী বাখল নোংলৈ নুংশিৎনা হুমদুনা ঙাওবে খঙলদুনা অন্তর্যামী ওইবা ভগবান্না হংবিবকই হে নাবদ কবি ব্রা হায়গে লাকপনো ?

## নারদনা খুৎ লোন্ননা হঙ্গৎচৈ কৃষ্ণগী চরন থম্বালদা

### শৈরেং

মীওই মপোক্তা পোকপনা হে গোবিন্দ
পুম্নমক কাওখরে তাইওন্নরে পৃত্থা।
সংসাবগী বিষয়দা লুপ্তুনা ইবুংঙো,
থৌজাল হৈ হায়নবদো মমি শামখবে।

M

ভক্তগী মখা পোনবা ঐশ্বর্য্য তরুক
পূন্না লৈবা ভগবান নহাক্লি কৃষ্ণ।
ভক্ত প্রহলাদবু কনবিবা নংনি,
গজেন্দ্র মুক্ষ পিবিবসু নহাক্লি।

কাওরমাল্লে জগৎ সৃষ্ঠি মাঙবা তারে,
কনানা কপলি, ইবুংঙো নংবু কৌদুনা।
কনানা নোক্লি, ইবুংঙো নংবু ফংবদা,
অৱাবনা থনবা তাইবং জীবশিংনা।

## রুক্মিনী সত্যভামা অনিনা নারদ লাকপদা চিংনবা

চিংনৈ চিংনৈ নারদ লাকপসে ঐনা
হে সত্যভামা নংবু তারিবরা?
মী খৎননবা মন্ত্র শুংদুনা লৈবা,
ঋষিনি জগৎকী মনুংদা ফাওরিবা।

ফত্তবা লৌশিংদা তৌদুনা লৈরিবা
ৱাথোক ওইহল্লগা নুংঙাইরিবা নারদনি।
হন্দক লাক্লিবা খোংফম অসে ঐ খঙই,
রাধাগী পাও পুরকপা ওইগনি খল্লি।

তৌবা ঙম্বা শক্তিদি লৈবা নারদনি
ব্রহ্মগুসে মিকুপতা কোইবা ঙম্বনি।
পাওরৌ ওইনা ঙাংনরি নারদ মহাকপু
"নারদ - শাবিনু মী খৎননবা শিনগনু।"

## নারদ কৃষ্ণ অচিকপা কাদা ব্রজগী অৱাবা পাও মথং মথং লীবা

তাবিয়ু কৃষ্ণ ননাইনা হঙ্গৎচবা
ব্রহ্মাগী য়াথংনা চৎচরুই ব্রজদা।
তাকপীরকখি অসুম্না গোলোক্কী মপু
শ্রীকৃষ্ণনা লেঙখিবা মতম কুইরক্লে।

বাধা কৃষ্ণ অনি খোংদামিন্ননা
শান্নরম্মী ব্রজ - ব্রন্দাবন লীলা।
জগৎনা উঙমদ্র প্রেমগী রাস লীলা,
ভক্ত বৈষ্ণবনা তত্তনা শোঞ্জরিবা।

লেংবিখি মধুপুরদা রাম কৃষ্ণ অনিমক,
কংসগী ধুনর্যজ্ঞ য়াওরুনবা।
কংস বধ তৌখি লৈখি মধুপুরদা,
চহী নিপাল বৃষ্ণি বংশগা লোইননা।

মচা কৃষ্ণ ঙাইদুনা লৈরি যশোদা,
লাকখিনি হায়না চাজেনবী শম্বীগুম।
নন্দ নিংথৌ, যশোদা অনিমক্না
চেদা য়েকপা লাইগুম খাংদুনা লৈরিবা।

মধুপুরদগী অমুক বাসুদেবনা,
লৈরে কোনুং শেমদুনা দ্বারকাপুরদা।
নুংঙাইনা লেল্লে গৃহস্থ ধর্ম্ম চত্তুনা,
লৈমা লিশিং তরাতরুক চামনিপালগা।

M

চহী চামা হেল্লে সিদামগী শাপ লোইরে,
তাইবং লীলানা কৃষ্ণবু পুনশিনখরে।
গোলোক্কী মবেম্মা রাধাবু কাওখরে,
নোংমতবু নিংশিংবা লৈখিদরে।

শাওরম্মনি রাধানা কৃষ্ণ কায়না মৈনা
তমগুন্না লৈতেংদুনা প্রলয় ওইরনি।
বিধি ব্রহ্মানা তাকপিরকপা মতুং ইন্না,
চৎচরুই রাধাবু দর্শন তৌজরুই।
য়েংহৈদেদা রাধাবু থম্মোই কায়দা,
ঈশিংদা কেল্লবা শীঙেল থম্বালগুম।
থম্বাল মানবী শক্তমদো খুইথখরে,
হিংই হায়বা মঙাইরে হে বাসুদেব।

মরাল লৈত্রবীবু মৈনুংদা হুঞ্জিল্লল্লে,
শিঙম শিঙমদা লৈহৌবা নিংশিংবিয়ু।
গঙ্গানা ইহৌগুম শিন্থুরি মিৎলুদা,
"হা কৃষ্ণ ননাই রাধাবু কাওরবরা"?

নারদনা হায়ারকই নারায়ন নারায়ন
মপানগী মৈদি লায়বু লায়রি হে কৃষ্ণ।
অসিদগী হেন্না শাবা মৈনিনে হে শ্যাম,
মশক উদনা নুংদা চাক্লিবা মৈনি।

মৈগী চীংনা মতম অমদা পোকখাইবগুম
পোকখাইনি ইবেম্মা মানা শাওরবদি।
প্রকৃতি শক্তম ওইবী রাধিকানি,
কাওদনা কাওশিন্নবা তৌবিগনু শ্যাম।

য়েংবীয়ু রাধা কৃষ্ণনা বৃন্দাবন্দা,
শান্নবা লীলা নিংশিংনরি ভক্ত বৈষ্ণবনা।
ইবেম্মা মাদি প্রেমগী শক্তম ওইবীনি শ্যাম
থম্মোইদা কৃষ্ণ প্রেমনা পুজা কচ্চবিনি।

বৃষভানুগী মমোম ওইবী রাধাসে,
গোলোক্কী মবেম্মা রাধাদুনি কাওব্রা?
ধ্রুব প্রহ্লাদ যোগি ঋষি কয়ানা
রাধা গোবিন্দবু নিংজবা নত্রা ?
হায়খিবদায় হে শ্যাম নংনা নারদ ঐবু
মরোল অহুমদগী বৃন্দাবন্না হেল্লি
সখীশিংনা হেল্লি পুন্নমক্তগী অমুক
বাধা হায়বদো কৃষ্ণ ঐগীনি হায়দাই।

নুমিৎ মঙাল ঙমজবী ইবেম্মা রাধা
অৱাবা লৈচিলন কুপলে মকশিল্লে।
মৈবু উৎনা খুম্বগুম রাধিকা ওইরে,
কৃষ্ণ য়াওদবনা মঙাল থোক্তরে।

রাধাগী অৱাবসে ঙমখৈ লৈতেনে
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি স্বরদি ফুইনা হোন।
নুংশিদ্রা প্রেমগী মশক ওইবী রাধাবু,
কৃষ্ণ দর্শন তৌজরগা শিগে লেপলে।

মনিগুম্বী রাধাবু হুন্দোক্নুনা শ্যাম
লিক্লি মচেৎ ময়াম পৈদুন থল্লি।
হাকমল্লি ইবুংঙো নুংশি হৈতেদকো,
নংগী নুপী রাধাবু করিগী থাদোক্লি।

M

থম্মোই কায়রে কৃষ্ণ নারদগী ৱাঙাংদা,
ব্রজ প্রেম ইহৌরে রাধাবু নিংশিংলে।
গোপীশিংনা কৃষ্ণবু কয়া নিংজবা,
অদুবু মায়া তৌরি শ্যাম নুংশিদ'শারি।

## নারদনা বৃন্দাবনগী দৃশ হায়বা

গোকুল বৃন্দাবন্দা চৎচরুই নারদ ঐ
নিংথিবা বৃন্দাবন্দো মশক হোংলম্লে।
লৈরাং শাত্তরে তিংখং ঙাক্তা ঙাইরে,
থম্বাল শাৎলি খোইবুনা লৈহী চুপ্তরে।

ষণ শেনবা কাংবুনা কপই নুমিৎ খুদিং
চয়োম পায়দুনা চারোলাও ইতাও হায়না।
ষণ্বী যন্নাও পূম্বা মধুপুর ওন্দুনা
মকোক থাঙ্গত্তুনা লৈ, শজিক চাদনা।

ঊ ৱা নাপী পূম্বা হৌরি নোল্লুক নোল্লুক
মধুপুর মাইকৈদা ওন্দুনা লুকথরি।
চোংঙা তেনৱান শোল্লি রাধা কৃষ্ণ,
উরী ৱারী পূম্বা য়েত্তরে উপান্দা।
লৈমাইদ হিকথদুন তারে ঙম্না।

**ব্যাখা**

হে কৃষ্ণ তাবিয়ু ননাই নারদন রাধা গোবিন্দগী লীলাবু বর্ণণ তৌজরি। “রাধা মাবু উন্ননব যোগী অমুক শা উফুল ৱাইফুল তৈশিন্দুনা লেঙলগা রাধাগী প্রেম ভিক্ষা নিব নত্রা”! “সুবল বেশ থোন্দুনা ইবেম্মনা ইবুংঙো

নংবু দর্শন ফংজবা নত্রা। মিকুপ অম থান্নবন য়ুগ কয়া মান্নরবা রাধা কৃষ্ণনি। অদুবু হৌজিক্তি লায়না কাওইদা ইবেম্মা রাধাবু । কায়নবা, থুংনবা, প্রেমগী অৱা মৈচাক খাঙনবা রাধা শ্যামগী লীলানি। অচম্বা প্রেম লীলা নত্তে। লূববা গঙ্গাগী ঈচেন্দগী হেনবনি, অমকপা য়াওদবা, অমোৎপা ৱাখল য়াওদবা গোলোক্কী লীলাদগী হেনবনি। রাধা কৃষ্ণগী নাম শোঞ্জবগা ভক্ত বৈষ্ণবশিংনা নুংঙাইবা ঈপাক্তা তাওরি। মাগী মাগী কর্ম্ম ফল অদু মৈনা শীংবু চাকথেকহনবগুম রাধা কৃষ্ণগী নাম শোঞ্জরগ পাপ মপৈ মপৈ মাঙহল্লিবা।

অঙকপা লীলা ঙাক্তনি ইবুংঙো নংনা শান্নবা দ্বাপুব কৌবা য়ুগ অসিদা তাংকক অহুম থোক্লা শান্নবনি।

## শৈরেং

হে কৃষ্ণ নংদি গোলোক্কী কৃষ্ণদুনি,
শ্রীবৃন্দাবন্দা রাধাগা শান্নখিবা।
বৈকুন্ঠ নাথ শ্রীহরি হায়বদুনি,
মধুপুরদা কংস বধগী মতমদা।

দ্বাবকাদ লৈরগা বিষ্ণু ভাগবান্নি,
পৃথিগী অৱম্বা কোকপীবা মুকুণ্ডনি।
কর্ম্ম, ভক্তি, জ্ঞান, শাস্ত্র তাকপিবনি,
মকুপ আর্জ্জুন্দা গীতাগী পাওতাক পীবনি।

শক্তি পূন্নমক তিনব হে কৃষ্ণ নংবু
খুরমজে ননাই নারদনা হন্না হন্না
মপোক খুদিংদ নংগী লীলা য়াওজগে,
চংজরি খুয়া খাদা চানবিয়ু ননাইবু।

M

## ইমা যশোদাগী অবাবা পাও

নংবু পোকপী যশোদা রাণীনা
খুত্তা ক্ষীর পায়দুনা কৌহৌই।
ইমাগী কাহ্নাই লাকও ইমাগী নাক্তা,
চারোলাও ক্ষীর তস্পাক্তা ফমদুনা।

ইমা হায়দুনা নোকপদো য়েংগে অমুক্তা
ফজৈদকো ইচানা মোমোন নোকপদো।
ফিজি পায়দুনা ইমা ইমা কৌবদো
করম্না কাওসিগে নীলমনি নংবু।

ইঙা নোং হৌগুম তরং লাইজ শিম্বনা,
ব্রাম্বখিদো যশোদাদো জ্ঞান মাঙনা।
নারদ ঐনা ঈশিং চাইদুনা লাক্লবদা,
জ্ঞান লাক্কুনা হৌগৎখি কৃষ্ণ শোন্দুনা।

যশোদা মমাগী বাৎসল্য প্রেম পনবদা,
মায়া কায়রে কৃষ্ণ ইমা ইমা কৌরে।
মমাগী নুংশিবা প্রেমদা ঙাওরি কৃষ্ণ
যশোদা ইমানা ঐবু কয়া নুংশিবা।

## শ্রীকৃষ্ণগী বাক্য (ব্রাঙাং)

তারো নারদ কৃষ্ণ ঐনা দ্বারকাপুরবু
থাদোক্কুনা চৎলদি লোইনা শিরনি।
লৈমা লিশিং তরাতরুক চাম নিপাল,
অমত্তা হিংলরোই কৃষ্ণ (ঐবু) কায়নবদা।

ব্রজ থাদোক্তুনা লাকউ য়ারোই রাধা,
বৃন্দাবান্না মাগী নুংশিজবা মফম।
আদ্য শক্তি গুনগী তুংনফম ইবেম্মা,
কৃষ্ণ প্রেমতদা পুক্লিং লুপচবী রাধা।

দ্বারকাগা ব্রজগ অনিগী মরক্তা
কোনুং অম শারবদি ফগনিদা।
রাধাসু উন্ননি লৈমশিংসু উন্ননি,
পুন্নমক অফবা ওইগনি হে নারদ।

হঙ্গৎচৈ নারদ ঋষিনা খুৎ লোনাননা,
ঐ শিঞ্জগে করি অমত্তা ৱাবিনু।
প্রভাস তীর্থদা সোম যজ্ঞ অমা কৎসি,
মপাম্বোংদা ইবুংঙোগী দশা কোক্লবা।

## ব্যাখা

## শ্রীকৃষ্ণনা মায়া তৌদুনা নারদ ঋষিগী মপুক্লিং মমহনবা

হৌজিক্তা মপু মনাই য়ান্নরবা ৱাফম কোনুং অমা শাবা ব্রজগা দ্বারকাগগী মরক্তা হায়বা প্রস্তাপ তৌবদো কৃষ্ণনা নারদগী মপুক্লিংবু চাংয়েং তৌরদুনা তাকপিরকই। য়েংউ নারদ ইমা যশোদা, বাবা নন্দ, রাধিকানচিংবী সখীশিং অমদি ব্রজগী রাখালশিংসে ঐবু নুংশি হায়শিন্নরগা পুকনুংদা হু ফুম্বনি। ঐবু ৱানবা শিনব ঙাক্তনি। মায়া তৌদুনা হায়বগী ৱাতনি ব্রজ বৃন্দাবনবু কাওবা লৈতে শ্রীকৃষ্ণন নিংশিংলি শরত ঋতুদা

শান্নবা রাস লীলা মহাদেবমক্না উঙমদ্রবা রাসকী থোঙ ঙাকখিবা। নারদদা উৎপনি থৈবোং মকুগুম কৃষ্ণগী পুকনুংদদি অমৃতগুম থুন্নবা থৈবোং হৈরাং। য়াম্না পাম্মুনা নুংশিনা থুগ্তুনা থমজবা ব্রজ রসনি। মপাম্থোংদা নারদগী মফমদা অসুম্না তাকপিরকই ইবুংঙোনা মায়া তৌদুনা।

## শৈরেং

ব্রজ বাসীশিংনা ঐবু নুংশি হায়বা
মীনম্বনি হে নারদ থাজরুনু।
মশাগীতা য়েংবা মীগী খন্দবা,
পুকচেল পিকপা নুংশি খঙদবা ঙাকনি।

ফীবুল হাবী শান্নে নুংশা মরক্তা
মখোইনা থোই হায়দুনা ইথক্তা তোংবী।
অঙাং ওইবা ঐনা ৱাবদু উরগা,
ৱা ৱা নোকপী ঐবু য়েংদুনা খুবাক খুই।

নুমিৎ তারক্লে ঐবু ষণ থীহল্লি,
শুক্লবা বন্দা চংদুনা য়াম্না ৱানা।
হিংচাবা লাকলে ঐবুতা থেংনহল্লি,
মীগী তৌবিমল খংদবা রাখালশিংনি।

রাধিকা নিংথিবী মিৎচিনা মীরৌবী,
খ্বাইদগী ফত্তবী হায়বদো মহাক্নি।
হরাওনা চংজরুই মানা চৈহুৎপী,
খম্বন চাওবীনি, শাওগনবিনি মাদি।

নোংমা ঐনা চন্দ্রবলী কুঞ্জদা,
চৎলুই হায়না মানা অকনবা মান তৌখি।

পোল্লি পোল্লি ঐনা চংজরে মঙোন্দা,
লাল্লে হায়জে ইখুৎ অনি লোন্নদুনা।

নুঙগুম কল্লবা রাধাগী থম্মোইনি,
মিংচিনফাও য়েংদে থৌওইনা তৌবিদে।
চুড়া বাঁশি কৎলে খুয়াদা নোন্দুনা
অমুকসু হায়জে মাগী চরন য়েংদুনা।
"হে রাধে নংগী কামগী হুবু কোক্লবা,
নৌরবা নখোং থম্বাল য়েংনিংগুম্বনা,
ঐগী কোক্তা থাঙ্গৎপিবো মদুতনা
কৃষ্ণ ঐগী প্রেমগী মৈচাকপা ওইগে।"

## ব্যাখ্যা

সখীশিংনা হায়জৈ হাকমল্লি হে রাধে
কৃষ্ণবু লৌখৎপিরো ওইনবা তোক্লো।
মানগী ভিক্ষাদো হাপ্পীরো নবুংঙোদা,
মদুতদা লৌখৎপিরে কৃষ্ণ ঐবু।

রাধা কাইনবগী অৱাবা মৈচাক্তো
থুপ্পুনা থম্বনি খঙহনবনি নারদদা।
ইবুংঙো মাগী ওন্না তৈনবা ৱাঙাংনা
নাবদগী পুক্লিংবু চমন্নহনবনি।

## শৈরেং

হে নাবদ নংনদি হায়রি থম্মোই শোক্লা
রাধানা কৃষ্ণদা করম্না নুংশিবা।
নিংশিংউবদা থম্মোইসে থক থক নিকই,
কপ্পুবা ঙমদে ঐবু থীনা তৌবগী।

M

## ব্যাখা (কৃষ্ণগী বাক্য)

কৃষ্ণনা অমুক হায়রকই তারো নারদ
ব্রজদা পোকপা ঐনি ব্রজদসু চাওবা।
লাইবক থিগ্রবা কৃষ্ণ ঐনি হে মুনি,
নংনা খঙবদি ইমুং মনুংগী ৱানিনে,
ব্রজদা লৈবা ঙম্লক্তুদুনা ঐনা,
মধুপুরদা চেল্লকপনি পোৎথানবা
নারদনা কৃষ্ণগী মাইথোংবু মুন্না য়েংজে
কৃষ্ণনা শকফম হঞ্জিন্না ঙাংবদো উরম্মী।

### (নারদনা খল্লি)

নারদ ঐনা কৃষ্ণগী পুক্নিং খঙবনি,
করিনো মায়া তৌনা ঙাংলিবসিবো।
ইবুংঙোগী কবি নিংবা লৈবিবগে,
খঙনা খঙনা নারদ ঐবু মীনম্মিদা,
মধুপুরদ চৎপদি কংস বধগীনি,
অদুবু মাগী মায়াদি কনানা খঙগনি।
চিন্না ঙাংবা অমা, পাংথোকপনা অমা।

## শৈরেং (তাও নারদ ইমা যশোদাগী ৱানি)

ননি মাখন খরা চারুই হায়না
ইমানা ঐবু থৌরীনা পুনবনি।
শুম্বনগা পান্ননা নৌরব খ্বাংদা,
তমথিগ্রবা চৈরাক কনব ইমানি।

অদুতসু নত্তে হে নারদ ঋষি,
ইমানা চৈ পায়দুনা তান্নে ঐবু।
ফংলগা ঐবু থীনা ফুবিদো,
কাওবা য়াদবা ইমাগী চৈরাকনি।

## তারো! নারদ নন্দ বাবাগী ব্না অমুক হায়রগে!

চিনবানথোংদতা ইচা হায়বনি,
পুকনুংদদি ঐবু থীনা তৌবনি।
ষণ শেলহল্লি শুক্লবা উমংদা,
ইশাগী চহী মঙাদে হৌনা।

শঙ্গোম শুমহল্লি ঐবু অয়ুক্তা
ষন্নী ময়াম মথং মথং ওইনা।
শঙ্গাক্লবসু অমুক শুমহল্লি
ইখুৎ মচা অসিনা কয়া ব্নানা।
খুদাং অসি হায়গৎপা য়াদবখে।

ঙাইহাক্তা ব্নাই শংহন্দে ঐহাকসু,
ইপাগী থবক শোয়খিনি খন্না।
ষণ শেনবনা কোয়বগুম্না থোকই,
তুমজবনা পোথাব হায়দুনি।
নন্দ যশোদান ঐবু কয়া
থীনা লাক্লরকপা নিংশিংইদো
খল্লুরগা থম্মোইসে চাকইদা।।০।।

## শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা ফংলে নারদ পুক্লিংদদি মপাম্থোংদদি ফাগি তৌদুনা হায়রকই শ্রীকৃষ্ণনা

## ব্যাখা

তাকপিবে কৃষ্ণনা নারদ ঋষি য়েংদুনা মোমোন মোমোন নোকনা। হে মুনি নংনা ব্রজবু কয়াদ লুনা নিংজবা অদু ঐনা নংবু থাগৎলি। ঐসু ব্রজগী লীলা পুম্নমক নিংশিংই অদুবু হৌজিক্তি চৎনিংদরি বৃন্দাবন্দা।

### শৈরেং

য়েংউ হে নারদ ঐগী দ্বারকাসে,
পুল্লং লংই মনি মুক্তাতনা।
চাওরবা বৈভবনি নিংথিজবা,
ইন্দ্রগী কোনুংদগী হেনবনি।

নিংথৌগুম পাল্লিবনি ঐহাকসে,
ইচা ইশুনা লৈরাক থনবমখৈ।
লৈমা লিশিং তরাতরুক চাম নিপাল
মখোইগী সেবান কয়া পেঞ্জবা।

রুক্মিনী সত্য ভামানচিংবীনা,
ঐবু পিজরি অহাওবতা খন্না।
নারদ নংসু খন্দুনা অমুক্তা য়েংউ
ব্রজদা চৎলদি কয়া ব্রাগনি।
অমুক ষণ শেল্লুনি গোবর্দ্ধন্দা,
শঙ্গোম শুমগনি শম্বী ময়ামদো।

## ব্রারি শাবা লেপ্তুনা কৃষ্ণ লেংখৎপা

ব্রাশি হায়রগা লেংখৎলে শ্রীগোবিন্দ অদুগা হান্নগী ফমখম, লৈমশিংনা লৈবা মফমদা লেংশিল্লক্লে নারদনা তুং ইন্দুনা। ইবেম্মশিংন কোইশিন্দুনা থৌগল্লে হান্নদৌনা।

### শৈরেং

নুংঙাইতে ঋষি পুক্লিং ব্রাখন্দা
অদুবু মণ্ডল মণ্ডল খল্লি নারদ।
করিদি হঙ্গৎপা ঙমনি নারদনা
মনিং তম্বা ইবুংঙোগী মফমদা।

**ব্যাখা**

কৃষ্ণগী কৃপা লাক্লে নারদগী পুক্নিংগী ৱাখল। জ্ঞানগী মঙাল ফাওরক্লে মদুদি কৃষ্ণ মশানা রাধাগীদমক মাবু উন্ননবা যজ্ঞ লিংখৎপা হৌনদে।

**শৈরেং**

বসুদেববু যজ্ঞ লিংখৎহনগে,
মরোল অহুমদা নিমন্ত্রণ তৌহনগে।
মী, লাই যক্ষ রক্ষ গন্ধর্ব লোইনা
তিলহনগে প্রভাস তীর্থগী যজ্ঞদা।

ব্রজগী কাংবু লাক্কনি শোযদনা,
শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনি উন্নহনগে।
অসি নত্ত অতৈ উপাই লৈতবে,
শ্রীগোবিন্দগী কৃপা য়েংগে লেপ্লে।
ৱাখলসে লেপ্লদুনা ঋষিনা
বিদায় নিরক্লে শ্রীচরন্দগী।
লাক্লে বসুদেবগী মনাক্তা,
মরম পুন্নমক ৱারী শাগে হায়না।

**নারদ ঋষি লেংঙকপদা তরাম তরাম ওকচৈ বসুদেবনা অদুগা চেং থোইদিংনচিংবা কচ্চরে ঋষিগী মফমদা**

**ব্যাখা**

নাবদনা হায়বকই তারো বসুদেব
প্রভাস হায়না কৌবা তীর্থ অমা লৈ।

কুরুক্ষেত্র হায়না কৌবা মমিং চৎলি,
সরস্বতী তুরেল চেল্লি মফমদুদা

M

যুথক মশিং খঙদন পাকখ্রবা মফম,
মরোল অহুমগী মী লৈবদা চনগনি।
য়াম্না মমিং চৎপা তীর্থনি হে বসু,
মমাংঙৈগী ৱারী লিগে মুন্না তারো।

ভগবান পরশুরাম্না কুনমাথোইরক হন্না
ক্ষেত্রি মচাশিংবু হাৎখি কুরুক্ষেত্রদা।
ঈতন পাৎকুম তুংখিদো চেনখিদো,
পায়শ্চিৎকীদমক পবশুবাম লুপখি তীর্থ।
প্রভাস তীর্থ হায়না খঙনবে মফমসে।

লংজখিবা পাপ পূম্বা কোকপিবা মফম
মী পূম্বা সুর্য্যগ্রহন মতমদা স্নান তৌনৈ।
য়াম্না শেংবা তীর্থ মফমনি হে বসু,
মফমশি নত্ত অতৈ মফম অমা লৈতে।

গ্রহণ মতমদা দান তৌনদে, লৌনদে,
চাব থকপা তৌনদে গ্রহন মনুংদা,
যজ্ঞ লোইশিনবসু য়াদে গ্রহণ তৌবিঙৈ
থুপখ্রবা ৱা লৈ, গ্রহন্না মাংলিবসে।

## ভক্তি কর্ম্ম জ্ঞান তাকপী বসুদা, দান কর্ম্মনা হেন্না তাকপিবনি।

অশ্বমেধ, রাজসুয়, যজ্ঞদগী
দান যজ্ঞনা খ্বাইদগী অথোইবনি।
বৈজ্ঞবশিংনা পামজৈ হিংশা যাওদে,
দানগ মান্নবা অমা লৈতবে৷

অন্নদান, বস্ত্রদান, জলদান্নচিংবা,
জীবগী থম্মোই পেন্নবা দান্নি।
ভূমিদান, গোদান, স্বর্নদান কৌবা,
অসিগী মহৈ তোঙান তোঙান্না লৈ।

সংকল্প য়াওন মন্ত্র শোন্দুনা
চেকশিন্না দান তৌগনি জাৎ খুদিংদা।
যজ্ঞ খুদিংদা চাক্কী দান য়াওগনি,
মবুক থন্না থন্না পীজগনি।

নিমন্ত্রণ তৌদুনা কৌগনি পূন্বা
মী, লাই, মুনি ঋষি গর্ন্ধর্বনচিংবা।
যক্ষ বক্ষ শা উচেক হরি চণ্ডাল,
অখণ্ডব মখৈ চিথবা য়ারোই।

## নারদ তাকপীরে বসুদেবদা যজ্ঞ কৎপগী মরমদি নচা কৃষ্ণসে পাপ লৈরে। যজ্ঞ কত্তবা য়াদবনি

**ব্যাখা**

প্রভাস তীর্থ খোঙবান্দা যজ্ঞ কত্তবা য়াদবনি। বসুদেবন হঙ্গৎচৈ করি পায়শ্চিৎ তৌরগা কোক্কনি ইচাগী পাপসে তাকপিয়ু। হায়রগে তারো বসুদেব! সোমযাগ কৌব যজ্ঞ লিংখৎলু বসুদেব শোয়দনা কোক্কনি নচাগী পাপ পূন্বা। বসুদেবন হঙ্গৎচৈ কবি করি পাপ তৌখ্রবগে ইচা কৃষ্ণনা অমুক্তা তাকপীয়ু ননাইদা।

**শৈরেং**

ব্রাহৈদা পুতনাসে হিংচাবীনি হায়
মহাক নুপীনি নুপী হাৎপা পাপ লৈদো।
ধেনুকাসুর হিংচাবনি অদুম অওইনা
মাদি ষন্নি- ষল হাৎপা পাপ পৃগনি।

বকাসুর হিংচাবনি অদুবু উচেকনি
বৎসাসুর ষন্নাওসু কৃষ্ণনা হাৎখি।
কনথৌববা কংস কৃষ্ণগী মাম্মনি,
মহাকপু নচা কৃষ্ণনা হাৎখিবনি

মবম অসিন যজ্ঞ কত্তবা যাদে
বাসুদেবগী যজ্ঞনি সোমযাগ যজ্ঞ।
বসুদেবন হংজৈ হে মুনিদেব
ইচাবু অমুক্তা কৌহঞ্জকগে।

## ব্যাখা

নাবদন তাকপীবকই হে বসুদেব ঙাইখো বাৎলি নংগা ব্রাব শাগদবা যজ্ঞগা মবমদা। চিংনগনু বসুদেব নংবো, নাবদ ঐ তাক্কে মন্না তাদে সূর্য্য গ্রহণ তৌবিভৈদা দান ধৰ্ম্মনাচংবা পাংথোকপা যাই। নংসগ তৌ ভগবানগী চবন্দা, হাযবদি বেদগী মন্ত্র থীযু। মুক্তি স্নান তৌবগা দান তৌ ব্রাহ্মন্দা, মতুংদা পীজ পীথক তৌগনি।

মুক্তি স্নানগী মবমদা তাক্লগে
থাদোক্কনি সংসাবগী অফা অপুন।
অপাম্বা কল্লকপ মিহৌবা নাপল
ইন্দ্রি খুদুম চনগনি পুক্লিং শেংগনি।
ঈশ্ববদা লোইনা কখোক্কদবনি।

চিংনবা কোকলে মুনি দেব ননাইনা,
তাবিযু হঙ্গৎচগে মখা তানা।
অদুক যাম্বা দান কৰ্ম্মনাচংবদো,
কবম্না পাংথোক্কনি ঐ ঙমলোই।

বসুদেব ঐ লল ুম লৈজদে
অদুবু নুংঙাইনা লৈ ইচাগী মপান্না।
ইচা কৃষ্ণদি মচা মশু য়াম্মী,
মরল কয়াম লৈবগেসু ঐ খংদে।

**নারদনা হায়রকই :-**

শ্রীকৃষ্ণসে অচম্বা মী ওইনা খল্লি বসুদেবনা। জগৎসে মানা শেম্বনি। স্না লুপা, মনি মুক্তা লৈরিবা পোৎ খুদিংমক কৃষ্ণগী মরন্নি হায়বদো বসু দেবনা খঙদে।

### শৈরেং

রাম কৃষ্ণ লৈরিঙৈদা হে বসু,
পুম্নমক নিংবা থুংগনি খঙউ।
লীকপা মীনা দান তৌবা অতাংবনি,
পুক্লিংনা লেপ্পদি ঙমদবা লৈতে।

রাম কৃষ্ণবু কৌরগা থুনা তান্নৌ
ঙমদ লৈরোই য়ারবদি অনিনা।
নারদ ঐহাক লৈরিঙৈ অসিদা,
লেপথোকহন্নিংই যজ্ঞগী মরম।
লাকদৌবা সূর্য্য গ্রহণ নুমিত্তা।

দুত অমা থাদুনা কৌহনখরে,
বসুদেবনা মচা রাম কৃষ্ণবু।
অমৃতগুম থুল্লবা কৃষ্ণগী কথা
তারি মখৈ পেন্দবা লীলানি।

M

## রাম কৃষ্ণ অনি মপাবুংগী শঙ্গাইদা লেঙঙকপা
### যজ্ঞগী মরম ঙাংনবা

রাম কৃষ্ণ অনিনা খুরমজরে মপাবুংগী চরন্দা। খুরুখুদক কুন্না হঙ্গৎচরকই কৌবিবগী মরম তাকপীয়ু পাবুং। নারদ ঋষিবুসু ভক্তি কচ্চরে রাম কৃষ্ণ অনিনা খুৎ লোন্ননা। তরাম তরাম তৌই মুনি দেববু মোমোন নোক্লা ইংলবা মাইথোং থানা।

বসুদেবনা হায় রাম কৃষ্ণবু য়েংদুনা
ইপানা নিংবা থুংহল্লু নখোই অনিনা।
তরাই তরাইবা নত্তে লুব ব্রাফমনি,
ইচা পোকপগী কান্নহল্লু রাম কৃষ্ণ।

নংনা ঙমগদবা লৈরবদি কৃষ্ণ
কচ্চগে যজ্ঞসি অমুক্তদি ইপানা।
কৃষ্ণনা খুল্লকই পাবুং ব্রাবিরুনু,
নচা রাম কৃষ্ণ ঐখোই অনি লৈজরি।

কুবেরগী ললগুম পৈদুনা থমজগে,
অব্রাৎপা লৈতনা যজ্ঞ কৎননবা।
চহী কল্প অম কৎলবসু ব্রাৎলোইনে,
নুংশা থিবিরুনু নিংবিবা পাংথোকচগে।

নারদনা হায়রকই তাবিয়ু হে কৃষ্ণ
যজ্ঞগী মফমদি প্রভাসতনি।
কুরুক্ষেত্রগী মনুংদা লৈবা
পূন্য চেনবা মমিং চৎপা তীর্থনি।

## ব্যাখা

মরোল অহুম নিমন্ত্রণ তৌগান। লৈফম চাফম নিংথিনা পীদবা যাবোই। মতিক চান ফমফম তুমফম, পোথাফম পিফম তাবনি। ময়াম চনবা মাগুব অম শাগনি চাওন মবাং কায়না লাকইবা পুন্বা চন্নবা। গ্রহণ মতুংদ মযাম পূন্না চাগনি, মদুগীদমক অপুনবা চাফম অমা শাবা তাবনি।

### শৈরেং

নারদনা হাযবকই নিমন্ত্রণ চৎপদি,
ঐগী দায় ওইজগে মরোল অহুম চৎকে।
যজ্ঞগী মফম প্রভাস তীর্থদা তাবে,
বিশ্বকর্ম্ম কৌবগা শাহনবিবো।

নারদনা অমুক মশা তানা হাযবকই
বার্ত্তনদুম শীবাং তৌবিবো, ঐ চৎলগে।
নুমিৎ তবানিপালতা মঙাইবে যজ্ঞ,
নুমিৎসিদা সুর্য্যগ্রহন তৌগনি।

কৃষ্ণনা ময়াম্বগী য়াথং লৌজৈ,
যাবিবে বলবাম যজ্ঞ কৎপা লেপলে।
বাম কৃষ্ণ অনিনা খুৎ লোন্না হাযজৈ
স্বর্গদগী ইপান ৱাংবা হেল্লি
পৃথিদগী ইমানা লূম্বা হেল্লি।

যজ্ঞ কৎপিরো হঙ্গৎলে মপাবুংদা
চবন খুবন্নগা হল্লক্লে রাম কৃষ্ণ।
বিশ্বকর্ম্ম কৌবে যাথং পীনবিবে,
কোনুং অমা শেম্মু প্রভাস তীর্থদা।
তাকপিবে কৃষ্ণনা বিশ্বকর্ম্মদা
ইপাগী সোম যাগ যজ্ঞ কৎকদৌরি।

M

মরোল অহুমগী মী তিল্লগনি,
মী, লাই, যক্ষ, রক্ষ লোইনা য়াওগনি
ফমফম, চাফম, তুমফম, যজ্ঞ শালা পূন্বা
চাওরবা মাগুব অম শাগদবনি।

## মীতিনশং (কোনুং) শাগদবা মওং, পাক- চাওবা মাগুব য়ুম্মচিংবা শ্রীকৃষ্ণনা বিশ্বকর্ম্মদা তাকপা

১) বৃত্তগী মওংনি (অকোইবগী মওংনি) ক্রোশ তরা পাক শন্না। মযাইদা অচৌবা মাগুব অমা শাগনি। মাগুবকী অকোইবদা য়াম্না ফজবা য়ুম ময়াম শাও, মনি মুক্তান হত্তুনা, মরোল অহুমগী মী লাইনচিংবা চন্নবা।

২) অন্ন দানগীদমক শংশাং অমা শাংনা ফজনা ফমফম নাইনা শাগদবনি। শগোলশং অশাংবা, ষন থমফম অমা, শেম শাগনি হে বিশ্বকর্ম্ম নংনা। দান কর্ম্ম য়েং য়েংদুনা তোপ্পা তোপ্পা।

৩) নংনা ঙম্বা খুৎহৈব শীজিন্নদুনা চিত্রকাব ওইনা মাগুবতা থেৎলুকো। মনিমুক্তানা হত্তুনা লৈরোং হাপ্পু, ফকলাং অকোইবদা থাওমৈ থালহল্লু।

৪) নিংথিজবা বৃন্দাবনগা মান্ননা শেম্মুকো বন তরানিথোইসু যাওনা হৈবাং লৈরাং নিংথিজনা পালহল্লু হৌহল্লু কল্প বৃক্ষ কদম তোমাল।

## বিশ্বকর্ম্মনা কোনুং অমদি মাগুবনচিংবা শাবা

শ্রীকৃষ্ণনা তাকপীবা মতুং ইন্না, মদুদগী অমুক হেনগৎনা অঙম্বা মখৈ হোৎনদুনা মাগী খুৎ হৈবশিংগা লোইননা শেমজরে মপা লৈতনা ফজবা কোনুং, মনি মুক্তাগী মঙান্না, নুমিৎ থাগুম লংনা, অহিং নুংথিল

নাইদনা পুমঙান ঙানখি। য়েংউ য়েংউ খুদিংদা মিৎফম হোংনিংদে। শ্রীকৃষ্ণনা মিৎয়েং তাবিবদা অঙকপা ফংখি। বিশ্বকর্ম্ম মশামক্না হন্দোক্লুনা লাপ্লা য়েংবদা অঙকপ ফংখি। অচৌবা মাগুব অমা, মনি মুক্তানা য়েক খোৎলব লৈরোং ময়াই ময়াইদা মুক্তা থিনবা থাংমৈ অমমম থানখি পরেং পরেং ওইনা। মাগুব ময়াইদা চাওরবা মচু তরেৎনা তিনবা থাংমৈ অমা থানখি।

## শৈরেং

সুর্য্য (কান্তি), চন্দ্রকান্তি, ইন্দ্রনিলমনি
মনি রত্নতনা শেম্বা কোনুংনি।
হৈখ্রবা বিশ্বকর্ম্মগী খুৎকী বিদ্যা,
নুমিৎ পবেং পরেং থোকপগুম ঙানখি
পুন্নং লং য়েংলিমখৈ পেনবা নাইদে

ময়াইদা চাত্তর মাগুব অম শারিবা,
অঙকপ খুৎশেম মনি মুক্তানা হৎপা।
মশিং লাকঙদ্রবা লিক্লাই যুম্বীশিংনা,
পরেং পরেং ইকোই কোইনা যুংখ্রবা।

মাগুবকী ফক্লাং অকোইবদা ফজবা
চিত্রবৎনা মথং মথং য়েকখ্রিবা।
অনন্ত শয্যাদা চেপলিবা নারায়ন
শ্রীবিষ্ণুগী অবতার কয়া কয়ানি।

মিন, কচছপ, শূকর, নরহরি,
বামন, পশুরাম রামনচিংবনা,
য়েক্লিবা ফংলাংদ ব্রা হেক ঙাংবগুম্না,
কয়াদ ফজে য়েংবগী পেনবা নাইদে।

অয়েকপ পৃথ্বিদা থম্বাল শাৎহল্লি
ঙানু, কাংঙন ইরোইনা শান্নহল্লি।
ফুগাইনা শাৎলব থম্বালদ খোইবুনা,
ঙংলি লৈহী চূপলি লৈরাং লৈকা খুদিং।

বন উপাবন, তপবন, কয়াসু য়েক্লি
লম্বীনা থেক খোইনা চৎলি তাম্না তাম্না
কল্প বৃক্ষদা তোংদুনা কোকিলনা
মখৌ পোংনা খোলি কুহুঁ কুহুঁ হায়না।

ব্রাহোং লাবা অমোম্না মশা ফন্দোক্লুনা
জগোই শারি কে কা কে কা খোংদুনা।
চোংঙা তেনব্রানা উশাদা তোংদুনা
শোলহল্লি রাধা কৃষ্ণ বৃন্দাবনগুম।

## মাণ্ডবকী ফজবা

মাণ্ডব ময়োন্দা চুমথাং মচুগী থাকন
নিংথিনা খল্লিবা পুক্লিং হুর শকলোল।
ময়াইদা অচৌবা থাওমৈ থাল্লিবা,
উ খোং অকোইবদা থাও মৈ পরেং পরেং
অমুকসু য়াম্থুরি ময়াইদা থাওমৈ চরোং।

মখল মখা অয়াম্বা মচুন থল্লবা,
নুঙদা হকপা লৈরাং জাৎ শুনা শাৎলিবা।
শুমহৎলে অয়েংবা পুন্নমক্কী পুক্লিং
অঙকপা বিশ্বকর্ম্মগী নিংথিবা খুৎশেম।

মাগুবকী যুমথক মরোং মরোং লোংখ্রিবা,
চীংদোন নাপোমগুম্না মথং মথং শন্দোকখ্রি।
ম্লানা কুপ্পনি যুমথক খুদিংমক্তো,
মুক্তাগী নীলচক্র অমমম থেৎলি।

লৈনবা যুম্বু কয়া কয়া শাবিবা
মপানথংবা যুম্না খ্বাইদগী ব্রাংই।
মথং মথং নেমথবকই ময়াইরোমদা,
থাক থাক না কুম্মে য়েংবদা নুংঙানবা।

অচৌবা চেকপন অমা তম্না শন্দোকখ্রি
কোইর্শিল্ল পুম্নমক চেকপন অদুনা।
চখোক চৎশিনগীদমক খা- ব্রাং, নোংপোক নোংচুপ,
থোংজাও মবি পাল্লি, দ্বাবী থোংশংবা থম্মী।

চেকপল মনুংদা বন উপবন শেমলিবা
বৃন্দাবনগা খেন্নদে নিংথিজৈ ফজে।
সবস্বতী তুবেলন থেক্লা খোইনা চেল্লি,
যমুনানা বৃন্দাবন্দ চেনবগুম্না।

খেন্নদে বৃন্দাবন প্রভাস অনিসে
কৃষ্ণগী য়াথং তুংইন্না শাবনি।
ভাণ্ডীববন, তালবন, মধুবন, নিধুবন,
নিভৃত নিকুঞ্জবন্নচিংবা মথং মথং।

হৈগী লৈগী মখল শুনা থাজরে,
মাল্লিকা মালতী চম্প নাগেশ্বর,
বদম তোমাল কল্প বৃক্ষনচিংবা,
নেম নেম নেম নেম নোল্লুক নোল্লুক নিংথিজনা।

M

হৈগী জাৎ শুনা হৌরে কফোই বরই,
পীলু থৈবোং হৈনৌ কোনা পাম্বী, জাম,
থ্বা থাংদুপ, কদম, য়ুবী পুংদোন্নচিংবা,
মতম নত্তনা মপাল শাৎলে মহৈ য়াল্লে।

অঙকপনি কদাইদগীনো মফম খংদে,
খোংলরে কোকিল উনা পুংবদা কুঁ কুঁ।
ব্বাহোং লাবা অমোমনা জগোই শারক্লে,
ঙানু কাংঙনা ইরোইদুনা শান্নরে,
নিংথিনা শেল্লবা পাৎকী ইয়াইদা,
শাৎলি থরো থম্বাল থারিকথানচিংবা।

হবাওবে নুংঙাইরে য়েংবগী পেন্দবে,
বিশ্বকর্ম্ম মশামক পুমঙক ঙকখরে।
মমিংতা বিশ্বকর্ম্ম হায়জবতনি,
কৃষ্ণগী কৃপানা ওইখিবা ঙাক্তনি।

পুক্লিং হুনা ফজবা কুঞ্জ উবদা,
থম্মোই ফাবা ঙল্লক্তরে শ্রীগোবিন্দ।
হিক্লা কপ্লক্লে রাধাবু নিংশিংলক্লে,
খঙহন্দে কৃষ্ণ পী তৈথোকই ওম্থোক্তুনা।

## বিশ্বকর্ম্মাগী খুৎশেম ফজবা দৃশ
## খোইমু থম্বাল কেনবা হরাও মথোই কাবা

রাধা কৃষ্ণ উন্নগনি খনবদা
জগোই শাবে বিশ্বকর্ম্ম পিবাং শিষ্ণে।
খুরুম্মী কৃষ্ণবু স্তুতি তৌনা
মিৎয়েং তাজে মফম খুদিং চত্তুনা।

পরং ব্রহ্মনা ঙমদ করি লৈগনি,
পুথোক্লে ষনয়াম ষজিক চারি উনুংদা।
রাখাল ময়াম্না শান্নরি তান্নদুনা,
অঙকপনা থনবা ইবুংঙোগী লীলা।

রাধিকাগী প্রেমগী ঈপাক্লা থল্লবা
বৃন্দাবণগুম খল্লুরে শ্রীগোবিন্দনা।
নিংশিংলক্লে রসনা থনবা রাস লীলা,
গোপীশিং লোইননা আত্মা অত্মা শান্নবা।

পুখ্রি ইয়াইদা ফুগাইনা শাৎলি থম্বাল
লৈনা চামনিপাল লৈবিক্ল জুম জুম লাওনা
অকোইবদা মশিং লাকঙমদ্র থম্বালনা
শাৎচবি থম্নালক্তা কেনা নৌজনা।

চিন্নাইদ্র খোইমুনা ঙংনা ঙংনা পাইবি
লৈশক খল্লি লৈহী থিবি ময়াই কানা।
মনিং তম্ল পেন্নাইদ্র খোইমু খ্বাংজেংবা,
চুপলি লৈহী লৈকা খুদিংদা হোং হোংনা।

মালংগী লিবি খোংদোই শউম ফংবদা,
জগোই শাবি থম্বাল, মানজা খোইবু মাংদা।
হবাও মথোই কারে খোইমু লৈরাং পূম্বা,
শান্নবি লীলা তাইবং ঈশিং ঈপাক্তা।

বিশ্বকর্ম্ম শ্রীগোবিন্দ অনিমক্লা,
মিৎয়েং তাবিরে মফম খুদিং লেঙদুনা।
থাগৎলি বিশ্বকর্ম্মবু মাগী নিংথিবা খুৎশেম
কবি বব পাম্মি হে খুৎহৈবা হায়য়ুনে।

M

বিশ্বকর্ম্মনা ফিগাও শানা নিজরি,
হাপ্পিয়ু ভিক্ষা কাওদবা শ্রীচরন।
মপোক মপোক খুদিংদা লীলা য়াওজগে,
খুৎহৈবা ওইনা পোকচদুনা ননাইনা।

পেনবগী ঙমখৈ লৈতরে শ্রীগোবিন্দ
পিনবিরে বর মনাই বিশ্বকর্ম্মদা।
নংনা নিংজরিবা অদুমক থুংজরো,
রাধা কৃষ্ণদা ভক্তি লৈজবা ওইজৌ।

## যজ্ঞগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা শিন- লাংবা

কৌহল্লে কৃষ্ণনা যদু শাগৈ পূম্বা,
তাকপিরে প্রজাদা যজ্ঞগী মরম।
দান যজ্ঞ সোম যজ্ঞ কচ্চাগে লেপলে,
পাবুংনা সূর্য্য গ্রহন নুমিত্তনি।

কৃষ্ণ ঐগী নক্কবা প্রজা পুম্নমক
থব্রাই য়াওনা হোৎনবিয়ু দান যজ্ঞ।
খুরা সাত্যকিদা তাকপিরে কৃষ্ণনা,
চৎলু কুবেরগীদা কৎলুচো বার্ত্তন।

হায়রিরু কুবেরদা স্না লুপা লল ময়াম,
লোইনা পুবিরকউ যজ্ঞগীদমক।
অরাংফম ফম্বীয়ু অব্রাৎপা লৈহনগনু,
পুবিরকউ যক্ষ রক্ষ মনাই মশল,
অমত্তা চিংখদনা প্রভাস যজ্ঞদা।

লাক্লে সাত্যকী কুবেরগী, মনাক্তা,
কুবেরদা বার্ত্তন কৎলে ভক্তি তৌনা।
কৃষ্ণগী য়াথং পূম্বা চিংখদ, তম্লে,
মকোক থোংনা য়ারে কুবের হ্রাও হ্রাও।

সাত্যকীগী মফমদা হায়রকই কুবেরনা,
লাইবক ফবনি ঐবু তাকপীরকপসে।
সৃষ্টি স্থিতি প্রলয়গী মপুনি কৃষ্ণ
কুবেব চামা চামা শোম্বা ঙম্বা হরিনি।

জগৎ সংসারসে মাগী মরল ঙাক্তনি,
কবি লল ৱাংকনি ইবুংঙো মাগী।
মহা লক্ষ্মীগী মপুরোইবনি মাদি,
লাইয়াম পুন্নমক মাগী খোংলোই ঙাক্তনি।

পুবিখো পুষ্পক দোলাইসে দ্বারকাদা
হঙ্গৎপিয়ু মরম পুন্নমক হরিদা।
কুবের ঐদি চৎলগে কুরুক্ষেত্রদা,
লল ময়াম অসি পুদুনা ইনাইশিংগা।
ঐগী খোংলোই যক্ষ রক্ষশিং য়াওনা ॥

সাত্যকী হল্লকলে দ্বারকাদা থিন্দনা,
কচ্চরে পুস্পক দোলাই শ্রীকৃষ্ণদা।
তম্লে শ্রীহরিদা চৎখরে কুবেরদি,
লল ময়াম পুদুনা কুরুক্ষেত্রদা।

M

# শ্রীকৃষ্ণগী বাক্য

মচা কামদেব য়েংদুনা তাকপিরকই :-
চৎলো প্রভাসতা লল ময়ামসে পুদুনা
পুষ্পক দোলাইদা হাপ্তুনা থিন্দনা,
নুপী অঙাং ষন ব্রাহ্মন পুন্বা চিথদনা।
মাগী মাগী লৈফম চাফমদা থম্মুরো।

মিৎয়েং তাবিয়ু দাউজী শিল্লিবসে,
চাবা, থকপা, তুমফম, কানচিংবা।
হঙ্গৎলি হরিনা উগ্রসেন নিংথৌদা
ইবুধৌনা লেংবিরো প্রভাস তীর্থদা
শিল্লাংবিয়ু অৱাৎ অপা য়েংশিনবিয়ু।

হে উদ্ধব নংদি জ্ঞানগী তুংনফমনি,
ধর্ম্ম কর্ম্ম, ভক্তি শাস্ত্র খঙবা মীনি।
নংদি কৃষ্ণ ঐগী অথোইবা মরূপনি,
লৈবিয়ু পাবুংগা লোইননা থান্নদনা।

লেংবিবো পাবুং প্রভাস যজ্ঞ মফমদা,
ইমা দেবকী রোহিণীনচিংবগা।
লৈমশিং খরগসু লোইনবিখো
পুবিখো শা উচেক ষন্বী ষন্নাওশিংসু।

তোল্ল জীবশিংসু য়েংহল্লু যজ্ঞগী
ফজবা উরগা পাপ পূন্বা কোক্কনি।
কোনুং ঙাক্লবা থনল্লগা ঐহাকসু,
উনরনি পাবুংগা মী ময়ামগা।

## শ্রীকৃষ্ণনা নারদবু মরোল অহুম বার্ত্তন তৌবিনবা নেকপা (ব্রজবুদি বার্ত্তন তৌরুনু)

কৃষ্ণনা হায়জে নারদ মুনিবু
বার্ত্তন চৎনবা থৌবাং তৌবিবো।
ঋষি নত্তনা ঐগী উপাই লৈতে,
যজ্ঞগী মতম নল্লুবনিনা।

মরোল অহুমগী বার্ত্তন তৌবিযু
লাই হিংচাবা যক্ষ রক্ষ কিন্নর,
মুনি ঋষি ব্রাহ্মণ হরি চণ্ডাল,
অমত্তা চিংথবা যাবা নত্তেনে।

দান পুন্নম কুগী অন্ন দান্না,
খ্বাইদগী হেনবা হে নারদ।
মবুক পেন্না পেন্না পীজগান,
শা উচেক কৌব পুন্নমক যাওনা।

হে নারদ হে হায়জগা মন্না হায়বো,
ব্রজবুদি বার্ত্তন তৌকন্নুকো।
মখোইনা বার্ত্তন তৌবদি নারদ
অবেন্না শাগনি যজ্ঞ অসে।

M

**শ্রীকৃষ্ণগী ঋাঙাং তাবদা নারদ মিৎলু পিরাং হৌনা বীনা যন্ত্র খোংদুনা ব্রজবু শৈথাবা ঈশৈ শকপা হৌরক্লে।**

**শৈরেং**

নারদনা খোংলক্লে মাগী বীনা যন্ত্র,
বেহাগ রাগিনী শুরদা শকলকই।
শক্ল শক্ল নারদ মিৎস্না তরং হৌনা,
প্রেম লাইজনা পুমচোৎ চোৎলি থবাকফাও।

পোকফম থাদোক্তুনা চাওরকপা হে কৃষ্ণ
ব্রজ বৃন্দাবনবু কাওবিরববনে।
ইহান হান্না গোপাল মিংলেনবু থোনখিবা
চাওনবা য়োকপা যশোদাবু কাওরবরা?

মিকুপমক্তা উদবদা যুগ লীশিংগুম
কাইনা মৈশা লাংবী রাধাবু কাওরবরা ?
ইকাই ইকি থানা কুঞ্জদা ঙাইদুনা
লৈরিবী রাধাবু নুংশিদরা হে শ্যাম।

নংগীদমক শকলোন পুদুনা পোকলকপী
রাধাবু নিংশিংবা কৌবা লৈত্রবরা ?
অতোপ্পা নত্তে গোলোক্কী মবেম্মা
প্রকৃতি রাধাদুনি কাওরিবরা ?

ঋারক চেৎপা নন্দ রানীগী মপান্না
জগৎ লুচিংবা ওইরে হে দ্বারকানাথ ?
নন্দ যশোদাবু করিগী কাওবগে
প্রভাস যজ্ঞ করিগী য়াওহল্লোইদৌরি?

M

নারদগী ঈশৈ তাবদা খাংবা ব্রারে
বাসু দেবনা হায়জৈ তোক্লো নারদ।
কৃষ্ণ ঐগী নাকোং হাপ্পা চন্দরে,
থম্মোই পুঙমদরে ব্রজগী প্রেমরস।

ব্রজদা বার্ত্তন য়ৌরবদি যজ্ঞসে
শোয়দনা কায়গনি কত্তবনা ফরে।
যজ্ঞনা ব্রজ গোপ পোপীশিংদা,
করি কান্নগনি, অরেম্বা ওইগনি।

জ্ঞান মাংলে নারদ কৃষ্ণগী ব্রাঙাংদা
চেদা য়েকপগুম কৃষ্ণবু য়েংদুনা লৈ।
দ্বারকা বৈভবনা ব্রজবু কাওদুনা,
নিংশিংদ্রবোই গোপ গোপীশিংবু নংনা।

তারো নারদ ঐ হায়রিবসে মুন্না
করম্মা যজ্ঞ য়াওনিংগনি মখোইনা।
থব্রাই হকচাং থাদোক্কুনা ঐঙোন্দা
কৎখ্রবা মখোইদা যজ্ঞনা কৈদৌনি।

মমা মপাদা বার্ত্তন তৌবা হৌনদে
লক্করিবরা হায়না খনখিরোইদবা?
ইমানা লাক্লবদ ঐনা যজ্ঞদা
অদুম ফমদুনা লৈথোক্কদরা নারদ ?

তাইবং শকলোন পুবী কৃষ্ণ প্রেম ওইবী
রাধান লাকপদা কৃষ্ণ ঐ হাক্লা,
যজ্ঞ মফমদা ফমদুনা লৈগদরা,
যজ্ঞ কায়দৌরে থাদোকপা য়াদে হায়না।

রাধা মাগী মরমগীদমক কৃষ্ণনা
যজ্ঞ লিংখৎপনি খঙউনে হে নারদ।
কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী তোপত্রবী রাধানি
ঐগী নুপীদি রাধিকা মতোমতনি।

## ব্যাখা

শ্রীকৃষ্ণনা ফনা হায়দুনসু থাজবা লৈতে নারদ
কৃষ্ণ মাগী মায়ানি নারদ ঐবু চমন্নহনবনি।

অরাবগী ঙমখৈ লৈতরে নারদ
কৃষ্ণনা ব্রজ বার্তন তৌনু হায়বদা।
যজ্ঞ কৎপসে নারদ ঐগী থৌরাংনি,
বাধা কৃষ্ণ অনি উন্নবগীনি।

ইশ: ওহোকইদা হা গোবিন্দ নংসে
জগৎনা থৌজাল হৈ হায়বদো অসিরা?
পোক্লফম ওইবা, চাওবা শারেপ ফাবা
ব্রজবু নংনা কাওববরা হা কৃষ্ণ!

নংগী পাবুং ইমা নন্দ যশোদাবু,
লাযনা কাওইদা হা গোবিন্দ নংসে।
নংগীদমক পীরাং কংদ্রবী রাধা
কবিগী অৱাবা ঈপাক্তা লংথবা।

কৃষ্ণগী মায়া ওইরমগদ্রা চিংনৈদা,
চান্নবা অচুম্বমক ওইরবরা।
বিধি ব্রহ্মাদা করম তন্নুগনি,
লৃন্নবা পোৎলুম বজ্র তাবগুম।

M

ব্রজ বার্ত্তন তৌগে হায়না লেপলে নারদ
দেশা উপাই অমা হেক্তো য়েংদুনা।
রাধা কৃষ্ণ অনি উনহনগনি,
ব্রজদা চত্তুনা পাও হায়রুগনি।

## ম্না শঙ্গাইদা শ্রীকৃষ্ণগা ইবেম্মা রুক্মিনীগা ৱারি শাবা

বার্ত্তন চৎনবা নারদবু থাখরে,
লেঙশিল্লক্লে কৃষ্ণ শঙ্গাই মণ্ডীরদ।
যজ্ঞগী পাও তাহল্লে ইবেম্মশিংদা,
মপা ইবুংঙোদসু পাও হঙ্গৎচরে।

গ্রহণ নুমিত্তনি যজ্ঞ কৎকদবা,
মফমনা কুরুক্ষেত্রগী প্রভাসতনি।
থিম্নুবা য়াদরে নখোই থৌরাং তৌরো,
দ্বারকাগী প্রজা অয়াম্বা চক্কনি।

মরোল অহুমগী মী লাই যক্ষ রক্ষ
মথং মথং থুংলবনি প্রভাসতা।
শ্রীমুখ বাণী তাবদা হরাওজরে,
চৎখরে ঙম্না ফীজোল লৈতেংনবা।

নুংঙাইতবা অমা লৈদুনা লুক্মিণী,
লেমজবা মাইথোংদো মুনা কাহৎলে।
হঙ্গৎচৈ ইবুংঙো করিগী যজ্ঞনো?
ইপাগী নামাদা লাংলিবসিবো।

তাজে ননাইনা যজ্ঞ কৎপগী মরম
হৌখ্র ইতিহাসনা শক্কিনি ইবুংঙো।
নিংথৌরেনশিংনা মুনি ঋষিশিংনা
যজ্ঞ কচ্চে কৃষ্ণ নংবুতা ফংনবা।

নারদ লেঙঙকপদগী চিংনজবনি,
করিগী লোন্না অচিকপদা ঙাংনবা।
হন্দক্কী যজ্ঞসে অফবনি খন্দে,
গ্রহণগা ওইরে মৃত্যুগুম্বা যজ্ঞনি।

ফত্তবা খুদম ঙাক্তা ঐঙোন্দা পীরে,
মিৎ চোংই পাম্বোম চোংই ফত্তবতা ওই।
ঋা ঙাংবদা ইথন্তা লৈসি চিকচৈ,
চিংনদবা ঙমদে মঙগুম থোক্লরে।

দ্বারকা থাদোক্তুনা লেঙবা তারবরা
হায়বিয়ু ইবুংঙো লৌনম তৌবিগনু।
নংগী লীলাবু ননাইনা করি খঙগনি,
তোল্লবী ননাইবু থাদোকপিগনুকো।

হীক্লা কপলে রুক্মিনী পী চদুম চদুম
কৃষ্ণগী চরন কোন্দুনা নোং খোংবগুম।
রুক্মিনীগী মতৌ উবদা হরিনা,
তাকপিরাকই মোমোন মোমোন নোক্তুনা।

কদায়দগী ৱাখন্না ওইদবা পোৎলুম
পুদুনা ৱারিবা শেরান্না পুক্লিংনা।
যজ্ঞ কৎপা হায়বসে সৎ কর্ম্মনি
দশা লাংফম পূম্বা কোক্কদৌরিবনি।

M

শ্রীচরনবু য়েংজরগা রুক্মিনীনা,
হঙ্গৎচৈ খুৎ লোন্না চিংনবগী মরম।
হন্দক্কী যজ্ঞসে ননাই ঐঙোন্দদি,
অফবা ওইগনি থাজদে পুক্লিংনা।

বার্ত্তন তৌরবনিনা অরোল অহুমগী
মী, লাই যক্ষ রক্ষ পূম্বা তিল্লগনি।
ব্রজ নিংথৌ নন্দ যশোদানচিংবী,
গোপী ময়ামসু লেঙঙক্কনি শোয়দনা।

নংবু পোকপী যশোদা ইমা রানীনা
হাগোপাল কৌবদা চেনখিগনি।
দেবকী ইমাবু করিসু থৌওইরোই,
করিগুম্বা অমদি থোক্কনি শোয়দনা।

গ্রহনসু থোক্লিবা, তীর্থসু ওইরিবা,
কুরুক্ষেত্রগী প্রভাস হায়না ফাওরিবা,
প্রেমগী মশক ওইবী ইবেম্মা রাধাসু
মুক্তি স্নানগীদমক লেঙঙক্কনি শোইদ।

ইবেম্মা মহাক্না সাথীশিং পুদুনা
লাক্লবদা ইবুংঙোসু লেঙখিগনি।
খেৎফম লৈত্রবা ব্রাফমনি হঙ্গৎচবা,
তোল্লবী রুক্মিণী ঐদি মাংজরে।

মনিং তম্বা হরি নংগী শ্রীচরন্দা,
চংজরি ননাইনা থাদোকপীনু ঐবু।
পুবিয়ুনে ঐবু মপোক মপোক খুদিং,
চরনগী সেবা ফংজগে তোল্লবীনা।

# শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীবু থেমজিনবা

য়েংউ হে রুক্মিণী - কৃষ্ণ ঐগী শকফমসে। অতিয়া কুচুনি। হাইনৈ ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা কুচু। ঐগী শকলোন্দি ওম্থোক্লা য়ামখ্রে। কারনোদকশাযী বিষ্ণু (২) গর্ভোদকশায়ী বিষ্ণু অমসুং (৩) ক্ষীরদকোশায়ী বিষ্ণু (৪) শ্বেতদ্বীপকী বিষ্ণু ময়াম অসি ঐগী শকলোন ঙাক্তনি। যুগ যুগ খুদিংদা অবতার হেক হেক তৌরিবা অদুসু ঐনি। শ্রীবৃন্দাবনগী লীলাদা রাধিকা অমদি গোপীশিংগা রাসনচিংবা শান্নরিবা গোবিন্দ কৌবা অদুসু ঐনি। য়েংউ বৃন্দাবনগী কৃষ্ণদি অমুক্তা লৌখিদ্রিবা ঐগী থোইদোক হেন্দোকপা শকফমনি। তনৌ তনৌ শাথেক শাবান্না মথেক অহুম থেকপা খুত্তা বাঁশি পাযবা স্না ফিগে থোনবা বনমালানা লৈতেংবা খোংদা নুপুব খোজিগী লৈতেং কোক্তা চুডা ইমা যশোদানা শেন্নীবা, ঐগী মিংনা থম্বাল লকা ঙমজবা, মুনা খোইতাক তৌবা শমলাং গোপী পুক্লিং হুবা শকফমনি। ভক্ত বৈষ্ণবনা পামজবা - প্রেমগী নুংশিবা শক্তম বস বাজ (বস পুম্নমক্লা তিনবা) মুর্ত্তিনি ঐদি। কৈশোর বয়স চহী ১২ গী শকফম পেরাওনবা মিংস্না থম্বাল। ঐগী শকফম্বু উবদা লক্ষ্মী ঠাকুবাণীনা যেংদুনতা লৈবনি। ঐ ইশামক্লা মিংশেন (দর্পন্দ) ইশানা যেংজবদা অঙকপা নুংশিবনা থনবা শকফমনি। মমাংগী অবতারশিংদা ওইখিদ্রিবা মতুংদসু ওইগনি নিংদবা ঐগী মুর্ত্তিনি। অসি হায় হায়দুনা চিংনগনু হে রুক্মিণী নহাক। বৃন্দাবনগী লীলা লোইখ্রে। রাধাগা অমুক হন্না শান্নববোই। হৌজিক দ্বাবকাগী লীলানি পৃথিগী অরূম্বা কোক্লবা কৃষ্ণ ঐগী অবতাবনি।

## শৈরেং

হে চান্নবী রুক্মিণী নং লৈবনা<br>কৃষ্ণ ঐনা দ্বারকাদা লৈবনিনে।

কাওরবরা নংবু, নহাক্কী মপোকসে
নংদি লক্ষ্মীমক্কী শাইওন্ন লাকপনি।

কৃষ্ণ ঐগী মিংদি বাসু দেব কৌই
নারায়ন হায়বদু ঐনি খঙউনে।
অনন্ত শয্যাদ চেপলিবা বিষ্ণুদো
কৃষ্ণ ঐনি নংনা মহা লক্ষ্মীনি।

য়াম্বুং বলরাম্না অনন্ত শাইওন্নি,
দাউজীগা ঐগা করিসু খেন্নদে।
ঐগী খোইদৌদগী ব্রহ্মা পুথোকপনি,
সংসারগী জীব পুন্নমক শেম্নবা।

মুন্না তারো রাধা হায়বসে কনানো,
মাদি গোলোক্কী মবেম্মা বাধাদুনি,
সিদামগী শাপনা পোক্লবনি ব্রজদা,
শান্নবনি রাস লীলা গোবিন্দগা।

রসনা থনবা লীলা কয় কয়া
শান্নখি রাধা শ্যাম্না বৃন্দাবন্দা।
ভক্ত বৈষ্ণবনা শোন্নরি রাধা কৃষ্ণ,
শোল্লগা কোকচৈদো মশাগী পাপ পুন্বা।

রাধাগী মবুংঙো শ্রীগোবিন্দদি,
লৈহৌরবনি বৃন্দাবন্দ থুপ্তুনা।
উদবনি রাধানা সিদামগী শাপ্না,
বৃন্দাবনগী লীলাদি লোইখ্রবনি।

য়েংউ ঐগী থবাক্তা লক্ষ্মী রেখা লৈ,
ভৃগ্রু পাদ চিহ্না লৈতংবো কৃষ্ণ ঐনি।

রুক্মিণী নংনা লক্ষ্মীগী শাইওন্নি,
যুগ যুগ খুদিংদা নংবু পুদুনা চৎলি।

রাধাগী গোবিন্দ, লক্ষ্মীগী নারায়ন,
রুক্মিণীগী মবুংঙো বাসুদেব ঐনি।
করিগী চিংনরি হে রুক্মিণী শকহেনবী,
ঐনা নংবু খক থাদোক্তুনা চৎলোই।

অসিমদি খঙউহে ইবেম্মা নংনা
কৃষ্ণ গোবিন্দ অনিসি অমত্তনি।
সংসারগী কারন থবক খাইদোকপতনি,
চিংনগনু ইবেম্মা লক্ষ্মী শাইওনবী।

কৃষ্ণগী য়াথং তাজবদা রুক্মিণীদো
চিংনবা কোকচদুনা মোমোন নোক্লে।

## শ্রীকৃষ্ণনা বার্ত্তনগী মরম লল থুমগী মরম শিল্লাংবা

তাকপিরে শ্রীকৃষ্ণনা রুক্মিণীদা
চৎলো নং প্রভাসতা ৱাত্তনবা শিল্লু।
স্না লুপা লল ময়াম পৈরবনি,
সুমেরুদগী কুবেরনা পুক্কে ওইনা।

কুবেরনা থোইদোক্লা য়াম্না ৱারমগনি,
মচা মনাইশিং লোইননা লল পৈবদা।
ইবেম্ম নংনা পুক্কেদা মিৎয়েং চংদুনা,
ৱাংলক ৱাংলকপদু মেনশিল্লু নহাক্লা।

মহাদেব দুর্গা অনিগী নিমন্ত্রন
চৎহল্লু শাম্ববু কৈলাসতা থাদুনা।
ভক্তি তৌনা খুরমদুনা কৎলু হায়য়ু
লেঙবিরক্তবা য়াদে, হাইজরকই কৃষ্ণনা।

পাবর্বতীগা নংগা চাকশংদা লৈয়্যু,
অন্ন দান তৌগনি ব্রাত্তনবা হোৎনৌ।
জীবনা পেল্লগা অপেনবনি ঐগী
ঐগী নিংবা থুংহল্লু হে রুক্মিণী।

রুক্মিণীনা মনাও ইবেম্মা সত্যভামা
জম্বুবতী, কালিন্দী, মিত্রবিন্দা,
নগ্নজিতা, সুশীলানচিংবী কোনুংগী,
লৈমশিং শেম শারে প্রভাসতা চৎনবা।
ফজৈদা ইবেম্মশিং চাংদমফম লৈতে
লক্ষ্মী শরশ্বতী দুর্গাগী শাইওন্নি।
মনি রত্নগী স্নাগী লৈতেংতনা,
ইরং লংলি নোংথাং কুপ্পগুম নিংথিজৈ

কামদেবনা কৌরকলে ভেরী খোংদুনা
যদু পুম্বা অমত্তা চিংথদনা ।
ব্রহ্মাগী বরনা শেমখিবা পুষ্পক দোলাইদা,
লেঙখৎলে কৃষ্ণগী ইবেম্মশিং পুম্বা।

শাম্ব, অনিরুদ্ধ অনিদা তাকপিরে
থিল্লুরো নমা নন্দোলশিং পুম্নমক।
প্রভাম তীর্থগী যজ্ঞগী মফমদা,
চেকশিন্না পুষ্পক দোলাইশি থৌদুনা

অঙকপা দোলাইনি ব্রহ্মাগী বর ফংলবা,
অরৈবা মী মখৈ তোংলিমখৈ চনবা।
অতিয়াদা পাইদুনা চৎপা য়াবনি
পুক্লিংগা য়াঙবা মান্নবা দোলাই

দ্বারকাগী মীয়াম হোল্লুবা মতুংদা
চৎলু নখোই অনি ব্রহ্মাগী মফমদা
কৎলু নিমন্ত্রন ভক্তিগা লোইননা
লেংবিরক্তবা য়াদে যজ্ঞ য়াওনবা।

মতুংদা চৎলু কৈলাসতা নখোই অনি
কৎলুচো যজ্ঞগী নিমন্ত্রন শিবদা
ইমুংদা চংলগা নমা পার্ব্বতীদা
কৎলু রুক্মীনীনা পীরকপা নিমন্ত্রন।

রুক্মিনীনা হায়জরুই নমা দুর্গাদা
পীজ পীথকপগী মপু ওইবীয়ু।
অন্নপুর্ন ওইদুনা চাকশংদা লৈদুনা
লাকই পুম্বা মবুক পেন্না পীজবিয়ু।

## ব্যাখা

নিমন্ত্রনগী মরম পুন্নমক তাকপিরবগী তুংদ লেংঙকলে শ্রীকৃষ্ণ দাউজিগী মফমদা অদুগা হঙ্গৎচৈ মতম চারে প্রভাসতা লেংবিনবা তৌবিরো। ননাওদি দ্বারকা ঙাক্লবা লৈহৌখিগে, লৈজহৌশনু দারুক ঐগী দোলাই থৌবিনবা।

N

## দ্বারকা বাসীশিংনা প্রভাসতা যত্রা তৌবা

কাখৎলে পুষ্পক দোলাইদা যদু পুম্বা,
মনি মুক্তা হত্তুনা শাবা দোলাই ।
ফজবমখৈ তিনবা পুন্নং লংবা রথনি,
ফমফম নাইনা শেম্বা তোংলিমখৈ চনবা।

পাইখৎলে দোলাই অতিয়াদা থৌগৎনা,
নাকন নাইনা ফমলি ইবুংঙো ইবেম্মশিং ।
নুমিৎ থোকপদা থম্বাল শাৎপগুম্না,
ফজৈদা চংদমফম লৈতে লৈমশিংদো।

লক্ষ্মী সরস্বতী দুর্গা শাইওন ওইবা,
রুক্মিনী, সত্যভামা, জম্বুবতী -
লৈমা লিশিং তরতরুক চামনিপান্নি
ফজবা ফিজোল মনি মূক্তাগী লৈতেং
তরু তহেন ফজমখৈ তীম্বা শকফম।
রামগী লোইনবী রেবতীশু য়াওরিবা
কামগী মবেম্মা রতি মশু উষা
ইন্দ্রগী জগোই শাবীশিংদগী হেনবী
নিংথিবী রুপ গুণ, চংখোনবী ইবেম্মশিং।

নাকন অমদা যাদবকী নুপা মখৈ,
ফমলি নিংথিবা ফিজোন্না লৈতেংদুনা।
ফজবদা মপা লৈত্রবা পাখংশিং
কৃষ্ণগী মচা মশুশিং রূপ গুণ লৈবা।

চাংদমফম লৈতদুনা হায়বনিনে,
কৃষ্ণনা গরুড় তোংদুনা পাইবগুম্মী।

নুমিৎকুম ঙান্না পাইবা দোলাই উবদা,
অউবগী পুক্নিংবু শুমহৎপা মশকনি।

প্রভাস তীর্থগী কোনুং মান্দব উবদা,
থাবে দোলাই অথৌবনা লমহাংদা।
কুমথরে দোলাইদগী ময়াম পুম্নমক,
মরি মবি চংলকলে মুক্তা পবেংগুম্।

ইবেম্মশিংনা কুমথরগা য়েংবদা,
উবে দ্বারকা কোনুংগুম ফজবা প্রভাস
নিংথিনা শাবা যেক খোৎলবা য়ুমশিং
মাইকৈ মবি মনিতনা চেকপন খাবা।

পুবগী ফজবা উবদা পুমঙক ঙকক্লে
চাওব মাণ্ডব অকোইবদা ফমফম ফিদা
নুপানা ফম্নবা বেশম ফিদা থাবা
নুপীনা ফম্নবা অমোনবা ফিদা
যেংখি যেংখি মাইকৈ অব্রাৎপা লৈতৈদা,
কৃষ্ণগী কৃপানা ওইখিবা ঙাক্তনি।
জগৎকী মী মখৈ চনবা চাত্তব মাণ্ডব,
ফমলি মীয়াম্না ঙুং ঙুং তিন্দুনা

ইবেম্মা রুক্মিনীনা কুবের কৌদুনা
হংবিরে পুক্কে লনগৈগী মরমদা।
পাওখুমজবে কুবেরনা ইবেম্মদা,
মথং মথং হঙ্গৈচে পুরকপা লনশিং

মিৎযেং তাবীয়ু ইবেম্মা লল ময়ামদো
দ্বারকাদগী হোল্লকপা চান্ন থক্লবা

স্না লুপা ময়াম্না মনি রত্ন পুম্নমক
পৈরিবা মফমদো তাকচরে কুবেরনা।

যক্ষ রক্ষ ময়াম্না শুমেরু কল্লুগা
পুরকপা লল মখৈ উৎলে কুবেরনা।
তাকপিরে কুবেরদা তোকলো লল হোনবা,
ওকপা য়ারে পৈরিবশিংসে য়েংবদা।

স্না ময়ামসে হোনবদা ব্রাররিনি
যক্ষ রক্ষ ময়ামসে অথাপ্পদগী ।
ঐনা অব্রাৎপা মেল্লগে কুবের,
নংনা তৌবিবনা হেল্লে হে যক্ষবাজ।

মচা শাম্বদা য়াথং পীরে ইবেস্মনা
চৎলো কৈলাশতা ভাবানীগী বার্ত্তন।
হঙ্গৎলু অন্ন পুন ওইবিগনি,
চাকশংদা লৈদুনা চান্নবা শিনবীযু।

## শাম্বা অনিরূদ্ধ অনিনা ব্রহ্মলোক্তা অমদি কৈলাশতা শিব পাবর্বতীবু বার্ত্তন কচ্চবা

শাম্বা অনিরূদ্ধ যাত্রা তৌরক্লে
বার্ত্তন তৌনবা পুষ্পক দোলাই তোংদুনা।
থুংলরে মচিন মনাও ব্রহ্মালোক্তা,
চংনবা য়াথং লৌজৈ ব্রহ্মা উনবা।

য়াথং ফংদুনা চংজৈ ব্রহ্মাগী চরন,
ঙক্তা ফি য়েত্তুনা দণ্ডবৎ তাদুনা।

কচৈ যজ্ঞগী নিমন্ত্রন ব্রহ্মাদা।
হায়জৈ - কৃষ্ণনা লেংবিরক্তবা য়াদে।

যজ্ঞ কচ্চগদৌরি ইধৌ বসুনা,
গ্রহন নুমিত্তা কুরুক্ষেত্র প্রভাসতা
লোইনবিরকউ পরিবার লাই পুম্নমক,
সভাগী লৈতেং ওইবিরো হঙ্গৎচৈ।

খুরমজরে বহ্মাগী চরণ শোক্লা,
অদুগা যাত্রা তৌরকলে বার্ত্তন চৎনবা।
যৌবকলে কৈলাস পুষ্পক দোলাই তোংদূনা
মতম ইচং চংদা অতিয়াদা পাইদুনা।

থনমলে অনিরূদ্ধ কৈলাসকী থোঙদা,
চংলক্লে ভগবান শিব উনবা।
দণ্ডবত তানা খুরুমজদুনা শাম্বনা
কচ্চরে যজ্ঞগী বার্ত্তন সদা শিবদা।
লেংবিরকউ হায়না কৃষ্ণনা হায়জরকই,
শিবনা খুম্মী ঐ শোয়দনা লাক্কনি।
চংউ চংউ ভবাগী ইমুংদা লৈবনি,
নমাগী চরন খুরমজরুচো শাম্বা।

পাবর্বতীগী চরন্দা খুরমজরে,
ঙক্তা ফি য়েত্তুনা দণ্ডবত তানা।
হঙ্গৎচৈ হে ইমা বার্ত্তনসি কচ্চরি
ইমা রুক্মিনীনা পীরকপা বার্ত্তন্নি।

মরমদি লাকইবা গ্রহন নুমিত্তা,
সোমযাগ যজ্ঞ কচ্চগদৌরি ইবুধৌনা।
অন্নদানগী ফমফমদা লেঙশিনবিয়ু
ইমানা চেকশিন্না লুনা হায়জরকই।

হৌজিকমক লেংসি ইমা, যজ্ঞ নকশিল্লে,
গ্রহন নুমিত্তনি পুজা তৌগদবা।
মচাবু চিংনা য়েংলগা হায়রকই
শাম্বা নংদি ঐগী ইচা অশেংবনি।
নংগী নমা জাম্ববতীদো ঐমক্লা
লাংওনবনি কৃষ্ণগী লীলা য়াওনবা।

## ভগবতী দেবীনা প্রভাপতা লেঙঙকপা

মহাদেববু খুরুমজরে দুর্গানা,
অদুনা লেংথোরকলে গনেশ কার্ত্তিক্কা।
শম্বনা থৌগন তৌজে থোঙ্গাল ফাওবা,
থাদুনা লৈরম্মী পুষ্পক দোলাই অদু।

অনিরূদ্ধনা ঙক্কা ফি য়েৎলদুনা,
খুরমজে ভক্তি তৌনা ভগবতীবু।
কাখৎলে দোলাইদা ময়াম পুম্নমক,
পাইরকলে দোলাই ব্বারি শানা শানা।
নংগী পাবুং কামদেব অদো শিবগী
অশাওবা মিৎয়েংনা তুমখি মমাংঙৈদা।

## ৱারি শানা শানা য়ৌরকলে, কুরুক্ষেত্র প্রভাস যজ্ঞগী মফমদা

ইকুই কুইদনা য়ৌবকলে দোলাই
কুরু ক্ষেত্রদা থাজরে শাথৌবনা।
লেংখবে দেবী মচাশিংগা লোইননা,
ফজনা শারবা যজ্ঞগী মফমদা।

চেঙ্ঘোরক্লে রুক্মিনী, দুর্গাবু ওকবা,
চেং থোইদিং ধুপ থাওমৈনা পুজা কচ্চরে।
আর্তি কৎলে চীং লেম্না ভক্তি তৌনা,
পুশিল্লকলে দেবীবু খুৎ শম্লনা।

হায়জৈ রুক্মিনীনা খুৎ লোন্নবা দেবীদা
চানবদুনা অন্নপুর্ন ওইবিয়ুনে।
হরিগী য়াথংনি নোল্লুক্লা হায়জরি,
দান ধর্ম্ম পীজ পীথক মপুং ফাহনবীয়ু।

অৱাৎ অপা য়েংশিনবীয়ু দেবীনা
মেনশিনবীয়ু ৱালক ৱালকপা য়েংদুনা।
মবোল অহুমগী জীববু পীজগে,
নংগী থৌজাল নত্ত, অতৈনা ঙমলোইনে।

গোবিন্দগী য়াথংনি হে ভবানী দেবী
অন্ন দানদগী হেনবদি লৈত্রবনি।
শা উচেক তীল কাঙফাও নিংবা থুংহবিয়ু
মখোইনা পেনবনা যজ্ঞগী মপুংনি ।
দেবীগী কৃপানা ওইথোক্কনি পুম্বা।।

কৃপা তৌবিরে ভগবতী দেবীনা,
লেঙশিনমিন্নরে রুক্মিনীগা ব্রালহৌশংদা।
মতেং পাংলরি রুক্মিনী সত্যভামা
অহুম পুনবদা কয়াদা ফজবনো?
দুর্গা লক্ষ্মী সরস্বতীনা ওইবনা।

লক্ষ্মী দুর্গা অনিনা পুল্লবদা,
অব্রাৎপা অমমুক লৈররোই প্রভাসতা।
খল্লে গেবিন্দনা নিংবা থুংজরে
ঙম্মনি যজ্ঞসে নিংথিনা পাংথোকপা।

## যুধিষ্ঠিরনচিংবা হস্তিনা কাংবু লাকপা

দারুকপু কৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা,
য়াথং পীরে চৎলু হস্তিনাদা।
বার্ত্তন কৎলুচো যুধিষ্ঠিরদা,
প্রভাসতা যজ্ঞ লেংবিরক্লবা।
হঙ্গৎলু চৎনিংবমখৈ লাকউ,
হস্তিনাগী ইবেম্মশিংসু লোইনা।
মরোল অহুমগী মী তিল্লগনি,
সূর্য্য গ্রহন নুমিত্তা শোয়দনা।

খুৎশু খুৎলাই মতিক চানা পুরকউ,
হায়যু যজ্ঞ ঙাক শেনগদবনি।
ভীম আর্জ্জুন মচিন মনাও মরিনা।
অরাকপা মী তরাম্না ওক্কনি।

পাণ্ড তাবদা দ্রৌপদী সুভদ্রা
কোনুংগী লৈমশিং লোইনা হরাওরে।
চৎকনি হায়না শেম শাজরে পুম্নমক,
মচা মশুশিং অমত্তা চিখদে।

যুধিষ্ঠিরগী য়াথং মতুং ইন্না,
আর্জ্জুন্না কৌরে ময়ারথ দোলাই।
পুক্লিংগা মান্নমা য়াঙবা রথনি
অঙকপনি তোংলিমখৈ চনবনি।

বিদায় লৌবগা চৎখরে দারুক,
পুষ্পক দোলাই থৌদুনা য়াম্না য়াঙনা।
মচিন মনাও মঙা ইবেম্মশিং লোইনা
থুংলবে প্রভাসতা ললসু পুদুনা।

রুক্মিনী মনাওশিং লোইননা
ওকচৈ দ্রৌপদী সুভদ্রা পুম্নমক
হৌনবী পুজা তৌরে হস্তিনাগী
নিংথৌরেন যুধিষ্ঠির মহারানীদা।
দ্রৌপদীনচিংবী ইবেম্মশিংনা
নুপীগী ফীদাদা ফম্নখরে।
নুপানা ফম্নরে নুপা কাংলুপ্তা,
নিংথৌনা ফমলে স্নাগী আসন্দা।

পাণ্ডব মঙানা উনজরে
শ্রীকৃষ্ণবু অহানবমক্তদা।
ভক্তি কৎলে কৃষ্ণনা যুধিষ্ঠিরদা,
মনাও মরিনা খুরমজে কৃষ্ণবু।

হস্তিনাদগী পুরকপা লল মখে
শিন্নজরে রুক্মিনীগী মফমদা।
ভক্তি তৌজৈ দ্রৌপদীনা দুর্গাদা
হস্তিনাগী মনাওশিং লোইননা।

## কুইনা উনরুদ্রবা দ্বারকা অমসুং হস্তিনাগী ইবেম্মশিং নুংঙাইনা ৰারি শান্নবা প্রভাবকী কোন্নুংদা শৈরেং

দ্রৌপদীনা হংজৈ মোমোন মোমোন নোক্লা,
ইবেম্মশিংসে ওম্থোক্লা লাইবক ফৈদকো।
জগৎকী মবুংঙো দ্বারকানাথ কৃষ্ণনা
নখোইবু করম লুহোংদুনা লৌবগে?

খুন্নকই রুক্মিনীনা দ্রৌপদী য়েংদুনা,
তারো ঐনা কৃষ্ণদা প্রান কচ্চখিবা।
কৃষ্ণবু নিংজবা মপান্না ফংজৈদো,
বিদর্ভা রাজাগী মমোম ঐহাক্লা।

ইপা নিংথৌ ঐবু চেদীরাজ শিশুপালদা,
ঐবু পীগনি হায়না স্বয়ম্বর লিংখৎপিখি।
কল্লবা নিংথৌ জরাসন্ধনচিংবনা,
শিশুপালগী মিচংদা লেপখ্রবনিদো।

লোন্না চিঠি কচ্চখি কৃষ্ণদাঐনা,
লেংবিরকলে কৃষ্ণ স্বয়ম্বর মফমদা।

নমদুনা মুন্দুনা পুরকলে ঐহাকপু ,
নিংথৌ সভা ময়ামদগী শ্রীকৃষ্ণনা।

লাল কন্না শোক্লে ইবুংগা হরিগা
জরাসন্ধ নিংথৌনা মতেং পাংদুনা।
কৈদৌনি নোংশাদা বনগী শা ময়াম্না,
মাইথিবা পীদুনা কৃষ্ণনা মখোইবু
লুহোংবিরে ঐবু থৌজাল হৈবা হরিনা।

ইবুংঙো মাগী মপান নাইদ্রবা থৌজালনা,
ফংজেদো কৃষ্ণবু ইপুরোইবা ওইনা ।
ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিবনা ফংবা ঙমদ্রবা,
পরং ব্রহ্ম ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি।

সত্যভামানা হায়রকই তারো রানী,
করম্না কৃষ্ণবু ঐনা ফংজবনো?
ঐবু পোকপা পাবুংনা সত্রজিৎ কৌই,
ইখুরাগী মিংনা প্রসেন্না কৌই।
নোংশাগী খয়াত্তা তাদুনা শিখরে
ঐগী ইখুরানা বন্দা শাদানবা চৎপদা।
ইপানা তেংথাজে শ্রীকৃষ্ণনা হাৎপনি
মনাও প্রসেন্নবু মনি পামদুনা।

লেংখরে কৃষ্ণ বন্দা মনি থীনবা,
অকনবা লাল শোকনৈ কৃষ্ণ জম্ববান অনি।
নুমিৎ কুনতরেৎনি শোক্নরবা তুংদা,
জম্ববান্না কৃষ্ণবু খুরমজখি।

হে কৃষ্ণ নংদি শ্রীরামগী অবতারনি
খংলদুনা কচ্চখি মনি কৃষ্ণদা।

হল্লক্লে কৃষ্ণ মনি পুরক্তুনা
পীবিরে মনিদো ইপা ইবুংঙোদা।
ইপানা ঐবু থাজদুনা কৃষ্ণদা
লুহোংদুনা লৌবিরে ঐবু হরিনা।

জম্ববতীনা অমুক হায়রকই রানী
হে দ্রৌপদী লিরগে ঐগী ব্বারি তারো।
অচুম্বনি সত্যভামানা হায়রিবা,
ঐবু পীবিরে ইপানা শ্রীকৃষ্ণদা,
মনিগা লোইননা বিবাহ তৌবিরে।

কালিন্দীনা হায়রকই তারো দ্রৌপদী,
ঐবু কৃষ্ণনা লুহোবিবগী মরম।
পোকপদগী হৌনা থব্বাই কচ্চখ্রবনি
কৃষ্ণগী চরন্দ সেবা ফংজগে হায়না।
ননাইগী নিংজববু খঙবিদুনা
পুবিরকলে ঐবু ইন্দ্রপ্রস্থাদা
লুহোংবিরে যুধিষ্ঠিরগী কোনুংদা,
অসুম্না সেবা ফংজৈ তোল্লবীনা।

সত্যনা লিরকই দ্রৌপদী য়েংদুনা,
য়াম্না নুংঙাইবা ব্বারীনি ঐগী সে।
ইপা নিংথৌগী মিংনা নাগ্নজিৎ কৌই
অকনবা মমাক পাম্বা ইপা ইবুংঙোনি।

নিংথৌ মচাগী পাঙ্গল চাং য়েংনবা
ইপানা য়োকই কল্লবা ষন কাও তরেৎ।
ষন তরেৎ পুন্না ফাবা ঙম্বা মীদা,
ঐহাকপু থজনি হায়না পাওজেনখি।

কনা অমত্তনা ফাবা ঙমদে কাউশিংদো
মচী তুম্লবা কল্লবা শা ঙাক্তনি।
কৃষ্ণনা কাউশিংদো লায়না ফাবিরে
মদুদা ইপানা ঐবু কৎপিরে।

ইপাগী ব্রাশকপু কায়হনবা লৈতনা
তোল্লবী ঐবু লুহোংবিরে কৃষ্ণনা।
তাবদা ব্রারিদো ময়াম্মা ব্রা ব্রা নোকলে,
হে সত্য নংগী ব্রারিনা হেন্না নুংঙাই।

মিত্র বৃন্দানা লিরকলে দ্রৌপদীদা
তারো মহারানী ঐগী ব্রারিসে।
ঐগী পাবুংগী মিংনা বিন্দারক কৌই,
অবন্তী লৈবাক্কী নিংথৌনি মহাক।
স্বয়ম্বর লিংখৎখি, রাধা চক্র হাপখি,
লৈবাক পুংজাও থিনখি, নিংথৌ ময়াম কৌখি
অচৌবা লীরুং অমা থমখি, মাগুব' য়াইদা,
মিন পক্ষী ককপা ঙম্বদা লুহোংগনি।

পোকপদৈ কৃষ্ণদা থব্রাই কচ্চবনি,
থম্বালনা নুমিৎ ঙাইবগুম ঙাইজবনি।
লাকইবা নিংথৌশিংদো মিৎনফাও য়েংদে
কৃষ্ণ লেংবিরক্কনি হায়না আশা তৌজে।

নিংথৌশিংনা মথং মথং চংই মাণ্ডবতা
লীরুং থাঙ্গৎপফাও ঙমদে কনামত্তা।
মমৈদা কৃষ্ণ লেংঙকলে স্বয়ম্বরদা,
লক্ষ ককপিরে কৃষ্ণনা ইরাই লাইনা।

সুলক্ষনা থব্রাই নুংঙাইনা হায়রকই
তারো দ্রৌপদী নংবো ৱারী লীরগে।
মদ্রদেশ নিংথৌ সুলক্ষনগী মমোমনি
ঐগী পাবুংদি কৃষ্ণবু নিংজবনি।

করি তৌরগা কৃষ্ণনা পেনবীগনি,
খঞ্জদুনা চৎখরে দ্বারকা কোনুংদা।
হঙ্গৎলুরে ঐবু কৃষ্ণদা কচ্চগে,
অসুম্না লেংঙকলে কৃষ্ণ ঐগী লৈবাক্তা।

ইপাগী ভক্তিদা পেনবীদুনা কৃষ্ণ,
লৌবিরে ঐবু মনাই নুপী ওইনা।
য়াম্না চাওনা লুহোংবিরে ঐহাকপু,
লেংজবা লৈ পরেং হুকচরে হরি'ঙক্তা।
সুশীলানা হায়রকই হে দ্রৌপদী
মহরানী তাবীয়ু ঐগী ৱারীসে।
শ্রুতকৃতি কৌবা নিংথৌগী মমোমনি,
সুমেরু ৱাংমদা লাপ্না লৈবনি ।

নোংমা লেঙঙকখি নারদ ঐখোই' লৈবাক্তা
অদুগা হায়রকখি, ইপা নিংথৌদা।
ঐবু থাজগে নিংই শ্রী কৃষ্ণদা,
নারদগী ৱাফমদা ইপাসু য়াজরে।

নারদনা তাকলদুনা লেংঙকলে কৃষ্ণ
ঐখোয়গী লৈবাক্তা গরুড় তোংদুনা।
কচ্চরে ঐবু ইপানা লুহোংদুনা
আত্মা সম্পর্ন তৌজরে শ্রীচরন্দা।

## ব্যাখা

মতৌ অসুম তৌনা শ্রীকৃষ্ণগী মকোক ওইবী লাইবক ফবী লৈমা নিপান্না শ্রীকৃষ্ণদা প্রান কৎচবগী লুহোংবগী মরম লোইনা লীজখি। হস্তিনাগী মহারানী দ্রৌপদীদা ৱাৱা নোক্লুনা। লাইবক ফৈ লৈমা নিপাল ব্রহ্মা শিবনা মাগী চরন ফংজবা ঙমদে দিবা নিশি হরি মাবু নিংজবদা। অসিগী মতুংদা লৈমা লিশিং তরাতরুক চাম্মগী মকোক ওইবী অমনা মখোই লৈমশিং কৃষ্ণনা লুহোংদুনা লৌবীবগী ৱারি অমুক লীজরকখি। লাইবক থীবী ঐখোইবু থৌজাল হৈবা শ্রীকৃষ্ণনা কনবিরগা লৌবিবনি।

নরকাসুর কৌবা প্রাগ জ্যোতিষপুর লৈবাক্কী,
নিংথৌ অমা লৈরম্মী হিংচাবগুম্বা।
ঐখোয়গী ইপা নিংথৌশিংবু মাইথিবা
পীদুনা ঐখোইবু ফাদুনা থমখিবনি।
অসুম্না তাজে হে দ্রৌপদী মহারানী,
লৈমা লক্ষা অমা ফারগা লুহোংগনি।
সুরারেনগী পদবী শিনগনি
ঐখোইবু বন্দি ওইনা থমখিবনিদো।

দিবা নিশি অহিং নুংথিল খুদিংমক্তা,
কৃষ্ণবু কৌদুনা কপচখি ঐখোইনা।
হা দ্বারকা নাথ! জগৎকী মবুংঙো,
লৌবিয়ু ননাই ঐখোইগী পীরাং পুজাসে।

ফত্রবা নরকাসুরদগী কনবীয়ু,
হা কৃষ্ণ পাম্বে লৈত্রবগী মবুংঙো।
গতি লৈত্রবগী মরূপ ওইবা নংনি,
নুপী ওইবী ইজ্জৎ মাংবা তারবরা ?

থৌজান হৈবা হরিনা লেঙবিরক্লুনা,
অব্বাবা কোকপিরে, নরকাসুর হাত্তুনা।
ঐখোই পুম্নমক দ্বারকাদা পুরক্লুনা
লুহোংবীরে থৌজাল হৈবা শ্রীহরিনা।

কৃষ্ণনা ঙানবিরে লুহোংফান ফমদুনা,
ঐখোই মথং মথং লৈ পরেং হুকচরে।
প্রান কচ্চরে কৃষ্ণগী চরন থম্বালদা,
খুয়া উফুল লৌদুনা কোক্তা হাপচরে।

## বার্ত্তন ফংলবদা মী লাই পুম্নমক প্রভাসদা মথং মথং লাক্লবা।

বার্ত্তন ফংলবা মী লাই শা উচেক পুম্বা
মাগী মাগী ফমফম চানা ফমনরে।
শা ষন শগোল শামু খোংলকলে নুংশিনা
প্রভাসদা ঙ্রুং ঙ্রুং ঙংনা তিল্লরে পুম্বা।

ভগবতীনা ভাণ্ডারি ওইবীদুনা
পীজরি পুম্নমকপু অমত্তা চিগ্থদা।
নিংথুংদবা কনা অমত্তা য়াওদে,
অঙকপা কৃষ্ণগী যজ্ঞগী লীলানি।

ব্রহ্মা, শিব, অনন্ত, ইন্দ্রদেব,
লাইয়াম পুম্নমক মথং মথং থুংলরে।
কৃষ্ণবু উনিংবনা লাংতক্লরবা
জগৎ জীবনা দান ফংজৈ কৃষ্ণবু।

## শ্রীকৃষ্ণনা সমুদ্রগা, সুর্দশনগা কৌরগা দ্বারকা শঙনবা য়াথং পীবা

কৌরক্লে কৃষ্ণনা সমুদ্রবু
লাকও ইনাক্তা মুর্ত্তি পান্দুনা
হে শক্তি লৈবা মিকুপ অমদা,
জগৎপু থুমহনবা ঙম্বা নংনি।
লাকলে সমুদ্র কৃষ্ণগী মাংদা,
ফজবা শক্তম শুমহৎনিংঙাইনি।
খুৎ লোন্নজৈ কৃষ্ণনা সমুদ্রদা,
হে প্রতাপ লৈবা নংবু উনিংই।

খুৎ লোন্ন হঙ্গৎচৈ শ্রীকৃষ্ণদা
করিগী ননাইবু ভক্তি তৌবিরি।
হে কৃষ্ণ ঐদি নংগী নচানি,
কাওবিরবরা গোলোক বৃন্দাবন।

ভাবীয়ু কৃষ্ণ ননাইগী ব্রারি
বিরজাসে অপোকপী ইমানি।
ঐখোয় নুপা তরেৎ পোকপিনি,
শ্রীগোবিন্দ নংগী ওরোষতগী।

নোংমা ইচিন ইনাও ঐখোই তরেৎ
য়াম্না থিনা খৎনখি ঐখোই মশেন।
অতোনবা ওইবনা ঐ য়াম্না ৱাখি
কপ্পুনা ইমাগী নাক্তা লাকখি।

মতমদুদা হে ইবুংঙো নংগা
ইমাগা প্রেম লীলা শন্নরম্মী।
ইমানা ঐবু নুংশিবিদুনা
অমৃত পীথকখি খুদক্কুদা

শ্রীগোবিন্দ অন্তর্ধ্যান ওইখ্রবদা,
ইমাসে খাংফম খঙদ, ৱাখিবা।
থম্মোই শোক্লা কৌজখি কৃষ্ণবু
ননাইবু থাদোক্কুনা লেঙখ্রবরা?

## বিরজা দেবীনা মচা তরেৎপু শাপ তৌখি

শ্রীকৃষ্ণবু উরক্লবদা ইমানা
নিংবা কায়রদুনা অঙক ফংনা শাউখি।
কৃষ্ণ কায়ন মৈচাক্লা মৈগী মতৌগুম
শাউদুনা ঐহাকপু থীনা চৈরকই।

হে লমচৎ নাইদ, নমা নুংশি খঙদবা,
কৃষ্ণ প্রেম্না থম্মোইসি চাকলি উদরা?
জগৎনা ফংঙমদ্র ইবুংঙো মহাক্নি,
নং পোকপনা পুম্নমক মাঙজরে ঐদি।

ব্রহ্মানা নুমিৎ খুদিং জপ তৌরিবা
অনন্ত মতোক লিশিংনা নাম শোল্লিবা।

শিবনা মোংফম ফমদুনা নাম শোল্লিবা,
হরি মাতবু ফংনবা ধ্যান তৌজবনি।

মুনি ঋষি কয়ানা তপ তৌজরি,
ইবুংঙো মাগী দর্শনতবু ফংনবা।
হন্দক্কী মপোক্তা ফংদ্রবা মহাকপু,
মথং মপোক্তসু অমুক নিংনরিবা।

অদুগুম্বা তাঙলবা শ্রীমুর্ত্তি অদো,
মাঙখিদা ইখুত্তা পায়রম্বা মনিগুম।
হা কৃষ্ণ ননাইবু চানবিররোইদরা
থম্মোই কায়র মৈচাকসে মুৎপিররো

ইমানা ঐহাকপু চৈরিবঁ মতমদা,
লাকলে ইয়াম্বা তরুক কপশিন্নদুনা।
মখোইবু উবদা শাওরকলে ইমাসে,
উত্তা ঘী হৈবগুম শাওবা হেনগৎলকলে।
ইমানা জল পায়দুনা শাপ তৌরকলে,
হাই! পাপী নখোই তরেৎমক ঈশিং ওল্লো।
দিব্য দেহ থাদোক্নুনা চৎখরো
সমুদ্রদা লৈখরো ইরম তরেৎ ওইনা।
ইক্ষু, সুরা, সর্পি, লবন, দধি, দুগ্ধ, জল
অসুম্না ঐখোইগী মিং খংনরিবা।

মচা কায়নবদা খাঙঙমদনা ইমানা
কৌরক্লে কৃষ্ণবু করি ওইরসিগে!
মচা নুংশিদ মমা লৈবা হৌনবরা?
করিনো বিরজা ঐ ঙাওরে প্রেম।

হরি নংনা লেঙঙক্তুনা ইমাদা,
থেমজিন্দুনা হায়রকখি তারো বিরজা।
নংনা নচাশিংদো হেক কৌবা মতমদা,
দিব্যা মূর্ত্তি পান্দুনা লাকপা ওইসনু।

হায়রিবা বর অসিনা ইমাগীতা নত্তে,
মচাশিং ঐখোইসু ইমা উনবা ফংজরে।
ইমাবু খুরমজবা তত্তনা লাকখি,
অদুগা অমুক তিঞ্জখি সমুদ্রদা।

হে হরি নংগী থৌজান্দি অঙকপনি
তোল্লবু চানবিবা, ঙাকপিহৈবা নংনি।
ঙক্তা ফি য়েক্তুনা দণ্ডবৎ তানা
খুরমজৈ নংবু করিনো তাকপীয়ু।

সমুদ্রবু চেৎপা কোনবিরে কৃষ্ণনা
অদুগা তাকপীখি নুংশিবা ৱাহৈনা।
দ্বারকাদা লৈবা মী জীব পুম্নমক,
প্রভাসতা চৎখরে ময়ূম থাদোক্তুনা।

কৃষ্ণ ঐসু চৎলনি যজ্ঞ য়াওনবা,
লৈহৌদরে কনাসু দ্বারকা ঙাক্লবা।
কৌবনি নহাকপু পুরসি ঙাক্লবা,
ঙাকলম্মু চেকশিন্না ঐনা হল্লক্ত্রিবাফাও।

সুদর্শন্না ঙাকসনু মথক্তা লাকপা,
ঈশিংদা লাকপনা নহাক্লা ঙাকউ কো।
য়াথংসি পীরবা তুংদা শ্রীগোবিন্দনা
সূন অতিয়াদা লংখৎখরে সুদর্শন।

বেদ ব্যাসনা খল্লি কনানা লাক্কনি,
লান্দবা জগৎকী মবুংঙোগী ধামদা।
ব্রজ প্রেম ফংনবা শ্রীগোবিন্দনা
থনম্বনি চক্র দ্বারকা ঙাক্লবা।

ব্রজ গোপ গোপী পুম্নমক লাক্লবা।
রাধিকা লাক্লবা লিংখৎপনি যজ্ঞ।
অঙকপা লীলানি কৃষ্ণনা শান্নবা,
ব্রজ প্রেম্না তত্তনা থম্মোই ইহৌরি।

## শ্রীকৃষ্ণনা প্রভাসতা লেঙবা যজ্ঞগীমক শিনবীবা

সুর্দশন চক্র অমসুং সমুদ্র অনিদা,
শিন্নরমলে দ্বারকা ঙাক্লবা কৃষ্ণনা।
যাত্রা তৌরে কৃষ্ণ প্রভাস যজ্ঞ য়াওরুনবা,
দারুক্না দোলাই থৌদুনা য়ৌরক্লে।

মিৎয়েং তাবিরে য়ুম খুদিং লেঙশিন্দুনা
অহানবদা বসু দেবকী অনি খুরুম্মী।
মতুংদা লেংশিল্লে অন্ন পুর্ন শঙ্গাইদা
খুরুম্মী দেবীদা ঙক্তা ফি য়েত্তুনা।

মথং মথং পুন্নমক ব্বারি শারগা,
ময়াম্বুংবু খুরমজে ভক্তি তৌনা।
যুধিষ্ঠিরবু খুরমজে শ্রীকৃষ্ণনা
নুংঙাইরে দাদা মহারাজ লেংবিরকপা।

ভীম আর্জ্জুন নকুন সহদেব মরিনা,
শ্রীকৃষ্ণগী চরন থম্বালদা খুরমজৈ।
দণ্ডবৎ তানা ওক্তা ফি য়েত্তুনা
ননাই ঐখোই লাকচরে হায়না হঙ্গৎলি।

কোনবীরে মনাই মরিবু চেজেৎনা,
থৌজালগী মিৎয়েংনা মোমোন নোক্লগা।
মতুংদা অন্তপুরদা চংদুনা কৃষ্ণনা
দ্রৌপদী সুভদ্রা নখোই লাক্লেদনা।

দ্রৌপদীনসু খুরমজৈ খু লৈতানা,
শ্রীচরন থম্বালবু চিংনা য়েংজদুনা
মতুংদা অমুক লেংথোরক্তুনা কৃষ্ণনা
কৌবী শাগৈ নাতৈ পুম্বা তরাম তরাম।

উগ্রসেন নিংথৌ বৈষ্ণব উদ্ধব অক্রুর,
সাত্যকিনচিংববু কৌবিরে হরাওনা
ফজরবা পাম্বো থাঙ্গত্তুনা কৃষ্ণ
খুৎ লোন্নজৈ ময়াম লেংওকপা নুংঙাইরে।

মতুংদা মচা ইবুংঙো কামদেববু
কৌদুনা লুরবা শিম্বা পীরক্লে।
চৎলু যজ্ঞগী য়ুমদা পৈদুনা থম্মু
নুমিৎ হুমনি কৎনবা যজ্ঞগী পোৎচৈ।

তাকপীরে মচাদা গর্গ মুনি লাক্কনি,
মানা ফমগদবা যজ্ঞনি ব্রাৎহ্নগনু।
অতৈ অতোপ্পা নারদসু য়াওগনি,
ঘী থাওপোৎলম পৈদুনা থম্মু।

**ব্যাখা**

চৎখরে কামদেব মনাওশিং পুদুনা । লাংখরে অমত্তা চিথদনা তাকপিখিবা মতুং ইন্না । লেঙশিল্লে কৃষ্ণনা পুক্কে লঙ্গৈশিংদা মিৎয়েং তাবিরে চীংমুক চাওনা পৈদুনা থম্বদো। শ্রীকৃষ্ণমক্না অঙকপা ফংখরে পৈরমলিবা পোৎয়ামদো উবমক্তদা। শারমলিবা ফুরা দলাল অচৌবা মাগুব বিশ্বকর্ম্মগী থোইদোক হেন্দোকপা খুৎশেম উবদা মাবু থাগৎলি কৃষ্ণনা হে বিশ্বকর্ম্ম নংসে ওন্থোক্লা হৈখ্রেদা নংনা শারম্বা ময়ামদো উবদা ইন্দ্রদেবগী কোনুংদগী হেনবা। অসিদসু নত্তে। বন, তপবন, উপবন কয়া কয়ানি বৃন্দাবন্দগী তাদবা । ইকুই কুইদনা কল্প বৃক্ষ, তোমাল, কদম্ব চিংবা হৌহল্লিবা অদুগা অমুকসু শুনা শাৎলিবা নবেম্মা রধা লেংঙকপদা য়েংবদা খোইদানবা।

**নারদ ঋষিনা বার্ত্তন তৌবনা, মরোল অহুমগী মী লাই, গন্ধর্ব, কিনুর যক্ষ রক্ষ শা উচেক লোইনা প্রভাস তীর্থদা লাক্কুনা পৈররে।**

নাবদনা মরোল অহুম বার্ত্তন তৌবনা
লাক্লরে মরি মরি প্রভাস যজ্ঞদা।
যুধিষ্ঠিরনা ওকচৈ ইকাই খুম্নুনা,
লাকইবশিংদো পুশিঞ্জে থারিবা ফমফমদা।

উদ্ববনা পাদ্য অর্ঘ ধুপনচিংবনা
পুজা তৌজে কৎপা য়াবা মীশিংদা।
অন্ন পূর্ণনা পীজ পীথকই লোইনা,
অপাম অপাম্বা চানিংবতা খন্দুনা।

সমূদ্র ইথক্কুমক চোন্না তিল্লে মীনা
মাগী মাগী ফমফমদা ফমনরে পুন্বা।
য়ুমদসু মাণ্ডবতসু ফম্নরক লে,
ফিঙৌ ফৌবগুম উরে ফমলিবা ময়াম।

অন্নপূর্ণ ভগবতী দেবীনা,
পুথোকলে দুর্গা কোটি অমা হৃকচাংদৈ।
পীজ পীথক তৌরে অৱাৎপা লৈতমখৈ,
নিংবা থুংদবা অমত্তসু য়াওদেদো।
অঙকপা লীলানি কৃষ্ণনা শান্নবা,
উচেকশিংনা তোংলি উগী উশাদা।
নোংশা কৈ লমহুই শজি শঙাই পুম্নমক,
পুল্লপ পুন্না লৈমিন্নৈ মফম অমত্তদা।

ভগবতীনা মখোইশিংদো চিংখদে,
পীজ পীথক চানিং চানিংবা অপান্বা।
অন্নপুর্ন ইমা জগৎ জননী,
অসিনা হায়নরিবনি জগর্কী মমা।

লাকলে, গায়ত্রী, সাবিত্রি, ব্রহ্মা দেব
থুংওরে মাগী পরিবার লোইননা,
ভগবান শিব শন্দম্বা তোংদুনা
লেংঙকলে মনাই ময়াম পুরদুনা।

য়াওরমই নন্দী ভৃঙ্গি ভূত প্রেটনচিংবা
লোইনরকই তুমিং কাঙ জীব জন্তু।
লাইনা লাইথুং চাবা ফংগদবশিং
অমত্তা চিংখদে কৃষ্ণগী থৌজান্না।

জীব পুম্নমকপু নুংশিবা ভগবান্নি,
ব্রহ্মানা শেম্বনি কৃষ্ণগী য়াথংনা।

ইন্দ্র দেবনা শচী দেবী লোইননা,
ঐরাবৎ তোংদুনা থুংলরে প্রভাসতা।
লাই কোটি কুন্থ্রাহুমদোই মখোইগী
লাইরেম্বীশিং পুদুনা লাকলে যজ্ঞদা

চিংখদে লৈহৌদে অপ্সারা অপ্সারীশিং
রম্ভা তিলোতমা, মেনকা উবর্বসী,
বিদ্যাধর বিদ্যাধারি পুম্নমক্না,
স্বর্গগী ফিজেৎ লৈতেংদুনা লাক্নরে।

শওম নিংথৌ জম্ববান, লোইনবশিং,
ভক্ত হনুমান য়োঙ শওম্নচিংবা,
লঙ্কা নিংথৌ বিভিষন মনাইশিং লোইনা
থুংলরে কুরুক্ষেত্রগী প্রভাসতা।

মাইকৈ ঙাকপা রুদ্র ময়াম থুংলরে
লাক্লে যোগীনিশিংনা মুর্ত্তি লৌদুনা
সমুদ্র তরুকসু মুর্ত্তি পানদুনা
য়ৌরক্লে, য়াওররে প্রভাস যজ্ঞদা।

মরি মরি লাক্লে মুনি ঋষিশিং,
দুবর্বাসা, বশিষ্ঠ, লোমশ যাগ্যকল্ক,
দক্ষ, কামদেব, বিশ্বামিত্র,
ভার্গব, কপিল, অঙ্গিরা মরীচী,
অগস্ত, কক্ষ, ক্রতু প্রচেতানচিংবা।
ব্রহ্ম তেজনা পুমঙান ঙাল্লে থাজগুম্না
শিষ্য লক্ষা লক্ষা লোইনরকখি।

পাইরকলে গরুড় উচেক ময়াম লোইননা
অতিয়া পুন্নং লং পুম্মু মুনা।
মতোক লিশিং পানবা লিলগী নিংথৌ
লীলয়াম পুদুনা লেঙ্লকলে প্রভাসতা।

উ, ব্রা চীং তুরেল পাৎ চৎপা ঙমদবশিং
মখোইনা যজ্ঞ য়াওনিংবা উবদা
কৃষ্ণগী থৌজান্না মুর্ত্তি পান পান্দুনা
লাকলে যজ্ঞদা কৃষ্ণ দর্শনগীদমক।

অঙকপা ইবুংঙো মাগী কৃপানি,
মিৎতাংবা মীনা মমিৎ উদুনা লাকলে।
মনা পঙবনা মনা পঙদরে তারে
মখোং তেকপনা খোং তেকপা ফরে।

কুম লৈনা নাবা মীনা নাবা ফরে
মরোল থোক্তবনা মরোল থোকখরে
ভগবান দর্শনগীদমক থুংলরে ঙম্না
মাগী মাগী মশাগী ফিজেৎ লৈতেংদুনা।

অন্ন পূর্ণ দুর্গা কোটি কেটিনা
চানবা য়েল্লি স্নাগী পুখমদা।
শকলোন কয়া পুথোক্তুনা ইবেম্মনা
য়েনবিরি মপুক পেনহল্লি ব্রাৎপা লৈতনা।

যক্ষরাজ কুবেরনা পুক্কে লনগৈদগী
পুথোকলি ব্রাৎপা লৈত স্নাগী পাত্র।
ঈশিং য়েল্লি বরুন মনাইশিংগা লোইননা
জগৎকী মপুগী পেন্নবা হোৎনরি।

নুংশিৎ নিংথৌনা মনাইশিং লোইননা
ব্রাই শিত্তোকলি অমোৎ অকাই পুম্বা
মমাংদা চাইরক খুদিং য়েংল য়েংলদুনা,
মমাংদা থোকখিদ্রবা প্রভাস যজ্ঞনি।

কুম্মৈগী কুম্মে ঙাক্তা ঙাইরে য়েংবদা
অহিং নুংথিল হরিনাম শোল্লি লেপ্তুনা।
রম্ভা মেনকানচিংবা জগোই শারি
খুথেক শাথেক মিৎয়েং নায়েং পুক্লিং হুবি।
তাম্থা চানা চানা য়ৈরি খোংলিবা,
গর্ন্ধবশিংনা নুংশিবা যন্ত্র খোম্থোক্লা।
গোলোক্কী মবেম্মা রাধা মাগীদমক
লাংলিবা যজ্ঞনি শ্রী গোবিন্দনা।

## মরোল অহুম (বার্ত্তন তৌরুরগা)
## নারদনা ব্রজদা চংলকপা

নারদনা মওন মওন খল্লি, করিগী কৃষ্ণনা ব্রজবু
বার্ত্তন তৌরুনু হায়রকলিবা।

লাংলিবা যজ্ঞসে রাধাগীদমক্লি
রাধা কৃষ্ণদি উনহন্দবা য়াদে।
ব্রহ্মাগী য়াথংদি পাংথোক্তবা য়াদে,
বাধাগী অশাওবা মৈ মুৎহন্নবা।

লেংঙকলে নারদ ব্রজ বৃন্দাবন,
পাও হয়রুগে প্রভাস যজ্ঞগী মরম।

চৎহন্দবা য়াদে সুর্য্য গ্রহন নংনবা,
দান যজ্ঞ শোয়দনা য়াওহন্দবা য়াদে।
যজ্ঞগী মপুনি শ্রীকৃষ্ণ হায়বসে
মপাম্ছোং বসুনা ককচ্চবনি।
দান যজ্ঞ তৌরগা রাধা কৃষ্ণনা,
পেনহ্গদবনি হায়বা নারদগী ৱাখল।

নিংশিংই পৌর্ণমাসীবু নারদানা
মাদি যোগ মায়াগা শাইওন লৌবনি।
মাহা বৈষ্ণবীনি নারদগী শিষ্যনি
কৃষ্ণগী লীলাদা লমজিং মৈরা ওইবী।

অবন্তী থাদোক্তুনা লাকপনিক ব্রজদা
রাধা কৃষ্ণগী প্রেম সেবা ফংনবা।
ইবেম্মা মঙোন্দা চংজবা নত্তনা
নারদ ঐহাক্কী অতৈ পাম্বৈ লৈতে।

চংজরি হে পৌর্নমাসী নফমদা,
রাধা কৃষ্ণ উন্নহন্নবা শিনবীয়ু।
প্রভাস যজ্ঞগী মঙ্গল ওইহনবীয়ু
রাধানা প্রভাস খোংদাবিদুনা।

প্রভাসতা মরোল অহুমগী মী, লাই, মুনি
ঋষি, সাধু, বৈষ্ণব, হরি, চণ্ডান, খায়দে।
চিথবা লৈতে তুমিৎ কাঙ শা উচেক,
তিনখ্রবনি দ্বারকাগী প্রজা পুম্নমক।

কৃষ্ণু নিংবনা ব্রাজরণা ব্রজা,
কপ্পদনা পীরাং কংদ্রবী যশোদা মা।
কৃষ্ণ প্রেমদা ঙাওরবী রাধা সাখিশিং
চৎহল্লু পৌর্নমাসি নংনামখোইবু।

## পৌর্ণমাসি দেবীনা ব্রজদা পাও তল্লরে, সুর্য্য গ্রহন নুমিত্তা প্রভাস তীর্থদা সোম যজ্ঞ কৎকদৌরি।

(ব্রজগী অয়ুক্কী প্রাত স্নান)

অয়ুক্কী ইনৌ নৌবা ফজবা মতম
নামিবা নুংশিনা তুখোংবু ইংহনবা।
কোরৌ মাবু ঙাইজবী শীঙেল থম্বালনা,
মবুংঙো উবদা ফুগাইনা শাৎলকলে।

সুর্য্য মঙালনা মালেম ফম্বাক থক্তা
খিকথরি মনি মুক্তা মপুগী লৈকোন্দা
ফুগাইনা শাৎলবা লৈরাংদা খোইমুনা
ঙংনা ঙংনা পাইরি লৈহী চুপলিবা।

য়াহৌ ঙনবী ব্রজ গোপী পুম্নমক্না,
চৎলি যমুনাদা স্নাবুল পায়দুনা।
খোংথাং খুদিং কৃষ্ণ নামদি তত্ত শোল্লি,
হা কৃষ্ণ চৎখ্রেদো ব্রজবু থাদোক্কুনা।

করম্না কাওগনি নংগী চেংলৌ শক্তম,
পুর্নিমা থাজনা মিত্তাবা কল্লবা মাইথোং
মোমোন নোকপদা রাশিনা তাংজবা,
চুড়া বাঁশিনা লৈতেংবদা পকচবা।

ব্রজবু কনবিখি গোবর্দ্ধন থাঙ্গৎতুনা
কালিগী হুবুসু মাঙহনবা কহৈয়া।
যশোদাগী থৱাই ওইবতা নত্তেনে
তোল্লবী গোপীগী থৱায়সু নংনি শ্যাম।
প্রাত : স্নান লোইদুনা কাখৎনরক্লে,
শেগাদা স্নাবুল ঈশিং য়েপ্তুনা ।
খোংথাং খুদিং হরে কষ্ণ নাম শোঞ্জে,
তত্তনা নিংশিংই রাধা কৃষ্ণ লীলা।

য়ুমথো খুদিং পাও চেল্লে পৌর্নমাসীনা.
নুংঙাইবা পাও অমা তমগে মুন্না তারো।
উনবা ফংলনি নবুংঙো কৃষ্ণবু
মোমোন নোক্লা ৱা ঙাংবা নুংশিবা মাইথোং।

ইনিল নিল্লকলে ব্রজ বাসী পুম্নমক,
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লে খোইথুম্নবা মিংলেন।
শরিক কাংশি মখোন্না পুমনিন নিল্লকলে,
মন্দির খুদিং আর্তি ঈশৈ শকলকলে।

কৃষ্ণবু নিংজবা থম্মোই কায়রবা
ব্রজ গোপ গোপী রাখাল পুম্নমক্লি।
পুর্নিমাসীগী পাও তাবদা নুংঙাইর,
মাগী মাগী অয়ুক্কী থৌরাং লোইনরে।

ধর্ম্ম পুম্বা থাদোকলে ব্রজ গোপীশিং
কৃষ্ণ নত্তনা অতৈ খনখিদরে।
হৃদিদা চিংশিন্দুনা ধ্যান তৌনরকলে,
কচ্চরি প্রেমগী লৈরাং থম্মোই লকাদা

অহানবদা উনরে বৃন্দা দেবীবু,
পৌর্ণমাসীনা লমখাংদা তাঞ্জা চানা।
পাও পুন্নমক তমলে নারদনা হায়রম্বা,
কৃষ্ণবু উনবা ফংলনি হে সখী।
বসুদেবনা যজ্ঞ অমা কৎকনি,
প্রভাস তীর্থদা সূর্য্যগ্রহন নুমিত্তা।
মপান্দদি সোম যজ্ঞ কচ্চবনি,
মনুংদদি রাধা উন্নবা শিনবনি।

বৃন্দা নংনা রাধিকাবু পুরদুনা
চৎলু তীর্থ স্নান সুর্য্য গ্রহন মমাংদা।
মহে চাওগনি কৃষ্ণবুসু উন্ননি,
পৌর্ণমাসী ঐসু শোয়দনা চৎকনি।

চেল্লকলে বৃন্দা রাধাগী শঙ্গাইদা,
তমজরে পাও প্রভাস যজ্ঞগী মরমদা।
ভগবতীনা হারকপা মরম পুন্বা,
অমত্তা চিংখদনা তমলে ইবেস্মদা।

অমুক লাকলে বৃন্দা যশোদা শঙ্গাইদা
পাও তমলে প্রভাসতা যজ্ঞ কৎকনি।
পাওসি তাবদা নন্দ ঙক্তবা ঙমদে,
করিগী ইচানা বার্ত্তনপীরক্তবা।

**ব্যাখ্যা**

যশোদানা হঙ্গৎচৈ মবুংঙো নন্দ নিংথৌগী মফমদা তাবীয়ু ইবুংঙো! অসুক কুইনা অহল ওইরবী যশোদা ঐনা ইচা কহ্নেয়াদবু উনগনি খনবদা হিংদুনা লৈরিবনি। লেংসি প্রভাসতা ইচা লৈরমগনি। নন্দনা তাকপিরকই হে যশোদা নং করিগী ফিংগৎলি । ঐখোয়দি গোপনি ফিজেৎসু মোৎলি।

যজ্ঞগী থোংশংবশিংনা ঐখোয়বু চংহল্লোই। বসুদেবনা ঐখোইবু কৌরমদ্রবদি।

কংস বধগী মতমদা ইচা গোপালনা হায়খি। "পাবুং চৎলম্মো ঐ লাক্কে নুমিৎমরিনিগী মনুংদা, কৈশুমশংদা ৱানাখাংজবা দেবকী বসুদেবগা লৈহৌখিগে।" মমাই ফাও ঙাংদে ইচাদো ! মোমোন নোক্তুনা অদুম লৈ। ঐনা ইচাবু থাদোকপা ঙমদদুনা অদুম য়েংদুনা লৈ। কয়াদা ৱানা খাংখিবা ঐনা । ইচা কহাইসে ঐখোইনা পোকপা নত্তবরা।

যশোদানা খুম্মী লাল্লি লাল্লি ইবুংঙোনা তাকপীরিবা! ঐনা অঙাং উনবগী মিকপ থোক্লকপদা ইচা গোপালসে ঐগী নাক্তা লৈরম্মী। করিগী ইচা নত্তনি। ঐগী থৱাইনি গোপাল ঐগী ধ্যান্নি, ঐগী ইবন্নি, ব্রজগী মনিনি। পীনবিরো য়াথং যজ্ঞ চৎনবা। ইচা উনিংবনা যশোদা ঐ খাংবা ৬শ্বগী পাঙ্গল লৈরক্তরে। ইমাগী গোপাল ! ইমা লাক্কনি নংবু উনবা। চহি ১০০ হেল্লে, ইচাবু উদবা। থোং থাংবা ঙমদ্রবী অহল ওইরবী নমা ঐনি। চৈশু শুদুনা চৎপনা ঐগী পাঙ্গল ওইরি। মচাবু উনিংবনা নন্দসু খাঙবা ঙমলক্তরে। অদুগা যশোদাগী মতৌসু য়েংবা ঙমদেদ নন্দ। য়াথং পীরে ব্রজ পুম্নমক প্রভাসতা যজ্ঞ চৎনবা।

## শৈরেং

তাবিয়ু মহারাজ ননাইনা হঙ্গৎচবা,  
চৎসি যজ্ঞ য়াওবা প্রভাস তীর্থদা।  
ইচা গোপাল উনিংবনা খাঙঙমদনা  
হিংদুনা লৈরি ঙসি ফাও যশোদানা।

ইমাগী গোপাল, যশোদাগী থৱাইনি  
মানা ঐগী ধ্যান্নি, লৌশিংগী জ্ঞান্নি।

কনা লৈতে তাইবং কহৈয়া নত্তনা,
য়েংখি য়েংখি মাইকৈ মাতবু উইনে।
অহিং নুংথিল মিকুপ পুংজা মতম পুম্বা
মাতবু খল্লি মাগী মাইকৈ য়েংলিবা।
তুমলে মণ্ডা উই, চারে নিংশিংই মাবু,
ননী মাখল পাম্বা ঐগী ইচা গোপাল।

নন্দনা হায় তারো হে যশোদা রানী,
ঐ য়াম্না চিংনরে ইচাগী মতৌদা।
কংসবু বধ তৌরবা মতুংদা,
ঐঙোন্দা হায়খি মানা চৎলম্মো পাবুং।

যশোদানা খুমজৈ চিংনবিনু মহারাজ,
ইমাগী কাহ্নাই ঐগী তশেংবা ইচানি ।
অঙাং উনবা অহিং মিকপ থোকপদা,
ইচা গোপালসে ইনাক্তা লৈরম্মীনে।

**যশোদানা মচা গোপালবু নুংশিবা,**
**জগত্তা লৈরমলোই থীবদসু ফংলোই।**
**হা গোপাল ইমাগী গোপাল ইমা লাকলে,**
**পুরকলি ননী মাখল নংগী চানবা।**

## ব্যাখা

ব্রজ নিংথৌ নন্দগী য়াথং তুংইন্না উপনন্দনা প্রজা পুম্বা পাও চেল্লে। শ্রীকৃষ্ণ লেংঙক্লুনা লৈরে প্রভাসতা যজ্ঞগীদমক মপাবুং বসুদেবনা কচ্চবা। মরোল অহুমগী মীনা চৎকদৌরি। নখোই নখোইগী শা ষন পুম্নমকসু য়াওনা চকদবনি। নখোইগী খুদোলপোৎ ছানা ননী, মখল লদু বেরা,

লবনী, দধি দুগ্ধ কৎকদবা পুম্নমক গাড়িদা হাপকৎলো। ব্রজদা লৈবা গোপ গোপী অমতা চিথদরে, অশোন অনা অহল লমন নত্তনা।

## শৈরেং

**হাপকৎলে গাড়িশিংদা অচা অথক সন্দেশ,**
ননী মাখল দধি, দুধ, ছানানচিংবা।
ঘী শঙ্গোমগী মনমনা থম্মোই হুরিবা,
পৈরুনি প্রভাস যজ্ঞদা চীংমুক ব্রাংনা।
লাক্লরে কীর্ত্তিদা, ধনিষ্ঠা, পৌর্ণমাসী
পৈররে যশোদা নাক্তা থালিনিশিংনা।
কৃষ্ণ দর্শন ফংনিংবনা তিল্লরে,
চিথদে অহল গোপ গোপীশিং
পাখং লৈশাবীশিং থৌরাংলকলে।
ব্রজগী চৎনবী ফিজোল মনি, রত্ন,
পাম্বোমগী লৈতেং ঙক্কী লিক্কোন লৈতেংলে।
খোংদা নুপুর খোংজিগী মখোল ইনিল নিল্লে
অপ্সারাশিংদগী হেন্না ফজবী ঙাক্লি।

## ব্যাখা

ললিতানচিংবী সখী ময়াম্না ইবেম্মা রাধাগী নাক্তা চংলক্তুনা প্রভাস যজ্ঞগী মরম পুম্বা হঙ্গৎলে। ইবেম্মা রাধে তাবিয়ু। শ্রীকৃষ্ণ লেংঙক্তুনা প্রভাসতা লৈরে। মপাবুং বসুদেব সুর্য্যগ্রহন নুমিত্তা যজ্ঞ কৎলি। মরোল অহুম মী, লাই, যক্ষ রক্ষ পুম্নমক পৈরে চোল্লে শা উচেকফাওবা য়াওনা। দ্বারকাগী ইবেম্মশিংসু অমত্তা চিথদনা মচা মশু প্রজা পুম্নমক লোইনা তিল্লে। অসুক কুইনা ব্রজ গোপী ঐখোয়না ইবুংঙো মাবু অমুক্তং দর্শন

ফংজগে নিংজরিবী তোল্লবী থালির্না ঐখোইনি ইবেম্মাসু কৃষ্ণ মাবু দর্শন অমুক্তং ফংজনিংদুনা হৃদিদা চেনা নিংজরিবনি।

## শৈরেং

**রাদি ঙাংদা রাধানা তুমিন্না লৈরে,**
**মওন মওন খল্লি করম্মা চৎশিবা।**
**কৃষ্ণ মাবু দর্শন ফংনিংবা রাখলনা**
**চহি চামা চাদ তুমদ খাংলকলবী।**
**শিব মচেৎ খাওদুনা হিংলিবীনি।**

নিংশিংই কৃষ্ণবু থম্মোইনুংদা চেৎনা,
বাঁশি পাযবা মথেক অল্হম থেকপা শ্যাম।
নংবু উদবনা প্রেমগী মৈ হৌরক্লে,
মবোন থোক্তবা পীদি শিন্থরি তত্তনা।

অহিং তুমদবনা কংশিল্লবা হকচাং,
কবম্মা উৎলুনি ইবেম্মশিং মমাংদা।
গোলোক্কী মবেম্মা ওইরম্বী বাধা ঐনা
পুথোকপনি লক্ষ্মী সবস্বতী পুম্বা।

**ব্যাখ্যা**

গোপীগী মকোক ওইবী বৃন্দা সখীনচিংবীনা খুৎ লোন্ননা হঙ্গচৈ হে ইবেম্মা করিগী তুমিন লৈবিরী। মাংখ্রবা মনি অশংবদো অমুক ফংলগনি। অতিয়াদা থোকপা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্র থাজদো পুরক্কনি ঐখোইগী বৃন্দাবন্দা। অমুক নৌহৌনা শান্নগনি প্রেম্মা থল্লবা জগোই রাস ঐখোই ময়াম্মা কোইরগা ময়াইদা ঙানগনি রাধা শ্যাম্মা হান্নগী মতৌগুম করিগী চিংনরি ইবেম্মা রাধে, কৃষ্ণগী চান্নবী।

## শৈরেং

কৃষ্ণ কায়না মৈনা থম্মোই চাক্লবী
প্রেম মশক ওইবী মহাভাব লৈতেংবী।
করিগী তুমিন্না লৈবিরি হে রাধে,
ব্রজগী লুচিংবী কৃষ্ণ' থরাই ওইবী।

## শ্রীমতি রাধানা সখীশিংদা মুন্না য়েংদুনা নিংবা কায়বা মাথোং উত্তুনা য়াথং তাকপিরকই।

থাজবু লৈচিন্না খুমখিবগুম রাধানা মাইথোং
ইমক মকশিন্ন তাকপিরকই সখী য়েংদুনা।
করিগী তুমিন লৈগদগে? পুক্লিংগী রা পুন্নমক
করিগী হায়রোইদগে চান্নবী সখীশা !
চৎনিংই হায়দুনা চৎপা হেক্তা য়াগদবনি ঐদি অফা
অপুন্না লাঙ্গোই চল্লবী লাইবক থীবী মপোকনি।
কৃষ্ণ মাবু অমুক্তং দর্শন ফংজরবদি খল্লিবী রাধানি
নিংতম্বা ফংজদ্রবীনি। অয়নগী ভর্য্যানি, মাগী য়াথং
য়াওদনা চৎপা য়াদবীনি। য়েংউ জাটিলা কটিলা লৈরি
অচেংবা য়েংদুনতা । মখোইগী রাসু তাবা তাবনি।
ঐহাক রারি লীগে অয়নগী মপোক।

## শৈরেং

মমাংঙৈগী মপোক্তা আয়ন্না
নিংজখি গোলোকনাথ কৃষ্ণবু।
পেনবিরবা কৃষ্ণ লেঙঙকলে,
হংবিরে আয়ন নং করি পাম্মি।

নিজরো নংনা পাম্বা বর অদো,
পিরগে নংগী ননিং থুংনবা।
নিরকলে আয়ন্না চরন য়েংদুনা,
পীনবিয়ু লোইনবী রাধাবু,
ঐগী ভয্যা ওইনা থমজগেনে।
তাবদা আয়নগী কল্লবা বর,
অন্তর্ধ্যান ওইখরে খুদক্তুদা
পীবা য়াদবা বর ওইখিবনা।
আয়নগী মপোক্তা লোইরদুনা
পোক্লরে অমুক হন্না মীওইপোক।

অসুম্না আয়ন্না মপোক তরেৎলক,
পোক্তুনা হনবা নাইদা তপ তৌজখি।
শরুক চামা হেন্না চাদ থক্তনা।
লেংবিরকলে থৌজাল হৈব হরি
লেপ্লে আয়নগী মাংদা মোমোন নোক্লা।

## ব্যাখা

শ্রীকৃষ্ণগী খোইথুল্লবা ব্রাহ্মৈনা তাকপিরে। ফরে ফরে আয়ন নং নিংবা থুংজরো। দ্বাপর যুগতা গোপ শাগৈদা নংনা পোকলুরো নপুংশক ওইদুনা আয়ন। নংগী য়াথং য়াওদনা নবেম্মবু চৎহনবা য়ারোই করিগুম্বা মফমদা মতমদা।

## শৈরেং

হে আয়ন নংনা পামজবনিনা
লৌজরো নবেম্মা রাধিকাবু।

থমজরো নয়ুমদা ভার্য্য ওইনা,
অদুগা নংদি নপুংশক ওইয়ু।

আয়ন্না শ্রীচরনবু য়েংজরগা
হঙ্গৎচৈ খু লৈতা খুৎ লোন্ননা।
ননাইনা পামজবদি রাধাবু
লাত্তুনা থমজগে হায়জবনি।

খঙজৈ ননাইনা ইবেম্মা রাধাসে
তাইবং শেম্বীবা জগৎকী মমানি।
মাতবু লাৎচরগা ঐগী য়ুমদা
রাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলা য়েংজগে।

### ব্যাখা

মাং তুং খঙবিবা শ্রীকৃষ্ণনা দ্বারপরদা শান্নগদবা রাধা কৃষ্ণগী প্রেম লীলাবু নিংশিংদুনা অন্তধ্যান ওইখরে। ইবুংঙো মাগী লীলদি অমৃত ইচেলনি, খ্বাইদগী হেনবা অথোইবা বৃন্দাবনগী লীলানি।

## শ্রীধাম গোলোক বৃন্দাবনন্দা রাধা কৃষ্ণ অনি ঙাংনবা রাধাগী অৱাবা।

### ব্যাখা

তাকপিরে শ্রীকৃষ্ণনা রাধা ঐবু য়েংদুনা। হে চান্নবী রাধে মুন্না তারো ঐগী ৱাসে। আয়ন্না ঐবু মপোক তরেৎলক নিংজবনা রাধা নংবু লৌজৌ মাগী ভর্য্যা ওইনা দ্বাপর যুগকী মমৈদা নপুংশক ওইনা পোক্তুনা গোপ শাগৈদা অদুগা হে রাধে নং কীর্ত্তিদা অমদি বৃষভানুগী মমোম ওইগনি।

কৃষ্ণ ঐনা নন্দ যশোদাগী মচা ওইনা পোক্কনি।

পরকীয় প্রেম রসবু চুপনিংদুনা
পিরমলে নংবু আয়নগী ভর্য্যা ওইনা।
ভক্তগী মখা পোনবা ভক্তগী নিংবা,
থুংহনবা কৃষ্ণ ঐনি রাধে শাওগনু।

তমথীর হরিগী য়াথংনি তাবদা
মশা থক থক নিক্লা শাউরে রাধিকা।
মিৎলু পীরাং শিন্থু হিক হিক কপ্তুনা
হঙ্গৎচৈ রাধানা শ্রীচরন থম্বালদা,
অসুক তমথিবা দণ্ডি পীবিরি ঐবু।

হায়নৈ মীনা মপুরেরাইবা থাদোক্তুনা
অতোপ্পা নুপা য়েংবা, ওক্তবী কৌনৈ।
অফ ফত্তা ৱায়েনবা যমগী মপু নংনা,
অসুক লাইনা আয়ন্দা পীথোকলম্বা।

## ব্যাখা

থৱাইশোক্লা কপলে মৈরি থোক্লা চাক্লা, কোক্তা বজ্র তাবগুম ৱানা খাঙজখি। শ্রীগোবিন্দনা তাকপিরে ঐঙোন্দা হে রাধে নংনা খল্লিবদো লাল্লে। আয়নগী হায়হৈদো পাপ অদুনা, মানা পোকপা তারে নপুংশক ওইনা। মরম অদুনা নংগী সতী ধর্ম্ম, কায়গনি নিংগনু করিসু নপুকনিংদা। নংগা লোয়ননা কৃষ্ণ কৌবা ঐহাকসু, পোক্কনি নন্দ যশোদাগী মচা ওইনা, ব্রজ বৃন্দাবন্দা গোপ শনশেনবা ওইনা। অদুগা চান্নবী রাধে নংসু পোক্কনি কীর্ত্তিদা ভানুগী গোপী নিংঙোল ওইনা।

## শৈরেং

তাকপিরে কৃষ্ণ মোমোন নোক্তুনা
করিগী ৱারি হে চান্নবী রাধে।
ঐনা নংবু থাদোকলোই কৈদৌনুংদা,
লোইননি নংবু মিগুম নতুংইন্না।

কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা শান্নগনি,
রাধা নংগা পরক্রীয়া রস চুপকনি।
ফংঙমদ্র প্রেমগী রস ফংগে তৌবনি,
অসুম্না গোবিন্দনা পীথোকখিবনি,
ঐবু আয়ন্দা মাগী ভর্য্যা ওইনা।

কৃষ্ণগী বাকৎ ঙাক্লবা রাধা ঐনা
ৱা ঙাংদা তুমিন লৈবনি হে ললিতা।
আয়নগী অয়াবা য়াওদ ঐ চৎপা য়াদে
কৃষ্ণনা তাকপিখিবা য়াথং তুংইন্না।

**হরি মাগী য়াথংনা আয়নগী য়ুমদা হৌজিক ফাওবা লৈরিবসিনি থৌরীনা পুনবগুম। হে বৃন্দা সখী হে ইতা ললিতানচিংবী নখোই মুন্না তারো।**

করম্না বিদায় লৌশিগে খল্লিবনি আয়ন্দগী।
মীনমদুনা হেক্তা চৎপা য়াবা নত্তে। মঙোন্দা
দিব্য জ্ঞান পীরগা রাধা ঐসিবু মশক খঙহল্লগা
মাবু বিদায় পিরল্লগা অরোইবা ওইনা চৎকদবনি।
তারো সখী নখোই লোইনা রাধা ঐসে কৃষ্ণগী

ওইথংবা হকচাংনি, শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মুর্ত্তিনি।
মরম অদুনা মিকুপমত্তং কৃষ্ণবু উদবদা লৈফম
খঙদ্রিবা যুগ অমগুম মান্নরিবা। কৃষ্ণদি পরং
ব্রহ্মনি অদুগা রাধা ঐসু ব্রহ্মগী মশকনি।
শ্রীকৃষ্ণগা ঐগা তৎন থান্ন য়াদবনি।

শৈরেং

চৎকনি রাধা ঐগা প্রভাসতা
শ্রীকৃষ্ণগী যজ্ঞ য়াওরুনবা।
হেক চৎপা য়াদে চৎনিংই হায়না,
খঙহনগে আয়ন্দা রাধা কনানো।

আয়ন্না হৌজিক ফাওবা ঐহাকপু
মাই পুননা য়েংবা ঙমদবনি।
মমিংতা ওইনা মাগী ভয্যানি,
রাধা ঐগী থবক্তা য়েত্তবনি।

দিব্য জ্ঞান পীরগা চৎকনি শোয়দ
ঐগী মুর্ত্তিসে মাবু য়েংহনগনি।
মাগী ফত্তবা ৱাখল কোপীগনি,
মাঙহনগনি মাগী পুক্নিংগী পাপ পুন্বা।

## জগৎকী মমা ওইবী রাধানা আয়ন্দা থৌজানগীমিৎয়েং য়েংবিবা

শৈরেং

কালেনগী মৈশা কল্লবা মতমনি,
খাঙবা ঙমদদুনা লাকলে আয়ন যুমদা।

থরো থরো ওল্লি নৈমাইথক্তা আয়ন,
শারবা নুংশাগী মৈচাক খাঙ্‌ঙমদনা।

মাগী মতৌ য়েংবা ঙমদদুনা রাধা,
লেঙশিল্লকলে ইবেম্মা আয়নগী নাক্তা।
মশাদা অইংবা ঈশিং খিকপিরে,
পীথকলে যমুনা জল খৌরাংবা কোকলে।

আয়নগী নাক্তা ফল্লগা ইবেম্মানা
হুমাই হুন্বী তপ্পা তপ্পা মচাগুম্না।
জগৎকী মমা ওইবী বাধাগী শক্তম
উহনবিবে আয়ন মাগী মমিত্তা।

ব্রহ্মা শিব অনন্ত মুনি ঋষিনা
দর্শন ফংঙমদবা রাধাগী মুর্ত্তি।
উজবা ফংজরে ইবেম্মবু মানা,
কয়াদা লাইবক ফবনো আয়নসে।

নোংমতবু রাধা মাগী মাইথোংবু
উজদ্রিবা আয়ন্না কয়াদা হরাওজৈ।
য়েংলিমখৈ পেনবা নাইদে রাধাবু
মিৎ কুপ্পদা মিৎপু নিন্দা তৌই আয়ন।

সাত্বিক বিকাব ফাওরকলে আয়ন
রাধা মক্তা উখরে য়েংখি  য়েংখি পুন্বা।
হরিমকপু শুমহৎপা বাধাগী প্রেম মুর্ত্তি
মাধুরী উবদা আয়ন ভক্তি পোক্লকলে।

সৃষ্টি স্থিতি প্রলয়গী মপু ওইবী,
রাধানা হুমাই পায়দুনা চিন্তা তৌরি।

উবদা আয়ন নুংঙাক্লিন্না হায়রকই,
করিগী অব্রা মৈশা লাংলি হে রাধে।

অমুক্কা হায়রকই য়াম্না শাউনা,
কনানা লাকচ খুদুম চল্লি নংবু।
আয়ন ঐনা মতিক থোকপা লাক্লগে,
ঐগী ভর্য্যাবু তাথিনা তৌরিবা।

মায়ানা কুপ্তুনা মানা খংদ্রি রাধাবু
অচম্বা নুপীনী মতৌ ওইনা উরি।
কৃষ্ণ প্রেমনা থম্মোইদা ব্রামৈ চাক্লুনা,
তাকপীর রাধানা হে আয়ন তপ্না হায়গে।

ঙসিদি চাক থোংদুনা পীজগে নংবু,
অসি হায়না লাক্লে জটিলা নাক্তা।
জাটিলানা য়াদে রাধা নং ব্রাগনি,
মমৌবু চাক থোংহন্দে অসুক কুইরবা।
ইবেম্মা লেঙশিনখরে ব্রালথৌ শংদা,
অন্নপুর্নগী শক্তম লৌদুনা রাধে।
পীজরম্লগে মখোই পুম্নমক্তা,
অরাম খৌরাংবা লৈহল্লোই আয়নবু।

## ব্যাখ্যা

জগৎসে ইবেম্মা মাগী মচা ঙাক্তনি, প্রকৃতি হকচাসু মহাক্লা শেম্বনি। পোকপা চাওবা শিবা মানা শান্নব লীলা, থৌজালগী মিৎয়েং য়েংবীরি জীব পুম্বা। নুংশিবীরি জটিলা কুটিলা আয়নবু কুইনা মখোইগী যুমদা লৈরকপনা। সখীশিংনা থোংনবা ইশাং শেমজরে পৈরে রাধাই মাংদা পাত্রদা হাপ্তুনা। থোংলে মথেল চামা নিপাল পুমশু শুনা।ইন্নশাংগী রসনা মাইকৈ পুম্বা শল্লে।

## শৈরেং

ইবেম্মানা কচ্চরে ভক্তিগা লোইননা
অন্না বেঞ্জল পুন্বা কৃষ্ণগী চরন্দা।
উবিরে কৃষ্ণনা রাধানা কচ্চবা,
লেংঙকুনা হারে অতৈ উহনদনা।

মাগী মাগী চানবা থেন্দুনা থমলে
পাত্রদা হাপ্তুনা মহা প্রসাদিদো।
ফংজরে আয়ন্না কৃষ্ণগী প্রসাদি,
অমুক্তা ফংখিদবা মাগী মপোক্তা।

খঞ্জেদো আয়ন্না লক্ষ্মীনা থোংবরা ?
অসুক হাওখ্রবা চাক ইনশাং অসিবো?
চাজরে জটিলা কুটিলা সখীশিং
হরাও হরাও প্রসাদি হাপ হাপ্তুনা।

পেল্লে মীপুম খউদিং চাবদা অন্নদো।
লেংশিল্লে রাধা আয়নগী পোত্থাফম কাদা
লুদি লুকলপনা কাংঙ খোংথাং ঙমজনা।
শিন্থরি প্রেম মিৎলুদা তত্তনা কৃষ্ণ প্রেম
থমোই লকাদা চাকলি প্রলয় মৈগুম্না।

## আয়ন্না বিরাট মুর্ত্তি দর্শন ফংবা

ইবেম্মানা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা ফমলে,
আয়নগী য়েৎথংবা নাকন্দা লাপতক্লা।

ওইগী খুৎনা নানবিরে আয়নগী কোক্তা,
য়েংউ আয়ন নং রাধা ঐবু মুন্না।

উজরে আয়ন্না দিব্য বিরাট মুর্ত্তি,
কৃষ্ণগী ওই তম্পাক্তা ফমদুনা রাধা।
নুমিৎ থা থৌৱানমিচাক ব্রহ্মাণ্ড পুম্বা,
লৈরি উংলি ঙাল্লি ইবেম্মাগী হকচাংদা।

লৈ হা হা তমদুনা থাংশাং পায়দুনা ,
অকিবা মশক ফংনা লেপ্লি মহাকাল যম।
নিকলে আয়ন জ্ঞান মাংখরে কিখিবনা,
অকিবা শকফম ব্রহ্মাণ্ডবু উবদা।

জীব পুম্বা য়ানুংদা পাইশিল্লি চংলি,
থোরকলি অমুক মহাকাল য়ানুংদগী।
ফমলি ইবেম্মা গুণ অহুম লৈতেংদুনা,
কৃষ্ণগী ওইদা প্রেমগী মশক লৌনা।

নুংশিবিবগা লোইননা ইবেম্মানা
থৌজাল মিৎয়েং তানা য়েংবিরে আয়নবু
মনাই আয়নবু জ্ঞান তাহনবিরে নুংশিনা
ৱাগনু আয়ন নং মপোক ফরবনি।

হৌগত্তুনা আয়ন ঙক্তা ফি য়েত্তুনা,
দণ্ডবৎ তানা খুরমলে ইবেম্মবু।
খুরু খুদক কুন্না খুৎ লোন্নদুনা
লৈশি লৈথোঞ্জে ইবেম্মাগী চরন্দা।

## আয়নগী স্তুতি

হে পূর্ণ ব্রহ্ম ওইবী, শ্যামগী হকচাং তঙ্খাই ওইবী,
খুরমজরি আয়ন ঐনা, মেংলবা চরন থম্বালদা।
মায়াগী সংসার অসিদা, অরেপ্পদি নতোমতনি,
প্রলয় লাক্লবা মতমদা, লেমহৌনি রাধা কৃষ্ণ।

ব্রহ্মানা খঙবা ঙমদ্রবা, সৃষ্টিগী মপু নংনি,
অনন্তনা শৈথা লোইদ্র, নংগী গুনবু হায়ঙমদবা।
হঙোইগুম্বা লৈয়েংশিনা, করম শকচনি নগুনবু,
থৌজানবিয়ু চানবীয়ু, লংজবা পুম্বা ঙাকপীয়ু।

লক্ষ্মী সরস্বতী নংনি, নংনি ইন্দ্রানি সাবিত্রি,
নংনি দুর্গা হায়বিদো, নংনি জানকী সীতাসু।
ফত্রবা রাবন মাংহনবা, রামচন্দ্রদো কৃষ্ণসিনি,
রাধা কৃষ্ণ অনিনা খোংদাবনি মালেমসিদা।

মায়ানা মমহনবিদুনা, আয়নবু খলহনবিরে,
ঐগী গৃহনি ওইনবু করিনো ননাইগী মপোক।
অপঙবা নাপীগুম্বনি খনবীদুনা আয়নবু,
লানখিবা কোঙ্গাই ঙাকপিয়ু, হে ঙাকপিহৈবী শ্রীরাধা।

## আয়নগী স্তুতি তাবদা ইবেম্মনা পেনবগী ঙমখৈ লৈতে অদুগা তাকপীরকই।

আয়ন নংগী নরাল লৈতে, বিধাতানা তম্বনি,
নুপা ওইবনা মাগী নুপীবু চৈ থাংবা দোষ লৈতে।

নংগী পাপ পুন্নমক এগী দর্শন তৌজবনা,
নুংশা মঙাল য়ৈবগুম্না, কোকখ্রবনি অমম্বা পাপ।

তপস্য মহৈ য়াল্লেনে, নংনা স্তুতি কচ্চবদা,
সংসারগী অৱাবা ফংলোই, তাপ অহুমগী মৈনা চাকলোই।
জ্ঞানিশিংনা ফংঙমদ্রবা দিব্য জ্ঞান পীবিরে ঐনা,
রাধা ঐগী অশেংবা রূপ, উবদা পোকপৈ তোংজরে।

সিদামগী শাপ লোইখরে, চহি চামা হেল্লকলে,
নংগী য়ুমদা ঐ লৈবা য়াদরে, ঐ চৎলগে আয়ন।
পৃতি যজ্ঞনি হায়দুনা কৃষ্ণনা কৎলি প্রভাসতা,
নবুংঙো কৃষ্ণ উনবা, চৎলগে বিদায় পীনরো।

নিংজৌ শোঞ্জৌ হরি মাগী অমৃত হেনবা নামা মৃত,
গোবর্দ্ধনগীকাচিন অমদা ফমসুনা তপস্য তৌজৌ।
শিদ্রিফাও নংনা অরাম খৌরাংবা লৈররোই আয়ন,
ফংঙমদ্রবা ঐনা খোংবা কৃষ্ণ প্রসাদি চাবনা।

নপুন্সি লোইরগা নহাক, সায়ুয্য মুক্তি ফংদুনা
শ্রীকৃষ্ণগী খুয়া থম্বাল, ফংজবা ওইয়ুকো আয়ন।
থিল্লে বিদায় পীনরো, রাধা ঐ লৈবা ঙমদরে,
কৃষ্ণ প্রেম্না থম্মোই প্রলয়গী মৈগুম চাক্লকলে।

## আয়নগী বিদায়

ননিং তম্বা নংনি, কনানা থিংগনি,
জগত্তা অনি শুদ্রবী হে রাধে
লেংদ্রিবঁ মমাংদা বর সিতদি পীনৌ
পোকপগী নিংজবা মহৈ য়াঞ্জগে।

হায়হৈদবা ব্রা কয়া হায়জখিবা,
নফমদা আয়ন্না লংজখিবা পাপ।
গৃহিনি খন্দুনা থীনা চৈখিবদো,
ঐমুক পাপ লৈবসে লৈরমলোই জগত্তা।

ফিগাও শানা য়াজৈ, হাপ্লিয়ুনে ভিক্ষা,
কোকঙমদ্রবা ননাইগী পাপ কোকপীয়ুবা।
কচ্চরি মিৎলু পিরাংসে লৌবীয়ুবা,
তোল্লবা আয়ন্নি খনবীদুনা ইবেন্ম।

## শ্রীমতি রাধাগী য়াথং

আয়ন নংগী নশাদা পাপ লৈত্রবনি,
অশেংবা নংনি ঐনা হান্না হায়খ্রবা।
মন্নপ্বা পুক্লিং ব্রাখল শেংদোকখ্রবনি,
রাধা ঐগী মুর্ত্তিসি উজবদা নংনা।
বিদায় পীবা ঙমদ্রবা তোল্লবনা,
পীজরে বিদায় লেংবিরোকৃষ্ণ নাক্তা॥০॥

## আয়ন্না মমা জটিলাগী নাক্তা লাক্লুনা হঙ্গৎলরে

ইমা নহাকপু কুটিলা পুদুনা প্রভাসতা চৎপীরো। ইবেন্মাবাধাসু চৎহল্লু। সুর্য্য গ্রহন নুমিৎসিদা প্রভাস তীর্থদা স্নান তৌবীয়ু পুন্যগী মশকনি। নচা ঐ গোবর্দ্ধনগী লোক্তা তপ তৌবা চৎচরগে কুইরকলোই। নমৌ ইবেন্মা রাধা অমদি কুটিলাসু পুবীয়ু। মসি হায়রগা চৎখ্রে আয়ন। কুটিলাদি ইবেন্মগী থৌজাল ফংদবনি য়াম্না শাউই রাধাবু অদুগা হায়রকই মমা জটিলা য়েংদুনা করি কান্নদুনা প্রভাসতা চৎকদগে নমৌ ওক্তবীগা লোইননা প্রভাসতা চৎপা লেপলে।

## যশোদা কীর্ত্তিদা রানী অনিনা জটিলাবু হৌবা লাকপা

লাকলে যশোদা কীর্ত্তিদা অনিনা
জটিলাগী য়ুমদা প্রভাস চৎনবা হৌবা।
জটিলানা হায়রকই পুগনি রাধাবুসু,
চিথরোই কুটিলা সখী পুন্নমক।

নুংঙাইরে রাধা চৎনিংবনা খোইরাংলে
কৃষ্ণগী দর্শন ফংগনি খনবদা।
ইবেম্মা পুক্নিং নৌরে গোলোক নিংশিংই,
অরোইবা খোংচৎ ওইগনি উরে শান্না।

## ব্রজ ভুমিনা ইবেম্মা রাধাদা হ্বাকৎপা

শ্রীমতি রাধিকানা ব্রজ থাদোক্কুনা প্রভাস তীর্থদা যজ্ঞ য়াওরুগনি তাবদা ব্রজ ভুমিনা মুর্ত্তি পান্দুনা ইবেম্মাগী শঙ্গাইদা লাক্লগা শ্রীচরন থম্বাল কোন্দুনা কপচৈ অদুগা খুৎ লোন্ননা হঙ্গৎচৈ ইবেম্মাগী মাইথোং থাজ য়েংদুনা লেঙাকখিনু হে ইবেম্মা রাধে।

### শৈরেং

লেংবিখিনু রাধে ব্রজ থাদোক্কুনা,
করম লৈহৌগনি তোল্লবী ঐনা।
চৎখ্রবদি নংনা মমহৌবা তারে ব্রজ
অমম্বা ইপাক্তা লুপখ্রগনি হে রাধে।

হে ইবেম্মা নংগী খুয়া উফুল মরিক
অমত্তং ফংবদা পাপ কোকচরিবনি।

পাপ দেহ্ থাদুনা পুন্য দেহ্ ফংখিবা,
নংগী চরন্দা চংজরি তোল্লবীনা।

যোগী ঋষি লাই্ ফাওবনা ব্রজবু
লাই্বক ফবী ব্রজ ভুমিনি হায়রিবা।
ভক্তা বৈষ্ণবনা রাধা গোবিন্দগী,
পাদ ধুলি কোক্তা হাপ্তুনা ইংজরি।

রাধা গোবিন্দনা গোলোক থাদোক্তুনা
লেঙথরকপনি ব্রজ ভুমিদা অনিনা।
ইবুংঙোনা অঙাং শক্তম লৌবীদুনা,
শান্নখি কয়া নুংশিনা বাল্য লীলা।

গোপালনা ননী মাখল হুদুনা চাখি,
য়ুমথোং খুদিং চংদুনা খিকথরি থৌজাল।
কয়াদা লাই্বক ফবী ব্রজ ভুমিনো?
পাদ চিহ্ননা লৈতেংলে য়ুমথোং খুদিং।
য়েৎথংবা চরন্দা রেখা তরামাথোই
খোংবী মরুদা যব চক্র ছত্র উর্দ্ধ রেখা,
থম্বাল ফিরাল, শামু কাটি, বজ্র স্বাস্তিক মরি
জম্বু ফল মরি অষ্ট কোন্না লৈতেংবা

ওইথংবা চরন্দা খোংয়াইগী মরুদা আকাশ
মখাদা লীরি য়াওদবা লীরুং ষন খোঙ্গুন।
খোংবী মরুদা শঙ্খ, খ্বাইগী মখাদা খুজাই
ত্রিকোন, থা মচেৎ ঙা চিহ্ন লৈতেবা।

ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবনা ফংঙমদ্রবা
পাদ চিহ্ননা লৈতেংবা ব্রজ ভুমিনী।

উজরগা শ্রীচরন রেখাশিংবু,
পাপ কোক্তুনা গোলোক্তা লৈবা ফংজৈদো।

থম্বালদগী হেন্না থোৎলবা ইবেম্মা,
নংগী চরন চিহ্ন ফংজরে ব্রজদা।
ওই থংবা চরন্দা চক্র ছত্র খুজি,
অসিনচিংবা তরা মাথোইনা লৈতেংই।

য়েৎথংবা চরন্দা চীংজাও গদা শঙ্খ
রথ, তা, নাইন্নচিংবা রেখা নিপাল।
পুন্নমক্সা রেখা তরামাপল লৈতেংবা
রাধাগী পাদা চিহ্ন থৌগনবনি।

রাস শান্নবদা ইবুংঙো ইবেম্মা
অনিগী চিহ্ননা লৈতেংই মফম খুদিং।
ব্রজ ভুমি ঐমুক লাইবক ফবসে
লৈরমলোই মরোল অহুমদা হে রাধে।

## শ্রীমতি রাধানা ব্রজবু থেমন্দুনা তাকপিরকই কপ্পগনু হে পুন্য চেনবী ব্রজ ভুমি

লাইবক ফবী নিংথিজবী ব্রজ ভুমি
মরোল অহুমদা অথোইবী অতাংবী।
প্রেম পোক্লফমনি শান্নফমনি নংদি
রাধা কৃষ্ণগী পাদ চিহ্ন লৈতেংবী।

কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিং শান্নবা লীলানা,
ইখৌ লাংলি প্রেম রস ইপোম ইহৌরি।

ভক্তি রতি রস প্রেম্মু ফংজরগা,
তাইবং জীবগী পাপকী মৈশা কোকচরি।

হে ব্রজ নংগী উফুল মরিক অমত্তং
ফংবদা দেহগী পাপ পুম্বা মাঙহনবা
ভক্ত বৈষ্ণবনা চন্দন ওইনা থিঞ্জবা,
লেপ্পমক ওইরি কৃষ্ণ ভক্তি ফংজবা।

ব্রজ বৃন্দাবন্দা থব্রাই থাজরবা,
জীবশিংনা যমগী চৈরাক অমুক ফংদ্রে।
লৈগী দোলাইদা তোংদুনা জীবশিংনা
গোলোক ধাম্মু ফংজবা হেক্তা ওইরিবা।

অন্তকাল য়ৌরক্লবা মতমদা জীবনা,
বৃন্দাবনবু মচিন্দা শোঞ্জরবদি,
সালোক্য মুক্তি ফংদুনা লোক অমদা
হরিগা পুন্না লৈবা ফংবা ওইরিবা।

রাধিকাগী ব্রা তাবদা ব্রজ ভুমি
অব্রাবা কোকচরে চিংনবা লৈতরে।
চৎখরে ইবেম্মবু চিংনা য়েংদুনা
পিরাংদি শিম্থুনা হিক্লা কপচদুনা।

## শ্রীরাধানা প্রভাস লেংনবা যাত্রা তৌবা মতা সখীশিং অমসুং বৃন্দানচিংবা লোইনবা।

### শৈরেং

শ্যামগী দর্শন ফংজনিংবনা
নুংঙাইবা ইপাক্তা তাওরে রাধা।
মঞ্জুনবা ফিজোল শেৎলে রাধা
লৈচিল্লক্তা থোকপা পূর্ণিমাগুম।

যাত্রা তৌরে ওইগী স্বর য়েংদুনা,
ওইগী খোং থাংলে মাধব শোল্লে।
অঙ্গ কান্তিনা পুমঙান ঙাল্লকলে,
থানা লৈবাক্তা চপ্পগুম নিংথিজৈ।
ফজৈদা নোংথাংনা ঙানবগুম্না।

শামুগী শাজৎ কাংঙ খোংথংনি।
সখীশিংনা থৌব্রানমিচাক্কুম কোইরি ,
ময়াইদা ঙাল্লি শরত থাজগুম,
প্রকৃতি শক্তমনি ইবেম্মা রাধা।

শ্রীঅঙ্গ পুম্বা হ্মাং মরিক মরিক
উবদা বৃন্দা সখীনা হঙ্গৎচৈ।
লেংবীয়ু বৃন্দাবনগী মবেম্মা
দোলাইদা নত্রগা ষনগাড়িদা।

থম্বাল হেন্না থোৎপী শ্রচরন্দো
তিংখং তুম্বৌনা থিনবদা শোক্কনি।
য়েংবদা ব্রাজৈ ননাই বৃন্দা ঐসে
কৃষ্ণ প্রেম মশক ওইবী হে রাধে।

## ব্যাখ্যা

বৃন্দা সখীনা হায়জবা অদু তারগা ইবেম্মা রাধানা খুম্মি হে ইতা চান্নবী বৃন্দা সখী তাবীয়ু রাধা ঐনা থমজরিবা ব্রাফমসে। ময়েক শেংলবা ব্রাফমনি মদুদি শাস্ত্র, আগম নিগম পুরাণ কয়ানা হায়রি - কৃষ্ণবু ফংগে হায়রবদি ব্রাদনা করম্না ফংগনি। মুনি ঋষি কয়ানা চাদনা থক্তনা ইন্দ্রি খুদুম চন্দুনা তপস্যা তৌজবনি। উনা চাদুনা অকনবা তপ তৌজে মথংদা ঈশিংতা থক্তুনা ধ্যান তৌজবনি। পেল্লক্তুদুনা যোগ সাধন্না নুংশিত্তা প্রান, ব্যান, অপান সমান অমসুং উদান পঞ্চপ্রান, মণ্ডা অসি লাকশিন্দুনা ইন্দ্রি খুদুম চনদুনা ইবুংঙো মাবু নিংজৈ। হে সখী চান্নবী হন্দক্কী খোংচৎ অসিদি খোংনা অসুম চৎলগে শিগ্রবসু য়ারে কখোক্লবনি থব্রাই হকচাং ইবুংঙো মাগী শ্রীচরন্দা । মাবু ফংজগে হয়েংমুক্কী মপোক্তা।

### শৈরেং

তাকপীরে রাধানা শোনবীয়ু কৃষ্ণনাম,
অমৃতগুম থুম্বা শোল্লিখৈ পেন্দবা,
অব্রাবা কাওবা খুদোং থীবা ঙাকথোকপা,
শ্রীকৃষ্ণ নাম কাওগনু হে গোপীশা।

তারগা শ্রীনামদো অব্রা পোথ্বাজগে
অনানবদা চৈশু ওইবা হরি নামনি।
মমিৎ তাংবগী লৌশিং পীনবিবনি,
মখোং তেকপগী পাঙ্গল ওইবনি কৃষ্ণ।

থুংলরে ভগবতি পৌর্ণিমাসী,
ময়ামসু মথং মথং লাক্তুনা তিল্লরে।
নন্দনা য়াথং পীরে সিদাম সুদাম
মচাগা তিন্নরম্বা গোপশিংদো
পুরো নংগী নংগী ষন্নী পুন্নমক
ইচানা লোইরম্বা ষন্নীশিংসু পুরো।

## ব্রজ বৃন্দাবনগী শা উচেক, শজি শঙাই
## য়োংনিচিংবা লোইনা চৎলি ইবেম্মগী তুংইন্না

লেংঙক্লে রাধিকা প্রভাস তম্নদুনা
ব্রজগী মীয়ামগা লোইন্দুনা ইবেম্মা।
শ্রী অঙ্গঁ কান্তিনা লমবেল পুমঙাল ঙাল্লি,
অমম্বা কোকলে অরাম খৌরাংবা লৈতে।

জগৎকী মমা রাধিকাগী কৃপানা,
কৃষ্ণ নাম শোন্দুনা চৎলি ঈশৈ শক্না।
ষন গাড়ি দোলাইনচিংবা মরি মরি
চৎলি বন উপবন চীং তুরেল লান্দুনা।

য়াওরে নন্দ যশোদা কীর্ত্তিদা মমা
গোপী জটিলা, কুটিলা পৌর্ণমসী।
শ্রীদাম সুদাম গোপ প্রজা পুম্নমক,
থৌগল তৌজরি রাধিকানা লেঙবদা।

চিথ্নদে থনমদে মাগী মাগী ষনয়াম,
ধবলী শ্যামলী, মধুমতি বলী,
কালি, সুভঙ্করী অমলি বিমলী,
সুবলী, পীয়লী চমরী ভ্রমরী।

কৃষ্ণ কায়না মৈচাক ফংলবী ষম্বীশিং,
ষল্লাবা ষন্নাও পুম্নমক্না চেঞ্জরী
প্রভাস তমদুনা মমিত্তা মপী তানা,
শ্রীকৃষ্ণ দর্শন ফংগে তান্নজরি।

নোংথক্তা পাইরি চোংঙা তেনব্বা কোকিল,
পাইরি চৎলি ব্বাহোংশিনা লৈবাক্তা।

খোংলি কাংলুপ নাইনা নুংশিবা শুরনা
উশাদা তোংলি মতেক মতেক পোখানা।

শজি শঙাই য়োংনচিংবা শাশিংনা
নারক মোংশোং য়েংদুনা লিত্তুনা চৎলি।
অঙকপা থৌজান্নি ইবেম্মা রাধাগী,
কনাবু কিহন্দে নুংশি চান্ন চৎলি।

নন্দগী য়াথংনা খুৎলাই পায়বশিংনা
শেন্নদুনা চৎলি নুপী অঙাংশিংবু
জয় ধবনী লাওরি গোপীশিংনা নুংশিনা,
নুংশিরবা শুরনা রাধা কৃষ্ণগী জয়।

অহিং লমদল্লি অফবা মফম য়েংদুনা
পুরকপা মখে য়েন্নদুনা চান্নরি।
উচেক্লা উশাদা য়োংনা উথক্তা
মখোইবু পীজরি মবুক থন্নবা।

## অহিং অথেংবা শুক্লা মন্নবাদা ব্রজ বাসীশিংগী অকিবা। রাধিকানা মখোইগী অবাবা কোকপিবা।

### শৈরেং

শুক্ল মন্নবা অহিংগী নোংয়াই মতমনি,
মীশক মীশা উদ থাশিগী ঙকয়ানি।
থৌব্রানমীচাক ফাওবা অমত্তা উখিদরে,
কিবনা থক থক নিকলে ব্রজবাসীশিং।

নোংশাগা নোংশাগা কৈগা কৈগা চিক্লরে,
লাও খোংবা হৌরক্লে অরাম খৌরাংবনা।
শামুগা শামুগা য়াথিন্নরক্লে
শামুগণ্ডাশিংনা কন্না ব্বাইনরক্লে।

কিখিবনা ব্রজবাসী গোপীশিংনা
কপ্পরক্লে কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্নরক্লে।
সিদামনা কপ্তুনা লাওরকই হে ইতাও
কৃষ্ণ নং কদায়দা লৈখরে লাকওনে।

কনবিবনি ঐখোয়বু কালি হ্রদগী
অঘাসুর হাৎঙম্বা হে কহৈয়া।
বক, বৎসাসুর হাত্তুনা অকিবা কোকহনবা,
কদায়দনো নংবু তাদরা কৌরিবা।

যশোদা রানিনা কৌরকই মচাবু
কৈদনো নংবু লানমৈবু থকপা ঙম্বা।
নপাবুং বরুন লোক্তগী লৌদুনা
অকিবা কোকহনবা ইমাগী গোপাল।
নংগী মাইথোং থাবু অমুক্তং উজরগা
শিরবসু য়ারে নিংবসি থুংহল্লু।
অসি হায়রল্লগা ইমাগী গোপাল কৌদুনা
জ্ঞান য়াওদনা লৈমাইথক্তা ব্বাম্বখরে।

সাখীশিংনা রাধিকাবু কোয়শিন্দুনা,
হঙৈচে তোল্লিদা ঐখোয়গী মপোকসে।
উজরগা রাধা কৃষ্ণগী যুগল মুর্ত্তি
শিজরবদি পেনখ্রগদিনা হা নোংদম্বা ।
বনগী শানা শরাক তম্মা শিবা তারে।।

রাধিকা মতোমতা ঙাইরে জ্ঞান মাংদবা,
ব্রজগী মীপুম খুদিংমক ৱাঙ্খরে।
মখোইগী মনুংদা অমত্তং শোয়রবদি,
কৃষ্ণনা ঐবু থীনা চৈবিগনি।

হা কৃষ্ণ ননাইগী শক্তিদো পীনরো,
কন্দবা য়াদে নংগী ব্রজ বাসীশিং।
ঙাম্ণোরক্লে রাধা থা কোটি ঙমজনা
লোক তাই উমং ৱামং মল্লম্বা মাংখরে
শাশিংদদি কল্লবা মৈশাগুম চাকলে
লোৎখরে চীংনুংদা মৈশা খাঙঙমদনা।

মথন্তগী মঙাল উজবদা রাধা
পুক্লিং নৌদুনা কৌরক্লে হা কৃষ্ণ!
শুক্লবা বনশিদা ননাই ঐখোই ময়াম্না
ৱারিবসে উবিদ্রা হে চান্নখোইবা।

দুর্জ্জয় মান অহিংদা থীনা তৌখি হায়না
ৱারৌবরা পঙলবী গ্বালিনী ঐবু হে শ্যাম।
মপোকথিবী রাধাবু লৌখৎলোই হায়রবা,
নংগী দর্শন ফংনবা লাকচরি ননাই।
ঐখোই ময়াম পুদুনা শুক্ল উমংদা।।

ইবেম্মগী থৌজাল মিৎয়েংনা য়েংবদা
জ্ঞান লাক্কুনা হৌগৎনরে মীপুম খুদিং
রাধাগী তেজ কান্তি অসি উজবদা,
ঙক্কুনা য়েংজৈ ব্রজ বাসীশিংনা।

মমা কীর্ত্তিদা জটিলা কুটিলানা
খঞ্জে রাধাসে গোলোকী রাধানি।
লাইবক ফৈদা ব্রজদা পোকপা ঐখোইসে
রাধাবু ইচা ওইনা কংজবসে।

কয়াদা লানখ্রবা রাধাবু চৈ থাংখিবা,
খণ্ডউদরে খুত্তা পায়বা মনি ললবু।
হা বিধি তোনখ্রেদা করম্না লোৎলিবা,
রাধিকা নিংথিবী কৃষ্ণগী লোইনবী।

খুরমজগে রাধাবু খুৎ লোন্নদুনা
চানবীয়ু ননাই থ্বালা থ্বালীনিশিংবু।
তোল্লবা জাৎনি মীনা তিন্নবিদ্রবা,
চিংখৎপিরে রাধা শ্যাম্না লাকপদগী।
নোং ঙাল্লগা ব্রজ বাসীশিংনা অমুক যাত্রা তৌরকপা
ইবেম্মাগী মায়াদা ব্রজগী মীপুম খুদিং
কাওহল্লে হৌজিক্তা খল্লম্বা বাখল।
থাশি য়ৌরমদাই তরাহুমদোইনি পানবা,
যাত্রা তৌনরক্লে ইরাং লাংনরক্লে।

থা মচেৎনা ফজবা নোংঙাল্লমদায়নি
অতিয়া ইপাকসে তরং তরংবা মতম।
শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিং নিংশিং কাওবা লৈতে
নংগী খোইথুন্নবা নাম কৃষ্ণ শোঞ্জরি।

অসুম চৎপনা হৈ হৈ লাওবা খোঞ্জেলনা
কয়াদা নুংশিবা ঋাই কৌবা হায়নদে।
নুমিৎ হুমনি মতুং থুংলরে প্রভাসতা
অমাবস্যগী নুমিৎ য়ুংবা মতমদা।

লাংনরি ময়াম সূর্য্যগ্রহন উবদা,
অতিয়াগী কুম্মেদা ব্না ব্না লাওনরি।
থুংলরে প্রভাসকী থোংজাও মনাক্তা,
পুমঙক ঙকলে বিশ্বকর্ম্মগী খুৎশেমদা।
(ঙক্তবা ঙমদে ফজ' খুৎশেম য়েংবদা)

চাওথ্রবা পুর মাণ্ডব ফজৈদা য়েংবদা,
মাইকৈ মরিদা থোংজাও মরি ফাৎলিবা।
থোংশংবা খুৎলাই পায়বশিংনা থোঙাকলি,
কনাসু চংহন্দে বার্ত্তন য়াওদবশিং।

ফীজেৎসু মোত্তাই চুদাইনবা ওইবনি,
লম্বেল ব্বানা লাকপনা স্নানসু তৌদ্রবা।
চংনবা হোৎনবদা থৌওইবিদ্রবা
থোঙঙাকপনা চৈবিবা ব্রজ গোপশিং।

ব্রজগী মীয়াম পুন্নমক কপনরকলে,
হা কৃষ্ণ ঐখোয়না ব্বারিবসে উবিদ্রা?
নংগী নশক উজরগা শিজখ্রগে,
করিগী ব্রজবু অসুক ব্বাহনবা।

থোং মরিদা কাংলুপ নাইনা চংনরক্লে,
চংগে হোৎনবদা অমত্তা চংহন্দে।
উপাই লৈতরে ব্রজ বাসী পুন্নমক,
তিঙক তিঙক লৈনরে থোঙগী মপান্দা।

মখা থংবা থোঙদা নন্দ যশোদা
গোপ গোপী অহন ময়াম্মা পৈররে।
নোং পোক থংবা থোঙদা সুবলনচিংবা
সখীশিং লৈরে ষন ইরোইশিং লোইননা।

অৱাংথংবা থোঙদা শ্রীমতি রাধারানী
বৃন্দানচিংবা সাখিশিংনা লেপ্লরে।
নোংচুপথংবা থোংদা চংনবা হোৎনরে,
লেমহৌরিবা গোপ গোপী অতৈনা।

## শাউরক্লে বলরাম যজ্ঞ মফমদা

কৌরকলে বলরাম্না নারদা ঋষিবু
হে মুনি নংনা ব্রজবু বার্ত্তন তৌদ্রা?
মরোল অহুম মী লাই মুনি ঋষি যক্ষ
রক্ষ গন্ধর্ব শা উচেকশিং তিল্লরে।

কনা অমত্তা উদে ইপা ইমা
নন্দ যশোদা ব্রজগী মীপুম খুদিং।
হায়য়ুনে মখোইদো লোইনা শিত্রবরা?
রাম কৃষ্ণনা মিরাইবিরে হায়না।

অসি হায়না কপলকলে রাম্না অঙাংগুম
তাবদা নাবদানা খুৎ লোন্না হঙ্গচৈ।
কৃষ্ণনা তাকপি ব্রজ বার্ত্তন তৌরুনু
বার্ত্তন তৌরবদি যজ্ঞ কায়গনি।

ৱাদি ঙাংদা রাম্না থোঙ লোন্দুনা ইমুংদা
লৈখরে লৈবাক্তা চেপ্তুনা কপ্তুনা।
মওল মওল খল্লি রাম করিগীনো ?
ইনাও কৃষ্ণনা ব্রজ বার্ত্তন তৌরুনু।

ঐখোই য়োকপদা ৱাজরবা ইমা ইপা,
যশোদা নন্দনা কদায়দা লৈখরে।
চমজরবা গোপ গোপীশিং কদায়দা
মখোইনা রাম কৃষ্ণবু কয়া নুংশিবা।

# শ্রীকৃষ্ণনা বলরামবু থেমজিনবা ব্রজবু বার্ত্তন তৌদবগী মরম।

বসু দেব হৌগৎলে কোইয়েং য়েংদুনা।
ইপাগী কৃষ্ণ নয়াম্বুংদি উদেনা,
করিগীনো মাবু কদায়দা চৎখিবগে?
দুত অমা লাক্কুনা হঙ্গলে বসুদা,
ময়াম্বুংদি থোঙ লোন্দুনা লৈখরে,
মাগী শঙ্গাইদা য়াম্না শাউনা শাউনা।
তাবদা চেল্লকলে মচাগী শঙ্গায়দা
কৌরকলে ইপাগী বলরাম কৈদৌরে?
মপাগী অব্বা খোঞ্জেল তাদুনা রাম্না
থোঙ হংদোকলে অদুগা অমুক চেপখরে।

মচা রামগী মতৌ য়েংবা নুংঙাইতনা
হায়রকই থব্বাই শোক্লা করি তৌরে।
যজ্ঞ হৌরমদাইদা শাউরিবা নংনা
চিল্লবা তাঞ্জাদা মতম হেনখিগনি।

নপা ঐদি য়াজদে যজ্ঞ লিংখৎপা
নচিন ননাওনা পুন্নমক লাংবা নত্রা?
হৌজিক মরোল অহুম মীনা চোন্না ফমলে,
যজ্ঞ হৌরো হায়রে গর্গ লেংশিল্লে।

যজ্ঞ কায়রবদি করম তৌগনি রাম
কনানা শিনবী লাংবিগনি খল্লুনে।

হঙ্গৎচৈ রাম্না পাবুংদা পুক্লিং নুংশিনা।
করিগী কায়গনি যজ্ঞ ইনাও লৈনা
কৃষ্ণনা শিনবনি ঐদি করি খঙদে।

"তাবীয়ু পাবুং রাম ঐনা হঙ্গৎচবা
করিগী ব্রজবু বার্ত্তন তৌদবনো?
পাবুংনা ইনশিন্দুনা তৌদবরা?
নত্রগা কৃষ্ণনা তৌহন্দবরা?"

কংসনা কৌদুনা ধনুযজ্ঞ য়াওরুবা,
নুমিত্তগী হৌনা ব্রজবু কাওথোখ্রবা।
নোংমতসু ব্রজবু নিংশিংদবা
থৌদোক অমত্তা তাক্তবা ঐগী ইনাও।

মচা ঐখোইবু কৌদুনা কপলিবা
হা রাম কৃষ্ণ নখোই লাক্লরোইদরা?
ঊনতনা কুপ্লবা ইমা যশোদানি,
চাদ খক্ত লেল্লিবা বাৎসল্য প্রেম্না।

যশোদাগী খোম্লাংনা চাউনা কৃষ্ণনি
চাজেনবী শম্বীগুম কোইথি থিরিবা।
খাংবা ঙম্লক্তরে ঐদি খল্লুবদা
অসুক নুংশি হৈত তৌবমল খঙদবা।

লৈরমলোই জগত্তা ইনাও কৃষ্ণগুম্বা,
নুংশিদ্র মাল্লে চমজবা ব্রাখলশিংদো।
ইতাও কহ্নাই দাউজী রাম হায়না কৌজবা
গোবর্দ্ধন তময়াদা কীবুল হাবী শান্নবা।

কাওরমাল্লে ব্রজগী শঙ্গোম হুয়ানবা,
নোংমতা নিংশিংদে অহল লমনশিংবু।
অক্রুরনা ইচিন ইনাও পুরকপা মতমদা,
ব্রাম্থদুনা অহৌবা গোপীশিং ঙাক্তনি।

তাবদা থম্মোই কায়রে বসুদেবসু
করিগী নিমন্ত্রন তৌদবগে কৃষ্ণনা।
পোকচবা দেবকী য়োকপনি যশোদা
চাওবনি ব্রজগী মরল চাদুনা কৃষ্ণ ।

কৌহল্লুরে মচা কৃষ্ণ মপাবুংনা
হংই করিগী ব্রজ বার্ত্তন তৌদবা
হায়য়ু কৃষ্ণ করি মরম লৈবগে?
নয়াম্বা য়াম্না শাওরে করম খামগনি।

## কৃষ্ণনা যশোদাবু কয়া নুংশিবা

কোকিলবু ঙমজবা ব্রাহ্মৈনা হায়রকই,
তপ্না খুৎ লোন্না মপাবুং ময়াম্বুংদা।
তাবিখোনে ঐগী ব্রাসে অমুক্তংদি,
বার্ত্তনগী হৌনবীসে করি করিনো?

বার্ত্তন তৌনৈদো অতোপ্পা মীশিংদা
ঐগী কর্ম্ম থোক্লগা য়াওবিনবা।
কনাসু তৌনদে ঐগী ইমুংগী মীদা
পরম পরাদগী চৎনবী নিয়মনি।

নন্দ যশোদা কনানো ইপা ইমানি,
পোকপিবনা বসুদেব দেবকীনি।

চাওনবা য়োকপনা নন্দ যশোদা,
ইচিন ইনাওবু কোইশেন শেন্নরকপনি।

ঐদি নন্দ যশোদানা হেন্না নুংশি
য়াম্নুংগী ব্রাদি ঐ হায়বা ঙমজদে।
ষন শেনবা কারকপা মতমদো ইমানা,
আর্তি হায়দোকপি অশোক অপন য়েংবি।

কৌবতনা পিরা কংদ্রবী ইমানা
নুংঙাইবা ওইদুনা হিংদুনা লৈরিবা।
শরুদা উন্না কুপ্তুনা খাংজরবী,
ইমা পাবুং নন্দ যশোদানি।

বার্ত্তন তৌরকই হায়দুনা যমুনাদা,
চোংথদুনা থব্রাই থাখিবা য়াবনি।
ব্রাবিরুনু পাবুং লাক্কনি মখোইদো,
ব্রজগী শা উচেক পুম্নমক লোইননা।

অপেনবগী ঙমখৈ লৈতরে বলরামদো,
মনাওবু চেৎনা কোনবীরে নুংশিনা।
লাকমিন্নরে পাবুংবু পুরদুনা,
যজ্ঞগী মফমদা পন্থবা তৌদনা।

যজ্ঞ হৌরে বেদ নিয়ম কায়দনা,
গ্রহগী মতম যজ্ঞ পুংফম য়েংদুনা।
মৈ হৌগৎলে গর্গদা মন্ত্র থিদুনা,
ফমলি বসুদেব নাক্তা মচা কৃষ্ণনা।

## যজ্ঞ কুণ্ড শেমশারে যজ্ঞ হৌরে নারদনা শিন লাংদুনা

যজ্ঞ কুণ্ড শেম্লে নিংখিজনা। মাইকৈ মরি, চু লফু য়ুংলে হৈনৌ মনা থৈবোং মনা থেৎলে। ছত্র য়ুংলে থাকল খল্লে। পুজাগী পোৎলম শুনা থল্লে ষোড়শোপচারগী নিয়ম মতুং ইন্না যজ্ঞেশ্বর শ্রীহরিদা কৎনবা। (১) আসন ফম্না থারে (২) স্বাগতং তৌনবা (৩) পাদ্য চরন শেংদোক্লবা জল থল্লে (৪) অর্ঘসং- শঙ্খদা চেং থোইদিং লৈ, তিংথৌ যব, কুশ হঙ্গাম মরুনচিংবা থল্লে (৫) অচমন তৌনবা থল্লে (৬) মধুপর্ক থোইহি, শঙ্গোম্নচিংবা (৭) শ্রীবিষ্ণুবু চাইথনবা জল (৮) বসনা ভরণানি শেৎন ইন্নবা ফীরোল স্না ফিগে থল্লে। মনম নুংশিবা পোৎলমশিং ধুপ দীপ বর্ত্তি নৈবেদ্য য়াম শঙ্গোম, অনৌবা অফম্বা, ফল, তাম্বুলং ভোগার্পনাং চানা থক্লবা।

যজ্ঞগী অকোইবদা মুনিশিংনা লেংশিন্নবা ফিদা থারে গর্গচার্য্যদগী হৌরগা। কোরিগী পাত্রদা চেং থোইদিং পুষ্প লৈ, গন্ধ চন্দন থল্লে অগ্নি দেবদা কৎনবা। স্নাগী পাত্রদা ষণগী মনম নুংশিবা ঘী থল্লে যজ্ঞগী অকোইবদা। পঞ্চদেবতা পুজাগীসু থল্লে অমত্তা ব্রাত্তনা। অব্রাৎপা লৈতেদো মহা লক্ষ্মীনা ভাণ্ডারী ওইবা মরম্না। মনম নুংশিবা ধুপ চুখৎলে থারে। চীং লেমখ্রবা যজ্ঞনি মমাংদসু অমুক্তা থোকখিদ্রিবা। মরমদি জগত্তা লৈরিবা মগুণ লৈরবা মতিক মঙাল চাউরবা মুনি ঋষি পুম্নমক তিল্লবনি। অদুগীসু মথক্তা ব্রহ্ম ঋষি নারদনা যজ্ঞগী পোৎলম অব্রাৎ অপা য়েংশিল্লে। বাসুদেব কৃষ্ণনা পেল্লগা লোইরে খঞ্জবনি নারদনা।

গর্গ মুনি লেঙশিল্লে যজ্ঞ শালাদা<br>
শ্রীকৃষ্ণনা হঙ্গৎলে মপাবুংগী চরন্দা<br>
যজ্ঞ হৌনবা পাবুং লেংশিনবিয়ু আসন্দা।<br>
য়াম্বুংসু লেঙশিনবিয়ু আসন্দা যজ্ঞগী নাক্তা।

মুনি ঋষিশিংনা যজ্ঞগী অকোইবদা ফন্নি। গর্গ চার্য্যনা বেদগী মন্ত্র থিরি। যজ্ঞ কুণ্ডদা ঘী কৎলি, ঘীগী মনমনা কয়া নুংশিবা বেদ মন্ত্র থিবদা ব্যাস দেবদগী তাদ্রবা গর্গনা নুংশিবা খোম্থোক্লা পঞ্চ দেবতা নচিংববু পুজা কৎলিবা। শ্রীবিষ্ণুবু অরাধনা তৌনা বেদ মন্ত্রনা লৈশি লৈথোঞ্জরি। যজ্ঞগী মনাক্তা ফিদা অমদা বসুদেবনা খুকউ লৈতানা যজ্ঞেশ্বরদা স্তুতি তৌজরি। মুনি ময়াম্না বেদ পাঠ তৌবদা ফজবা অদুদি হে পরীক্ষিৎ রাজন শুক ঐনা বর্ণন তৌবগী ৱামংদা লৈবনি। জগৎকী মবুংঙো শ্রী বাসুদেব কৃষ্ণনা কুশগী আসন অমদা লেংশিল্লি । যজ্ঞগী মপুসু মহাক্নী যজ্ঞ কৎলিবসু মঙোন্দনি। অবতার পুম্নমক্কী হৌরকফমদি বাসুদেব কৃষ্ণতনা ওইবনি। মানা পেল্লগা জগৎ জীবগী য়াইফবা ওইরিবনি। চহী ১০০ কাইনরবী কৃষ্ণতবু চেৎনা থাগোঞ্জবী কৃষ্ণদগী তোপত্রবী কাম পোক্তবী রাধা মাবু উননবা প্রভাসতা যজ্ঞ কৎলিবনি।

## প্রভাস যজ্ঞগী মাণ্ডব থোঙ মরি ফাৎপা

প্রভাসকী অচৌবা মাণ্ডবকী খা অৱাং নোংপোক নোংচুপতা ব্রজগী গোপ গোপী পুম্নমক নহা অহল খায়না য়েম্থোক্লদুনা থোংজাও মরিদা যজ্ঞদা চংগদবগী লৈনখ্রবনি। মখা থংবা থোংদা চংহন্দনা লেপ্পুনা লৈরি। নোংপোকথংবা থোংদা সুবল, সিদামনচিংবা গোপশিংনা ষন ইরোইনচিংবা য়াওনা চংহন্দবা লেপ্পুনা লৈরি। অৱাং থংবা থোঙদা মীয়াই চল্লবী শ্রীমতি রাধারানী অমদি সখীশিংনা কোক্তা ফী খুমদুনা লেপ্পুনা লৈরি মৈবু উৎনা খুম্বগুম অদুগা নোংচুপ্তা লেমহৌবা গোপ ময়াম্না তোল্ল তারবগুম লেপ্পুনা লৈরি। মোত্তাই চুদাইনবা গোপ গোপীশিংবু থোংশংবনা চংহনদনা থমলি।

# মখাথংবা থোঙগী ৱারী

হায়রকই নন্দনা থোংশংবা য়েংদুনা
ঐখোই ব্রজদগী লাকপমি যজ্ঞ য়াওনবা।
থাজিনবিয়ু ঐখোই ময়ামসে মাগুবতা,
ইচা কৃষ্ণবু অমুক্তা উনজগে।

কল্লবা ৱাহৈনা লাওরকই দ্বারীনা,
বার্ত্তন য়াওদবা মী চংবা য়াদেনে।
দ্বারকা নিংথৌগী অকনবা য়াথংনি,
চংলসু নিংথৌগী য়াথং লৌবা তাই।

যশোদানা হায়জে কনানো ইবুংঙো,
ইচাগী যজ্ঞ লাকপনি ঐখোইদি।
ব্রজদা চাওবা ঐগী ইচা কৃষ্ণনি,
করিগী মমা পাবু চংহন্দবা।

থোঙ থাদোকউ চংগেসে যশোদা ঐ
ইচা গোপালগী মশক অমুক্তা য়েংগে।
থোংশংবা অদুনা চৈশাং পায়দুনা
ইনগে তৌবদা অতোপ্পা অমনা খাম্মী।

নহাক্কুম্বী মোত্তাই চুদাইনবীনা
শ্রীকৃষ্ণবু ইচানিপা হায়বা শাই
কৃষ্ণগী মমা মপা চাওথোক চাওনা লৈ,
তারবদি নহাক দণ্ডি ফংগনি খংদ্রা।
খোঞ্জেল ৱাংনা কপ্পকলে যশোদা রানী,
নুংশাস্বর ফুল্লে ৱা ঙাংবা ঙমদরে।
ৱাস্থদুনা তারে লৈমাইদা যশোদা,
ঈশিং চাইদুনা লাকনৈ ধনিষ্ঠাননা।

কান্নদরে যশোদা ঐ ।শেজরগে,
হা বিধি করিনো অসুক চোপ্না হিংবা।
হন্দোক্নুনা ফমলে কনা লৈত্রবীগুম
কৃষ্ণগী মমানি হায়বদা ইকাইরে।

## নোংপোক থোঙগী দ্বারী

সিদাম সুদাম গোপ বাখালশিংনা,
চংলকলে থোঙদা অমুক্ত চংগে মাগুবতা।
মশিং য়াম্লবা ষনয়ামসু পৈররে,
হম্বা হম্বা খোংলে পৃথি থক থক নিক্লা।

খুৎলাই পায়বা দ্বারীশিংনা থৎলকলে,
করিনো যজ্ঞ কায়বা তারবরা।
ষনয়ামদু চৈ পায়দুনা তানবা হৌরকলে,
মীরোল খঙবা ব্রজগী ষনবী ঙাক্তনি।

ষনবী কালিনা মমিৎ কোরিমুক ঙাংনা,
ফি ফি কামদুনা দ্বারী হাৎলগে খল্লে।
ধবলানা খাম্মী য়েংশি কৃষ্ণগী লীলা,
ইবুংঙো মাদি উরিবনি পুম্নমক।

শিঙ্গুরি পিরাং তত্তনা ষম্বীশিংদো,
কৃষ্ণ দর্শন ফংলরোইদরা খন্দুনা।
উপাই লৈতরে ষনয়ামদো পুন্না লৈরে,
কৃষ্ণবু নিংশিংজৈ থম্মোইনুংদা চেৎনা।

সখা ময়াম্না কৌরি হা ইতাও গোপাল
নংবু থৌজাল হে হায়বদাই হা কহ্নেয়া।

ঐখোইবু থোঙদা অসুম শিজৌ হায়বরা ?
উৎলরো নংগী থাজ মানবা মাইথোংদো।

## অৱাংথংবা থোঙগী ৱারী

খুৎলাই পায়বশিংনা চংহন্দরে ব্রজগী রাধিকা অমদি মহাক্কী সখী বৃন্দা, ললিতা, বিশাখানচিংবীগা লোইননা দ্বারীশিংগী মরক্তা অমনা হায়রকই:- কদায়দগী মোত্তাই চুদাইনবী নখোইনা মনুংদা চংবা য়াবা নত্তে। চংগে হায়রগা নিংথৌগী য়াথং লৌবা তাই। ঙাইদুনা অদুম লৈয়ু যজ্ঞ লোইরগা দক্ষিনা চাউনা চাওনা ফংগনি। বৃন্দা সখীনা দ্বারী য়েংদুনা হায়রকই নংগী দক্ষিনা লৌবা লাকপা নত্তে। লাকপনি ঐখোইদি শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌবা মাতবু উরগা ঐখোই হঞ্জখ্রগে।

### শৈরেং

দ্বারীশিংনা হংঙি নখোইগী লৈফম
নমিং নথানা করি করি কৌবগে?
মৈবু ফীনা কুপ্পগুম থোইদোক হেন্দোকপী
লক্ষ্মীগুম্বী মগুন লৈবীসি কনানো?

মখোইগী ৱাসি তারগা বৃন্দানা খুম্মি,
পরিচয় হংলগা করি কান্নগনি।
লাকপনি ঐখোই অথাপ্পা খুঙ্গংদগী
রানীশিংগী ফজবা ফিজেৎ লৈতেং য়েংবা

থাদোকউ থোঙ চংদ য়াদবনি ঐখোই
উশিত্তবা তৌনু ফিজেৎ মোৎলি হায়না।
হুরানবনি কৃষ্ণদো লৌনম চাওবনি,
নখোইসু মবুক খোইবগী মনাইনি।

য়েংউ যজ্ঞ মফম য়ৌরগা ঐখোয়না
মাবু মখোং মখুৎ পুল্লগা পুগেদো।
মদুতদা খঙগনি ঐখোইগী গুনবু,
নবুংঙোনা করি তৌবা ঙম্বগে।

## ব্যাখা

অসুম্না চিন্দা পাওদানদুনা তৌবদা দ্বারীশিংদো শাওবনা ঙমখৈ লৈখিদরে। কদায়দগী লাকপনো ফিজেৎনা মোৎলিবা য়েংবদা মগুন য়াম্না লৈ অদুবু ব্রাহে খোন্দাদি ওম্থোক্লা কল্লিদা। অদুম ওইনমক য়েংবদদি মখোইমুক ফজবা য়াওদে, লৈচিল্লক্তা থাজনা লোৎপগুম্বী, দ্বারকাগী কৃষ্ণগী লৈমশিংদগী মগুন লৈবা হেল্লি হায়নিংই। তৌইগুম্বসুং মখোইসি খরদি খঙহন্দবা য়াদে। দ্বারীশিংগী মনুংদা খবা চালবা অমনা হায়রকই।

য়েংউ য়েংউ নিংথিবী নুপী অসে
নুমিৎ মঙালবু নোংনা খুম্বগুম্মী।
স্বর্গগী লাইরেম্বীনা মায়া তৌদুনা
লাকপরনে অসুক মগুন লৈবসিবো?

অদুবু মাগী লোইনবশিং অসিদি
ব্রাহে খোন্দা ব্রাঙাং ব্রাতা ফজদেদা।
খরা খংহন্দবদি য়াদে মখোইবু,
অসুম হায়না বৃন্দাবু ফুগে তৌরক্লে।

বৃন্দা দেবীনা হায়রকই মে মুর্খ
নংনা ফুবা ঙম্বা নুপী নত্তে ঐসে।
রাধা কৃষ্ণগী মনাইনি খঙদ্রমাল্লে,
নং উৎপুং ওইনা লৈমাইথক্তা তাগেরা?

## ব্যাখ্যা

বৃন্দা সখীনা মিংনা য়েংদুনা উৎ ওনহনগে তুমহল্লগে তৌবদা ইবেম্মা রাধানা বৃন্দাগী মমাই খুমজিন্দুনা হায়রকই:

হে ইতা চান্নবী বৃন্দা সখী নংবো !
করিগী অদুক হাক্লা শাওরিবনো ?
বিধিনা তম্বনি হায়না খাঙবা তম্মু ,
ঐখোইনা তৌজবা কর্ম্মনা ফংবনি।

য়েংউ সংসারসে মাতনা শেম্বনি
য়োকপীবসু মানি মাঙহনবসু মানি।
সত্ত্ব: রজ: তম: গুন শেমদুনা,
তাইবং লীলা শান্নে ভক্তগা লোইননা।

যোগাসন্দা ফমদুনা রাধা ঐনা
কৌজরি নংবু লেংপিরকলো হে শ্যাম
য়েংনিংদরে নংগী সংসারগী লীলাসে,
হল্লসি (চৎলসি) গোলোক্তা লৈরুসি চিক্ল ইংনা।

নুংঙাইবরা হে শ্যাম নংগী দ্বারীশিংনা
চমজবী গোপীশিংবু ওৎ নৈরিবসে।
নংগী লোইনবী রাধাবু থীনা তৌরি,
নংগী চাংয়েং করম্বা অমুক ব্রাৎলিবগে।

নংগী প্রেম মৈচাক্লা লীলগী হুগুম চাকলে
চাকলে থম্মোইসে প্রেমগী হুনা শিনখরে।
খাংবদা ব্রারে পুঙমদরে মৈচাক,
চাকখ্রসনু হকচাং চিত্তাগী মৈরিনা

## যশোদা রানীবু ইনশিনবা মচা গোপালবু কৌ হায়বা

মচাবুতা খন্দুনা চাবা মচেৎ তুম্বা মচেৎ ওইরবী চৈশুনা পাঙ্গল ওইরবী অহল ওইরবী যশোদা রানীনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোন্দুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈখরে। মখাগী থোঙজাও মনাক্তা। ব্রজেশ্বরী ইবেম্মা যশোদাগী থৌগল তৌরিবী মরি ধনিষ্ঠা, সরলা সঙ্কেতি অমসুং সুমুখীনা রানীবু য়েংদুনা হঙ্গৎচৈ খুৎ লোন্ননা :- তাবীয়ু ঐখোইনা হায়জবসে অমুক্ত নিংশিংবীয়ু ইবেম্মা রানীনা হেক কৌবদা, নচা গোপালসে হেক্তা চেল্লকপা নত্রা? অমুক্তা কৌবিয়ু শোয়দনা চেল্লক্কনি নচা গোপাল। যশোদানা খুম্মী "হে ধনিষ্ঠা ঐদি স্বর হোনবফাও কঙল্লক্তরে করম্না কৌগনি হায়রল্লগা মচাবু কৌগে খল্লকলে।

**ঈশৈ**

কৌরকই যশোদানা পিক্ল খোঞ্জেলনা
হা গোপাল ইমাগী কাহ্নাই তাদবরা ?
ইমা লাকই থোরকউ হে নীলমনি,
নপাবুংসু য়াওরকই নংবু উনবা।

অহল ওইরবা গোপ গোপী পুম্নমক
নংবুতা ঙাইহিরি ইংঙাইথক নোঙ্গৌবীগুম।
নংতবু খঞ্জবী ব্রজ নমাশিংনি,
মখোইগী শঙ্গোম্না চাউখিবনি নংনা।

ননী মাখল পুরকই চারোলাও গোপাল
নংগী শম্বী শঙ্গোম্না শাবা লদু পেরা
ইমানা কৌবদা হেক্তা চেল্লকপদাই,
ইমা ইমা হায়না উফুল ইত্তে তৈনা।

:

পুং শেন, যন্ত্র মখোল পুম্বা নমহত্তুনা
মমাগী খোঞ্জেল তারকলে কৃষ্ণনা।
যজ্ঞ কুণ্ড নাক্তা ফম্বা ওমদরে কৃষ্ণ,
নারদ য়েংদুনা হায় ঐ মপান চৎলুগে।

## মমা যশোদানা কৌবদা কৃষ্ণ চেম্থোরকপা

নারদা ঋষিনা হায়জে ইবুংঙো মপান্দা চৎপা
য়ারোই যজ্ঞ পুর্নহুতি তৌদ্রিমখে।

মমাগী খোঞ্জেলনা তত্তনা লাক্লবদা,
ফুক হৌগৎলে কৃষ্ণ রাজ মুকুট য়াওনা।
চেম্থোরকলে কৃষ্ণ ইমা ইমা কৌদুনা,
মপী কায়নরবা শন্নাওগী মতৌগুম।

চেল্লকপদা পীনা মিৎস্না খুমখিদুনা,
উদরে লম্বী থেংজিল্লে চেকপন্দা।
চেল্লকপদা নারদসু কৃষ্ণগী তুং ইন্না,
অদুগা খামজে ইবুংঙো করিনো?

### ব্যাখ্যা

নারদনা খুৎ লোন্ননা হঙ্গৎচৈ হে কৃষ্ণ নংবু ইমানা শক খঙলমলোই রাজ বেশ য়াওনা ইমাগী মাংদা চংলবদি নংনা। উৎপিরো নংগী জগৎ শুমহংপা কৈশোর বয়স ওইবা রসরাজ মুর্ত্তি মাধুর্য্য রূপ মায়া চংদ্রবা মক্তুবা ব্রজ প্রেম্না ইহৌরবা চুড়া বাঁশিনা লৈতেংবা খ্বাংদা স্না ফিগে থোনবা চরন্দা নুপুরনা নিনবা তনৌ তনৌবা শ্রীমুর্ত্তি, মুনি ঋষিনা নিংনফম ওইবা।

হে নারদ! ঐদি কদায়দগী লৌরুনি ব্রজগী রাখাল ফিজেত্তো। নারদনা হঙ্গৎচৈ চিংনবীনু ননাই ঐনা মিকুপ্পদা যোগ শক্তিনা লৌজরুগে হায়দুনা চৎখ্রগা থিন্দনা মিকুপ অমগী মনুংদা পুরকলে। হে নারদ ঐদি রাখল ফিজেত্তো শেৎপা হৈতে ইমানা শেৎপিবনি ষন শেনবা চৎলমদাইদা। নারদনা হঙ্গৎচৈ ননাই ঐ হৈজে হায়দুনা ইবুংঙোগী ব্রজগী নুংশিরবা রাখাল ফিজেৎ শেৎপিরে। নারদনা লাংজবতনি ইবুংঙোগী ইচছানি। তনৌ তনৌরবা শ্রীরূপতো মরি থোক্লা চৎখরে থোঙ অহুমদা শ্রীরূপ অমনা উৎপিরে মমাগী মাঙদা।

## শৈরেং

**নৌনা মথোং কাবা, কাম কোটি হেনবা রূপ,**
জগৎ শুমহৎ শক্তম, যশোদাগী গোপাল।
চুড়ানা লৈতেংবা, স্না ফিগেৎ থোনবা
খুৎতা বাঁশী পায়বা চরন্দা নুপুর নিনবা।

লেপলরে মমাগী মাঙদা রসরাজ মুর্ত্তি
অদুগা হায়জৈ নচা গোপাল লাকচরে। ইমা
খুবমজরে মমাগী চরন পায়দুনা,
নচানা লানবা ঙাক্তনি ঙাকপীয়ু ইমা।

উবদা যশোদানা মচাবু কোঞ্জে
ইমাগী গোপাল নং কদায়দা চৎলুই।
ইমানা কৌবা তাদবরা নংবো,
নুমিৎ খুদিংগী নংবু কৌবনি গোপাল।
খুত্তা ক্ষীব পায়দুনা চারোলাও হায়না।।
ইমানা পুরকই নংগীদমক চানবা,

ননী মাখল লদু পেড়ানচিংবা।
ইনবিরে ননী মাখল শ্যামগী ময়াদা
পমখত্তুনা কৃষ্ণবু মতম্বাক্তা।

পীদি শিন্থরি গঙ্গানা ইহৌবগুম,
মচা গোপালগী মাইদা তপ তপ তারি।
অচম্বা, পী, নত্তে, মঙ্গলগী মশকনি,
মাংফদ্রবা বাৎসল্য প্রেমগী পীরাংনি।

**ব্যাখ্যা**

যশোদানা হায়রকই তারো ইমাগী গোপাল নংনা কংস বধ তৌরবা মতুংদা পাবুং লেংবিরম্মো হয়েং লাক্কে শোয়দনা।

"ঐগী দমক্তা ব্রাজরক্লবা
ইমা ইপা দেবকী বসুদেবনা,
কৈশুমশংদা কুইনা খাংলকলবা,
মখোইগা লোইননা লৈরকখিগে
মতম খরা চোম্থনা শাংথনা।"

ইমাগী ইবুংঙো গোপাল নং ধর্ম্ম য়েংদুনা হায়য়ু। নমাংদা ধর্ম্ম যম য়াওরে মহদেব অমদি ব্রহ্মাসু লৈরে। লাইয়ামসু লোইনা তিল্লে। হায়য়ু অচুম্বদো ইমাগী নিললনী ইমাগী থৱাই ওইবা।

**শৈরেং**

"তশেংনা হায়খিবা চুম্বরা গোপাল
অদুতা হায়য়ুনে খৌরাংনা ঙাইবাল।
মদু তারগা যশোদা ঐ শিরগে,
শিবগী করিসু পাম্মুদরে গোপাল।"

**ব্যাখা**

কনানা মমা কনানা মপানো,
পূর্ণ ব্রহ্ম মাতনা শেন্বীবনি।
শেন্বীবা য়োকপিবা মাঙহনবসুনি।
ময়ানা মরম ওইদুনা যশোদা
দেবকীবু মমা ওইনা উহনবনি
বাৎসল্য প্রেমবু খঙহনগে খন্দুনা
হায়রকই শ্রী কৃষ্ণনা ৱাশকতুনা:-

**কৃষ্ণগী মমাদি যশোদানি হায়না কৃষ্ণনা ৱাশকপা।**

নুমিৎ থা থৌৱানমিচাক মাইকৈ ঙাকপা লাই
কোটি কুম্বাহুমদোইনা শাক্তি ওইবীয়ু।
ঐনা ৱাশক্তুনা হায়জরি তাবীয়ু
কৃষ্ণ ঐবু পোকপদি যশোদানি।

কুম্মৈ য়েলিবা ব্রহ্মা শিব লাইয়াম্না
ধন্যনি ধন্য যশোদা লাইবক ফবী।
শ্রীকৃষ্ণবু নচা ওইনা ফংজবসে
নংগুম্বী লৈরোইনে জগৎকী মনুংদা।

স্বর্গগী লাইরেম্বীশিংনা চাইথরক্লে,
পরিজাৎ নোং চুবগুম যশোদাগী
শ্রীকৃষ্ণগী কোক্তগী চরন ফাওবা
লাওরকই যশোদা মঙ্গল ওইবীয়ু।

অমৃতনা নোংলিক ওইনা খিকথরকলে
চোইজাইননা প্রভাসকী মফম পুম্বা।
বীনা যন্ত্র খোংলকলে নারদ ঋষিনা,
নারায়ন নারায়ন নুংঙাইদা হে কৃষ্ণ
নংগী কুম্মৈসে য়েংবগী পেনবা নাইদে।

## ব্যাখা

যশোদা মমাবু থাদোক্লম্লগা মপাবুং নন্দগী চরন তম্না চেনশিল্লকই মিংলু নাপোমদা পিরাং শিন্থনা ইঙা নোংহৌগুম :-

"ওঁ পিতা স্বর্গ: পিতা ধর্ম্ম : পিতাহি পরম তপ:"

"ইপানা স্বর্গনি, ইপানা ধর্ম্মনি, অথোইবা লাইনিংসু ইপাতনি।"

ঈশৈ

খুরুমজরি পাবুং কৃষ্ণ ঐনা
ঙক্তা ফি য়েত্তুনা চরন শোক্লা।
নচানা লানবা ঙাক্তনি ঙাকপীয়ু,
লৈঙাক শাসন্না মতম শংদদুনা
পাবুং ইমাবু উনবা ঙমখিদে।

পেল্লে নন্দ ঐ ইচাগী ভক্তিদা,
নুংঙাইরে ইপা ইচাবু উবদা।
ইপা শিরসু য়ারে ইপাগী গোপাল
মাঙখিবা মনি অমুক ফংজবদা।

## ব্যাখা

দেবকী বসুদেব চেস্থোরক্লে নন্দ যশোদাবু ওক্তুনা লেঙ্গোন্ননা পুশিনখরে যজ্ঞগী মফমদা । তিল্লিবা ময়াম পুন্নমক য়েংনৈ মগুন লৈদা যশোদা অহল ওইবিসে। ময়াং কংলবসু মৈবু উৎনা খুম্বগুম্বনি। অসিনিনে

কৃষ্ণবু পোকপী হায়গদ্রা, অয়োকপী হায়গদ্রা ব্রজ গোপ নন্দগী লোইনবী যশোমতি রানি সতী সাবধী ওইবিদো।

যশোদা দৈবকী অনিগী মরক্তা কৃষ্ণসে কনাগী মচানো পরীক্ষা য়েংনবা মী লাই যক্ষ রক্ষ পুম্নমক্কী মমাংদা কৃ ষ্ণনা তাকপিখি (ফোংদোকখি) কৃষ্ণগী মমাদি যশোদানি অতৈ নত্তে। মচা গোপালগী অরেপ্পা ৱাঙাংদা পেঞ্জরবী যশোদানা দেবকী য়েংদুনা হায়রকই । ইতা দেবকী নহাকসু তাখিবা অদুনি কৃষ্ণগী মমাদি যশোদানি। দেবকীনা খুম্মী চুমই অয়োকপী মমাদি মমামক্কা পাংখকনি। য়েংবীয়ু কংসগী কৈশুসংদা ইচাবু ফংজরগা মপাবুং বসুদেবনা থৈখিবনি নন্দগ্রামদা নংগী ননাক্তা, মদুদা নংনা তুমদুনা লৈখিবনা খংহৌদবনি। য়াম্না নুংঙাইরে নংগী নপান্না মপাবুং বসুদেব অমসুং দেবকী ঐবু কংসগী মখুত্তগী কনবিখিবনি।

## শৈরেং

**পরীক্ষা য়েংশি হে ইতা দেবকী**
**কৃষ্ণসে কনাগী মচানো খঙনসি।**
**যশোদাগী ৱা তাবদা দেবকীনা,**
**খুম্নকই য়াই! য়াই! লাই সাক্ষী য়েংনবা তাই।**

ঐখোই অনি খুদুপ চামদা লেপ্পসি
কৃষ্ণনা ময়াইদা চপ চানা লৈহনসি।
খোল্লাং শুমদুনা কাপ্পসি পিচকারিগুম,
কৃষ্ণগী য়াদা তাবা ঙম্বা তান্নসি।

কৃষ্ণগী ময়াদা তাহনবা ঙম্বদো
মমা অশেংবনি হায়বা খঙনসিকো।
যশোদা দেবকী অনিমক য়ানরে,
লেপ্পরে অনিমক হন্দোক্লদুনা।

## ব্যাখ্যা

কৃষ্ণ মাগী মায়া কনানা খঙগনি। পোকপা পোক্তবা কনানো হরি মঙোন্দা। আদি পুরুষ ওইবা ভগবান্নি। জগৎসে মতোমতা লৈরম্বনি মাতনা শেম্বনি ব্রহ্মা শিবা অনন্তনচিংবা জীব পুম্নমক। চহি চামা কায়নরবী মচাবু কৌবতনা পুন্সি ওইরবী যশোদা মাগী বাৎসল্য প্রেম কনানা খাঙবা ঙমগনি। দেবকী হৌজিক নুংঙাইবা ঙমখে লৈতনা অৱাৎ অপা লৈতনা মচা কৃষ্ণবু মনাক্তা থমদুনা নুংঙাইনা পুন্সি লেল্লি। কৃষ্ণগী লীলা করম শান্নবগে য়েংসি।

### ঈশৈ

**শুমলে দেবকীনা মাগী খোল্লাং থাবুম**
**খুদুপ চামদা লৈপ্তুনা নাপল তৌনা।**
**মরিক অমা ফাওবা থোক্তরে অমৃতদো**
**লু লুকথদুনা ইকাইদুনা ফমথরে।**

চাদবনা য়াঙ্গংলবী যশোদানা
খুৎ ওইনা খোল্লাং শুম্বদা কাপ্লক্লে।
কৃষ্ণগী য়ানুংদা তাবকলে নোংলিক্লুম
তু চুংই গোবিন্দ অমৃত ফংবদা।

জগোই শানা শানা চেল্লকলে গোবিন্দ,
লেংখৎলে মমাগী তম্পাক্তা হৱাওনা।
পুক থন্না থকলে মমাগী খোল্লাংদো,
নোকফেৎ নোকফেৎ পুক্লিং হৱাও মথোই কানা।

মচাবু শিৎ শিৎ নান্দুনা যশোদানা
অমৃত ইঞ্জে মোমোন মোমোন নোভ্নুনা

চহি চাম্মা কায়নবা রাখল কাওখরে,
ইংজরে রানীগী থম্মোই উনমুক ইংলে।

লোইনরকপী ব্রজগী সখীশিংনা
লাওজৈ যশোদানা জয় ওইরে জয় ওইরে।
দেব সভা পুম্নমক্না চাইথরকলে,
পরিজাৎ খুজোক খুজোক শ্রীচরন্দা।

ইকাইবনা মুনা কাহৎলবী দেবকীনা হঙ্গৎচৈ মবুংঙো বসুদেব য়েংদুনা। করি মতৌ কৌবগে ননাই নুবীবু থোকলিবা থৌদোকসে। বসুদেবনা হায়রকই শাস্ত্রগী ৱাঙাং শিজিন্নদুনা য়েংউ! পুক্লিং ৱাবা তৌগনু নচা কৃষ্ণসে হরিনী হায়বা নং খঙলবা নত্রা? পোকপা মতমদা পাম্বোম মবি পান্দুনা নমাং ইমাংদা লেপলগা তাকপিখি।

"নচাবু গোকুলদা থৈবীয়ু হায়খিবদুদি নং কাওরবরা?"

দ্বারকাগী লৈমশিং রুক্মিনী সত্য ভামানচিংবীনা কয়াদা ৱাজবা কৃষ্ণনা শিনবা ঙাক্তনি। তাঞ্জাসিদা বলরাম চেল্লকলে মমা যশোদাগী নাক্তা। হিক্লা হিক্লা কপ্লি যশোদাবু য়েংদুনা নুংঙাইরেদা রাম ঐদি ইমাগী দর্শন ফংজবদা।

**ঈশৈ**

**চেল্লকপা বলরাম মমাগী মনাক্তা**
**দণ্ডবৎ তানা খুরম্মী চরন শোক্লা।**
**যশোদা মমানা মচা রাম কৃষ্ণবু**
**মতম্বাক্তা পমলে য়েৎকা ওইগা নুংশিনা।**
**হন্না হন্না চুপই যশোদা মমানা,**
**হায়রকই করিগী নমাবু থাদোকপা।**

লাকলে রোহিনিসু যশোদাগী নাক্তা,
নুংঙাইবা ঙমখৈ লৈতরে উন্নবদা

খঙহৌদে নিংশিংলে ব্রজগী প্রেম রস,
মচাশিং য়োকপদা ব্বাজরবী অনি।
কুমথরে রাম কৃষ্ণ মমাগী তম্পাক্তগী,
অদুগা হঙ্গৎচৈ খুৎ লোন্নদুনা
চাদ থক্ত লমশাং লাকপদা ব্বারবা,
ইমা পাবুং চাইথরগা পোখাসি
যজ্ঞগী মহা প্রসাদি হাবিরগা।
"নন্দনা হায় লৈনিংদে মিকুপ অমত্তং"
চৎলসি কাহ্নাই বৃন্দাবন্দা লৈরুসি,
কৃষ্ণনা খুমজৈ হয়েং চৎলসি পাবুং।
অসি হায়দুনা খুৎ শম্নুনা পুরক্লে,
নন্দগী শঙ্গাইদা বিশ্বকম্মনা শাবা।

## ব্যাখা

শ্রীকৃষ্ণনা হঙ্গৎচৈ খুৎ লোন্ননা তাবীয়ু পাবুং অসিগুম্বা যজ্ঞসি পাম্বীরবদি ইপানা কৎনবা নচানা শিঞ্জগে। মচাগী ব্বা তাবদা "নন্দ নিংথৌনা তাকপিরকই :- পামজদে যজ্ঞ কৎপা ভজন সধন তৌজবা কনাগুম্বা দেবতা অমদা। ঐনা পামজবদি, কৃষ্ণ নংতবু নিংজবনি চাদ থক্তনা চহি চাম্মসে করম্বা মতমদা ইচাবু অমুক্তং উজরগা শিজগে খন্দুনা"। অদুঙৈ রাম কৃষ্ণগী মিং থোনবা মতমদা নয়াম্বুং রাম্বু শঙ্কর্ষন বলরাম থোনখিবা অদুগা নংবুনা কৃষ্ণ থোনখিবনি। নংদি জগৎকী মপুনি নংগী নমিংদি য়ামখরে। যজ্ঞসু নহাকনি, দান ধর্ম্মসু নহাকনি, নরায়ন হায়বদুসু নহাক্লি। নহাক্লি রাধাগী মবুংঙো গোবিন্দ হায়বদো। নহাক্লি লক্ষ্মীগী মবুংঙো মাধব বিষ্ণু। ক্ষীরদকশায়ী বিষ্ণু, শ্বেতদ্বীপকী মপু নারায়নসু নহাক্লি পুম্নমক নংতনা ওইবনি। অদুবু বাৎলস্য প্রেম্না থুমহৎখিদুনা হে কৃষ্ণ নংবু নন্দ যশোদাগী মচা গোপাল ওইনা উবনি ইপানা।

মরম অদুনা যজ্ঞগী আশা থাইদোকপা লৈতে। খণ্ড তৌরগা কৈদৌনি হে গোপাল নংবু পোকচগে মপোক মপোক খুদিংদা। মপাগী ব্রা তাবদা শ্রীকৃষ্ণগী পেনবগী ঙমখৈ লৈতে। অন্তর্য্যামী ওইবা ভগবান মাদি থম্মোইতবু পাম্বনি। নিংশিংই কৃষ্ণনা মপাগী তম্পাক্তা ওন্থোইনা শান্নখিবদো। নন্দগী তম্পাক্তা ফমজরে কৃষ্ণ। নন্দনা মচা গোপালবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা হন্না হন্না চুপ্চৈ খজাই ওন্না ওন্না পেন্দবমখৈ।

**ঈশৈ**

**মপোক মপোক খুদিংদা হে কৃষ্ণ**
**নংবু ইচা ওইনা পোকচগেনে।**
**দানসু নংনি যজ্ঞসু নংনি গোপাল**
**পামজদেনে ইপাদি কর্ম্ম যোগ।**

ভোগ পামজদে, গোপ জাৎ ঐখোইনি
শঙ্গোম য়াম্না থোকপা অদুনা কর্ম্মনি।
যশোদানা হায়রকই ইমাগী গোপাল
ঐখোইদি কর্ম্মনা পুনবা ঙমদে।
চম্না লেনবা পাম্বনি পুন্সি অসে।।

জ্ঞানি ওইবা বসুদেবনা তৌহল্লু,
কর্ম্ম কয়া অচৌবা বৈভব ফংনবা।
ইপাগী ইবুংঙো হে কষ্ণ কেশব,
নংতবু তম্পাক্তা পমজবদো পামজৈ।

**ব্যাখ্যা**

মপা মমা নন্দ যশোদাগী ব্রা তাবদা মোমোন নোকই কৃষ্ণ ভক্তগী মখা পোনবা থম্মোইতবু পাম্বা শ্রীহরিনা। পুরকলে মমা মপাবু শনমান

ইকাইখুম্নবগা লোইননা যজ্ঞগী মফমদা। খ্বাইদগী মমাংদা লেমজনা ফমহল্লে, ফজবা ফিদা মথক্তা। তিল্লিবা মীয়াম্না নন্দ যশোদাবু য়েংলগা হায়রকই, ওন্থোক্লসু মগুন লৈখ্রেদা ব্রজগী নিংথৌ রানী অনিসে।

অদুগী তুংদা নিংশিংলকলে শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মরূপ ওইনা খঞ্জবা ব্রজগী রাখালশিং অমসুং বাল্য লীলাদা গোপালনা শঙ্গোম থকখিবা সখীশিংবু কয়াদা নুংশিবা। ইবুংঙোনা নোংপোক থোঙগী ৱাখন্দা লুপলে।

## নোংপোক থোঙগী ৱারি

লেংঙকলে কৃষ্ণ রাখাল ফী লৈতেংদুনা
ব্রজগী রাখালশিংনা লৈরিবা মফম।
শ্যাম দর্শন ফংবদা কয়া হরাওজবা,
মাঙখ্রবা ললবু অমুক ফংবগুম্না।

কোইশিল্লি কৃষ্ণবু গোপ রাখালশিংনা,
হায়জৈ নং করিগী ব্রজদা লাক্তবা।
য়েংদুনা লৈখি নংগী মাইকৈ ওন্দুনা,
নংনা লাক্কনি হায়রম্বা থাজদুনা।

হিক্লা কপ্পি সুবল নিংশিংদুনা থৌদোকশিং
কাওরবরা সুবলবেশ থোনখিবা রাধানা।
ইবেম্মনা নংবু উন্নহনর্বনি হে শ্যাম,
সুবল ঐনা লৈহৌখি বাধাশাদুনা।
জটিলা কুটিলাগী শঙ্গাই মনুংদা।।

মহৈ মহৈ ৱারি লিনরে ব্রজগী
ইতাও কাহ্নাই নংসে নুংশি হৈতেদকো।
চাওথোকপরা নংনা নিংথৌ ওইরে হায়না,
দ্বারকাদা অচৌবা বৈভব শেমগত্তুনা।



কৃষ্ণনা হায়জৈ নখোইবু কাওবা লৈতে
থবক চিনমনবনা লাকপা ঙমদবনি।
অমমম ওইনা কোনবীরে শ্যাম্মা মখোইবু,
কপ্লি রাখালশিং অঙ্গ, গন্ধ ফংবদা।

চহি চামা উবা ফংদ্রবা কৃষ্ণবু
উবদা খুৎনা থা লাম্বা ফংবগুম্মী।
হরাওনা নুংঙাইবগী পীদি শিন্থবি,
কপ্পা কপ্পা শ্যামবু কোঞ্জে থৱাই শোক্লা।

লেঙশিল্লে শ্যাম ষনয়াম ষন্বী লৈরি মফমদা
অমমম ওইনা মথাদা নানবিরকলে।
কপচৈ শন্বীশিং লেকচৈ শ্যামগী শ্রীচরন,
হন্বা হন্বা খোংলি কৃষ্ণবু উবদা।

খুরমজৈ শ্যাম্না মোমোন মোমোন নুংশিনা
অহল লমন মযামদো খুৎ লোন্নদুনা
ইপা ইপনশিংগী মপান্দগী ঐনা,
মীবক তিঞ্জবনি ৱাবৌনু লাক্তে হাযনা।

# রাধা কৃষ্ণ অনি উনবা (অনিগী মিলন)
# অহানবা উনবা

## ব্যাখা

সিদামগী শাপ লোইখবে ইবেম্মা বাধা চহি চামা হেনখবে। সিদামগী শাপনা লাঙ্গোই চল্লম্বা অদু কোকখরে। পল্লেপফম খঙদনা নোংলে নুংশিৎনা হুমদুনা কোইপু পুবম্বা বৃষভানুগী মমোম রাধাদো হৌজিক্তি কৃষ্ণগী কৃপানা সংসাবগী অফা অপুন কোকখিদুনা অশেংবা গোলোক্কী মবেম্মা ব্রহ্ম স্বরপীনি রাধা অদু ওইরবনি। শ্রীমতি রাধাগী অঙ্গ কান্তি থাজ কৌটি মঙালনা ঙাম্থোইরকলে। তৌইগুম্বসুং সংসারদা লৈবা গোপী নিংঙোল ওইবদুদি তোকপা য়াদ্রদুনা মৈবু ফীনা কুপ্পগুম লৈরিবা রাধাবু দ্বারীশিংনা থোঙদা চংহন্দদুনা ইবেম্মনা নিংবা কায়দুনা বট অমগী

মখোংদা ফমদুনা চিন্তাগী পোৎলুম পুদুনা মিৎ উইশিন্দুনা মবুংঙো কৃষ্ণবু অরাধানা তৌজরি। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি তত্তনা হা গোবিন্দ ননাইবু ওন্থোক্লা থীনা লাক্লরেদকো দ্বারিশিংনা। ঐবু খাংবা ঙম্বগী পাঙ্গল লৈরক্তরে।

## শ্রীরাধা গোবিন্দগী প্রেমগী ঈচেল
## ফংঙমদ্রবা রস

লেঙলকলে কৃষ্ণ ফুইনা নোংহৌ ঙমজবা
ব্রাহোং মতুগী চুড়ানা লৈতেংবা শ্যাম।
স্না ফিগে থোনবা, খুত্তা বাঁশী পায়বা,
রাধাগী মবুংঙো গোপী থব্রাই ওইবা।

মিৎলু পীরাং শিন্থে রাধা রাধা শোয়ঞ্জে
নৌনা নুংশিবা রসরাজ মুর্ত্তিনি শ্যাম।
লেপ্লরে রাধাগী মাংদা পোল্লি পোল্লি,
নুপুরনা নিল্লকলে রাধা রাধা হায়না।

কৃষ্ণনা তত্তনা রাধা নাম শোনবগা,
রাধানা কৃষ্ণনাম শোনবগা চপ মান্নে।
মিৎ পাংথোক্নুনা রাধানা য়েংবদা,
উরে মবুংঙোবু মাংদা লেপ্পদো।

মবুংঙোবু হেক্তা উবদা রাধানা,
মান হৌরকলে মতম কুইনা কাওখ্রবা মান।
ব্রাদি ঙাংদ লুকথদুনা লৈরে রাধা,
মিৎলুদা শিন্থরি প্রেম ধারা তত্তনা।

থম্মোইনুংদগী হৌরকপা মৈরিনা
থম্বাল মানবী মাইথোংদো কাহৎলে।
মঙাল থোক্ত্রবা থাজগুম ইমক মকলে,
অব্রাবগী লৈচিলনা কুপখরে।

লোনথোক্ত থম্মোইনা হংলি রাধা ঐমুক
ব্রাবসে জগত্তা অনি শুরমলোই।
য়েংবিদ্রবা নুপী ওইরে খোঙ্গাওনরে,
তোল্লি ঐগী মপোক লাইবক থীবী ওইরে।

কৌজবা ঙমদরে শ্যাম্না রাধিকাবু
স্বাত্ত্বিক ভাব লৈতেংদুনা খৌরি ফুনখরে।
নুঙগী মুর্ত্তিগুম লেপ্লে শ্যাম ব্রা ঙাংদনা,
তুরোই ঙামলোই তৌরকলে শ্রীগোবিন্দদো।

সখীশিংসু করিসু হায়বা ঙমদরে,
রাধা গোবিন্দ অনিগী প্রেম উবদা।
উচেক ব্রায়া পুম্নমকসু খোংব্রা লেপখরে,
নুংশিং নাকোই শিংলে য়েংবা ঙমদদুনা।

## ব্যাখা

ব্রাখলগী পোৎলুম পুরে রাধা করিগীনো মতম চাদনা মান তৌরিবা! চহি চামা ইবুংঙো মাগী দর্শন ফংনবা চাদ থক্তনা নিংজবা রাধাবু "হে মান ওইনচাওবী নংনা মাঙহনগদৌরিবরা রাধা ঐবু। ঈশিং ইচাও ইনোৎ হাপ্পগুম অহোইননা হেনগৎলকলে মান নৌহৌনা থোকখিবা থৌদোক নিংশিংদুনা। রাধাগী [illegible]চোং পুম্নমক মানা [illegible]পখরে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি

রাধা নুংশাস্বর ফুইনা ফুইনা হোল্লি লৈমাইদা লুকথদুনা । রাধাগী মান খঙলবা শ্রীকৃষ্ণনা য়াররোই খঙলদুনা চরন পায়দুনা হায়জরকলে। শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমুখনা কোকিলবু ঙমজবা ৱাহৈনা ইংনা তপ্না হায়রকই হে রাধে মান তোকলো। খুরুমজরি নংগী মেংলবা চরন থম্বালদা।

**ঈশৈ**

**ঙক্তা ফি য়েত্তুনা শ্রীগোবিন্দনা**
**রাধাগী চরন কোন্দুনা হায়রকই।**
**হে রাধে মান তোকলো কৃষ্ণ ঐ খাংঙমদরে,**
**কৃষ্ণ ঐবু কল্লু নংগী প্রেম্মা ফুল্লে।**

ঐগী দোষনা ঙাক্তা নত্তে হে চান্নবী,
নংসু খঙলিবনি সিদামগী শাপ্পনি।
শাপগী মতম লোইরে রাহুসু লোৎখরে।
ঙাল্লনি থাজনা থম্মোই অতিয়দা।
(ঙাল্লনি থাজ তরং তরং অতিয়াদা)

## ব্যাখা

সখীশিংনা কপ্না কপ্না হায়রকই রাধা য়েংদুনা। ইবেম্মা রাধে নং হাকমল্লি। হৌজিক নখুত্তা পায়বা মনি মাঙখ্রগনি । তোকলো দুর্জ্জয় মান তৌবা মতম চাদরে। কযাদা ৱানা ইবুংঙো মাবু থীরকপা শুক্লবা বন লোক তাই গীরি গুহা লান্দুনা চাদ থক্তনা। মতম ওইরে নবুংঙোবু লৌখৎপিরো। থোঙঙাকপশিংনা দৃশ অদু উবদা প্রেম ইহৌরকলে অদুগা মখোই মশেল খন্নে । রাধাসিদি অচম্বা ওইরকমদরে ঐখোই খ্বাইগী ইমা গোলোক্কী মবেম্মনি। চংজরি রাধে ননাই ঐখোইনা লানবা ঙাকপিয়ু। মানশিক্লা ভক্তি কচৈ। ৱাদি ঙাংদনা।

## ঈশৈ

মিৎ পাংথোকলে রাধা মবুংঙোবু কোনখৎলে
প্রেম ইরা শিন্থুরি মিৎলু নাপোমশিন্না
কৃষ্ণগী হকচাং হেক্তা শোকলুবদা
তু চুংই ইবেম্মা তনিকলে থম্মোই।

মিৎক মিৎকা য়েংনৈ রাধা শ্যাম অনিনা,
প্রেম ইপাক্তা লুপলে থম্মোই থম্মোই ইহৌরে।
কোনখৎপিরে রাধিকাবু শ্রীগোবিন্দনা,
তম্পাক পমলে ব্রজদা শান্নবগুম।

হায়রকই কৃষ্ণনা হে প্রেম মুর্ত্তি ওইবী
নংবো কৃষ্ণ ঐগী হকচাং তঙ্খায়নি।
পূর্ণ ব্রহ্ম ওইবী মহাভাব লৈতেংবী,
নংনা ঐগী ধর্ম্মনি তত্ত্বনি গুরুনি
অদ্যা শক্তি ওইবী জগৎকী মমানি।
বিভুতিনি নংদি॥

দেবী (নুপী) পুন্নমক্কী হৌরকফম নংনি
অচৎ চত্তা জীব পুন্নমক্কী মমানি।
নংনা পঞ্চভুটনি কৃষ্ণনা আত্মানি
নংনা প্রকৃতিনি ঐনা পুরুষনি।

বিভুতি - যোগনা ফংবা ঐশ্বর্য্য নিপালবু বিভুতি কৌই। অগিমা, লনিমা, প্রাপ্তি, প্রকাশ, মহিমা, ঈশিত্ব, বশিত্ব অমসুং কমাবাসারিতা নিপাল অ[illegible]নি।

## ব্যাখা

করিগী ননাই রাধাবু খোঙ পায়দুনা খুরম্বনো হে কৃষ্ণ! রাধাগী মবুংঙো নংনা? নুপীনা ঙম্বা নুপা তারোইদ্রা সতী সাধবী মাঙহল্লগেরা? কৃষ্ণনা মোমোন নোক্লা খুম্মি ইবেম্মাগী কোক্তা নানবিদুনা। হে রাধে! নংনা শক্তিনি, ঐনা শক্তিমান্নি। রাধা কৃষ্ণ অমত্তনি, খেন্নদে। কৃষ্ণ ঐনা প্রেমগী ইপাক্নি নংনা প্রেমগী মুর্ত্তিনি, প্রেমগী গুরুনি নংদি। গুরুদা শিষ্যনা খুরম্বা করি কায়বগে। অদুগীসু মথক্তা কৃষ্ণ ঐনা কৃষ্ণদা খুরম্বনি।

রাধানা খুৎ লোন্নদুনা হঙ্গৎচৈ। পুরগী ইবেম্মশিংনা উখ্রবদি করি হায়গনি ইকাই ফিরুক খুমগনি। কৃষ্ণনা হায়রকই লৈমশিংগা নংগা য়াম্না খেন্নে হে রাধে নংদি কাম পাম্বা নত্তে কৃষ্ণ প্রেমদা লুপচবিনি অদুগা রুক্মিনীনচিংবদি কাম পাম্বনি। মখোইবু শেম্বীবদি নহাকনি হে রাধে। মখোইনা নংগী তত্ত্ব করম খঙগনি ব্রহ্মা শিবমক্লা নংগী নগুন বর্নন তৌবা ঙমদবনি হে রাধে।

### ঈশৈ

**চৎলসি বৃন্দাবন্দা রাধানা হায়জৈ**
**হে কৃষ্ণ নুংশিদরা নংগী কুঞ্জবন।**
**যমুনা চেল্লিবা লিক্লাংগুম থেক্লা খোইনা,**
**শান্নরুসি রাস যমুনা তোবর্বান্দা।**

উদবা কুইরে নংগী মাধুর্য্য শ্রীরূপ
চুড়া বাঁশিনা লৈতেংবা ত্রিভঙ্গ রূপ।
কদমদা ঙাদুনা মুরুলী খোংলকপা,
তাদবা কুইরে রাধা রাধা কৌবদো।

সখীশিংগী মিৎনা পুজা কৎফম ওইবা
হে শ্যাম মতমদো নুংশিনা যেংবিখিবা ।
হৌখ্রবা মতমদো অমুক হল্লকলবোই,
নিংশিংউ (নুংশিদবা) নংগী বৃন্দাবন নুংশিদবা?

## ব্যাখ্যা

রাধাগী মান পুন্নমক কোকহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা মোমোন নোক্না ওইথংবা শ্রীহস্তনা রাধাগী খুৎ যেৎ পাযদুনা পুবকলে সখীশিং লোইননা বিশ্বকর্ম্মনা শাবা স্নাগী মণ্ডিবদা। কবিসু খেন্নদে বৃন্দাবনগী উমং কুঞ্জবনগা, মদুদা শাবিবা মণ্ডিব যোগ পীঠগা। নিংথিবা লৈগী শর্য্যদা ফমহল্লে রাধাবু বৃন্দাবন্দা তৌবগুম পুমঙান ঙান্না। সখীশিংনা ইকোই কোইনা ফমদুনা থৌগল তৌজবে ইবেম্মা ইবুংঙোবু চিংনা চিংনা যেংজদুনা বৃন্দাবন্দা তৌবগুম।। নুংশিবা অমৃত হেনবা বাবি বাতাই শান্নে অদুগা হঙ্গৎচৈ শ্রীকৃষ্ণগী চবন থম্বাল যেংদুনা। হৌখবে মতম চহি চামা মতমনা অমুক হল্লক্লবোই। অদুবু ঙমদবা লৈতবা ইবুংঙো নংনা ননাই সখী ঐখোইবু থাদোকপীনু বৃন্দাবনগী নুংঙাইজবা অদু ফংহনবীযু। বৃন্দাবনগী নুংঙাইজবা অদু ফংহনবীযু। ইবুংঙো ইবেম্মবু থৌগল তৌজবা ফংহনবীযু প্রেম সেবা কচ্চগে। অসুম হাযনা সখীশিংনা কপলকলে হে শ্যাম নুংশিদবা গোপী ঐখোইবু। বৃন্দা সখীনা ঘী বর্ত্তি পুথোকলে অদুগা শ্রীরাধা গোবিন্দগী আর্তি কচ্চবি। ললিতানচিংবা সখীশিংনা চামোব থৌগঞ্জে, তপ্পা তপ্পা হুমদুনা নিকুঞ্জদা তৌবগুম।

## অর্ত্তি কচ্চরি সখীশিংনা

কচ্চবি আর্ত্তি বৃন্দা সখীনা,
রাধা গোবিন্দগী মাইথোং থাদা।
অশংবা থম্বাল অঙাংবা থম্বাল
অনিনা পুন্না শাৎলে প্রভাস তীর্থদা।



ফজবা মখৈ তিনবা অনিনি রাধা কৃষ্ণ

রাশিনা তাংজবা অনিগী চিনবান।

নোকফেৎ নোকফেৎ গোপী পুক্নিং হুরিবা

কৃষ্ণগী কোক্তা স্নাগী ৱাহোংগী চুড়া

রাধাগী কোক্তা স্নাগী ঝাপা,

অনিনা পুন্না ঙাল্লে নোংগা নোংথাংগুম
ইবেম্মগী অঙ্গ কান্তি হেন্না ঙান্থোবকলে
কৃষ্ণগী অঙ্গ কান্তি নমহত্তুনা।
লাপ্না খুরমজৈ বিশ্বকর্ম্মনা,
শেমজবা শাজবগী মহৈ য়াল্লে।

## সখী সেবা

১) বিশ্বকর্ম্মনা শেমজবা কুঞ্জবনগী নিংথিজবা
ব্রাত্তনা শাৎলবা লৈরাং হেকচবে বৃন্দা সখীনা
জাতি যুতি মাধবী মাল্লিকা চিগোংলৈ চিনি চম্প্রা
নাগেশ্বর কেতুকি লৈরাং।
অহেকপা লৈরাং বৃন্দা সখীনা হাপচরে
স্নাগী য়েন্দাই থন্না। ললিতা বিশাখানা
হেকচরে মমুন ফারবা বনগী উহৈ কোমলা,
কফোই বোরোইনচিংবা। পুরকলে ইবুংঙো
ইবেম্মগী মাংদা। স্নাগী পাত্রদা হাপচবে
পুম্নমক। চিত্র চম্পক লতানা শোকলুরে
স্না পাত্রদা লুরবা প্রভাস তীর্থগী জল।
অমত্তা ব্রাত্তে রাধাগী স্না শঙ্গাইমণ্ডিরদা
বিশ্বকর্ম্মনা শেমখ্রবা কৃষ্ণগী পুক্লিং
খঙদুনা।

২) রতি মঞ্জরীনা তকলে জা চন্দন
অগরু চন্দন চন্দন মখল শুনা।
ম্নাগী পাত্রদা হাপলে অতকপা চন্দন।
রাধা কৃষ্ণগী চরন সেবা চংজগে।

৩) বৃন্দা সখীনা তুলসী পত্র কচ্চরে
অনিগী চরন্দা মন্ত্র থীদুনা।
"গোপীজন কল্লভায় স্বাহা"
ক্লীঁ শব্দদা শরিক খিংলকলে
রাধা কৃষ্ণবু চিংনা চিংনা য়েংদুনা।

৪) কচ্চরে উহৈ অথুম্বা রাধা শ্যামগী
শ্রীচরন থম্বালদা পীদি শিন্থনা।
হাবিরে খোইদানা উহৈ রাধা কৃষ্ণনা,
সখী খবানা চরন সেবা ফংজৈ কপ্ন কপ্ন।

৫) সখী খরনা অইংবা জল পুরক্লে
সেবা চংজৈ শ্রীমুখ অনি তেংথোকপদা।
বৃন্দাবনগুম নিংশিং নিংশিং পিরাং শিন্থে।
কুইনা উরুদ্রবা রাধা শ্যাম উবদা।

# সখী সেবা

বৃন্দানা ইঞ্জে পানা অনিগী মুখদা
তত্তনা লাওজৈ নুংঙাইরে নুংঙাইরে।
অনিগী যুগল সেবা ফংজবদা,
অমুক হন্না উররোই হায়বা মতাগুম।

রূপ মঞ্জরী রতি মঞ্জরী অনঙ্গ মঞ্জরীনা
থৌগঞ্জে অঙৌবা চামোর পায়দুনা তপ্না তপ্না
থম্মোই ইথক হৌরক্লে মবুংঙো মবেম্মা উবদা
তত্তনা লাওজৈ নুংশিনা রাধা কৃষ্ণনা
জয় ওইরে।

## সখিশিংগী প্রর্থনা

মপোক মপোক খুদিংদা সখী ওইনা পোক্কুনা
রাধা শ্যামগী প্রেম সেবা ফংহনবীয়ু নিজরি।
চানবীয়ু চানবীহৈবা উহনবিয়ু যুগোল রূপ
ভক্ত বৈষ্ণনা উঙমদ্র নৌনা ফজবা রাধা শ্যাম।

কচ্চরি থরাই মঙা, লৌবিয়ু লৎনদনা,
ঐগীনি হায়বা খাক্তা পঞ্চভুতনা শাবা দেহ্।
পীনৌনে রাধা শ্যাম্না, চরন নাক্তা লৈজবা
লৌ শিনবীয়ু লৎনবিনু পাপ চেল্লবা হকচাংসে।

যুগ যুগ খুদিং শান্নবা লীলা য়াওহনবিয়ুনে,
পামজদে লল লৈবসু, নিজদে ইপুরোইবসু
অনিগী সেবা নত্ত, অতৈ পামজবা লৈতে,
হাপ্পিয়ু মহৈ নিদ ভক্তি ভিক্ষাসে নিজরি।
অহানবা উন্নবনা রাধা কৃষ্ণগী লোইদরি।
অপাবশিংনা মথং মথং অমৃত আস্বাদন তৌবীয়ু।

## বসুদেব যজ্ঞ পুর্নহুতি কৎপা

গর্গ মুনিনা হৌনবী মন্ত্র থিরিগৈ,
শ্রীগোবিন্দ লেঙঙকলে যজ্ঞ নাক্তা ফমলে।
পূর্ণহুতি কৎচরে, বসুদেবনা,
পেনবগী ঙমখৈ লৈতে মমা মপা।

দান ধর্ম্ম পাংথোকলে খ্বাইগী ইহান হান্না
মীপুম খুদিংদা কৎলে অপাম অপাম্বা দান।
স্না পাম্বনা স্না, লুপা পাম্বনা লুপা,
ষন্বী পাম্বনা কচ্চরে ব্রহ্মনশিংদা।
অৱাৎপা লৈতবা দান যজ্ঞনি প্রভাস,
কুবেরনা পীনবা নিংবদা পীনবা।
পীজরে মবুক পেন্না মী, লাই জীবশিং
অন্নদান ফংবদা নুংঙাই ঙমখৈ লৈতে।

শা, ঙা, উচেক ৱায়া, শজি শঙাই পুম্বা,
ব্রজগী ষনয়ামদসু পীজরে পেন্না।
নিংবা থুংদবা কনা অমত্তা য়াওদে,
চৎনখরে পুন্নমক হরাও হরাওনা

## ব্যাখা

মীয়াম হন্নখ্রবা তুংদা লৈহৌরি প্রভাসতা পাণ্ডব, যাদব, দ্বারকাগী লৈমশিং অমসুং ব্রজ সখীশিং কয়াদা পুক্নিং নুংঙাইনা প্রভাস মিলন্দা। মমা মপা কুইনা উনদ্রবা মরুপ মপাং লোইনা উনরে। অঙকপা শ্রীকৃষ্ণ লীলানি মাংদসু থোকখিদ্রবা তুংদসু থোকলোইদবা সোম যজ্ঞনি।

## নন্দ যশোদাগী নাক্তা কৃষ্ণনা লৈবা ব্রজদা তৌবগুম।

পুক্লিং লৈতারে গোবিন্দ নুংঙাইরে
নিংবা থুংলে নারদনা শিনবা যজ্ঞ।
ববানন্দ যশোদা বাৎসল্য প্রেমগী
নুংশি থৌরীনা পুল্লে মীওই পোক ওইবনা।

লাকলে শ্যাম নন্দ নাক্তা অৱা পোত্থারে,
উপবন মনুংদা যশোদাগী নাক্তা।
মমা নুংশিবগী খাংঙমদবা প্রেম্না
ফমলে যশোদাগী তমপাক্তা কৃষ্ণনা।
মুর্ত্তি অমা লেংখিদুনা নিকুঞ্জদা
ফম্মিন্নরে রাধা কৃষ্ণ য়েৎকা ওইগা।
বৃন্দা সখীনচিংবী সখী ময়াম্না
কোইনা থৌগঞ্জরি থৌৱান মিচাকুম।

## চাবা থকপদা নুংঙাইনা চামিন্নবা

অন্নপুর্ন রুক্মিনীনা শিন লাংলি
অৱাবা থীদনা লৈজরি রাখালশিং।
চারি ব্রজ বাসিশিংনা নোক্লা নোক্লা,
চাক ইনশাং সন্দেশ পুক্লিং পেন্ন খোইদানা।

জটিলা, কুটিলা, পৌর্নমাসী দেবী
কীর্ত্তিদা, যশোদানা হরাওনা হারিবা।

নোকফেৎ নোকফেৎ হাপলি ওক্ত্রিমখৈ পীজৈ
অন্ন পুর্ন দেবীনা অৱাৎপা নাইদনা।

যাদব পাণ্ডবকী ইবেন্মশিং না ৱা ৱা
নোক্কুনা নুংঙাইনা চামিন থকমিন্নরি।
চানিং চানিংবতা পীজৈ পুন্নমকপু
মপান নাইদ নুংঙাই ইপাক্তা তাওরক্লে।
পুন্সিগী খোংচত্তা অমুক থোক লোইদবা।।

নিকুঞ্জবন মনুংদা নিংথিবী রাধা,
চাদ থক্তা লেল্লক্লবী চহী চামা,
ইহান হান্না চারে কৃষ্ণগী প্রসাদি
মতা সখীশিংগা কোইনা ফমদুনা।
হৱাওজরে কৃষ্ণ দর্শণ ফংজবদা
ইবেন্মগী মাঙখিবা মপাঙ্গল হঙ্গৎলে।।
বসুদেব দেবকী নিংবা থুংজরে
অন্নদান যজ্ঞদান কৎচবমক্তাদা।
প্রভাস মিলনবু তাজরবা মীশিংদো
যমগী অৱাবা অমমুক লৈররোই।

## অহিংদা রাধা কৃষ্ণ অনি ৱারী শাবা

অঙকপা লীলানি শ্রীবাধা গোবিন্দ অনিগী গোলোক্তা শান্নবদো মর্ত্তদসু শান্নররি। চহি চামা ৱানা কায়নরবা মতুংদা, উনররে অমুক রাধা কৃষ্ণ প্রভাস তীর্থদা। চাংজৌ নাইদ্রবা প্রেমগী ইপাক্তা তাওমিন্নরি, হুদোকখিদুনা অৱাবগী লৈচিন, থোবকলে নুংঙাইবগী থাজ তরং তরং

ঙাল্লকলে রাধাগী থম্মোই অতিয়াদা। মনিং তম্বা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিনি গোপগী মপোকনি শ্রীকৃষ্ণনা ভানুগী মমোমনি রাধিকানা। হৌজিক্তি সিদামগী শাপ লোইখ্রবনিনা গোলোক্কী মবেন্মা রাধা ওইরে। তৌইগুম্বসুং ব্রজ বৃন্দবনবু কাওবদি খক লৈতে রাধানা নিংশিংই কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিং মবুংঙোগা শান্নবা লীলা।

## কাওখরে ব্রজবু নন্দ যশোদানা

নুমিৎ তাখিদুনা অহিং মতম ওইরক্লে,
মপাবুং নন্দগী থৌগল তৌজে কৃষ্ণনা।
মচাগী সেবাদা পেল্লদুনা নন্দনা,
বৃন্দাবননি খল্লে নুংঙাইনা লেল্লে।

চারিদো খোইথুল্ল চাক ইনশাং সন্দেশ
অন্ন দেবীনা ৱাত্তনা পিজরিবা।
কাওখরে যশোদা মচা কায়ন ৱাখল
কহেয়ানা নাক্তা লেংদ লৈবনা।
শয্যাদা চেপখরে মমা যশোদাদো
কৃষ্ণসু অতোপ্পা, য্যাদা চেপলে।
রাধাগী রাগদা মচু শঙলবা শ্যাম,
তুমিন হৌগৎলে লেংথোরকলে অহিংদা।

## রাধা কৃষ্ণ মিলন অনিশুবা

লেংশিল্লে কৃষ্ণ ইবেন্মগী শঙ্গাইদা
ভক্তি কচ্চৈ রাধা হৌগৎলে শয্যাদৈ।
পুজা কৎপা লোইরগা লেংশিল্লে রাধা

শ্যামগী ওইদা ফমলে নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা
প্রেম ইপাক্তা তাওরে নুংশি ইনোৎ হাপলে।

ব্রজ প্রেম রস নুংশিনা শান্নরি,
মপু মনাই অনিনা নিংশিং নিংশিংনা।
শরদ পুর্নিমা থাজগী ইপোমলক্তা
শান্নখিবা রাস লীলা নৌহৌনা নিংশিংলে।

উররোই অদুগুম্বা নিংথিবা লিলাদো
যমুনা পুলিন্দা শান্নবা গোপীশিংগা।
রাধা শ্যামনা থাজগুম ময়াইদা ঙানবা,
গোপীশিংনা কোইনা থৌব্রানমিচাকুম্না।

গোপীশিংগী মনিং থুংহনবা হে কৃষ্ণ
গোপী অমা কৃষ্ণ অমা উৎপিখিবা।
ঐগী গোপীশিংসে কয়া লাইবক ফবা,
নোংইনগুম য়েংজবা শ্যামগী মাইথোং থাবু।

## শ্রী কৃষ্ণগী তোঙান তোঙানবা শক্তম রূপ লৌবিবা

পরিপূর্ণতম ভগবান কৃষ্ণনা শান্নরি লীলা প্রভাস তীর্থদা শকলোন কয়া পুথোক্নুনা। যশোদা অমদি বাধাগী মফমদা গোলোকনাথ কৃষ্ণ ওইনা চুড়া বাঁশিনা লৈতেংবা তনৌ তনৌবা মধুর্য্য রূপ উৎপিরি। অদুগা দ্বারকাগী ইবেম্মশিংগী মাংদনা পূর্ণ ভগবান দেবকী মপারি রাজ বেশ লৈতেংবা বসুদেব কৃষ্ণ ওইনা উৎপিরি ঐশ্বর্য্য রূপ লৌবীদুনা।

অঙকপন থনবা ইবুংঙো মাগী লিলানি।
রাধাগী মবুংঙো গোবিন্দনি লক্ষ্মীগী মবুংঙো
নারায়ন্নি। রুক্মিনীগী মবুংঙো বাসুদেব কৃষ্ণনি।

### শৈরেং

শ্রীগোবিন্দনা রাধিকাবু য়েংদুনা
হায়জৈ তাবিয়ু ঐগী ৱাফম য়াবিয়ু ।
মতম কুইরে ঐগা নংগা উনদবা,
শান্নসি ঙসিদি রাস লীলা কুঞ্জদা।

নীংশিংলকেল রাস শান্নখিবা নংগা,
থম্মোই থম্মোই চান্ন প্রেম ইনোৎ ইহৌবা।
বাঁশি খোংদুনা গোপী থম্মোই চিংখিবা,
করম কাওগনি হে রাধে শান্নশিবা।

য়াথং তাবদা রাধানা মবুংঙোগী
চরন য়েংদুনা তপ্না তপ্না হঙ্গৎচৈ।
কাম কোটি ঙমজ ইবেম্মনা নোকফেৎ তৌনা
করি হায়না পাওখুমসিগে হে ব্রজচাঁন্দ।

গোলোক অমসুং ব্রজ নত্তনা অতৈ
মফমদা শান্নরোই হায়না খঞ্জখরে।
য়াথং ইন্দে হায়না ৱারৌবিনু হে শ্যাম
ননাই নুপীনা লেপচখ্রবা ৱাশকনি।

## তাবিয়ু কৃষ্ণ মদুগী মরম হায়জগে

সৃষ্টি হৌরকপদগী শেম্লকপা বৃন্দাবন
শ্রীহরিগী লীলা শান্নফম পূন্য ধাম।

গীরিরাজ গোবর্দ্ধন্না লেপলি ময়াইদা
শন্দোকখ্রি বন তরানিথোইনা নাক য়েত্তা

শ্রীকৃষ্ণগী বাঁশি খোঞ্জেল তাজবদা,
চেন্থরি যমুনা প্রেম হৌনা লীক্লাংগুম।
তানিংবনা হাকমন্দুনা বাঁশিগী শুর,
হঙ্গৎনা চেল্লি ঈচেল তপ্না তপ্না।

মায়া চংদ্রবা কুঞ্জবন তপবন্নি,
প্রেমগী লৈরাং শাৎলি, ভক্তি উহৈ পাল্লি।
নিজবদা পীবা কল্প বৃক্ষ হৌরি,
মনিংতম্না য়েৎচৈ মুনিগী উরীনা।
মতম নাইদ ঋতু তরুক্কা থৌগল্লি,

শাৎলি জাটি যুতি মাধবী লৈরাংনা।
খোইমুন গুন গুন ঙংলি রাধা শ্যাম হায়না,
ৱাহোং কোকিল চোংঙা তেনৱানা শকচৈ
নুংশিবা যাৱানা শৈথাজৈ ব্রজবু
কৃষ্ণ কৃষ্ণ রাধে কৃষ্ণ রাধে শ্যাম।

থাবনা ৱাৎলবা ব্রজ বৃন্দাবন্নি,
ইংল নুংশিৎ শিৎলি লিরি লিরি হুমলি।
খিকথরি অমৃত কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিং,
রাধা কৃষ্ণগী শান্নফম নিকুঞ্জবন।

## শ্রীকৃষ্ণনা প্রভাসকী মরমদা বর্ণন তৌবা

হায়রকই কৃষ্ণনা খুদোম্বী থিন্দুনা,
য়েংউ প্রভাস তোবর্বন য়ুমুনাগুম নিংথিবা।

হৌরিবা বট অসি বংশী বটকা মান্নে,
ফজদরা য়েংউ কদম পাম্বী অসে।

খোই খোইবা তোমালদা য়েৎচৈ ম্নাগী উরী,
উশাদ তোংদুনা কোকিলনা খোংলিবা।
ৱাহোং জগোই শারি রাগ তান কায়দনা,
চোঙা তেনৱানা শকচরি রাধা কৃষ্ণ

তারো চান্নবী হে গোলোক্কী মবেম্মা,
নং ঐ লৈবা মফম অদো বৃন্দাবন্নি।
খেন্নদে খেন্নদে য়েংখি য়েংখি মাইকৈ,
বৃন্দাবনগা মান্নে বিশ্বকর্মগী খুৎশেমনি।
খুমজৈ খুৎ লোন্ননা রাধা রাণীনা,
লৈরে হৌজিক রাধা শ্যাম পুন্না গোপীশিং।
মহৌশাগী অদুনি করিসু ৱাত্তেদা,
(অদুবু) পেল্লু হায়বা য়াদে বৃন্দাবন নত্তনা।

কুইনা খৌরাংনা ঙাইরক্লবী রাধানি,
ইবুংঙোগা অমুক্তং শান্নসি খঞ্জবী।
লেংঙসি ইবুংঙো ব্রজ বৃন্দাবন্দা,
ব্রজ প্রেম রস ললগা মান্নদে জগত্তা।

রাধাগী অরেপ্পা উবদা কৃষ্ণনা,
অমুক হন্না হায়খিদে রাসকী মরমদা।
রাধা কৃষ্ণ অনি লেল্লে নুংঙাইনা
গোলোক্কী রাধা কৃষ্ণদুনি খন্দুনা।

লেংঙকলে কৃষ্ণ নোংঙাল্লমদাই মতমদা,
মমা যশোদানা চেপলিবা শঙ্গাইদা।
রুক্মিণী সত্যভামান চিংবীসু,
মাগী মাগী মনাক্তা লৈবগুম খল্লি।

অঙকপা মায়ানি কৃষ্ণগী খঙঙমদ্রবা,
পুম্নমক্কী নিংবা থুংহনবা ভগবান।
প্রেম পাম্বনা প্রেম, কাম পাম্বনা কাম পীনৈ,
শান্নরি কৃষ্ণনা মীওইপোক্কী লীলা।

মচিন মনাও থোকপা নন্দ বসুদেব
অনিন নুংঙাইনা লেল্লি মতম।
হৌখিবা খঙহৌদে থা অহুম শুজিনখ্রে
কাওঙমদ্র থৌদোক নিংশিং নিংশিং শান্নরি।

---

শিশুরাম দাসন অসুম্না ইরি মাগী গ্রন্থদা মদুদি রাধা গোবিন্দ অনিনা প্রভাস যজ্ঞগী খণ্ড অসিদ গোলোক্তা হনবগী ৱারী ইরি মাগী কল্পনাগী কবিতা শৈহেক্লো, মরমদি শ্রীমতি রাধাগী মথক্তা লৈরম্বা শৃদামগী শাপ চহী ১০০ গী মতম লোইখরে। মরম অদুনা ইবেম্মনা মর্ত্তদা অমুক শাংথনা লৈবা য়াদরে। হাঙদুনা লৈববা গোলেক্কী খনবদা গোলোক নাথ হরিগা রাধাগা পূন্না হনমিন্নখরে গোলোক্তা পুষ্পরথ দোলাইদা। অদুম ওইনমক বেদ ব্যাসগী শ্রীমদ্ভাগবৎতা অমসুং গর্গ সংহিতদা অসুম্না বর্ণন তৌরি মদুদি পরিপূর্ণতম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা ৱাংলিবনা চহী ২৫ অমগা শাংথনা লৈখিবা তারি রাধা কৃষ্ণ অনি মর্ত্তদা ইবুংঙোগী লীলা লোইদ্রিফাওবা।

# শ্রীকৃষ্ণসে অনি শুদে অমত্তনি ইবুংঙো মানা পৃথিদা তাংকক অহুম থোক্লা লীলা শান্নখি।

দ্বাপর যুগকী সন্ধ্যাদা কংসগী কারাগাড়দা লেংথরক্লিবা শ্রীকৃষ্ণসে পরিপূর্ণতম ভগবান গোলোক নাথ কৃষ্ণদুনি। ইবুংঙো মাগী শকলোন শক্তম য়ামখরে। মৈজাও অমদগী বর্ত্তি ময়াম চমথোকপগুম্বনি। মৈ পূম্ন মক মান্নবগুম কৃষ্ণগী শকলোন শক্তি হোংদে। প্রলয়গী মতমদা খোংনাং বট মনাদা তাওখিবা বাল মুকুন্দনা মার্কেণ্ডয় মুনিবু ঙকহনবা ভগবান গোপাল দেবনি। (গোপাল সহস্রনাম)

শ্রীগৌরঙ্গ প্রভূনা হায়রকই ঊনাদা উশাদ ঈশিং চাইগদবগী শরুক উপাম্বী মখোংদা ঈশিং চাইগদবনি। নন্দগী মচা কৃষ্ণ অসে জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদুনি। শ্রীকৃষ্ণসে মুরুলীধর পাম্বোম অনি পানবা শুমহৎপা শক্তম ওইবা থাজ কৌটি মণ্ডাল ঙমজবা ইংলবা শক্তম বাঁশিনা রাধা অমদি গোপীশিংবু শুমহৎপা থম্মোই হুবা নুংশিবা শুরনা গোপীশিংবু ঙাওহনবনি। ইবুংঙো মহাক্তি পাম্বোম অনি পানবদগী লিশিং পানবা ফাওবা মাগী শক্তম ঙাক্তনি।

দ্বাপর যুগ অসিদা নিংথৌশিংনা ফত্তবা লমচৎ চৎপা দুরাচার ওইবা, হিংচাবগী শাজৎ চৎপনা তৌনিংবতা তৌদুনা প্রজাবু নিংথিজনা পালন তৌদবনা থোইদোক্লা অৱাবা ওইখি। পাপনা লূন্নবা পৃথি মাতানা খাঙবা ঙমখিদে পুবা ঙমখিদে। থৌজাল হৈব হরিনা মালেমগী লূম্বা কোকপিগে হায়না শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরকখি হে লাইয়ামশা নখোই করি অমত্তা ৱাগনু কৃষ্ণ ঐনা ফত্তবা পুম্নমক মাঙহনগনি। ইখঙ খঙহৌদনা বৈকুন্ঠনাথ হরিনা শ্রীকৃষ্ণদা তিনশিনখরে। কৃষ্ণগী শকলোন ওইবা কারণদকো শাযী বিষ্ণু ক্ষীরদকোশয়ী বিষ্ণু, গর্ভোদকশারী বিষ্ণু, শ্বেতদ্বীপকী বিষ্ণু বিরাট রূপ নৃসিংহ দেব, অমদি শ্রীরামচন্দ্রনা সীতাগা লোইননা লাক্তুনা শ্রীকৃষ্ণদা তিনখি। গর্গ সংহিতা।

শ্রীকৃষ্ণনা মালেমদা তাংকক অহুম থোক্লা লীলা শান্নখি। ব্রজ বৃন্দাবন্দা পূর্ণতম ভগাবান্নি, অদুগা কংস বধগী মতমদা পূর্ণতর পান্বোম মরি পানবা অদুগা দ্বারকাদন পান্বোম লিশিং অমা পান্দুনা পূর্ণ ভগবান কৌদুনা মহাভারতনচিংবা লীলা কয়া কয়া শান্নখি। ভারতকী লান্দা মনাই আৰ্জ্জুন্দা বিশ্বরূপ দর্শন পীনবিখি। মীওইবা সমাজনা শ্রীকৃষ্ণবু কাওবা য়ারোইদবা গীতাগী পাওজেল পীদুনা মমল য়াম্লবা পাওতাক্লা থল্লবা কর্ম্মযোগ, জ্ঞানযোগ, কর্ম্ম সন্ন্যাসযোগ, ধ্যানযোগ, জ্ঞান বিজ্ঞান যোগ অক্ষর ব্রহ্মযোগ, রাজবিদ্যারাজগুহ্য যোগনচিংবা মনাই আজ্জুন্দা পীনবিখি।

মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণসে জীবগী আত্মা (থৰাই ওইবিদুনা জীববু হিংহল্লি অদুগা তাকপীরি ধর্ম্ম কর্ম্ম জ্ঞান ভক্তিনচিংবা। খুরমজবি তোল্লবা পাঙজদ্রবা লেখক শ্রীহুইদ্রোম ভরতসিংহনা শ্রীচরণ থম্বাল পাঙ্কজদা হন্না হন্না।

## শ্রীকৃষ্ণ রূপগুণ

### শৈরেং

হায়সিরা নোংহৌ ঙমজবা কুচুনি,
নংত্রগা শংবান্নবা অঙ্গ কান্তিনি।
অতিয়াদা ঙানবা শরৎ পুর্ণিমা,
থাগী ইংল মাইথোংনি শ্রীকৃষ্ণ।

শ্রীচরন্দা থম্বাল শাৎপনি মাদি,
ব্রহ্মা পোকপনি খোইদৌ থম্বালদগী।
থম্বালনা তাংজবা মিৎস্না লকানি,
থম্মোইদা লোৎলি থম্বাল মানবী রাধা।

থবাক্তা লৈরে কমলিনী লক্ষ্মী,
ইংনা লৈনম চেনবা কৃষ্ণগী অঙ্গ।
ম্না ফিগে থোনবা বাঁশি পায়বনি,
খুৎ য়েত্তা ম্নাগী থম্বাল পায়বনি।

খুৎলাই লিশিং থোনবা পূর্ণ ভগবান
ফত্রবা পাপীশিং লানবীবনি।
যোগী ঋষিনা ধ্যান তৌজরিবা
পাম্পু চাকথেকঙম্বা হরে কৃষ্ণ নাম।

ব্রহ্মা শিবনচিংবা লাইয়াম হন্নবক্লে সুর্য্য মণ্ডল পৃথিবীদা। গোলোক নাথনা তাকপিরকপা মতুং ইন্না মাগী মাগী অংশনা পৃথিদা পোক্লরে। লাইশিংনা ওইরিবা (পোকলিবা) মগুণ লৈবা খরদং পঞ্জরি।

কশ্যপ মুনি = বসুদেব, অদিতিনা = দেবকী মমাংগী মপোক্তা কৃষ্ণবু মচা ওইনা পোকচগে ফংজগে খনখিবদগী পৃশ্নি সুতপান - দেবকী বসুদেব, নুংশিৎনা = সুরশেন, ধ্রুবনা = দেবক, বসুনা = উদ্ধব, দক্ষপ্রজাপতিনা=অক্রুর, কুবেরনা = শ্রীকৃষ্ণগী মচা ইবুংঙো হৃদীক বরুন্না=কৃতবর্ম্মা, প্রাচীনবহিন = গদ মরুত কৌবা নুংশিৎনা = উগ্রসেন অম্বরীষ = যুথুধান, ভক্ত প্রহলাদনা = সাত্যকি সমুদ্র নিংথৌনা = শান্তনু, দ্রোণ বসুনা = ভিস্ম, দিবোদাস = শৈল্য, ভগ কৌবা লাইনা = পাণ্ডু নিংথৌ, ধর্ম্ম (যম) না যুধিষ্ঠির, পাঙ্গল্লবা নুংশিৎনা = ভীম, স্বায়ম্ভুব মনুনা = আৰ্জ্জুন, স্বাযম্ভব মনুগী নুপীনা, শতরূপানা = সুভদ্রা, নুমিৎনা = বৈকৰ্ত্তন কৰ্ণ, মহাভারতকী ৱারিদনা ইন্দ্রদেবনা = আর্জ্জুন ওইখি, অশ্বিনিকুমার = নকুল সহদেব, ব্রহ্মনা = বাহলীক, মৈ কৌবা লাইনা = দ্রোণ গুরু, কলি কৌবা লাইনা = দুর্য্যোধন, মহাভারতকী ৱারীদা বিদুর অসে যমরাজনা ওইরকপনি।

হে নিংথৌ হকচাংদা হৌরিবা তুশিংগা মশিং চপ মান্নবা লৈয়েং ওইদুনসু শ্রীকৃষ্ণগী মতিক মগুণবু শিংথাবা ঙমগদা লৈতে। অতিয়াগী মকোয়দা উচেকশিংনা কোয়পাই পাইবগুম পণ্ডিত কয়ানা ইবুংঙো মাগী মগুণবু শক শোল্লি।

অথোইবা কবিশিংনা ইবুংঙো মাবু কাব্যগী বৃত্তিনা মনুংথিৎনা ফোংদোক্লা হায়বা ঙমদে, খুদম্না খঙনবা ওইনা উৎপা, করিগুম্বদা অরেপ্পা মশক্তি খংনদবা ভাবনা ব্রাহনৌ হায়দুনা উৎপা ঙমদ্রবা, ব্রহ্মগী মশক ওইব ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি।

দ্বাপরগী সন্ধ্যাদা পৃথিদা লেংঙকলবা ইবুংঙো মানা শান্নবা লীলাসিদি অমৃতগী মশকনি - চিন লিশিংনা শকপা অদুগা নাকোং লিশিংনা তাবদা পেল্লরোইদবনি।

প্রভাস তীর্থদা দর্শন লাকইবা নন্দ যশোদা অমদি রাধাগী মফমদা রস রাজ মুর্ত্তি তনৌ তনৌবা কৈশোর বয়ষ মুর্ত্তি নোংহৌ ঙমজবা কুচু উৎপিবনি। অদুগা দেবকী বসুদেবগী মাংদনা দ্বরকা নাথ কৃষ্ণ রাজ বেশ লৈতেংবা বাসুদেব অদু ওইনা উৎপিবনি। মাতনা শান্নবা লীলানি পুন্নমক পরং ব্রহ্ম জগৎপু শেম্বীবা অদুনি মহাক্তি।

## বসুদেবনা নন্দ নিংথৌ য়েংদুনা হায়জবা

বসুদেবনা নান্দ নিংথৌ য়েংদুনা
হায়রকই ঐদি তৌবিমল খঙদবনি।
কংস বধ তৌরবগী মতুংদা
নোংমতসু থিদে হে মরুপ নহাকপু।

শামুনা ঙাইথিদে নিংথৌনা ঙাই খঙদে,
পাওরৌসি চুমখ্রেদা লাইগুরুনা হায়বা।

মহা পাপী হায়বদো ঐসি ওইবে নন্দ
পুন্নমক কাওবনি জরাসন্ধ কিবনা।

ইচা কৃষ্ণনা ইনাক্তা লৈবনা
ঐ শ্বর্য্যনা ময়াই কারে বসু ঐসে।
নন্দ নিংথৌ নংবু কাওরুবনি ঐনা,
নোংমতবু য়েংগে খল্লুদে নিংলুদে।

বসুদেবনা কপচৈ পিরাং শিন্থনা,
মরুপ নুংশিবা নন্দবু কোন্দুনা।
ঐগী ইরাল অসিদি ঙাকপিফম থোক্তে,
ঙাকপিয়ু নন্দ নংদি থৌজাল হৈবনি।

## রাধা কৃষ্ণ অনি ৱারি শাবা / মবুংঙো কায়নরনি খনবদা রাধাগী অৱাবা।

### শৈরেং

চহী চামগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণবু
উনরে লৈচিল্লক থাজ ঙাল্লকপগুম।
অমুকসু রাধাবু থাদোক্কে খনবরা,
করি ধর্ম্মনো শ্যাম হন্না হন্না ৱাহনবা।

তোল্লিদা রাধাগী মপোকসে ওস্থোক্লা,
করম্না শেম্লম্বা বিধি নংনা ঐবু।
তম্বা ঙমদে ঙসি করি হয়েং করি
অৱাবগী পোৎলুমতা পুরবী রাধানি।
নুংঙাইয়ু তম্লমদ্রবা রাধাগী পুন্সি।

তাকপিরে কৃষ্ণনা হে রাধে চান্নবী
নংনা ঐগী নাক্তা অসুম লৈবা য়াদে।
নংদি প্রেমগী মুর্ত্তিনি কল্লকপা য়াওদে,
দ্বারকাগী লৈমশিংদি কামগী শক্তমনি।

চৎলো বৃন্দাবন্দ ঐ শোয়দ' লাক্কনি,
ঙাল্লিবা সূর্য্য দেবনা লেংদ্র সাক্ষীনি।
ঐনা রাশক্তুনা হায়রি হে চান্নবী,
নং ঐ গোলোক্তা হনমিন্ননি রাধে।

কৃষ্ণনা তাকপিখি তুমিন্না রাধাবু
খরা লৈরগা যদুবংশ মাঙলনি।
কৃষ্ণ ঐনা শান্নবা লীলা লোয়রনি,
মদুগীদমক ঐ থবক খবা লৈবি।

## ব্রজগী মীয়াম্না অমুক ব্রজদা হল্লকপা

নন্দগা বসুদেবগা কোন্নদুনা,
কপ্লবে কায়নরমদায়গী মতমদা।
যশোদা দেবকী অনিসু কপ্লরে,
মরুপশিং মহৈ মহৈ কোন্নরে।

কায়নরমদাই মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা
মমা পাবুংগী চরন শোক্লা খুরমজৈ।
থাজবিয়ু নচা শোয়দনা লাক্কনি,
হিংদুনা লৈবিরম্মু নচা লাক্লিফাও।

মশিং লাকঙমদ্র খুদোনপোৎ কয়ামরুম
হাপকৎলৈ দোলাইদা চৎনবা থৌরাংলে।

বিদায় তৌনরে রাধা কৃষ্ণ অনিমক
রাধানা কৃষ্ণ কায়ন মৈচাক খাঙজরি।
সখীশিংনা কপচরি রাধা শ্যাম য়েংদুনা
খাংঙম খাংঙমদ থম্মোই মৈচাক পুজরি।

রাধানা খুরমজৈ কৃষ্ণগী চরন শোক্লা,
মিৎকী পী ইরা চেস্থরি সাখীশিংনা।
হকচাং পোলাংদি পুদুনা চৎখ্রগেকো,
থৱাইসিদি নংগী নাক্তা লৈহৌরে শ্যাম।

যাদবশিংনা দোলাইদা থিল্লি ব্রজশিংবু,
খুৎশু খুৎলাই পায়দুনা ঙাক শেনদুনা।
পুন্সি বিদায়নি যাদব ব্রজ অনিগী,
কায়নবা খায়নবা মৈচাকপু খাঙনরি।

## রাধানা মবুংঙো কৃষ্ণ ঙাইদুনা ধ্যান্দা লুপ্তুনা লৈবা ব্যাখা

বৃষভানুগী মমোম রাধা, গোলোক্কী মবেম্মদো চংদরে আয়নগী য়ুমদা। পুন্সিগী ওইনা বিদায় পিখ্রবনি নপুংশক আয়নগী মফমদা চহী চামা মপুং ফারবনিনা সিদামগী শাপ লোয়খরে। লৈরুবগী অমুক কান্নদরে জগৎ মমা ওইবীনিনা কৃষ্ণগী ধ্যান্দা লুপ্তুনা কৃষ্ণ ফংনবা লম্বী মার্গদা চংলক্লে ইবেম্মা। বৃন্দাবন্দা লৈরে মতা সখীশিং লোইননা।

ভগবতী পৌর্ণমাসী দেবীনা লেঙঙকখি জটিলা কুটিলাগী য়ুম যাবট্রতা অদুগা তাকপিরকখি য়েংউ :- নখোইনা রাধাবু অচম্বা নুপী ওইনা খল্লমখি, মদু অরানবনি। রাধা মাদি গোলোক্কী মবেম্মনি, কৃষ্ণগী লোইনাবীনি, কৃষ্ণগী হকচাং তঙ্খাইনা ওইবী প্রেমগী মুর্ত্তিনি। শ্রীকৃষ্ণনা

জগৎ শেম্বদা য়াওরিবী প্রকৃতি স্বরূপী রাধানি। আয়ন্না মপোক ৭ লক শ্রীকৃষ্ণবু নিংজদুনা, ধ্যান তপ তৌজদুন হনবা লৈতনা অরাধান তৌজদুনা মমথৈংদা শ্রীকৃষ্ণনা আয়ন্দা ইবেম্মা রাধাবু মাগী ভর্য্যা ওইনবা পিথোকপনি। তৌইগুম্বসুং জগৎকী মমা ওইবী জীব ময়াম পোকপী প্রকৃতি ওইবী রাধাবু আয়ণ মাগী নুপী ওইবা য়াদবনিনা আয়ন্দা কৃষ্ণনা তাকপিখি। হে আয়ন নংনা তৌহৃদেবা বর নিবা মরমনা নপুংশক ওইরো অদুগা রাধানা নংগী য়ুমদা চহী ১০০ লৈবা ওইসনু। আয়ন্না খুৎ লোন্ননা হঙ্গৎচখি শ্রীগোবিন্দগী চরন্দা করিনো ইবুংঙো ইবেম্মা রাধাবু লক্ষ্মী ওইনা য়ুমদা লাৎচগে হায়বনি। য়েংউ জটিলা কুটিলা নখোইনা, মায়ানা মরম ওইদুনা খঙখিদবনি। য়েংউ লক্ষ্মী সরস্বতীবু শেম্বীবা রাধানি। দেবী খুদিংমক্তগী অথোইবীনি।

ৱা অসি তাবদা কুটিলানা খুমজৈ নিংঙমদেদা ইবেন! অচম্বা নুপী য়ুমগী মৌনি খন্দুনা রাধাবু ওক্তবীনি হায়না য়াম্না থীনা থীনা চৈখি। দেবর্ষি নারদ লাকখি নোংমা ঐখোইগী য়ুমদা প্রভাস যজ্ঞ চত্রিঙৈগী মমাংদা। নারদনা ইবেম্মা রাধাবু খুরমখি। প্রভাস যজ্ঞ য়াওবা চৎপা মতমদা শুক্র মম্লবা বন্দা অহিংদু লেনখি মদুদা ব্রজগী মীয়াম পূম্বা শা কৈ নোংশানা অকিবা ফংনা চিক্লখি, শামুগন্দা ৱাইনখি। কিমনবনা ঐখোই পুম্নমক লোইনা ৱান্থখি।

**রাধাগী শক্তিনা সুর্য্য দেব কোটিগী চাক্লবা মঙালনা ঙাম্থোরক্লনা** - লৈবা ঙমদদুনা বনগী শা ময়াম লোইনা, চেনখিদুনা লোক তাই চীংনুংদা লোৎখি। অদু ফাওবা মায়ানা মরম ওইদুনা রাধাবু কনানো খঙবা ঙমখিদে। মাংজরে জটিলা কুটিলা, ইবেম্মা লক্ষ্মীনা লেঙখ্রবদা খুত্তা পায়রম্বা মনি মাঙখরে ইবেন। হিক্লা কপই কুটিলা নিংঙমদ্দা মৈনা চাক্লক্লে থম্মোইদা। পৌর্ণমাসীনা হায় করিসু চিন্তা তৌগনু ইবেম্মদি

শাওবিবা নত্তে, জগত্তা লৈরিবা জীব পুম্নমকসে মাগী মচানি। মাগী থৌজান্দি অঙকপগী মশকনি।

মুন্নো তরো যশোদাগী মচা কৃষ্ণগী মরমদা খরা অমুক হায়রক্কে! মাদি গোলোক্কী মবুংঙো শ্রীহরিনা শাইওন্দুনা তোল্লবা ব্রজবু চিংখৎপিগে হায়না লাকপনি। কনবিদো মানা ব্রজবু নুমিৎ ৭ নি গোবর্দ্ধন থাঙ্গত্তুনা। সিদামগী শাপনা মরম ওইদুনা লোন্না লোন্না রাস লীলা নিতি লীলানচিংবা শান্নখি বৃন্দাবনগী মফম খুদিংদা। মীওইবনা খঙবা ঙম্বা লীলা নত্তে প্রকট লিলা নত্তে। পরক্রীয়া প্রেম রস অদুতবু থৌরাংদুনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা শান্নবনি জগৎ জীবগী য়াইফ মঙ্গল পীবিনবা। তাজরগা লীলা শকচৱ শোঞ্জরগা জীবগী লান্নফম ওইরিবনি। ভক্তগী হৃদিদা শান্নবা রাধা কৃষ্ণগী লীলানি। ইবেম্মা রাধাদা চংজরগা শ্রীকৃষ্ণ চরন থম্বাল ফংজবনি। আয়ন মাদি খঙই ইবেম্মা রাধাসে জগৎকী মবেম্মনি হায়না মাবু লাৎচবনি ময়ুমদা লক্ষ্মীগুম। আয়নগী পাপ তোকখ্রবনি ইবেম্মনা কোক্তা নানবিবদা। নখোইসু রাধানা নয়ুমদ ঙাল্লবদগী গোলোক ধাম ফংজগদৌরিবনি। নখোইদা নত্তে ব্রজ পুম্বনি।

## শৈরেং

ইবেম্মা রাধাদি আদ্যা শক্তিনি,
শ্রীকৃষ্ণগী থোইদোক্লা চান্নবীনি।
জগৎপু শুমহৎপী অথোইবী রাধানা,
লাকপনি ব্রজদা প্রেম ভক্তি তম্বীবা।

ঙমখৈ লৈত্র জগৎ মাগী প্রেম ইপাকনি,
শংবান্ন অতিয়া শ্যাম মাগী শকলোন্নি।
কৃষ্ণনা নুমিৎনি রাধানা মঙালনি,

থা থরানমিচাক মেংনা ইংনা ঙাল্লিবা
ইবুংঙো ইবেম্মগী শকলোন্নি শক্তমনি।

মালংনা হুমদুন চৎলি নোং পুদুনা
খিকথরি মালেমদা য়েনবিরি অমৃত নোং।
প্রেমগী মশক ওইবী শ্রীবৃন্দাবন্দা,
পুমশং শং পুমনৌ নৌ গোবর্দ্ধন্না লেপলি।

যমুনা গঙ্গা সরস্বতী নর্ম্মদা,
পাৎ তুরেল চীংনুং মানুং প্রেম্না থল্লিবা।
হৌগৎলে হৈরাং লৈরাং ভক্তিগী উপাল
য়েৎচরি উরিনা কল্প বৃক্ষদা।

**ব্যাখা**

শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না থুমহৎখিদুনা রাধানা লৈঙাং ফিজেৎ লৈতেংদুনা চৎলি মতা সখীশিংগা লোইননা কদম তলাদা মথেক অহুম থেকপা খুত্তা বাঁশি পায়বা শ্যাম লৈববা য়েংজকই। মবুংঙোদি লৈরমদরে হিক্লা কপচৈ রাধা।

বংশী বটতা চৎলি ইবেম্মনা, লৈরমদে ইবুংঙোদো। য়েংজরুই নিভৃত নিকুঞ্জবন্দা - অরেম্বা তারে - পুম্নমক। কনানা ফংগনি শ্রীকৃষ্ণবু ফংলোইদবা মাবু। খঙলে রাধান বাহির্রঙ্গদা (মপান্দা) থিবা ফংবা হৌনদে। ইবুংঙো মাদি ধ্যান তপনা ফংগদবনি। অসিগুম্বা - মন, বুদি, জ্ঞান পুক্লিংগী অচেৎপা অরেপ্পা ৱাখল অসি ফংলদুনা ইবেম্মদো ইন্দ্রি খুদুম চন্দুনা ধ্যান তৌবা হৌরে- যোগাসন্দা ফমদুনা। মতা সখীশিংনা ইবেম্মগী ধ্যান তপতা চংগদবা অর্ঘনচিংবা চেং থোইদিং লৈ শু ৱাত্তনা শিল্লি- লাংলি।

## শৈরেং

যোগাসন্দা ফমলে ইবেম্মা রাধা,
সংসারগী ব্রাখল পূম্বা কাওথোক্তুনা।
থম্মোয়দা চেৎনা নিংজৈ মবুংঙো শ্যামবু,
শিন্থুরি পিরাংদি ইঙা নোংহৌগুম।

চাবা থকপা তুম্বা মচেৎ খাঙদুনা,
অকনবা তপ তৌবা হৌরক্লে রাধা।
থম্মোয়নদি উজৈ নিংথিবা শ্যাম মাবু,
তাকপিরি হে রাধে নংবু কোইশেন শেল্লি
(নমিগুম থাদোকপ ঙমদে ঐনা নংবু)

মুরুম মুরুম শোল্লি রাধা, কৌজৈ হে শ্যাম
কয়া ব্রাৎলি ননাই নাক্তা লাক্কদবা।
নংবু উদবা (কায়নবা) মিকুপ - যুগ অমগুম্লে,
হল্লসি গোলোক্তা শাপ লোইরবনিনা।

### ব্যাখা

কয়াদা ব্রানা ঙাইজরি, রাধানা (মবুংঙোবু ইমাইথক্কী চেক্লগুম - কৃষ্ণ প্রেম নোংলিক ফংনিংবনা) চহী ২৫ অমুক শাংথনা। লেংবিরক্লো শ্যাম গোলোক্তা হল্লসি ব্রজগী ননাইশিং লোইননা।

# শ্রীমদ্ভাগবতম (একাদশ স্কন্ধ)
## যদুবংশ ধ্বংস

শ্রীকৃষ্ণনা শান্নখিবা ব্যাল্য লীলা ব্রজদা থুপ্পুনা লৈরগা নন্দগী শঙ্গাইদা। গোলোক্কী হরিনা অঙাংগী শক্তম লৌদুনা মমা যশোসাবু বাৎসল্য প্রেম্না পূমশুম শুমহৎখি। হিংচাবী পুতনা অমদি হিংচাবা কয়া কয়া লানবিখি। মধুর- রসনা ঈচেল ওইরবা প্রেম ভক্তিগী লীলাদা মপুং ওইনা ইবেম্মা রাধা অমদি গোপীশিংগা রাস শান্নখি। ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী থম্মোই মন্দিরদা তত্তনা শান্নরি কুঞ্জদা শান্নবগুম। কংস বধ তৌবিদুনা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী অকিবা কোকহনবিখি।

মহা ভারত লান্দা পৃথিগী ফত্রবা নিংথৌ ময়াম অমদি অক্ষৌহিণী তেঙ্গোল ১১ + ৭ = পুন্না ১৮ লোইশিনখি কৃষ্ণ- আর্জ্জুন অমদি যুধিষ্ঠির ভীমনচিংবনা অমদি সেনাপতি নিংথৌশিংগী মতেংনা। শুকদেব মুনিনা হায় তারো হে নরপতি পরীক্ষিৎ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা খল্লি পৃথিগী অরূম্বা খরমখৈদি কোক্লে। হৌজিক কৃষ্ণ ঐগী ইচা ইশুশিং লাক্কা অহুমলোম হেনবনা লাকঙম ফাঙমদনা লৈহৌররবদি কৃষ্ণ ঐগী ৱাখল পৃথিগী অরূম্বা কোকহনগে হায়বা অরেম্বা তাবে। মরম অসিনা মখোইশিং অসি মাঙহনবা তাই। মাঙহন্নবা উপাই লৈবে ইনেম গন্ধারীগী শাপা। অহানবগী প্রভাস যজ্ঞ লোইখরে রাধাগা ঐগা গোলোক্তা হনবগী ৱা ঙাংনখরে। চৎখরে ব্রজ বাসী পূম্নমক মথৱাই নুংঙাইনা হরাওনা পুন্সিগী ওইনা বিদায় পীখরে।

চহী ২৫ গী মতুংদা অমুক দ্বারকাগী কৃষ্ণগী মচা মশুশিং লোইননা তীর্থ স্নান তৌবা লাকখি। শ্রীকৃষ্ণনা শিন- লাংদুনা। যদুবংশগী নুপা মখৈ লাক্নুনা প্রভাসতা তীর্থ স্নান তৌখি, চাবা থকপা তৌদুনা যদু বংশ তুম্বগী মরম হায়রি।

শ্রীমদ্ভাগবতনা যদুবংশ ধ্বংস অসি বর্ণন তৌরি। তারো হে পরীক্ষিৎ শ্রীকৃষ্ণগী ইচ্ছা কনানা খঙগনি। শ্রীকৃষ্ণগী ৱাখন্দা অসুম্না খল্লি।

**শৈরেং**

**পৃথিগী অরূম্বা কোকশিগে হায়না,**
**অবতার তৌবনি বাসুদেব ঐনা।**
**পৃথিগী অরূম্বা খরমখৈদি কোক্লে,**
**পাণ্ডবনচিংবগী মতেং লৌদুনা।**

করম মাঙহনগনি ঐগী ইচা ইশুশিং
লক্ষ্মা অহুম হেনবা লাকঙম ফাঙমদ্রবা।
মখোইনা ওৎ নৈবদা পৃথি লূম্বা হেল্লনি,
কৃষ্ণ ঐগী লীলা কায়বা তারবরা ?

নোংমা অচৌবা অন্না উৎসব কচ্চখি,
মুনি ঋষি কয়া লাক্লে দ্বারকাদা।
অন্নদান দক্ষীনা কৎলব মতুংদা,
হন্নখরে লোইন হরাও হরাওনা।

প্রদ্যুম্ন শাম্বনচিংবা অঙাংশিংনা,
শান্নরিঙৈ উখি শাউগল্লবা দুবর্বাসা।
মুনি লাকপদা পরীক্ষা য়েংগে খল্লদুনা,
শাম্বন নুপী শারে ফিজোল শেত্তুনা।

মুনিদা হঙ্গৎচৈ ঐগী পুক্তা লৈরিবসে
নুপারা নুপীরা অমুক্তা হায়বিয়ু।
দুবর্বাসানা শাপ তৌরক্লে নবুক্তগী
নুংদুম অদুন যদুবংশ তুম্বা ওইয়ু।

অঙাংশিংনা কৃষ্ণগী চরন্দা হঙ্গৎচৈ,
মুনি লাক্লম্বদগী শাপ ফংলেদো।
শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরে অঙাংশিংদা,
নুংদুম তুমদ্রিফাওবা তকউ প্রভাসতা।

নুংদুম তকপদগী কোঙ্গোন্না হৌরক্লে,
নোংথোম লৈমা ওইনা প্রভাস তোবর্বান্দা।
তকপদা লেমহৌবা নুং মচেৎ অদুবুনা
য়োখৎরে ঙা অমনা - মৃত্যুনি নুংচেৎ অদু।

ঙা ফাবা অমনা ঙাদু ফাখরে
শাদানবা অমনা লৈখরে ঙা অদু।
মতিক ময়াই লৈবা তেঞ্জিল অমা শারে,
মরৈ হা হা তন্মী কালমৃত্যু'মতৌগুম।

শ্রীকৃষ্ণনা হায় দাউজী ঐখোয়গী যুগ লোইরে।

শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং মতু ইন্না দ্বারকাদা লৈবা যদুগী নুপা মখৈ রাম কৃষ্ণনা লুচিংদুনা অচা অথক ময়াম পুদুনা চৎখি প্রভাস তীর্থদা স্নাগীদমক। কৃষ্ণগী মচা মশুশিংনা ইথল থল্লে, প্রভাস তোবর্বন্দো। চেং থোংদিং কৎলে মখোয় ময়াম্না। কাখৎলে তোবর্বান্দা মখোয় ময়ামদো মধু পান তৌরক্লে, বিধিনা তমখিবা কনানা কক্কনি। মহৈ মহৈ য়ৈনরে থাং তেন পায়দুনা। অশোকপনা থল্লে শিবদি য়াওদে। কৃষ্ণনা তাকপিরে মখোইদা নোংথোম লৈমা ফুক্তুনা য়েনৌ। নোংথোম লৈমনা ফুনবদা লোইনা শিরে অমত্তা খাক্তনা। নিংশিলে কৃষ্ণনা মনে গন্ধারীগী শাপ। "হে কৃষ্ণ নংনা ইচা চামা অমদি শাগৈ নাতৈ পুম্নমক তুমহাবগীদমক নংগী নচাশিংসু মহৈ মহৈ য়ৈনদুন লোইনা তুম্বা ওইয়ু ॥" মাঙবা য়াদ্রবা গন্ধারীগী শাপ।



শ্রীকৃষ্ণনা মমা মপা দেবকী বসুদেব অমদি উগ্রসেন নিংথৌ অমদি দ্বারকাগী ইবেম্মশিংদা অৱাবা পাও অসি তম্মুবদা মযাম পুন্নমক চেদা য়েকপা লাইগুম ৱা ঙাংদনা লৈখরে।

পাও চেল্লে দ্বারকা বাসী পুন্নমক্তা,
লূপখ্রনি দ্বারকাসে কার্তীক পুর্ণিমাদা।
নুমিৎ তরেৎনি খক্তা ঙাইরবনিনে,
পাবুং ইমা য়াওনা চৎলো মধুপুরদা।

শ্রীকৃষ্ণনা প্রভাসতা অমুক হল্লকপদা য়াম্বুং বলরামদি যোগ সাধন তৌদুনা মাগী ব্রহ্মদি চৎখরে মাগী লৈফমদা।

শ্রীকৃষ্ণনা স্না খোংনাংগী উশাদা
ওইথংবা চরন্না কোনশিল্লি অদুগা
য়েৎকী ঙাংঙ্গা চরন থম্বাল য়াম্থদুনা
ফল্লি মনাই ব্যাধ ঙাইদুনা লৈবিখি।

তঙাংবা ফজবা শ্রীচরন উবদা ব্যাধনা শজি মনা অঙাংবা ওইনা উদুনা মাগী মাঙফদ্রবা তেন অদুনা কাপ্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী য়েৎকি চরন থম্বালদা পান্দুনা লৈমাইদা তারক্লে গোবিন্দ। শাদানবনা কয়া কপচৈ বিলাপ তৌজৈ মদুদা শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি হে শাদানবা নংগী নরাল লৈতে, নপা বালি হাৎপগী লমন খুমজৌ হায়না বালিগী মচা যুবরাজ অঙ্গদা রামনা বর পীখিবনা, হন্দক নংনা ঐবু খুয়াদা তেন্না থাবনি। নংগী নরাল কোকপিরবনি। নংনা শিরমদাইদা ঐগী শ্রীরূপ অসি দর্শন তৌজৌ।

লেংখরে কৃষ্ণ (পরং ব্রহ্মনা) লোন্না শ্রীবৃন্দাবন্দা থুপ্তুনা লৈরিবা রস রাজগা তিন্নশিনখ্রে, অমত্তা ওইনা। বাসুদেবদা লৈরম্বা গোলোক নাথ শ্রীগোবিন্দগী শক্তম অদু থনস্লে বৃন্দাবন্দা খোংফম লেংদনা লৈরিবা শ্রীকৃষ্ণদা। অদুগা দেবকী বাসুদেব কৃষ্ণদি হল্লক্লে প্রভাসকী খোংনাং মখোংদা ইবুংঙোনা তেন্না পান্দুনা লৈরিবা হকচাংদা তিল্লরে।

ইবুংঙোগী লীলা কনানা খংগনি মানা শান্নবনি পরিপু র্ণতম ভগবান ওইনা বৃন্দাবন্দ বাঁশি খোংদুনা, শান্নবনি মধুপুরদা বৈকুন্ঠ নাথ হরিনা কংস বধ তৌদুনা। পৃথিগী অরূম্বা কোকপিবনি মহাভারতকী যুদ্ধদা লাল শোক্লহন্দুনা অদুগা সখা আর্জ্জুন্দা বিরাট রূপ দর্শণ পীবনি, তাকপিবনি মমল য়াম্লবা গীতাগী পাওজেল। অমনবা ফি হুন্দোক্লগা অহনবা ফী হোংবনি আত্মাদি শিদে। পোক্লবদি কর্ম্ম তৌগদবনি, কর্ম্মনা পুন্সিনি। ধর্ম্ম ক্ষেত্র কুরু ক্ষেত্রদা মীনম্বা য়াওদনা ধর্ম্মদা শোক্লবা লান্না জয় ওইগনি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি। "যথা ধর্ম্ম তথা জয়"

"যথা কৃষ্ণ তথা জয়"

(কৃষ্ণ লৈবা মফমদা জয় ওইবা শোয়দ্রবনি)

ধর্ম্ম কৌবা ঈশ্বরদো শ্রীকৃষ্ণসিনি।

## শ্রীবৃন্দাবন্দা (অহুমশুবা মিলন)
## শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিগী মিলন অরোইবা

লেংথোক্লে গোবিন্দ থুপ্লুবদগী,
লেপ্লরে রাধাগী মাংদা মোমোন নোক্লা।
হে রাধে নমিৎ পাংলো কৃষ্ণ ঐ লাক্লে
থাদোক্লোই নংবু কৈদৌনুংদা ঐহাক্লা।

পুজা কচ্চরে রাধানা গোবিন্দগী,
মিংকী পীনা চন্দন ওইনা শ্রীচরন্দা।
নিংশিংই বৃন্দাবন, ইবেম্মা রাধানা,
মবুংঙো শ্যামগা শান্নরোই খল্লুবদা।

ফমজরে রাধানা শ্রীকৃষ্ণগী ওইদা,
খোংলক্লে শ্যামগী বাঁশি নৌর চিনবান্দা।
মপু মনাই অনি খোংমিন্নরে বাঁশি
খুৎচা কুন্না মরোল হাপ্লা মেংলবা শুর।

নুংঙাইজরে সখীশিং তাবদা বাঁশি শুর,
অমুক হন্না তাবা ফংলরোই মতাগুম।
লাৎচরে থম্মোয়দা রাধা শ্যামগী মুর্ত্তি,
জগৎনা উঙমদ্র তাঙলবা যুগল রূপ।

## সখী সেবা

বৃন্দা সখীনা হায়রকই তাবিয়ু ললিতা বিশাখা, চিত্র, চম্পকলতা, তুঙ্গবিদ্যা ইন্দরেখা রঙ্গদেবী, সুদেবী অদুগা মঞ্জরী নখোইসু লোইনা তারো ঙসিদি ইবুংঙো ইবেম্মগী প্রেম সেবা নিংথিনা কৎচহৌসি। ইবেম্মা রাধানা

হায়বা মতম শুরক্নে। ইবুংঙো ইবেম্মা অনি ব্রজ থাদোক্তুনা গোলোক্তা হনখ্রগনি। ইবেম্মগী নিংথিবা ফিজোল মনি রত্ন নিংথিনা লৈতেংসি বৃন্দাবনগী রাস শান্নবদা, থোনবা অদুগুম্না। অদুগা ইবেম্মনা ইবুংঙোগীদমক থম্বা স্না ফিগেসু হোংদোকসি। যুগল রূপ্পু মিৎসিনা পেন্না য়েংজহৌসি। চৎলো সখী ময়াম হৈরাং লৈরাং ফজবা অমুনবতা খন্দুনা হেক্লুরো। জাটি জুতি মাধবী মাল্লিকানচিংবা লৈ পরেং লেংনবা নাচোম শেম্নবা হেক্তুনা পুরকউ। পূন্না পূন্না বৈজয়ন্তি মালাসু লেংউ ঝুম ঝুম লাওনা।

## যুগল রূপ দর্শন

ফজৈদা রাধা কৃষ্ণ কোরৌ থাজগুম
য়েৎকা ওইগা ঙানবা যুগল রূপ।
শ্যামগী কোক্তা ব্রাহেংগী চুড়া নোম নোম,
ইবেম্মগী কোক্তা মনি বত্নগী ঝাপ।
অশংবা থরো কুচুবু ঙমজবা শ্যাম
স্না ফিগে থোনবা খ্বাংদা কিঙ্কিনী।
থোৎনা নৌর খুত্তা শ্যামগী মুরুলী,
জগৎ শুমহৎপা গোপী পুক্লিং হুরিবা।

স্নাগী কুচু ঙমজৈ নিংথিবী বাধা
অশংবা শাবি থোনবা কয়াদা পকচৈ।
খুজিগী লৈতেংনা নোংথাংগুম লংলিবা,
নাপদা নাচোম, নাতোন্দা নাশিকা।

থম্বাল লকাবু ঙমজবা শ্যামগী মিৎস্না,
শজিনা ইকাইবী রাধাগী মিৎয়েংনি।
মিৎচিনা ফল্লপ ফল্লপ য়েংনবদা,
কাওখরে অন্নাবা পূন্বা ইবেম্মা বাধা।

বৃন্দানা হুকচৈ পূন্না বৈজয়ন্তি মালা,
নিংথিবা রাধা গোবিন্দগী ঙক্তা।
মনিনা শাবা তবাবী ইন্নফিনা,
পূন্না থোল্লে রাধা শ্যামগী নঙ্গন্দা।

নাক অনিদা থৌগল্লি চামোর তপ্না (২)
কায়দ কায়দ হুমলি সখীশিংনা।
ললিতা বিশাখা সখী পুম্নমক
চাইজৈ লৈরাং খুজোক খুজোক চরন্দা।

চিংনা য়েংজৈ রাধা শ্যামগী মাইথোং থাজ
নিংবা থুংজৈ যুগল রূপ দর্শন ফংবদা।
ললিতানা হায়রকই বিশাখাদা :-
য়েংউ অনিগী রূপসে ইনৌ নৌরে,
ঙকখ্রেদা কৈশোর বয়ষতা হঞ্জিল্লক্লে।
গোলোক্কী ইবুংঙো মবেম্মা ওইবা শোয়দ্রে।

## যশোদা কৃষ্ণনা (ব্রজ বৃন্দাবনগী কৃষ্ণনা) কলিগী প্রসঙ্গ লিবিরগা ব্রজগী পরিবার পূম্নমক পুদুনা রাধিকাগা লোইননা বৃন্দাবন্দগী গোলোক বৃন্দাবন্দ লেঙখিবা ব্যাখা

শ্রীকৃষ্ণনা নন্দ যশোদা হায়জৈ
তাবিয়ু পাবুং ইমা নচা হঙ্গৎচগে।
ঙসি মখৈ ঐবু নচানি খনগনু,
ঐদি জগৎ ব্রহ্মাণ্ডবু শেম্বীবনি।

গোলোক্কী মপুদু কৃষ্ণ ঐসিনি,
পুর্ণতম ওইবা ব্রহ্ম সনাতোন ঐনি।
রাধানা ঐগী লোইনবী ব্রহ্মরূপীনি,
লীলাগীদমক ঐগা রাধাগা লাকপনি।

কৃষ্ণ ঐবু ধ্যান্দা হৃদিদা নিংজবা
মখোয়গী অপাম অপাম্বা পীবা ঐনি।
ঐবু পোকপিবা কনাসু লৈতেনে,
খ্বাইগী মমা মপাদি ঐনি সংসারদা।

জীবশিংসে ঐঙোন্দগী থোকখিবনি,
ঐঙোন্দা অমুক তিনবনি পুন্সি লোইরগা।
তেল্ল পুন্সিনি ঈশিংদা তাওবা কোঙ্গোলগুম,
মিকুপ্তা মাঙখিনি তিনখিনি মতমদা।
ইমা পাবুং হৌজিক কলি চংবা হৌরে,
হল্লসি গোলোক ধামদা লৈকসি ঐগা।
কলিগী প্রসঙ্গ খরদং লীজগে,
তাবিয়ু পুক্লিং চংনা কলিগী প্রভাব।

## ব্যাখা

থৌৱানমিচাক্লম কোইশিল্লে ব্রজ বাসী পুম্নমক্না ময়াইদা শ্রীরাধা গোবিন্দনা নুমিৎ থাগুম ঙাল্লি। কয়াদা ফজৈ জগৎ ব্রহ্মগুগী মবুংঙো মবেম্মনা য়েৎকা ওইগা ঙানবদো। অশংবা মনিগী কুচু ঙমজবা অতিয়ানা মাগী শকলোন থৌজাল ওইবা শ্রীগোবিন্দনা চহী ১৬ কৈশোর বয়শকী রূপতা তনৌ তনৌ মোমোন মোমোন ফজবদা মপা লৈত্রবা জীববু থৌজানবীগদবগী নুংশিবা মিযেং, চুড়া বাঁশিনা লৈতেংবা স্না ফীগে থোনবা, ফংঙমদ্রবা শ্রীচরন থন্নালদা নুপুরনা নিনবা। অদুগা ইবেম্মা

রাধানা শ্যামগী ওইদা ঙানবা অদুদি ব্রজ বাসী অমদি সখীশিংনা য়েংজৈ কয়াদা ফজবা, ফজমখৈ পূল্লগা শেম্বনি হায়না মিৎফম হোংদনা য়েংবনি স্নাগী কুচুনি, শজি মিত্তা ঙমজবী অশংবা শারি থোনবী, স্নাগী ঝাপান পুল্লং- লং চুমথাং খনবগুম, মণি ময় অভরন্না তাংজরি খুদাংদা পাম্বোমদা নিংথিজৈ ঙক্তা স্নাগী লিকফাং য়েংলিবমখৈ পেন্দবা। নিন্দা তৌরি সখীশিংনা করিগীনো মিৎ নংনা কুপ্পীবা। শ্রীগোবিন্দনা লিবিরক্লে কলিগী প্রসঙ্গ প্রভাব :-

## শৈরেং

কলি লাক্লবদা মাঙখ্রনি পৃথিবীদা,
ধর্ম্ম, কর্ম্ম, ভক্তি প্রেম নোংম নোংমগী।
চানিংবতা চাবা থকনিংবতা থকপা,
ব্রাহ্মন্না বেদ পাঠ নিংথিজনা তৌরোই
মমা মপাবু লুনা চান্না তৌররোই,
পীজনিংলোই পীথকনিংলোই লৈরবসু।
ভক্তি ব্যবহার লৈরোই শিষ্যনা গুরুদা,
তাকপিবা পূম্বা লৌরোই অরেম্বা তানি।

নুপা নুপী অনি মান্নে খনগনি,
মপুরোইবদা ভক্তি ব্রাৎলক্কনি।
য়েক শলাই থীররোই জাৎ বিজাৎ খায়ররোই
অপাম্বা লৌননি য়াই য়াদে খন্নরোই।

নিংথৌ লৈররোই প্রজানা চাওরগনি,
অপাম্বনা হেন্দুনা মিৎ তাংবগুম তৌনি।
পাপ্না কদায় পূন্যনা কদায় খল্লরোই,
অঙম অঙম্বা হাৎনদুনা চান্নগনি।

লাঙ্গনা মশক খঙলরোই লাইয়েংবা ৱাগনি,
চৎনা চৎনা শিনি শিফম নাফম খঙলোই।
অমগা অমগা হায়নবা তান্নররোই,
মানা মানা তৌবনা অচুম্বনি খনগনি।

দোলাই অমা পাইরকপা উরে ইরাং লং স্বর্গদগী অসুম অসুম হায়থরকপা। য়ুথক মঙা পাপকা য়ুথক মঙা শাংবা, রত্ন মনিতন শেম্বা শাবা দোলাইনি। মনিগী থাংমৈশিংনা রত্নগী য়ুমশিংনা, মুক্তানা থাম্লবা, হৎ হত্তুনা শেম্বা। চাওথোকপা পিকশনবা য়াবা লাইগী খুৎশেমনি, চাকা লক্ষা পাল্লি শগোল লক্ষা চিংই।

## পুক্লিংদগী হেন্না য়াঙবা দোলাইনি।

শ্রীকৃষ্ণগী কৃপাদগী নিত্য সখী পুম্বা
দেহ থাদোক্লে দিব্য দেহ লৌনরক্লে।
কাখৎলে সখী নিপাল হৌনবা নাইদে,
তুং ইনবী সখীশিং, বৃন্দা সখী য়াওনা,
কাখৎলে মথং মথং দিব্য রথ দোলাইদা।

নন্দনচিংবা গোপ গোপী পুম্নমকপু
থাদোক্লে দেহ, দিব্য দেহ লৌনরে।
কাখৎলে দোলাদা হৌনবা নংনদে,
লাইবক ফৈ যশোদা ফংলে কৃষ্ণ'থৌজাল।

য়েৎকা ওইগা হবি রাধিকা অনিনা,
কাখৎলে খ্বাইগী তুংদা নুমিৎ থাগুম ঙান্না।
পুক্লিংবু হেন্না য়াঙনা পাইরক্লে দোলাই,
বিরজা লাম্থোক্লে গোলোক ধাম উরক্লে।

দোলাইদগী কুমলে, খোংনা লেঙঙক্লে,
থুংলরে অক্ষয় বট উরক্লে গোবর্দ্ধন।
রাস মণ্ডল য়ৌরক্লে চংশিল্লে বৃন্দাবন,
উরক্লে নিংথিবা কুঞ্জ খিবিক লৈবা।

হৈপাল লৈপাল খিবিক নৌনা য়েন্নিং হুল্লে,
কোকিল খোংলে নুংশিনা পুক্লিং হুনা।
নামিবা নুংশিংনা লিরি লিরি হুন্নক্লে
থৌগঞ্জে কুইনা উরুদ্র রাদা কৃষ্ণবু।

হান্না লৈরম্বা গোপীশিংনা চংলক্লে,
তরাম তরাম ওকচৈ রাধা গোবিন্দবু।
ইকোই কোইনা লেপ্পুনা থৌগঞ্জরক্লে,
লাওজৈ নুংশিনা রাধা শ্যাম্মা জয় ওইরে।
মতৌ অসুম (তৌনা) চষী চামাকুনমঙা তুংদা,
হল্লকখি রাধা গোবিন্দনা গোলোক্তা।
দেবগী বাসুদেবসু হল্লকখি
বৈকুন্ঠদা মাগী লীলা লোইরদুনা।

গোলোক বৃন্দাবন অমসুং গোকুল বৃন্দাবন, ভক্তগী থম্মোইদা লৈবা বৃন্দাবন, অহুম অসি চপ মান্নে হায়না বর্নন তৌরি। কবিশিংনা অসুম্না মাগী মাগী মত লৌনরি মদুদি ইবুংঙো ইবেম্মা অনিনা শান্নখিবা বৃন্দাবনগী কুঞ্জ কুঞ্জ খুদিংদা যুগোল রূপ অদু লেংদনা লৈ। মখাদা ইরিবা শ্লোক অসিদগী খঙবা ঙমলি মদুদি -

"বৃন্দাবনং পরিত্যজো এক পাদংন গচছতি"

মবম অসি লৈবনা ধাম পূম্নমক্তগী বৃন্দাবন্না ইহেল হেল্লি।

অসুম্না শক্করি ভক্তা বৈষ্ণবশিংনা মদুদি :-

"বৃন্দাবন থাদোক্তুনা কৃষ্ণনা গৌরাঙ্গ ওইনা লেঙবিরক্লে নদীয়াদা"

**গোলোক কৌবা খণ্ড লোইরবা।**

# দেবকী নন্দন বাসুদেব কৃষ্ণগী স্বর্গারোহন

## ব্যাখ্যা

নারদ ঋষিনা বহুলাশ্ব নিংথৌ য়েংদুনা হায়রকই বাসুদেব কৃষ্ণনা খোংনাং মখোংদা তাদুনা লৈরে ব্যাধগী তেন্না য়েৎথংবা শ্রীচরন্দা পান্দুনা। ধ্রুব নারদ (ঐ) প্রহ্লাদনা ফংবা ঙমদ্রবা শ্রীচরন থম্বালদো ঈতনা লৈতেংখরে। ইবুংঙোগী বদন চন্দ্রদো রাহুনা উম্বগুম কাহংলে। ব্যাধনা মশা থক থক নিকলি নিংঙমদ মৈনা চাক্লি জগৎকী মবুংঙোগী য়েৎথংবা শ্রীপাদদা তেন্না থৌগল্লুবগী। তাকপিরে কৃষ্ণনা হে ব্যাধ নংগী নবাল লৈতে।

চৎলো নং অব্রাবা ব্রাখল থাদোক্কুনা,
পাপ লৈত্রবনি কোকপিরবনি ঐনা।
নুংঙাইনা লৈক সাধু সঙ্গ তৌদুনা
শিরগা বৈকুন্ঠ ফংজৌকো হে ব্যাধ।

## ব্যাখ্যা

হবিগী যেৎথংবা চরন্দা পাল্লিবা তেন্দু শত্তোকচবে ব্যাধনা ইবুংঙোগী যাথং মতুং ইন্না। অদুগা হবিদা দণ্ডবৎ প্রনাম তৌবগা চৎখবে ব্যাধ নোং খোংবগু কপ্পুনা। লীকুং তেন্দোং পূম্নমক, হবিগী চরন্দা কথোক্লম্লে। ময়ুমদা হন্দবে ব্যাধ শুক্লবা বন্দা চত্তুনা হবিগী ধ্যান্দা লুপখবে। কৃষ্ণগী নাম শোল্লি তত্তনা লৈয়েংনা। হে লৈয়েং নং অব্রাবা অমুক লৈগনুকো।

ধর্ম্মসু খণ্ডজৈ চৎচবা ঙমদে,
খণ্ডজৈদো ননাইনা অধর্ম্মসু,
চংদবা ঙমদে খণ্ডনা খণ্ডনা,
থম্মোদা লৈবা মঙাক্লা

জীব ঐবু চিংবিবা মফমদা
চৎচগে মদুনা ঐগী অপাম্বা।
ধর্ম্ম ওইজগেকো বাসুদেব,
নংগী ধ্যান তৌবনা অরোইবা ওইজগে।

## শ্রীহরিগী খোঙ্গুল লিরকই মনাই দারুক্না শৈরেং

কোইনা থিজরকই মনাই দারুক্না
উজরে মবুংঙোবু খোংনাং মখোংদা।
ঈতনা শিঙ্গুরি খুয়া থম্বালদগী,
কপ্লকলে দারু পৃথিদা ওন্দুনা।
স্বর্গদগী পুষ্প রথ থারক্নুনা
পুখৎখরে কৃষ্ণগী খুৎলাই মরি।
মনাই দারু য়েংলগা তাকপিরকই,
চৎলু নং ইন্দ্রপ্রষ্ঠদা য়াম্না থুনা।

থৌদোক পুন্নমক তম্মু পাণ্ডব মণ্ডাদা,
দ্বরকা থুম্লনি নুমিৎ তরেৎনিদা।
থীনবা য়াদ্রবনি কৌরুকো আর্জ্জুনবু,
অদুগা হায়য়ু পুদুনা চৎলু ইপা ইমা,
নুপী নহা পুন্নমক হস্তিনাদা
য়োকপিয়ু হায়য়ু য়াম্না চান্না লুনা।
হে দারু নংনা ধর্ম্ম কর্ম্ম থাদোক্নুনা
চংজৌ ঐঙোন্দা থব্বাই হকচাং কত্তুনা।
ফংগনি ঐবু শোয়দনা শিরগা,
ঐনা হায়বিবা পুন্নমকসে পাংথোকউকো।

## বাসুদেব কৃষ্ণনা বৈকুন্ঠদা হনখিবা

আর্জ্জুন থুংলরে চংলক্লে কৃষ্ণ নাক্তা,
খুরমজৈ কপ্লা কপ্লা চরন শোক্লা।
উবদা ঈতনা লৈতেংবা শ্রীচরন,
আর্জ্জুনগী থম্মোই পুণ্ডমদনা কপচরি।

মনাই আর্জ্জুন উবদা শিন্থুরি পীরাং,
অদুগা হায়রকই মিরবা খোঞ্জেলনা।
লাওনে ইতাও নংবো অমুক্তা কোনখৎলু
ঙাইহাক্তা ফমগে নহাক্কী তম্পাক্তা।
ব্রহ্মনা হায় লাইবক ফৈদকো হে আর্জ্জুন
নবুংঙোগী সেবা ফংজবসে নংনা।
নংগুম মপোক ফবা লৈতে জগৎসিদা,
থাগৎলি মনাই আর্জ্জুনবু ধন্য ধন্য।

ব্রহ্ম শাপতা থংজিন্দুনা কৃষ্ণনা
চেপলি খোংনাং মখোংদা আর্জ্জুনগী তম্পাক্তা
দেব সভা পুম্নমক লাক্লে প্রভাসতা,
হরিনা বৈকুন্ঠদা হল্লমদাই মতমদা।

পোকপা শিব নাইদনা হরিনা,
শিবগী শক্তম উৎপিরি ময়ামদা।
পরং ব্রহ্ম মহাক্তি শিদবনি
শিব মালহনবগী মওং উৎপনি।
কৃষ্ণগী পুক্লিং হুরবা শকফম্না
থৌজালী মিৎয়েংনা লৈদুনা যেংবিখি।
উইশিনখরে মিৎস্না থম্বাল অনিদো,
অঙ্গ কান্তি পুম্নমক থুপচিনখরে।

আর্জ্জুন্না কৃষ্ণবু তম্পাক্তা পামদুনা,
হিক্লা হিক্লা কপ্পী নিংশিংদুনা থৌদোকশিং।
ৱান্থখরে আর্জ্জুন লৈমাইদা হিকথনা,
মীশক খঙখিদরে পীনা থুমহৎখিদুনা।

অরোইবা য়াহিপ তানখরে লেঙখরে,
কনাসু উহৌদ বৈকুন্ঠ য়ৌখরে।
নোংগী মরক্তা নোংথাংনা মাঙখিবগুম
দুন্দুভি য়েরে স্বর্গদা নিন্নরক্লে।
চাইথরক্লে লৈরাং ৱা ৱা নোং চুবগুম,
হন্নখরে লাইয়াম মাগী মাগী মফমদা।

থোক্লিবা থৌদোকখি তম্লুরে দ্বারকাদা
চেল্লক্লে বসু দেবকী রোহিনী।
কৃষ্ণগী লৈমশিং মমৌশিং পুন্নমক
কপ্লরে ৱান্থ ৱান্থদুনা পুন্নমক।

মপুরোইশিং কোন কোন্দুনা কপনরে,
মিকপ মীরাও খোন্তনা প্রভাসতো পুম্নিন নিল্লে।
কনাগী মচাগী অশিবা হকচাং থেংনৈ,
কপনৈ লাওনৈ করিগী নখোই (নশেল) হাৎনবা।

মচা রাম কৃষ্ণবু উরক্তুবদা
বসুদেবগী প্রাণ মপান থোকখরে।
দেবকী রোহিনী অনিমক বসুগী
চিত্তাথক্তা ফমদুনা প্রান কৎখরে।

অশিবা হকচাংশিং অদু আর্জ্জুন্না
পোৎলোইখরে হৌনবী বিধিনিয়ম কায়দনা

থুংলবে নারদ বীনা খোংদুনা শক্লি
কৃষ্ণগী মগুণ শৈথা শৈথাদুনা।

শ্রীরামগী ইবেম্মা গোবিন্দগী ইমুং মনুং
ঙম্না থব্রাই থারে চাক্লিবা চিত্তাদা।
কৃষ্ণগী মমৌশিং মগুশিংগী মৌশিং,
অয়াম্বনা থব্রাই থাখরে (কৎখরে) চিত্তদা।
লেমহৌবা নুপী অঙাং কায়মরুমদো
পুরক্লে হস্তিনাদা দোলাইদা হাপ্তুনা।
ব্রজানাভ কৌরুদুনা ফালগুনিনা,
অভিষেক তৌদুনা মধুপুর নিংথৌ হাপলে।

শ্রীকৃষ্ণনা নোঙ্গাখ্রবদা আর্জ্জুন্না,
অমুক লৈররোই খল্লে শিরগে লেপলে।
পরীক্ষিৎপু হস্তিনাগী নিংথৌ হাপলে,
ফম্বাল তোংবগী হৌনবী পুজা তৌনা।

পঞ্চপাণ্ডব দ্রৌপদীগা লোইননা,
হী মালয়দা কারে স্বর্গ কাগে (য়ৌগে) খন্না।
কারকপদা মঙামক শিখি লমখাংদা,
যুধিষ্ঠিরদমক চংনা স্বর্গ কাখি।

গোলোক নাথ কৃষ্ণনা বাসুদেবগা
অনিনা হনখি মাগী মাগী ধামদা।
রাধা গোবিন্দনা কাখি গোলোক্তা,
বাসুদে কৃষ্ণ' কাখি বৈকুন্ঠদা।

কংসগী কারাগাড়দা ফোংখিবা কৃষ্ণনা
শান্নবা লীলানি মর্ত্তদা পূম্নমক।
বৃন্দাবন খণ্ড, মথুরা খণ্ড অমসুং
দ্বারকা খণ্ড মাতনা শান্নবনি।

পরিপুর্ণিতম ভগবান্নি পূম্নমক তিনবা,
গোলোক নাথসু মহাক্তনা ওইবনি।
বৈকুন্ঠ নাথসু মাতনা ওইবনি,
দ্বারকাদা পূর্ণ ভগবান বিষ্ণুনি।
পৃথিবী অরুম্বা কোকপিবা মুকুণ্ড।

জয়তি জয়তি দেবো দেবকী নন্দনসৌ
জয়তি জয়তি বৃষ্ণি বংশ প্রদীপ।
জয়তি জয়তি মেঘ শ্যামকমলাঙ্গো,
জয়তি জয়তি পৃথি ভার নাশ মুকুণ্ড।

## নারদ ঋষিনা শংবান্নবা অতিয়াদা বীনা যন্ত্র পায়দুনা কৃষ্ণগী নাম শোল্লি শক্লি নারায়ন (২)

কদায়দনো কৃষ্ণ শংবান্নবা কুচু ওইবা,
অতিয়া সমুদ্র ইথক্লা থম্মোই ওইবা,
অহাংবা মালংদা ব্রাখল থল্লিবা,
নামিবা নুংশিত্তা শিন্থুংনা লৈরিবা।
গোবর্দ্ধন তময়াঁদা শন শেল্লবা কৈক্লেয়া
চুড়ানা লৈতেংবা যশোদা মপারি।

ম্না ফিগে থোনবা নুপুরনা নিনবা,
বাঁশিনা রাধাবু কৌরম্বা নুংশিনা।

শুমহৎপা শক্তমনি গোপী পুক্লিং হুবা,
কদমদা ঙাদুনা মুরুলী খোংলম্বা।
যমুনা তোবর্বন্দা রাস শান্নরম্বা,
ভক্ত বৈষ্ণবকী থম্মোয়গী মনি ওইবা।

শান্না য়েংবা উবা মিম্না থম্বালনি,
উরক্লে মধুপরগী মিকপ মীরাওখোন।
নাপলবু য়ৈথেক্কে মতাগুম চক্র থোনবা,
কংস চানুর মুষ্টিক লানবিবা নারায়ন।

পাম্বোম লিশিং পানবা খুৎলাই ময়াম থোনবা,
আর্জ্জুন্দা গীতাগী পাওতাক পীনবিবা।
মহাকাল শক্তম লৌবা বিরাট মুত্তি,
পৃথিগী অরূম্বা য়াংহনবা হে মুকুণ্ড।

সমুদ্র তোবর্বান দ্বরকা কোনুং মিঙ্গৌবা,
সংসারগী গৃহস্থ ধর্ম্ম লৌবিখিবা,
ঙকখ্রেদা লৈমা লিশিং তরাতরুক চামনিপাল,
মচা মশুনা পৃথি ফেৎ ফেৎ হাইখিবা।

মিচং মীখাই নাইদে অচান মিরাই লৈতে,
মচা মশুশিং মাঙহনবা থৌরাংনি।
জীবগী ফনবতা খনবা ভগবান,
ধরতী মতাগী অরূম্বা কোকপিবা।

কৈদনো ভগবান নংনা মাঙখিবা
মাঙবা লৈত্রবা নংদি ব্রহ্ম শক্তমনি।
লাৎচরি নংগী মুর্ত্তি ভক্তশিংনা
খুরমজৈ ফংঙমদ্রবা চবন থম্বালবু ।।০।।

## নারদগী স্তুতি লোইরবা ।।

লেংবা : শ্রীহুইদ্রোম ভবত (ভুবন)





অইবগী খোঙগ্নবা লাইবিকশিং ঃ

১.শ্রীকৃষ্ণ লীলা (২০১০)

২.শ্রীশ্রী বাধা গোবিন্দ নিত্য লীলা (২০১১)

৩.কংস বধ (২০১১)

৪ শিব বাত্রি (২০১২)

৫.দুর্গা পুজা (২০১২)

৬.প্রভাস যজ্ঞ (২০১২)

ফোঙগদবা লাইবিকশিং :

১.ধ্রুব নাবদ প্রহলাদ

২.শ্রীকৃষ্ণনা মধুপুবদা (মথুবাদা) লৈদুনা শান্নবা লীলা